# লাংগোই শগোল থাবা

সম্পাদন তৌবা

নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ




মমল্ লুপা ৩.৫০ নি।

# ৱাহৈ অমনিদং

লাইরিক অসিদা মহাভারতকী অশ্বমেধ পর্ব্বগী মতাং অমা অঙকপা কল্পনাগী শক্তিনা মৈতৈগী পণ্ডিত অমনা পুথোক্লম্বনি। থায়নগী মৈতৈগী লাইনীংদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অকনবা ঈহৌ চঙলকপগী মশক উৎলি। ইংকুমজা ১৮০২ দা মৈদিংঙু মধুচন্দ্রনা মণিপুরদা পাল্লিঙৈদা অহল ওইরবা পণ্ডিত শ্রীলোংজম (লুরোংজম) প্রশুরামনা মহাক্কী সেবক অহুমগী মতেংনা পেনা লোয়শংগী পণ্ডিতশিংনা স্বুর ছন্দ চানবা শেমদোক্লগা পণ্ডিত অনি অমবু ৱাচেৎকী কলম পায়হল্লগা ইথোক-হনখিবনি। ঈশৈ ওইনা লেংলম্বনি। ৱারী মপুংদি বেদব্যাসকী মহাভারতকী মওং লোদে। ব্যাস দেবগী মহাভারততদি মপা খঙবা বভ্রুবাহননা ধনঞ্জয়দা ভক্তি কৎপদা মমা পোক্কবী নাগকন্যা উলুপীনা ক্ষত্রীয় ধর্ম্মগী মতুংইন্না নপাগা লান তৌ মহুতদা মহাবীর অর্জ্জুননা পেনগনি হায়বদগী লান তৌই। তুখ্রবা মপা হিংগৎহনবস্থু উলুপীনা সঞ্জীবন মণি লৌরুহনা (নাগলোকতগীবু মণি মতোমদা পাইরকই) তুম্মুবদগী হৌগৎপদৌনা অর্জ্জুন জ্ঞান তারকই। শিরিবগী মরম্না— শিখণ্ডীগী পান্বৈনা অর্জ্জুননা ভীষ্মবু হাৎলুবগী পাপ অতু হন্দক মচানা মপাবু হাৎপদা কোকপনি। মৈতৈ পণ্ডিত অসিনা লৌখৎলম্ব ৱারীদি—গঙ্গাদাস সেননা ইবা বাংলাগী মহাভারত-তগীনি হায়না লাইরিকী লামায় ৮১ শুবদা ইরি। অতগা মপামচা তৌনবা লানগী মরমদা অর্জ্জুননা মচাদা চৈখিবা—"নঙগী পলেম মমা পোকমাবী অতুম্বু বিত্ত ধরী কন্যা শীংলেন তাইজবী নটীনী হামপোইপীনে" অতুদগীনি। শ্রীকৃষ্ণস্থু মপুং ওইবা থৌদা লৌরি অমস্থুং অর্জ্জুনগা লোয়ননা মণিপুর সনা কোম্লংদা মমৈখংদা লেঙশিল্লি।

ৱাকম অমনিদংদি খন্নবা য়াই। অহল ওইরবা প্রশুরাম পণ্ডিতকী মরমদা ঐখোইনা য়াম্নমক খঙলুত্রবস্থু (খিজিনবা ৱাৎপদগী) মহাকসি হিন্দু ধর্ম্মদা অচেৎপা থাজবা পোক্লবা অমস্থুং তোরকপা পাপ কয়াবু

লাইরিক অসি ইথোকপনা কোয়বগী মশক ওইহনা অয়ান খুবম ফংলগনি খনখিবা পণ্ডিতনি। সংস্কৃত নত্রগা য়ামদ্রবদা বাংলা লোন খণ্ডনদি হায়রিবা শ্রদ্ধা অসিসু পোকপদা খরা লুগনি। করিগুম্বা বাংলা লোন খণ্ডলম্লগদি গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতপু শ্রীঘনশ্যাম থোকচোমমচাবু মণিপুরী লোন্দা অনুবাদ তৌহনবগীসু দরকার লৈরমদে। অসিনা লাইরিক অসি মহাক্কী সেবকশিংনা খণ্ডবা ওম্নবগীদমক মণিপুরী লোন্দ অনুবাদ তৌহনবনি। মসিনা তাকপদি লাইরিক অসি মপূং ওইনদি মহাক্কী সেবক অহুম্না ইবনি। মহাক্কি চুম্না উৎসাহ অমসুং তানবগী মতেং মরক মরক্তা পীনবা ওইনতা লৈবগী মওংনি।

অনিগুবা য়াকম অমনা হায়রিবা সেনগী মহাভারত অসি মণিপুরীদা অনুবাদ তৌহনা মতম অসিদা মৈতৈ ময়েক্তা লৈরে। লাইবক খীবদগী হৌজিক্তি খুৎই লাইরিক অসি থিবা খণ্ডবদসু নত্তনা তাবা ফাওবা তানদ্রে। মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস ইরকপদা মহাভারত অসি য়ামদ্রবদা হায়রিবা মতম অসিদা বাংলা লোন্দগী অনুবাদ তৌহনা লৈরে হায়বসিমদি লাইরিক অসিনা লেগুদ্রবা সাক্ষী ওইরে। অত্তুগা য়ারী মপূং অসিবু কমদোনা মতম অত্তুগী পণ্ডিতশিংগী কল্পনাগী শক্তিনা মরীক চুম্না ঈশৈ ওইনা মণিপুরী লোন্দা পাকথোকহন্দুনা শকল্লহগে হায়বসিমসু শেংনা ইতিহাস ইবশিংদা খণ্ডহল্লে।

লাইরিক অসি থায়নগী মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাবু থিবগী মায়কৈদা অথোইবা লময়ানবশিংগী মরক্তা অমা ওইগনি হায়না আশা তৌরি। খুৎই লাইরিক অনিদগী চাশিম্নহনা মায়কৈ অসোমদা অকনবা শরাক য়ারিবা পণ্ডিত শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা পৌতক্তা সম্পাদন তৌহনা পুথোকপিরি। মথংগী চৎথগদৌরিবা রিসার্চগী মরমদদি লাইরিক অসিবু পাবীরিবা পণ্ডিতশিংদা শিন্নজরে। অসিগুম্বা লাইরিক অসিবু চৎনরিবা বাংলা ময়েক্তা পুথোকপীবদা নত্তনা খণ্ডবদা রাগদবা রাহৈ কয়ামুক্কী অনুবাদকী শরাকসু য়াওনা

পুন্নমক্না অর্থদা ওইরবসু খগুবদা মুংঙাইনবা শীনবীরিবা অসিগীদমক পণ্ডিত অসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা তৌবীমল খগুবা উৎচরি।

অসিগুম্বা লাইরিক অসি ফোঙজবদা মতিক চাবা মতেং পীবিরকপগীদমক মণিপুরী সরকারগী শিক্ষা বিভাগতসু পরিষদনা তৌবীমল খগুবা উৎচরি। বানানগী মায়কৈদা য়াবমথৈ চেকশিন্না য়ংশীনবিহুনা লাইরিক অসিবু ফজনা নম্বীরকপগীদমকসু ফ্রেণ্ডস ইয়ুনিয়ন প্রেসকী মেনেজর শ্রীরাসবিহারী সিংহবুসু থাগৎচরি।

ইম্ফাল,

তাং ৭।১১।৬৮ ইং

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

জেনরেল সেক্রেটরী।

# বাহৌদোক

লাংগোই শগোল থাবা হায়বা লাইরিক অসি মহাভারতকী মমুংদা শান্তি পর্ব্বগী মথং অশ্বমেধ পর্ব্বগী য়ারীনি। যুধিষ্ঠির মহারাজ-নচিংবা পাণ্ডব মচীন মনাউ মঙানা অচুৎভে কুরুক্ষেত্রদা শোক্লখিবা মহাভারতকী লান্দা শাগৈ নাতৈ মরী-মতা মরূপ মপাং মী ময়াম হাৎ-খিবা অদুগী পাপ অমদি দোষ কোক্লবা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌখি। হায়-রিবা যজ্ঞ অসিগী শগোল থারকপদা পাণ্ডবকী অর্জ্জুনা শগোল মতুং ইন্দুনা লাকপদা মহাক্না মমাঙৈঙদা বন্দ চহী তরানীথোই চৎপা লাক-পদা মণিপুর নিংথৌ চিত্রভানুগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদা লৌহনা পোকলম্বা মচানিপা মনিপুরগী নিংথৌ বভ্রুবাহনা পাণ্ডবকী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল ফারুবদগী অর্জ্জুনা বভ্রুবাহনবু মচানি হায়বা খঙঙ্দবদগী মীয়াম মমাঙদা ইকাইবা পীরুবদগী মপা মচা লান শোক্লখিবা অমসুং মচানিপা বভ্রুবাহননা মখুত্তা অর্জ্জুন থরায় থারবদা বভ্রুবাহনা পান্তালদা লিন মি থৌ অনন্তগী লৈবাক্তা চত্তুনা লিনশিংগা লান তৌনহনা লিনশিংবু ঙমহনা মণি লৌরুরগা অর্জ্জুনবু অমুক হিংগৎহল্লুনা মপা মচা শাগৈ নাতৈ খঙনখিবগী য়ারীনি। লাইরিক অসি বঙ্গদেশতা খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীদা লৈরম্বা ষষ্ঠীবর সেনগী মচা নিপা গঙ্গাদাস সেনা ইবা মহাভারতগী বাঙ্গালা (পাঙন) লোন্দগী মৈতৈলোন্দা থোকচোম ঘনশ্যামবু অর্থ হন্দোকহল্লগা লোংজম প্রশুরাম সিংহ কোবা ওঝা অহুনা মণিপুরদা মধুচন্দ্র মহারাজনা পাল্লিবৈদা শকাব্দ ১৭২৪ (খৃঃ ১৮০২) হিয়াঙ্গৈ থা তরাহুমদোইনি পানবা নিংথৌকাবা ছুমিৎতা ইবা হৌখিবনি। লাইরিক অসি ইবা মতমদা লাইরিক লেংলিবা লোংজম প্রশুরাম অসি য়ামনা অহল ওইরে। লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবদা ওঝা অসিগী সেবোক চিরোম অভিমন্যু, রাই-রোকপম গঙ্গাচরণ অমসুং ওয়নাম নবশ্যাম অহুমনা মতেং য়ামনা পাংথি অহুগা মৈতৈয়োন্দা নাতৈ চানা শৈশকপা য়ানবা পেনা লোয়-শঙগী মাইবম অভিরাম, হিতমচা মদন, থাংলেনবম অভিরাম অহুম

অসিস্থু লৈশক লৈওং নাতৈ পুতে চানবা শৈশেম্বদা য়াওখি। ওঝা প্রশুরাম অসিনা তাকলগা ওঝা অসিগী মচা লোংজম চন্দ্রশ্যামগা কোঙ্গেংবম দয়ারামগা অনীনা কলম পায়দুনা ইখিবনী হায়না লাইরিক অসিদা ইরি। লাইরিক অসিদা ওঝা অসিগী মমাঙদা লৈরম্বা ওঝা খরগী মিংস্থু য়াওরি। লাইরিক অসিনা খৃষ্টগী তরামাপন শুবা শতাব্দীগী মৈতৈ সাহিত্যগী লোন্দা পুদা রাহৈ রাত্তগী মমি অমা অপাবা মীশিংগী পূকনীংদা পোকহবা ঙমই। লাইরিক অসি মৈতৈ ময়েক্কুগী শিন্দোকপদা অমদি ছাপা নম্বদা রাহৈ রাতা ময়েক অশোয় অঙাম য়াওবা থেংনবিদুনা কনাগুম্বনা চুমথোকপিরকলবস্থু য়ামনা নুংঙাইজগনি মথং খুৎনমদা চুমথোক্লবা হোৎনজগনি।

ইম্ফাল শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

তাং ১৬। ১০। ৬৮ ইং

# লাংগোই শগোল থাবা

## ( অশ্বমেধ )

শ্রীকৃষ্ণায় নমঃ। হরি হয়া হে। শ্রীগুরু থোইখোইবা, সনা খূযা থম্বাল্লে, থরায় সুম্না পোনচেংলে, লোশিং উপু তূংনলৈ, ঙুংওনবা, নীংজা খুৎপায় লেঙতফম অচেৎপা, প্রেম খোঙহৌ ফম্বীবেন অথুপ্পা, পাদ পদ্ম অনামকপু, তাংজা লুদা থোংনা, চৈবৈ ঙক্তা য়েৎ, ইয়া নাপী চীক, লরায় শমতোং ফোয়, খুৎফাং চাংচৌ চেপ্পলৌন, মাল্লেম লৈদা তাবা চৈশূগুম, হকচাং লৈদা পকনা, হন্না হন্না পুরুমজরক্কে। অসুম প্রুমলবগা, গোলোক বৃন্দাবন লুংঙাইবদা, ফম্বা যুমওইনবা, যুগল ব্রহ্ম চঙ্খোনবা, থম্মোয় লোকল্লুং ঙান্নলাই, কল্প তরু শায়া-চিংনয়েংনা, পূকনীং হকচাং য়াথং অহুম্মকপু ওংশন্নবা, স্বর হোংদোক হোঞ্জিন খূদঙবু, ঈরাৎ পুনেম লোইনা থোখনচরক্কে। খোইয়ম ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর থোইখোইবা অহুম্মকনা চিংগবা, বৈকুণ্ঠ কোরৌ নোংম-দোনগী দেব সম্ব লেংনাওনবা প্ন্নমকপুসুঙ্ পুকমগে। য়োয়বু লক্ষ্মী লাইবেম্মগা, নারদ মহামুনিবেন্নচিংনা মুনি ঋষি লেংনাওনবা খৈবিক-পুসুঙ পুক্মজবক্কে। বিঘ্নি য়েখায-চঙলকপা খৈবিকপু ঙাকপিসুনো হায়বগী য়োযবু গৌৰী লাইবেম্মা সনা লিনকোযগী গনেশ লাংগোই তাংজা লুরেন হেনবা লাইয়িংথোবুসুঙ পুকমলক্কে। মহাভক্ত অথোই-

---

পাদ পদ্ম—( সং ) খুম্না থম্বাল। তাঙজা লুদা থোংনা—কোক্তা হাপ্তুনা। চৈবৈ—ফি। মালেম লৈদা—লৈপাক্তা। প্রুমলবগা—থুরুমলগা। পুনেম্বা—থুরুম্বা। লিনকোয়—পূক, গর্ভ। লাংগোই তাঙজা লুরেন—শাম্মু মকোক।

বনচিংনা গুরু বৈষ্ণব পণ্ডিৎ সভা লেংনতিনবা পূন্নমকপুস্নুঙ উনবী পূকনীং চেৎনা হন্না হন্না পুরুমজরক্কে। অসুম পুরুমলবগা পূণ্য রারম অথোইবদগী সমুদ্র ঈরেন পূংবু ওইরিবা মহাভারত অচৌবদগী চন্দ্রবংশ শাগৈরেন্দা পোকলবা রাজা পরিক্ষীৎ নিংথৌ মপারি, অভিমন্যু মনোংয়ায়, জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবগী শমু মহকসাংদা শৃঙ্গ মুনি মীচৈনা, লাইথুং পোৎলূম পুরবদা, ব্যাস মহামুনি মথৌচান, জয়মুনি ময়নকু অথোইবনা নিংথৌ সনা মহকসাংদগী, ব্যাধি লাইথুং কোক্লরা, ময়ু ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্নচিংনা শানৌ মচীন মনাউ মঙামক্কা সতী দ্রৌপদী অচুম্বীগা মাখোয় তরূকমকপু পূকনীং হিংসা তৌনা, শাগৈ লানশোক য়েক্লরা, রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা শানৌ মচীন মনাউ চামাবু য়াইবী থরায় মাঙনা বংশ শাগৈ হাৎপগী মহাপাপ কোক্লবা লাংগোই শগোন থাবগী অশ্বমেধ যজ্ঞ হায়না কৌবা শান্তি পর্ব্ব মথংগী অশ্বমেধ রারী নুংঙাইথোইবা অসিবু য়াথং পবেং থিনা তেংথাজরক্কে। তৌইগুম রারী নুংঙাই থোইবা অসিবু থৌরম মতৌ করম তৌনা শৈশেম্বনো হায়রবদি লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত জয়সিংহ ময়ামপা রাজা নিংথৌবেন নোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা ধর্ম্ম অতিয়া নিংথৌরেনগী লাকলাই মপারি পলেম মমা খয়োইরোন মেতু লোইখোম্বী রাইবং লমনেৎপা সনা লিনকোয়গী লাইবেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত অনজিৎ সিংহ শেনবী তমলেন খোম্বগা য়োয়বু মশানৌ খয়োইরোন য়াংলৈ ঙম্বীগা পোইরৈ সনা লৈপাক ঙাকনা পানফরি-

পুরুমলবগা—থুরুমলগা। পাবক্ষীৎ নিংথৌ মপারি—পরিক্ষীৎ নিংথৌ-গী মচানিপা। অভিমন্যু মনোংয়ায়—অভিমন্যুগী মশুনিপা। মীচৈ—শাপ। ময়নকু—থৌজান। ময়ু মবুথৌ। মৈদিংঙু জয়সিংহ—মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র। লাকলাই মপারি—মজা ইবুংঙো। খয়োইরোন—থূমন য়েক ওইবা য়ুম্নাকী নিংঙোন।

তমলেন খোম্বা—মধুচন্দ্র মহারাজ (খৃঃ ১৮০১—১৮০৩।

ঊৈন্দো মদাইরেম অহন মতম ওইনা মাল্লে চীংওল্লবা লুরোং মাল্লং অহোঙবা, হংথৈ লোংনা থাবা, ময়ু শীঙনং অতোনবা, সনা ঈদা কাকবা লমলেন খুরোয় লৌ শোইরেন, শোইরেন সাংপীবোক্তা খোমলাং চামা য়ান, মাল্লং চামা য়ান, তবা চাপু চিপূঙ পৈ, রাংলৈ খারি-লৌখোং তৈনা হোঙনেম্নমচা, খোমতৃম লম্মহন. পাৎচাউ লাইমাকোন, থোঙলেন অমু পাৎ, য়াংলৌ মৈশেন পন্দা নাউযিপা শ্রীপ্রশুরাম লুরোংজমচানা মতোম পাযমা উনগোযনুংদা নীংথঞ্জকইএ। মালেম তাইবঙপানবা অসিদা পলেম পস্থৌ অনীমকনা নাউনৌবকৈঙেগী মখবু লাইবেন কোরৌ ইনোংথৌশিংগী তুবী সনা মখোঙ খাদসুঙ চীংখোঙ-থৌখন তামলকএ। মহাভক্ত অথোইবশিংগী খূযা-লৈখোঙ খাদসুঙ নোঙ্গ লস্তোই রাংলকপগী অরা লান্নংলবে। লহান লাংওন অমবক্তা থৌখন ঐগী মহৈ লৈবমদবনা হৌজিক মতম অসিগী হাক্তক লাংওন অসিগী ভক্ত লাইবু নীংবশিংগী খূযা লৈখোঙ খাব্ যোয়না থৌখঞসে হায়বসুঙ অহন ইতম ওইনা পুনশি চেঙজেন কুইনকলনগী খোঙকাপ অথাং কাইঙমদবে। পাংগন ইযেং তানা হনু ইযাই কাবা ঐবু থৌবম মতৌ কবম্বনা য়াইবী থরায লান্নশিবনো হায়না নীংখঞ্জকববু মহাভারত অথোইবা ভাসিগী ধর্ম্ম রাবম হুংঙাইবা, পাপ লাইজা ঈবেন-পূংগুম্ববু কোরুৱা. পূণ্য মহৈ অথোইবদগী সমুদ্র ঈবেনপূংবু ওইবিবা মহাভারত মশা তরানীপান মবক্তগী অশ্বমেধ যজ্ঞ অথোইবা অসিবু পোইবৈ

পানফম্নিঙৈদা নুংঙাইনা পাল্লিঙৈদা। মদাইরেম—মনাই। মাল্লে চীংওল্লবা—অহল ওইরবা। লমলেন—লমদম। তবা চাকপু—চাকপু। রাংলৈ—য়ু। খারি—অয়াকপা। নাউযিপা—পোকপা। লুরোংজমচানা—লোংজম মচানা। মতোম—মথন্দা। পাযমা উনগোযনুংদা—মপূকনীংদা। মালেম তাইবংপানবা—সংসার। নাউনৌবকৈঙেগী—পোকলকঙগী। চীংথোঙ থৌখন—সনা থৌগন। তামলকএ—হৎলকএ। খুয়া লৈথোঙথা—খূয়াখা। পুনশি চেঙজেন কুইরবগী—চহী য়ামনা পুনশিরবগী। লাইজা ঈরেন পূং—সমুদ্র।

মৈতৈরোন্দা তেংথা পবেং ওইনা শৈশেমজবক্কে। খোইযম লাইবু নীংবশিংগী সত্য মীযাম মাঙদা ভাবত বাবী হুংঙাইবা অসিবু অশৈ তেংথা শকলুবা খূদিংদা নোংপান উমু চাকথেক খাক্কুম্বা লৌশিং মিৎথোঙ মস্নবা ঐগী ভক্তি ইথৌগনবু ওইজগে হায়না অসুম নীংখল্লু-রবগী সেবোক মপাবি হুংচানবা লোযম রাংঙম নাহা শ্রীঅভিমন্যু চীরোম চাগা চেংলৈ বাংগোনলেনবু অশৈনবা চা শ্রীগঙ্গাচবণ বাই-রোকপগা আতোন নোংম শমনবশ শীনবশ্যাম ওইনামচাগা অহুম্মক্তা রাহমখিযে। ইপাসি হুংানবা নখোয অহুম্মক্তি কোল্লোয ঐগী ইযাথংবু পুনা পাউখোন ওনচা চৎপদা অবা হূযবাং শোনগুনো। মহাভাবত অথোইবা অসিবু শৈশেম মতোন লোম্নবা শংলৌ-থৌবাঙ পনগুনো হায়না পাওমেল্লবগী সেবোক মপাবি অহুম্মক্তি পস্থৌ কোলোয মযাথং হুংশিবব তাঙজা মাখোযগী লৃদা থোংনা বাহমলুযে। বৈষ্ণব খোইযম লাইবু নী বশিংগী হৈনা মতুং ইন্না শিনতমজবকপা ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌশূ শ্রীঘনশ্যাম থোবচোমচা, গণ্ডিৎ লৌশিংনা ঈন্নাকপা নঙদি ভাবত বাবী হুংঙাইববু পকনীং লাংপাম-চবগী শাস্ত্র লাইবিক হৈবা বেদ ধর্ম্ম তথোইবদা, সমুদ্র ঈবেন পূংগুম্ন-শিংগী খূযা লৈখোঙখাদা ভক্তি পৃকনী চৈবোযনবা শিনতমজবব পনে। মহাভাবত অ.থাইবা অসিবু মযিম পা ঙন লালোন হৈবদগী পোইবৈ মৈতৈলোন্দা হন্দোকপিও। তুবী চীংখাঙ থৌও ইবেম, নোংঙান

---

অশৈ হৈশৈ। ৈশিং মিংথে ঙ মস্নব —জ্ঞান মপুং ফাম্নবা। সেবোক মপাবি—শক্ত। হুংচানবা- অচানবা। চীরোমচাগা—চীবোম মচাগা। আতোন নোংম -খুমন। কোল্লোয—য়াথং। অবা হুয়বাং. শোনগুনো—অবাবা থিগনে। শংলৌ থৌবাঙ শনগুনো থৌবাংঙ তৌবা লেপকনু। তাঙজা লৃদা থোংন —মকোক্তা শোংহুনা। ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌশূ—খোইবাং অনৌবা য়েক ওইবা মমনাক, কৌত্রুশূ। খূয়া লৈখোঙ খাদা—খূয়া খাদা। চৈবোয়নবা - োয়নবা।

নোংবান অঙৌবচা—অঙোম য়েক ওইবা মুমনাকী মচা। থাঙরি—

চীংখোঙ যাকৈরাক্তগী, হৈনা মীতুংইন্না শিনতমজবকপা লোযম নোংয়াই নাহা শ্রীঅভিরাম মাইবমচা নঙ্গা ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌশূ শ্রীমদন হি মচাগা, নোংবান অঙৌবা চা শ্রীহবিচবণ থাং- লেনবগা নঙখোয অহুম্মক্তি শৈওং নাতৈ থি, তেংথা লিওঙ খন্না শৈশেমবীও। প নোংবান মপাবি শ্রীচন্দ্রশ্যাম লুবোংজমবা নঙ্গা থাঙযি মচেঙ চঙববু তেংথানবমচা, শ্রীদযাবাম কোঞ্জেংবগা লৌশিং নাতমলকপা নবিঙঙাদি কোঙযাং বাষিখেংনা মুকমৈ নাবিন শোন- বী-ও। পস্থৌ কোল্লোয মযাথং অসিবু বাবম হেনথোকফববোই হাযনা পাওমেনববু না তাবনদা হোযদা নাউবা ইখোযবু পাযমা লৌশিং তামনা উনবী লৈখননবা, মাকোই পূকথোঙ হাঙবা মশেন্নে। তৌইগুম পস্থৌ কো য মযাথং, যাথং চংশি চৈবোযননা পাও- মেল্লবপা অসিনা বাকৈ ইখোবগী তিগা ওই ধর্ম্মবাজ নিংথৌবেনগী থৌজান ঈবেনপ ওপা অংনা টীকু মায লেপ, কপিযতিনবাম, নো বান ন কা মচাগা সেবোক মপাবি লৌশিং মপাউতাক্তগী, হাবথক ব পী কাউদনা শন্দোকপিবম্বা, শ্রীমুকুন্দবাম বা খৈ নাউদা অবেমপা চাগা কোবৌ নোংডা খদি বু মকাম নাবিন শোন্না শিন্দম্বি- বম্বা শ্রীবৃন্দাবন মৈ য বম চাপা শ্রীম ধবনাম শাঙেংবগা গুরু লাই- ওইনবা মনিমবী পোজান মনকুনা তোংজে তিনাউশা, যো ন্ সবস্বতী অচুম্বীনা খুম নৌ। ওইনা ভ বত পাবী ঙাইববু লেপনা শৈশেম মতোন লোম্নবু থৌজান লনবুবীসনো হাযনা পাউমেন্নববগা লোযম

চংলৈ শনাই। মচঙ—ধাম্না। লৌশিং নাতমলকপা—মহৈ মশিং তমখৎ- লকইবা। নবিঙঙা—নখোম্ন তানী। কোঙযাং বাষিখেংনা—বাচেংকী কলমনা। মকমৈনাবিন শোনবীও হাইবিক ইবিয়ো। নাউবা—অঙাং। পাযমা—লৌশিং। উনবা লৈখন লনবা—বাখন মপুং কাদবা। মকোই- পূকথোঙ হাঙবা—জ্ঞান মতিকচানা লৈব্রবা, বাখন লনবা। তৌইগুম— তৌইগুমম্নুং। বাকৈ হি। কোবৌ নোংজা খুদি—তুমিৎ খুদিং, নিংতিগী।

মবনকু—থৌজান। তোংজেং—হি। খুমু—নৌ। সেবোক মপাবি

নোংবান হংথৈ লোংনা থাবা, লুরোং মাল্লং অহোঙবা চাদি সেবোক মপাব্রি লেংনতিনবশিংনা উনবী লিতিন্ননা য়াথং পাওমেন্নবন্ন না তারবগী পূকনীং হরাউ থোইনা থাউমৈ মঙান নাই, তরা চেঙ মচং, লোইবী কোইরেং হাও থোয়দিং, শীঙলেন চন্দন লৈরুংশিগা পান্না লায়াৎ ভৈ, থা সুংদাই খায়, হৈরাং মথেন ভৈ, তাউজীং থেনমাই লাংনা মশানৌ পল্লেম পীথাঙশিনবী শ্রীকুঞ্জবতী যেল্লাংবীগা পূক্নীং ভক্তি চৈবোযননা ঈরাৎ পুকমজনবদা মহাভাবত অথোইববু শক কুমশীং রাচুম্বা শোকচা ১৭১৪ শুবকপা লোইদাম হিযাঙ্গৈ থাগী নিম্মাঙ তরাহুম-দোইনি পানবা কোনৌ নুমিৎ নিংথৌকাবদা য়াথং পবেং শিন্না তেংথা শৈহৌজবকএ। লৌশিং পোনমিৎলনবগী কৃথোই চিনয়ামনা রাকমা থোইযা শন্নবসুঙ শম পাংশোয নীকপা, খুবলু হংমা তোনবনা থোংলেন পানপৈ নানবগুম, চেংলো মণ্ডম শোয়বা মিৎয়েং উযোন্থীবনা তোংজেং হিনাউ শাবগী লৈকু খমথেং যামনা লৈবাই চূপথৈ হকপা তুগুম্ববু শৈওড নাতৈ খণ্ডনা চেংথাজনকপা অসিবু হে সভা লেংনতিনবা সাধু খোযম লাইবু নীংবশিংও নঙখোয়দি তাংজা নরৈতোন্দা হরি হরি শোন্না না-তাবি-ও ॥

লহান নোং হযিডৈদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌবেনগী মনোংয়ায, পরিক্ষীৎ নিংথৌ মপারি, জন্মেজয় নিংথৌবেন্না কোনৌ নুমিৎমাদা পূকনীং হরাউ থোইনা জয মহামুনিরেন্দা যাথং ভক্তি ভৌনা পাউহংরা, ময়ু ধর্ম্মরাজ নিংথৌবেন্নচিংনা শানৌ মচীন মনাউ তরাক মকপু ভাই-রোইননা লাংগোই শগোল থান যজ্ঞ মণ্ডম অথোইববু তৌরকপা,

লেংনতিনবশিংদা—মহাত্মা শকবা মযাম তিনবদা। উনবী লিতিন্ননা—পূকনীং অমতা ওইনা। তরা—চেঙ। শীংলেন—লৈ। মশানৌ—মতু। পল্লেম পীথাঙশিনবী—মমা শকপী। লোইদাম থা। নিম্মাঙ-পানথংজকপা থা, শুক্লা পক্ষ। খোযম—লাই। নাতাবিও—তাবিও।

লহান নোং হযিডৈদা—থাম্বনা মমাইগী জদা। মনোংয়ায—মশু। পরিক্ষীৎ নিংথৌ মপারি—পরিক্ষীৎ মহারাজগী মচানিপা। ময়ু—মযুথৌ। লাংগোই

ব্যাস মুনি মপাউতাক অশ্বমেধ য়ারী মুংঙাইবা পূণ্য থৌরম অয়াম্বা খৈবিকপু জয় মহামুনিরেন্না নিংথৌ মমাঙ শংশংবদা পাওমেন রাবু জন্মেজয় উনবী পূকনীং তপনা না তাবা ভদ্রাবতী লৈময়োন্দা রাঙনবা যুবনাশ্ব নিংথৌরেনগী যজ্ঞ মঙম শাবু ভীম বৃষকেতু মেঘবর্ণ অহুম্মকনা লাংগোই শগোল ফারুবা, দ্বারিকা লৈপাক মুংঙাইবদগী বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইববু শীংলেন বার্ত্তন তৌনা পাউ বৌরুবা অনুসান হিংচাববু হুয়েন লানশোক্লবা, লোইদাম রাকচীং থাগী পূর্ণিমা য়াওরা থানিন নোংদা মহাযজ্ঞ অথোইববু তৌনা লাংগোই শগোল থাখিরবগী নীলধ্বজ প্রবীর, হংসধ্বজ সুধন্য সুরথ ভীষণ হিংচাবা পাংগন মথৈ লৈতবা মাখোয় অসি খৈবিকপু অর্জ্জুন প্রদ্যুম্ন অনীমকনা হাওশি ঙমগচিংনা হুয়েন লান শোক্লখিবা থৌরাঙ মতৌ অয়াম্বদি পোইরৈ তেংথা লীওঙ খন্না শৈশেমজখিববু অধ্যায় তরাহুমদোই শুখিরে। হৌজিক থৌরম অসিগী মতুংগী পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবা মপারি মণিপুর লৈমাবা বভ্রুবাহন পাংগনবগী লানশোক মতৌ ওন্থোকপা অধ্যায় তরামরি শুরকপগী য়ারম অথোইববু য়াথং পরেং থিনা তেংথাজরক্কে। অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবদি রাক্ষস হি চাবা মরৈপাক্কী যজ্ঞ মঙমশাবু শমু খুৎথুম চন্না ফারকলবগা পার্থ পূকনীং মরাংকায়না লানমী মীয়াম পুনা মায়গৈ খানা পাংবরম চথখিরে। কোরৌ নোং শগোল অতুসুঙ মফম মুংঙাইবা খৈবিকপু থিনা থিনা য়াংলৌ-লমদাং কুইনা চৎখিরবদা মণিপুর হায়না কৌবা দেশ লৈবাকমাদা চঙখিরে। মণিপুর লৈপাক মুংঙাইবতুগী মশক মতিক নিংথি মুংঙাই পূম্নমকপু

---

—শগোল। মঙম—যজ্ঞ। বৃষকেতু—কর্ণগী মচানিপা। মেঘবর্ণ—ভীমগী মচা ঘটোৎকচগী মচা। লৈময়োন্দা—লৈপাক্তা। হুয়েন—লান। য়াওরা থানিন নোংদা—পূর্ণিমা নুমিৎতা। হাওশি ঙমগচিংনা—সুচিংতনা। মণিপুর লৈমাবা—মণিপুরগী নিংথৌ।

মঙমশাবু শমু খুৎথুম চন্না ফারকলবগা—অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোলবু কান্থনা পুরকলগা। কোরৌ নোং শগোল—শগোল। য়াংলৌ—লম্বী, লমদাং।

লৈপাক মতিক ফংনা কনা হাযঙমশিবনো। লৈপাক নিংথৌ পানবা খৈবিক্কুগী ব্রহ্মা লাইমিংথৌনা থোইনা করম শানশেংলম্বনো ওম্লোকএ। নীংথি মতৌ হায়ঙমদে। চীংঙু নোংপোক মহাদেবগী সনা মকাই-ফমগুম্মে মতৌ পান্দম অমদি থোই ম নিংগু থোইখোইবা মহাক্কী বৈকুণ্ঠ কোবৌ নোং লৈপাকপু ববম মানবনো। লৈপাক মতৌ চঙ্খোনবা অত্তদা মাংগোইবিবা নম্ম পোংওইবা খৈবিকস্তুঙ পূণ্য লিংচেন থোইথোকএ। ধর্ম্ম লমচৎ কাযহন্দে। বিষ্ণু-ভক্তি অথোইবদা উনবী পুকর্নাং চেংলে। বেদ মনিমানা চিংনা পুরাণ শাস্ত্র আগম নিগম শ্রীভাগবত পুস্তকক্তা হাযবিবা বাবম অচেৎপা খৈবিকপু লমচৎ মতৌ শোযহন্দে লৈবাই মিমপূম খুদিঙব হুম মজ্জ চৌবদা পুকর্নীং হস্লোক লৈতে। লানফম অথোইবা খৈবিকস্তুঙ নম্ম মীপূম খুদিঙব অথৌ-লীচা হেপ্পা, পান্‌বন্ মঙান চাউএ। শাস্ত্র লাওবিন হৈবস্তুঙ মতীক কনা হাযঙমদবা মশেন্নে। থোংম মতৌ নত্তবা নম্ম লিংজেন ফত্তবা, তবা চাকনিবা, পুন্সি মতম বাৎনা নোংমনবা, পাযমা লিংজেন চুমদবা, লমচৎ তৃঙান ওইনিবা, শরীর লেখুন চৌবা মীবাই কানা থবানবা, অধর্ম্ম লমচৎ নত্তবা, ফও লমচং ওংখিবা অসি খৈবিকপু নম্ম কনামত্তনা চৎলিবন্দে। নম্ম পোংওইবা খৈবিনতৌ উনীং মতৌ শোযনদে। উনবী থেংনা পুবং চেৎপা মন্দে। লৈপাক মুংঙাইথোইবা অত্তগী নিংথৌ কোম্লোব মমি থো দি শক্রবাহন হায়না

---

ব্রহ্মা লাইমিংথৌনা—নোংদমবা লাইনা। শানশেমলম্বনো শেম্মমবনো। মকাইফম—লৈফম, মফম। থোইখোইবা—অথোইবা। কোবৌ নোং লৈপাক—স্বর্গ, লাইরৈবাক। মাংগোইবিবা—লৌইবা নম্ম পোংওইবা—তাইবং মা। উনবী—পুকনীং। মিমপূম খুদিং—মুমশোঙ খুদিং। নম্ম মীপূম খুদিঙ—মী খুদিং। অথৌ-লীচা হেপ্পা—থৌনা ফবা।

নম্ম লিংজেন ফত্তবা—মী ফত্তবা। তবা—চাক। পুন্সি মতম বাৎনা নোংমনবা—মতম চাদনা শিবা। থবানবা—হুবানবা। নম্ম কনামত্তনা—মী অমত্তনা। উনবী—পুকনীং। কোম্লোম মিংথোংদি—মমিংদি। মিং-থোংএ—মমিং কৌএ। পাংগন মরুমথাদা—মরুমথুপনা। লৈপাক মঙাং

মিংথোংএ। নিংথৌ মাগী পাংগন মরুমথাদা লৈপাক মরাং কায়বা হুংঙাই মনীংতম্মা পানহল্লে। নিংথৌ সনা মহকসাংদা ধর্ম্ম লমচাও-রেন্দা বিষ্ণু ভক্তি অথোইবা মরমচৎপু কায়হন্দনা মণিপুর লৈপাক ঙাকএ। চেংলৌ মাগী শকপানথোঙসুঙ নিংথৌ মাগী মতীক অথোইবসুঙ বিদ্যা লাইরিক হৈবসুঙ, থোইনা চঙখোল্লে। নম্ম পোং-ওইবা খৈবিকপুসুঙ ক্ষমা ঙাকপীথোইনা দয়া থৌজান হৈএ। পূকনীং থোইনা রাচুম শূইয়ে, হকসাং ইন্দ্রি থূৎথুম চল্লে, চরিত্র মতৌ মেঙেঙ। পাংগন মঙান চাউবসুঙ শারেন নোংশা অকনবগী সিংহ মপারিগুম্মে। সমুদ্র লাইজা ঈরেন পূংনা কোয়রিবা খৈবিকপু পাংগন মনীংতমনা লোই চম্লেএ। নিংথৌ লমকেৎপা কনানা লানশোক কদৌ ঙমলদে। নিংথৌ সনা চোঙলেন খানবা খৈবিক্তগী পানকন মথক থোংনা চক্রবর্ত্তী নিংথৌরেনবু ওইনা পানফয়ে। থূৎশূ শাশূ লাকাপ তেনকাপ লীশূ তেনশূ মহে মশীং পুম্নমক্লচিংনা নিংথৌ মঙান চাউনা চীংঙু নোংথৌ সোরারেনগুম্মে। মতীক অসুম ওইবা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনগী মতীক অরুববু রারম হাইহৌঙাইবু লৈতবে। লৈমা মশানৌ রত্নমঞ্জুরী কৌবী অহুসুঙ চেংলৌ মাগী শকপানথোং, চরিত্র মরমচৎ মতীক অরুবা পুম্নমকপু য়োয়বু লক্ষ্মী লাইবেম্মগী মমোম হুংচানপীবু করম মানবনো। নিংথৌ মপুরোইববু তরা চাহেন ওইনৈএ। গুণ মতীক

---

কায়না—প্রজাশিংগী অবাং অপা লৈতনা হুংঙাইনা। চেংলৌ—শক। নম্ম পোংওইবা খৈবিকপুসুঙ—মী পুম্নমকপুসু। ক্ষমা—(সং) ঙাকপীবা। দয়া—(সং) থৌজান। রাচুম শূইয়ে—অচুম্বা রা ঙাঙেও। চরিত্র—(সং) লমচৎ। মেঙেঙ—থোংলে।

শারেন—শা অথোইবা, শাগী নিংথৌ। সিংহ—(সং) নোংশা। লাইজা ঈরেন পূংনা—সমুদ্রনা। লমকেৎপা—লমহেনবা। নিংথৌ সনা চোঙলেন খানবা—নিংথৌ অচৌবা। মঙান চাউনা—মগুণ চাউনা। চীংঙু—লাই। নোংথৌ সোরারেনগুম্মে—লাইনিংথৌ সোরারেনগুম্মে। লৈমা মশানৌ—মহাকী মহারাণী। চেংলৌ মাগী শকপানথোঙ—মথক মচৌ। য়োয়বু—অথোইবী, অহেনবী। মমোম—মচানুপী। হুংচানপী—সুন্না তৌবী।

লৈবী, চেংলৌ শক্কোয় হেনবী আতুর মথা পোন্না লোন্নবীবু—মণীং খীঙমদনা মণিপুর লৈপাক ঙাকমিন্নবদা লৌশিং কনানবু মকিং নাই-হন্দে। লৌশিং পুকমান্নবা পানমন্নয়ে। মণিপুর লৈমাবা মহাক্তি পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী মপারি তা আনে। পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোয়গী ঔরস খ্রিচু মরু হুন্না নাউনৌবা মহাকনে। তাংজা লিনগী চহু চেংলৌ শক্কোয়হেনবী কোল্লোয় মমিংথোংদি উলুপী হায়না কৌবী অমসুঙ পল্লেম লোন্নবীবু ওইনা নাউয়োকএ। চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোয়গী বভ্রুবাহন নিংথৌরেন অসিবু অর্জ্জুন তেনহৈবগী ঔরস বীর্য্য মরু হুন্না নাউনৌয়ে হায়না পাওমেনববু না তারবদা জন্মে-জয় নিংথৌরেনদি উনবী পূকনীং ঙক্লবগী জয় মুনিরেন্দা য়াথং ভক্তি তৌনা পাউহংজখিয়ে। হে মুনি অথোইবা-ও রারম মতৌ করম ওইনা বভ্রুবাহন নিংথৌরেন অসিবু—পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী মপারিবু করম ওইরুহিকপনো হায়না পাউহংববু না তারবদা জয় মুনি অথোইবনা মচীন মোমোন নোকনা পাউখুম্বিখিয়ে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও উনবী পূকনীং তপনা নাতা-ও। থাইনা লহান নোং পার্থ তেনহৈবনা তীর্থ যাত্রা তৌনা চৎলুঙৈ অনন্ত শেষ নিংথৌগী মমোম উলুপী অহেন-বীবু পার্থ তেনহৈবনা মুহোঙ নাক্তা থানা তিম্নরুবগী মপারি ইরাবন্ত

---

চেংলৌ শক্কোয়হেনবী—মশক মতৌ ফজবী। মকিং নাইহন্দে—মপূক শেংদবা তৌদে। পূকমান্নবা—পূকচেল খোয়জেন তিন্নবা।

পানমন্নয়ে—লৈমিন্নেএ। লৈমাবা—লৈবাক্কী মপু, নিংথৌ। মপারি তা আনে—মচা নিপানে। পল্লেম—মমা। পায়মা লিনকোয়গী—গর্ত্তদগী। নাউনৌবা—পোকপা। তাংজা—লিন। চহু—নিংঙোন। চেংলৌ শক্কোয়হেনবী—মশক-মতৌ-ফজবী। কোল্লোয় মমিংথোংদি—মমিংদি। নাউয়োকএ—য়োকএ। ঔরস—বীর্য্য। নাউনৌয়ে—পোকএ। নাতারবদা—নাকোংলা তারবদা। উনবী পূকনীং তপনা—পূকতপ্না। লহাননোং—থায়না মমাংঙৈদা। পার্থ—অর্জ্জুন। অনন্তশেষ নিংথৌগী—লিন নিংথৌ অনন্তগী। মমোম—মচা নুপী।

অহেনবীবু—অথোইবীবু। মপারি—মচানিপা। নাউনৌকইএ—

কৌবা অমবু নাউনৌরুইএ। ইরাবন্ত অকনবা মহাক্তি কুরুক্ষেত্র লানশোকফমদা লানফম মায়য়োক য়ানাখিরে হায়দবরা? থৌরম অদু মতুংদা গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগী মমোম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু বিবাহ মুহোংলুরবগা মপারি বভ্রুবাহন অকনববু নাউনৌরুইএ। চিত্রাঙ্গদা মহাক অসিসুঙ নাউরা মকারকভৈদা পম্ছৌ গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগী মীচৈ অরাম্বনা লাইরেন গুম্ভীরণী হকচাউববু ওইয়ো হায়না পাওমেনখোনগী মমোম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা রাকচ্চয়ে। হে পম্ছৌ ইপা গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেন-ও মীচৈ হনফদবা অসিবু মতম কয়ামরুম্ব কুইমা লাননংও হায়বনো অসুম য়াথং ভক্তি তৌনা পাউ হংজবদা পম্ছৌ গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেন্না পাউখুমখিয়ে। হে ইমোম নীংথিবী নঙবু পাণ্ডু পাংগনবা মপারি ধনঞ্জয় তেনহৈবগা মুহোং নাক্তা থানা তিন্নববু খোকলবদা মীচৈ ঐগী অরাম্ববু কোকভৈনে। অসুম পাওমেন্নরিভৈদা অর্জ্জুন তেনহৈবসুঙ তীর্থ যাত্রা চৎপদগী গন্ধর্ব্ব মরৈপাক্তা চঙখিববু থোকলুরবগী তন্না মীচৈ অরাম্ববু কোকনা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু—অর্জ্জুন তেনহৈবদা মরান মুহোং-খোঙদোংলে। মতম অসুম ওইবা অদুদা মপারি বভ্রুবাহন অকনববু ঔরস মচা ফুল্লম্মে। বভ্রুবাহন নিংথৌরেন অসিবু অর্জ্জুন পাংগনবগী মপারি তা আনে হায়না শংশঙ তাওনা খঙেঙা হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও। থৌরম অসুম তৌনা গর্ভ পীবুকনুংদা থমলমলবগা পার্থ লৌশিংবদি তীর্থ ফম্বীরেন্দা চৎখিরে।

---

পোকলুইএ। গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগী মমোম চিত্রাঙ্গদা—গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেন চিত্রভানুগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদা হায়না কৌবী। নাউরা মকারকভৈদা—অঙাং মথোক কাথৎলকপদা। পম্ছৌ—মপা। মীচৈ—শাপ। হকচাউববু—মখা চাউববু। রাকচ্চয়ে—হায়রজৈএ। পাউহংজবদা—হংজবদা। ইমোম—ইচানুপী। পাণ্ডু পাংগনবা মপারি—মপাংগন কল্লবা পাণ্ডু নিংথৌগী মচানিপা। ধনঞ্জয়—অর্জ্জুন। মরান মুহোং খোঙদোংলে—মুহোংলে।

মপারি তা আনে—মচানিপানে। শংশঙ তাওনা খঙেঙা—ভশেংনা খঙেঙা। পীবুকনুংদা—পুকনুংদা। অহেনবব—অথোইবব। নাউমৌরে—

চৎখি মতুং অতুদা বভ্রুবাহন অহেনববু নাউনৌরে। মরম অশিগী দমকনা উলুপী—তাংজা লীল্লা চহুসুঙ মচা মানা পোকপবু লৈতরবগী বভ্রুবাহন অহেনবনা পল্লেম চিত্রাঙ্গদা নাক্তা উলুপী লোম্নবীবু য়োকপী-ঙম্বা থোকলুরে। মণিপুর লৈপাক সুংঙাইবা অহুদা রারম তৌরক-পদি অসিনে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও।

অসাইঙৈগী কোবৌ নোং শগোল যজ্ঞ মণ্ডমশা অতুদি বভ্রুবাহন মরৈপাক্তা চঙখিরবদা অর্জ্জুন তেনহৈবমচিংনা লানমী ঙাইরোয়নরিবা খৈবিক্তি লৈপাক মতৌ উনা উনবী পূকনীং ঙক্লবদা অর্জ্জুন মাগা লোয়নরিবা হংস ধ্বজ নিংথৌবেন্দা পাউহংখিযে। লৈপাক সুংঙাইবা অসিগী দেশ মমিংথোংবু কবি কৌবনো? লৈবাক মতৌ অসিগুম্ববু কদৌনোং উথোক্তরিযে। মফম য়েংশিনখিবা খৈবিকপু নীংথি পূকনীং হুয়ে। লৈপাক সুংঙাইবা অসিদা নিংথৌ লৈমাববু ওইরিবসুঙ কনানো হায়না পাউহংলবদা হংস ধ্বজ নিংথৌবেন্না পাউথুমখিয়ে। হে পার্থ অথোইবা-ও লৈপাক মমিংথোংদি মণিপুর-ও হায়না কৌএ। নিংথৌ কোলোয় মমিংথোংদি বভ্রুবাহন-ও হায়না মিংথোংএ। পাংগন মথোকলকপা লৌশিং মকাবকপবু ওইরিএ। নিংথৌ মঙান চাউএ। পাংগন মপা লৈতে, পীক্সা কনা পাম্মুদে। পীনা হনয়েংদনা থরায় লানকোনহৈএ। লীশূ তেনশূ, লীকাপ তেনকাপ খৈবিক্তা পানকনু মীথক থোংএ। লানফম অরাম্বদসুঙ শিব নোংপোক মহাদেবগী চীংঙ্ মহকসাংগুম্মে। নিংথৌ মমান্নবা খৈবিকনা লানফম মাগী মায়য়োক য়াঙমদে। লাংহৈ কুমগী থৃদিং নিংথৌ মথোঙচীম্দা সনা কাংপোং

পোকলে। তাংজা লিল্লা চহুসুঙ—লিন নিংঙোনহু। য়োকপীঙম্বা—য়োক-লম্বা। কোরৌ নোং শগোল—শগোল। মণ্ডম শা—যজ্ঞগী শগোল। ঙাইরোয়নরিবা—লোয়নরিবা। পাউহংখিয়ে—বা হংখিয়ে। মমিংথোংবু—কৌনবা মিংবু। কদৌনোং—করিগুম্বা মতমদা। লৈমাববু—নিংথৌবু।

পার্থ—অর্জ্জুন। কোল্লোয়—মিং। মিংথোংএ—মমিং থোক্লে। শিব—মহাদেব। চীংঙ্—লাই। লাংহৈ—চহী, কুম। পুকমনয়ে—থুকময়ে।

লীশিং লীশিং ওনা লোইহা পুরুমনয়ে। মনাইসু পথি যজ্ঞ কাত্তিং হায়না মিংথোংবা সেনাপতি লানচিংবা অহুমদংবু লৈত্রে। পাংগল মতীক হায়ওমদে। রারম অসিগী দমকপু অসি কোরৌ হুমিংমগী হুয়েন লান শেকনগে তৌবা অসিবু পূকনীং চিংনা পোকএ। মাঙ্গে করি ওইববু থোকলগবনো। রারম খণ্ডলু ঙমদরে। কোরৌ নোং শগোল অহুবু বভ্রুবাহন নিংথৌরেন্না ফাঙমলবদি যজ্ঞ মণ্ডমথৌবু কায়রগবরা খণ্ডদে। যজ্ঞ অমরক হৌনা লাঙখৎঙমলরোইবরা নীং-খল্লে। অসুম পাওমেন্নরিঙৈদা মতম খঙলৌ ঙমদনা হেম্বা লোইবী ক্কাক অমগা পোনবী লাঙত্থামাগা শগন তুম্ফাং ফূনা পাইশিল্লকলবগী অর্জ্জুন তেনহৈবগী সনা লুহুপতোন্দা তোংলরে। লানমী মীয়াম চংলিবা থৈবিক্তি মতৌ অহুবু চেংলৌ মিংথিংলবা মতুংদা অর্জ্জুন লীরুং মখূৎশূ গাণ্ডিব য়াইওইবসুঙ লীরুং মঙান মকএ। লানমী পূন্নমক্কী পায়মা নিংদোন থুকনা চোংএ। থৌরম মতৌ ফত্তবা অমঙ্গল য়াইথী খূৎতম অসুম্বা অহুবু চেংলৌ মিংথিংলবদা উনবী পূকনীং ঙকনা নীংথন্নরিঙৈদা বভ্রুবাহন মিংথৌরেনগী খোঙলোয় থৌশী মীনা কোরৌ নোং শগোল অহুবু শমু খূত্তা থূমনা ফারবগা নিংথৌ সনা মখোঙখান্দা পুশিনখিরে বভ্রুবাহন নিংথৌরেন্দি সভা মীয়াম তিন্না ফমফম ঙম্বদা খোঙলোয় মখূৎ লোন্না রাকৎখিয়ে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও যজ্ঞ মণ্ডমশা কোরৌ নোং শগোল নীংথিবা অমত্তংবু নিংথৌ—নথোঙজীন্দা চঙলকএ। শগোল মরাইবক্তা চোইনৌ সনা মপাক তোপএ। সনা মপাক থন্না চীংঙ লাইরিক ইরিবদি হস্তিনা লৈপাক হুংঙাইবদা সনা

অসি—ঙসি। হুয়েন—লান। কোরৌ নোং শগোল—শগোল। নীংখল্লে—খাখল খল্লে। হেম্বা লোইবী—ক্কাক। পোনবী উচেক। লাঙত্থা—লাঙজা।

চেংলৌ-মিংথিংলবা—উম্নবা। পায়মা নিংদোন থুকনা চোংএ—মিং-দোন থঙ্‌, খঙ চোংজে। য়াইথী খূৎতম—অমঙ্গলগী থূদম। উনবী—পূকনীং। খোঙলোয় থৌশী মী—দূত। ফমফম ঙম্বদা—ফমহ্নবা নৈবরম্বদা। মঙ্মশা—যজ্ঞগী

লৈকোয়কম্বা ধৰ্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেন্না বংশ শাগৈ হাৎপগী পাপ অন্নয়বু কোক্লবা ধৰ্ম্মরাজ নিংথৌরেন মহাক্তি ব্রত তরা চাকা হেন্না লৈহৌয়ে। যজ্ঞ মণ্ডমশা অতুদি ধনঞ্জয় অকনববু লাংগোই মতুং ইন্না ঙাকহনখিবনে। পাংগন নথৌ লৈরবদি লাংগোই অরাক তমনা ফাঙম্মো। পাংগন্ন নথৌ লৈতববু ওইহিকলবদি লোইহা পুরুমপোৎ মহাকপু পুংবুরেন্ন থেনমায়লাংনা ঙাইখমচঙমণ্ড হায়না রাকৎপবু না তারবদা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনদি হুরাউ মথোই তোংনা নীংখনখিয়ে। মতম নোংশাং কুইনা চেংলৌ শক উদরিবা পাংগন মরমচৎসুঙ তাদরিবা, পনথৌ ঐবু পোকপগী মতীক অরুবা মহাকপু হন্থক মতম অসিদা পনথৌ মাঙদা থান খঙজরবঙেনে। চীংঙু ঐগী লাইবক ফবনা থোকলরে। চীংঙু নোংদম মথৌজান্না পুশিনবিরকপা অতুনে হায়না নীংখঙ্গরবগা বভ্রু-বাহন নিংথৌরেন্দি হবাউ পুকনীং চৈরোয়ননা মায়থোং মঙান নাইনা সভা লেংনা তিনবদা পাওমেল্লকএ। হে সভা অথোইবা-শিংও। ধৰ্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনগী মশানৌ অৰ্জ্জুন তেনহৈবা অসিবু বভ্রুবাহন কৌবা ঐগী পনথৌ শাৎমাবনে, পলেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগীদি স্বামী মপুরোইবনে। ইম্বু গন্ধৰ্ব্ব নিংথৌরেনগীদি মাকলৌরেম, তা আনে হায়ববু ত্রিজগৎ মরোন অহুম্মকনা শংশঙ তাঙনা খঙলিবা নত্তবন্না? মরম অস্তুম ওইবা পস্থৌ ঐবু পোকপা মতম নোংশাং কুইনা উদরববু লারকএ হায়না নাঙাবা অসিবু মঙ্গল য়াইফববু লেপনা ওইরে হায়ববু

শগোল। চোইনৌ—সনা। সনা লৈকোয় কম্বা—নিংথৌ ওইবা। বংশ—(সং) শাগৈ। লৈরোরে—লৈহৌয়ে। লাংগোই—শগোল।

লোইহা পুরুমপোৎ—মায়োক থাকম য়ানবা অথেনপোৎ। পুংবুরেন্ন থেনমায়লাংনা—মংশ মপৈ পৈতনা। নোংশাংকুইনা—সুমিৎ মশীং য়ামনা। পনথৌ—ইপা। নোংদম—লাইনা তম্বা। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। মায়থোং মঙান নাইনা—মায়থোং মকা লামনা। পনথৌ শাৎমাবা—ইপা অপোকপা। স্বামী—(সং) মপুরোইবা। ইম্বু—ইবুথৌ। মাকলৌরেম—মক্কাক নিপা। ত্রিজগৎ—ময়োন অহুম। লারকএ—লাকএ।

পায়মা ঐগী ঊনগোয়মুংদা চেৎনা নীংখঞ্জরে। হে খোইমোম নোংদম্বা-ও দয়া নথৌজান্দগী ইপা ধনঞ্জয় তানফংদরবব নিংথৌ ইরৈপাক্তা মপারি ঐগী থৌজান মাঙদা থানা পুশিনবিরকএ হায়না পিরেম ঈক্ম তাউ, মিৎকোয় লাইজা মরাঙ হৌনা মপা মুংশি মৈনা থমোয় লকামুংদা মুংশি মৈচাক ফংলবগী পিরেম ঈচেন চৈরোয়ননা পাওমেল্লকএ। হে পাত্র লৈপাক কোইবা-শিংও থৌরম নঙখোয়বু ময়েক ফংনা শানথং-হল্লবনে। থৌরম ইখোয়বু করম ওইনা য়েল্লাংঙমদমশে হায়বনো পনথৌ ঐবু পোকপনে হায়ববু খঙদবগী কোরৌ নোং শগোল্দি লাংগোই অরাক তমনা ফারুরে। রারম মতৌ অসিবু না তাখিরবদি মচা মানা পোকপনে হায়ববু শানখঙদবগী য়াইবী কনহৌ নীকপবু থোকলগনে। ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবগী লানশোক মায়য়োক রাবু মাঙহন্নিংবগী পাওমেন রাদি নত্তে। পন্থৌ ঐবু পোকপনে হায়ববু শংশঙ খঙলবদা করম হুয়েন লানশোকনশি হায়বনো হায়না পাও-মেনববু না তারবদা সুবুদ্ধি পায়মা লৌশিং থোইবনা পাউখুমলকএ। হে নিংথৌ অথোইবা নঙবু পাণ্ডব শাগৈরেন্দা নাউনৌরকএ হায়রিবা অসিবু রারম অতাঙবা মহাকনে। থৌরম খল্লুঙাইবু লৈতরে। মমাঙ শংশঙবদা যজ্ঞ মঙমশাবু কৎলুরসে রারম খঙলু ঙমদবনা কোরৌ নোং শগোলবু ফারকলিবা অসিমুঙ তাইবঙ নোংসাপানগী হৌনা লমতাংসাং মহাকনে। হে নিংথৌ লৈমাবা-ও পূকনীং চিংনরাবু লৈরগুনো।

---

পিরেম ঈক্ম তাউ মিৎকোয় লাইজা মরাঙ হৌনা—মিত্তা মপি ঈরা চেন্না। লকা—থম্মোয়, থজীন। পিরেম ঈচেন চৈরোয়ননা—মপিগা লোয়-ননা, মমিৎতা মপি তানা। লৈপাক কোইবশিংও—লৈবাক্কী অঙম্বা। ময়েক ফংনা শান-থংহল্লবনে—ঙরং ঙরংনা থঙহল্লবনি। য়েল্লাং ঙমদমসে হায়বনো—করমনা থৌরাং তৌশি হায়বগে। লাংগোই—শগোল। শান-খঙদবগী—খঙদহুনা। য়াইবী কনহৌনীকপবু—থন্নায় শোকনা শাউবা। হুয়েন—লান। নাউনৌরকএ—পোকলকএ।

তাইবঙ নোংসাপান—সংসারগী। লৈমাবা—নিংথৌ। নঙজা-য়ায়ৌ-

ধনঞ্জয় অকনবনা লঙজা রারৌবিঙমলোই। চীংঙু গোবিন্দ থোই-খোইবগী লোয়না মপাতাউনে, নমু মীমচঙ্গু নত্তে। পম্বৌ নপা পোকমাবা অসিদি তাইবঙ নমু পোংওইববক্তগী চীংঙু নারায়ণ মহকসাংগুম্মে হায়না পাওমেন্নরিবা অহুনে। অর্জ্জুন মতীক অরুববু রারম মখৈ ফংনা কনা হাবঙমশিবনো। ঙাকপি থৌজান হৈবা, পাংগন মপা তামনা ইন্দ্রি খূতুম চনবসুঙ পার্থ মাগা মান্নববু পূমনা লৈতে। খাম্বী মৈতান অরাববু লৈবাং পান্দম্নবিবা অহুনে। শ্রীমধু-সূদন লাইমরুগী লোয়না মপাতাউ ভক্ত অর্জ্জুন অথোইবা অহুনা পুকনীং রারৌথৌদি তৌবীঙমলোই। ভক্ত মীওই চঙখোনবশিংগীদি ভক্তি বেদ অচীকপবু তৌনা পুরুমজবদা থৌজান লৌবী মহৌশানে। ঈশ্বর মপুরেন মহাক্লবু মনাই ভক্ত লৌশিংবশিংবুদি ফত্তা মায়থী নংহন্দে। মচা মানা পোকপগী লঙজা অয়োনবদি পনথৌ ঈহুনবিবা মপানা ফত্তা রারৌ লিংচেনসুঙ হৌনদে। যজ্ঞ মঙমশা কোরৌ নোং শগোল অহুহুম লোইনা চান্না পূমনা খোম্ য়াওরা লনয়াম পু, ব্রাহ্মণ পুরিং য়াওনা কৎলুবসে। থৌবম অসি মতুংদা পার্থ অর্জ্জুন অকনববু মণিপুর লৈপাক অসিদা সিংহাসন পোৎলোই কৎনা নিংথৌ লৈকোয় ফম্ববু ওইহল্লম্মো। নিংথৌ নথোকলকপা নঙদি লাংগোই শগোল ঙাকপদা পনথৌ নপা মহুৎশিন্না লৈপাক অতাম্বদা চৎচেমও হায়না পাওমেনববু না তারবদা বভ্রুবাহন নিংথৌবেন্দি চেংলৌ মাযথোংপান্না মণিপুর (সুবুদ্ধি) লৈপাক কোইবা অহুবু লৌশিং মতীক থাগৎখিএ।

---

বিঙমলোই—দোষ তৌবিয়ম্মোই। লোয়না মপাতাউ—মরূপ। নমু মীমচঙ্গু—অচম্বা মীবু। নমু পোংওইবরক্তগী—মী ময়ামগী মরক্তগী। পাংগন মপা তামনা—কনবদা লাম্বা লৈতনা। মধুসূদন—শ্রীকৃষ্ণ। লঙজা—অয়োন অমান। পম্বৌ ঈহুনবিবা—মরূ হুনবিবা ঈশা। য়াওরা—লন, শেন।

লৈকোয় ফম্বা—ময়ায় ফেম্বা, নিংথৌ। নথোকলকপা—মথোক কাবৎ-লকলিবা। অতাম্বদা—অরাপ্পদা, অথাপ্পদা। চেংলৌ মাযথোং পান্না—মাযথোং মঙ্গা লামনা। লৈপাক কোইবা—লৈবাকী অঙখা। প্রনাউয়োক—

18678



হে পাত্র লৈপাক কোইবা-ও নঙদি সাধু মীওই চঙখোনবা, গুণ মতীক লৈবা মহাকনে। অসুম থৌজান থাগৎপিরগা ব্রাহ্মণ পুরিং মনাউ-য়োকসুঙ চীঞ্জাক থুমখোইবা, তাউজীং হাউখোইবা খৈবিকসুঙ শানশেমলবগা লৈপাক হৌনা মবমচৎকী শামী লান্মী শগোল শামু তুলাই শাকোক তোংবা পূমনা চৎ, পুং পেরে খোঞ্জেন মনিন নাই, চতুরঙ্গ তেংগোন মঙান চাউনা লাবকলবদা পনথৌ মপা পার্থ তেনহৈব-রমগীদি অর্জ্জুন পাংগনবা মহাক্না পদ্মবূ্যহ থম্বাল মশক শানা পল্লেন চাউকোই শেম্বা তেংগোন লানশোকফম্বু লিংখৎঙম্মে। তেংগোন ফম্বী মাঙদা পানকন্ মথোবলকপা কামদেব, সাইত্যকী কৃর্তশঙ্ক, প্রবীব, নীলধ্বজ—হংস ধ্বজ, অনুসান, যৌবনাশ্ব, বৃষকেতু পাণ্ডব যাদব শাগৈ পুমনমক্কী অবন অয়িংচেং অসি খৈবিবনা লানফম মাঙওকয়ানা ঙাইখম ঙম্বদা বভ্রুবাহন লৌশিংবনা লানমী মনিন নাইনা চঙখিববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী উনবী পুকনীং ঙকনা নীংখনঙম্মে। অর্জ্জুন তেনহৈবগী চেংলৌ শকপানথোং, মতৌ মরমচৎ, মচু মমেন, খোঙথাং খুথাং, ঙকশম লুবেন-তা, থবাক লেংকনলম, ফৈবোম তানপুম লম, পুম্নমা মহাকপু অর্জ্জুন তেনহৈবগা হেন্নদে। লমদম থাপনা লৈরম্বদগী লানফম মাযয়োক নকচিল্লবলে। বভ্রুবাহন অথৌবদো তুলাই মখুনেৎতগী মালেম লৈদা কুমনা পনথৌ মপা পার্থ অকনববু পুরুমলবগা যজ্ঞ মণ্ডমশানচিংনা য়াওরা লনয়াম পুম্নমা চীঞ্জাক হাউ-খোই থুমখোইবা খৈবিকপু বৎনা পুকমলে। নিংথৌ মাগা ঙাইরোয়-নরকপা পুরোহিত মনাউয়োক্সুঙ অর্জ্জুন মাঙদা লেপনা আশীর্ব্বাদ

---

—পুরোহিত। তাউজীং—হৈ। শানশেমলকপা—শেমলগা। লাবকলবদা—লাকলবদা। পদ্ম—(সং) থম্বাল।

ঙাইখম ঙম্বা—ঙাইতনা লৈরম্বা। চেংলৌ মিৎথিৎলবগী—উরবগী। নীংখনঙম্মে—খল্লম্মে। চেংলৌ শকপানথোং—মশক মতৌ। লুবেন-তা—কোকতা লাকতা। হেন্নদে—মান্নে। মালেম লৈদা—লৈপাক্তা। পুরুম-লবগা—থুরুমলগা। ঙাইরোয়নরকপা—লোয়নরকপা।

য়াথং লৈশি লৈথোম্নরে। বভ্রুবাহন মথোকলকপনা অনৌবা চৈরৈ ঙক্তা য়েং, মুংশি মতৌ উৎ দণ্ডবৎ প্রণাম তৌনা পুরুমলবগা পনথৌ মাবু পোকপগী খুয়া উংফুন লৌনা তাংজা লুরেন তোন্দা হাপ চেংলৌ মমিং অনীমক্তা পিরেম ঈচেন্ননা মতম নোংশাং কুইনা চেংলৌ শক উদরবা পার্থ অকনবদা মুংশি হীকহাই সংনা য়েং, য়াথং মচেৎ থি, কোল্লোয় অমেঙখন্ ভক্তি মুংওন চৈরোয়ননা রা কচ্চয়ে। হে পম্খৌ ইপা ইবুংঙো লাইজা ঈহুনবিবা-ও বভ্রুবাহন কৌবা ঐবু নচা নঙনা পোকপা নপারি তা আনে। পলেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগী গর্ভ ইমুং-শিনয়োমমুংগী নাউনৌএ। তাংজা লিল্লা চহু উলুপী লৌশিংবীগা পলেম ইমা অনীমানা নপাবি ঐবু নাউয়োকপিরিবা অহুনে। পনথৌ নঙগী যজ্ঞ মঙম শানে হায়ববু খঙদবগী খোঙলোয় ঐগী থৌশী মীনা লাংগোই খুৎথুম চন্না ফাজিল্লুরে। লাংগোই মরাইবক্কী চাংঙু লাইরিক য়েংবদা পনথৌ নমিংথোং অথোইবগা রারম ঙমফদবা খৈবিকপু চাংঙু লাই-রিক মুংদা লৈঙম্ববু না তারবগী রারম শংশঙ খঙজরবনীগিনা য়াওরা লনয়াম পু— চৌঙ্গাক মরোন য়ামনা কোরৌ নোং শগোল মহাক্কা পনথৌ নখোঙ খাদা কচ্চরবা অহুনে। হৌজিক মতম অসিদদি হে পনথৌ ইপা ইবুংঙো যাইফা মিংচৎ থোইবা-ও নঙনা নিংথৌ নপারি ঐগী সিংহাসন ইফমলেন অসিদা ফমনা সনা লৈপাক ঙাকপীঙম্মো বভ্রুবাহন নপারি ঐাদ পনথৌ নহুৎ শিন্না লাংগোই শগোল ঙাকপদা চৎচরুগে হায়না হন্না হন্না পুরুমজরে। অশুম পুরুমজরবা মহাকতুবু ধনঞ্জয় পাংগনবদি কোলোয় ময়াথংবু না তারবদা মুংশি পূকনীং চঙবর

---

চৈরৈ ঙক্তা য়েং—মঙক্তা মফি য়েত্তনা। তাংজা লুরেনতোন্দা--মকোক মথক্তা। পিরেম ঈচেন্ননা—মমিত্তা মাপ ঈবা চেন্না। নোংশাং কুইনা—মুমিৎ য়াম্না।

মুংওন চৈরোয়ননা—মপূকনীং মুংশিনা। লাইজা ঈহুনবীবা—মরু হুন-বিবা, গর্ভ শীবিবা। নপারি—নচা নিপা। পলেম—ইমা। অহেনবী—অথোইবী। ইমুংশিনয়োমমুংগী—গর্ভদগী, মপুক্তগী। নাউনৌএ—পোকএ। তাংজা লিল্লা—লিন। চহু—নিঙ্গোন। নাউয়োকপিবা—য়োকপিবা। মঙম-

হায়দষম্নুঙ চেংলৌ মিংচিতোগ্নম্নুঙ য়েংবীরুদে। অম্নুম অর্জ্জুন মতৌ অকনববু মিংয়েং শানখৈরবগী নমু পোং ওইবা পূমনমক্তি উনবী পূকনীং ঙকনা হুংপঙইরৈচন্নরে। পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবনা অম্নুম থৌজ্ঞান লৌবিদ্রবা মহাক্নবু মপারি পাংগন মথোকলকপদদি পনথৌ মাবু পোকপনে হায়ববু শংশঙ তাঙনা খঙজরবগী ভক্তি মরমচংপু থাদোক্তনা মতৌজরবগী নমু মীয়ামপানখৈবিকনা অর্জ্জুন তেনহৈবা অসিবু মতৌ করিগীনো ওস্থোকএ। চেংলৌ মাগী শকপানথোং মতৌ মরমচংপু পূমনা মানবা বভ্রুবাহন কৌবা অম্নুম্ববু কবিগী খৌজ্ঞান লৌবিস্রবনো তাইবঙ নমু পোংওইবরক্তগী থোইথোকপা মীওই কনাগা মান্নদবা অসিবু থোয়মা নম্মুক্রনা য়েংবিদে। ভক্তি মরমচং অসিম্নুঙ খোইমোম লেংনতিনবা মহাক্নবু হুংঙাই পূকনীং পেনবিবিঙৈনে হায়না অম্নুম পাউশোন্নয়ে। অর্জ্জুন মপারি বভ্রুবাহন লৌশিংবদি অনৌ অনৌ কোল্লোয় অমেঙ থিনা হায়জখিযে। হে পনথৌ ইপা ইবুংঙো লাইজ্ঞা ঈহুনবিবা-ও নিংথৌ নপানি ঐবু পলেম ইমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা পায়মা উনগোয়ন্নুংগী নাউনোবা অর্জ্জুন নপারি তা আনে। লহান নোং পনথৌ শাৎমাবা নঙনা তীর্থ যাত্রা চৎঙৈদা পলেম চিত্রাঙ্গদা-অহেনবীবু হুহোঙনাক্তা থারিঙৈ বীর্য্য মরু হুন্না পলেম ইন্নুংশিনয়োম-হুংদা থমলম্ববু পুকনীং করম থোকাউরবনো হায়না হন্না হন্না রাহমজবা বভ্রুবাহন অথোইবগী ভক্তি য়াথং অমেঙবা মতৌ অহেনবা অত্নবু হুংশি য়েংঙমদরবগী শ্রীকৃষ্ণ মপারি কামদেব লৌশিংবনা য়াথং চৈরৎ লৈতনা

---

শা—যজ্ঞগী শগো'ন। শাংগোই—শগোন। লৈঙবা—লৈরবা। ম্নাওবা—মন। ইকমলেন—ঐহাক্কী কমকম, ঐগী সিংহাসন। পুকমজয়ে—খুক্রমজয়ে। মিংয়েং শানখৈরবগী—উরবগী।

নমু পোং ওইবা—মীওইবা। হুংপঙ ইরৈচন্নরে—তৌকম থঙদনা লৈনরে। পাংগন মথোকলকপদি—নাহা ঊ খেগৎলকলিবদি, মথোক কাখৎ-লকপদি। চেংলৌ মাগী শকপানথোং—মথক মতৌ। নমু পোং ওইবরক্তগী—মী ম্নরক্তগী। খোইমোম লেংনতিনবা—লাইরাগ্ন লতা। পায়মা উনগোইগী

পাওমেল্লকএ। হে পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবা-ও নঙগী নত্তৌ নবমচংপু শংশঙ লেপনা মানবা থমোয থোইনা পূফনীং কনবা পূন্য হকসাং ওই-নবা অসুম্ববু কনা উথোকতবিযে। ধর্ম্ম শাস্ত্র পূন্নমকপু শুনা খঙলিবা নঙনদি যাওরা লোন খঙদবিবা অঙাং মবমচংকুম তৌবিবা অসিবু মত্তৌ করিগীনো? শ্রীমন্ত লন মরু মহাকনা তিল্লবা পুত্র হকসাং ওইনা মত্তৌ মরমচংপু থোইনা মেঙবা অসিবু অর্জ্জুন নপাবিবু ওইববদি চীংঙু নঙগী লাইবক ফববু লেপনা ওইরে। পৃকনীং কবি নীংলিবগী নচা নঙনা পোকপা মহাকপু থৌচান শোবীগনা লৈবিবা অসিবু মবম কবিগীদমক-নো হাযনা পাওমেনববু অর্জ্জুন তেনহৈবনা না তাবনগী পূকনীং কঞ্জাউ থোইনা পাউথূমলকএ। হে কামদেব কৌবা-ও নঙনা বারম খঙফাং-মন্দনা অর্জ্জুন ঐবু যাথং ঙংহংননা পাওমেলিগা অসিবু কবিহিকনো হাযনা কঞ্জ উ মখৈ ফংনা হৌধংলবগা বভ্রুবাহন লৌশিংবগী তাংজা লুবেনতোন্দা কন্থী মখৈ ফংনা অর্জ্জুন শমু খোঙনা কাওবে। থৌবম অসুম ওইনবা মগাক্তবু কঞ্জাউ মৈবা তেম্বীদনা পার্থ মহকসাংবু পূমনা নীকএ। মমিং কোনী হো, মুখ মখা চীকনা পাওমেল্লকএ। বভ্রুবাহন নঙবু অর্জ্জুন ঐগী ইপাবি হা আনে হাযনা পাওমেল্লিবা অসিবু রাবম করিদগীনো? নঙগী পলেম নমা পোকমাবী শতুসুঙ বিদ্যাধরী বেশ্যা-শীংলেন তাইজবী নটীনী হামপোক্তপীনে। অর্জ্জুন ঐগী ইপাবিদি অভিমন্যু কৌএ হাযববু ত্রিভূবন মনোন অহুম্মকনা তাঙনা শংশঙ খঙলিবা অহনে। শ্রীকৃষ্ণ লাই মকগী মাকলৌবেম তা আনে। সুভদ্রা

---

সুংদগী – ম ঙ্গী, গর্ভদগী। নহান নোং—অহুৰৈ, মমাঙৈডদা। শাংমাবা—অপোকপা। খোকাউরবনো—নীংশিংঙ্রবনো, কাউরবনো। হাইমজবা—বা হায়জবা। শ্রীকৃষ্ণ মপাবি- শ্রীকৃষ্ণগী মচা নিপা।

যাওরা – খোঙ্জেন। চীংঙু লাইবক ফবা—লাইবক ফবা। পাওমেনবা—হায়বা। বারম খঙফাং মান্দনা—মরোন যুন্না খঙদনা। কবিহিকনো—কবি মরমগীনো। তাংজা লুরেনতোন্দা -মকোক্তা। মুখ (সং) মচীন। পলেম নমা পোকমাবী—নঙবু পোকপা নমা। শীংলেন তাইজবী নটীনী– ওক্তবী নুপী।

পায়মা লিনকোয়গী অভিমন্যু ইপারি অত্তুদি অর্জ্জুন ঐগী পাঙ্গল ইতীক হেনথোইএ। লানফম অরাম্বদা পাঙ্গন মপা লৈতে, লানশোক মরম-চৎপু থোইনা চাংখ্রল্লে। পল্লেম পল্হৌ অনীমক্তা ভক্তি থৌখন হৈত্রে। ত্তকসাং পাঙ্গন কনথোইবা অত্তব পাণ্ডব পুন্নমক্কা যুবরাজ অহনবনে। শাখৈ লেংনা তিনবরক্তা প্রদীপ থাউমৈ ওইনৈএ, মায়থোং মঙান নাইএ। পাংগন মপা তাম্বস্তঙ পৃমনা লৈতে। লানফম তমথীবদা কালমর্ত্তি শংশঙবা মওইরবা ইপারি অভিমন্যু অকননা অত্তবু দুর্য্যোধন ফত্তবা থৌইনশিনগী ভরদ্বাজ মুনিরেনগী মপারি দ্রোণ গুরু মথৌরাঙনা চক্রব্যূহ তেংগোন অকোযনবু শেমলবদা জযদ্রথ অকননবু তেংগোন পনজীন থংনা ঙাকহল্লে। অন্যায় ব্রযেল নত্তবনা তেংগোন ফম্বীন্নুং অত্তদা বথ তলাই তেংবা তব্বকতংনা প্রাণ থরায় হাৎনা নোংমনহল্লে। ইপারি অভিমন্যু কৌবা অত্তবু ন্নুংশি কাউঙমদবগী থমোয় মৈচাক থোইবত্তম ইন্নুংশোয়বা কাউঙমদা নোংথিনচুপ্পা রানিন্দবগী ন্নুংশি মৈচাক মুৎঙমদনা মবৈরিবা অত্তনে। অভিমন্যু ইপারি অহবু লৈতরবগী বেশ্যা শীংলেন তাইজবীগী মপারি নঙনা রারম মপা থোক্তনা পাওমেল্লিবা অসিবু মরম করিদগীনো? অর্জ্জুন ঐগা হুয়েন লান শোক্কগে তৌববু পূকনীং শোংকি চঙলবগী তৌশীক রাবু মাল্লে। ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অচেৎপদা থোয়মা নম্মুকননা পূকনীং অকি চঙবনা ঙমজরবগী অর্জ্জুন পাংগনবা ঐঙোন্দা স্মরণ নীংশিংজববু ওইরবরা হায়না সব্যসাচী অর্জ্জুন তেন-হৈবনা বভ্রুবাহন পাংগন মথোকললকপবু থৌজান নম্মুকননা ইম্বোকলবদা নম্মু মীওইবা খৈবিকনা হা হা মতৌ করিগীনো হায়না য়াওরা খোঞ্জেন রাংনা শোনমোইনখিএ। অস্তুম কোল্লোয় পাওমেনবা অর্জ্জুন য়াথং

মাকলোয়েম মঙ্গাক নিপা। শাখৈ লেংনা তিনবরক্তা—শাগৈ ময়াম-গী মঙ্গুংদা। প্রদীপ—(সং) থাউমৈ। পাংগন মপা তাম্বা—মপাংগন কনবদা পাখিনবা লৈতবা। পনজীং থংনা—মযাঙ ওইনা। অন্যায়—চুমদবা। নোংমনহল্লে—শিহল্লে। ইন্নুংশোয়বা—অহিং নোংশোয়বা।

স্মরণ—(সং) নীংশিংবা। শোনমোইনখিএ—মুক্রম মুক্রম শোয়খি।

ইঙ্খোক য়া অরেপ্পা অহুবু না তারবদা বভ্রুবাহন মথোক লকপদি কঞ্জাউ ময়াই কা য়াথং চৈরং লৈতনা পাওমেল্লকলে। হে অর্জ্জুন তেনহৈবা-ও নঙবু পনথৌ ঐগী পোকমাবনে হায়না শংশঙ তাঙনা খঙলবগী বভ্রুবাহন কৌবা ঐনা য়ারম ময়েক ফংনা হায়জববু হোয় য়াবিদে। সভা মীয়াম মাঙদতুম অপমান মায়থী য়াবু নমু মীমাঙ শেমনা পাওমেনঙম্মে। হে পঙ্খৌ লাইজা ঈহুনবা কোল্লোয মিংচং থোইবা-ও নঙনা য়াথং চৈহৎপা কোল্লোয় য়াকহৎপা, থৌজান লৌবিদনা ঈনখোকপা তাংজা ঐগী লুরেন তোম্দা শমু খোঙনা কাওরবসুঙ পূকনীং অরা লৈরুদে। পঙ্খৌ লাইজ' ঈহুনবগী পাদ শমু মখোঙফাংবু ফংজরবদি মচা মানা পোকপ-শিংগীদি চীংঙু থোইনা লাইবকফব। অদ্রুনে। পনথৌ মপা শাৎমাবদা য়াথং ভক্তি তৌনা নোঞ্জবসুঙ হৌনা লমতাংশাং অরেপ্পনে। পঙ্খৌ মপা শাৎমাবগী খয়া উংফুনলেনবু হেন্না মচা মানা পোকপগী ওইজা লন মরুদি অমা তৈনা লৈবিরোই যমুনা উফুনলেন মহাকপু তেনথোইবনে হায়না নীংখঞ্জরে। বারম মতৌ অমদি গঙ্গা লাইজা ঈরিকলাই মহাকপু শ্রীগুরু পরমাত্ম মশক অবেপ্পগী চরণামৃত অগুম্বনা হেনথোইবা নত্তববা' য়াবম অসিগী দমকনা পনথৌ নঙগী খোঙকাও উৎফুনলেনবু তানফংলবা অসিদা, নিংথৌ ঐগী চীংঙু লাইবক ফবনা থোকলয়ে। তৌইগুম নপারি নঙনা পোকপা ঐবু বেশ্যা হামবোইবীগী মপারিনে হায়না হন্না হন্না পাওমেল্লকপবু না তারবা অসিদা ঐগী পায়মা উনকোয়হুংদা পূকনীং অরা চঙববু খাঙচা-ঙমতরকলে। বভ্রুবাহন নপারি ঐনদি নপারি তা আনে মহায়জেঞ। পনথৌ নঙনা বেশ্যা হামবোইবীগী মপারিনে হায়না পাউ য়াবিদে। নচা নঙনা পোকপনে

---

কঞ্জাও -মিৎৌবা। চৈরং লৈতনা—অরেপ্পা লৈতনা। অপমান—ঈকাইবা নংবা। কোল্লোয় মিংচং থোইবা—মিং চাউনা চৎপা। পাদ—(সং) খোঙ। পঙ্খৌ—মপা। শাৎমাবা—মপা অপোকপা। নীংখঞ্জরে—খঞ্জয়ে। লাইজা ঈরিকলাই—ঈশিং মরিক।

তানফংলবা - ফংজরবা। তৌইগুম—তৌইগুমসুঙ। হামবোইবী—

হায়না হোয় য়াবিদবা অসিনা বভ্রুবাহন কৌবা ঐগী দোষ অয়োনববু পূমনা লৈতরে। হৌজিক মতম অসিদদি হে গোষায় অথোইবা অর্জ্জুন তেনহৈবা-ও পানকন নঙগী নথৌ লৈবা মখৈবু তৌজরো। যজ্ঞ মণ্ডম শা অসিসুঙ শমু নঙগী নখুৎপাক্তা পীররোই নমাঙ শংশঙবদগী লাংগোই খুৎতা থুমনা পুরগে। নিংথৌ ইখুৎপাক্তগী কোরৌনোং শগোনবু মুনখিনবা পাঙ্গন নথৌ লৈরবদি শমু খুৎঙমথিনা লৌখিরো। বভ্রুবাহন ঐগী পাঙ্গন ইতীক য়েং, খুৎশূ অথৌ থন্না য়েল্লাং ঙমতমচরো। কোরৌ অসি হুমিৎমাদি বেশ্যা হামবোইবী মপারি ঐগী ইতীক পাংগন পম্হেং-খোন লানশোক মৈশা অরাম্ববু অর্জ্জুন তেনহৈবা নঙগী চেংলৌ নমিৎ থীৎনা খঙহল্লগে, থৌনা মখৈ ফংনা মতৌজবো। হৌজিক লানশোক অসিদা অর্জ্জুন চেংলৌ নমিৎ থীৎনা পূকনীং চিংনা রাপু উহল্লগে হায়না কোরৌ নোং শগোন অর্জ্জুন মাঙদা থানা কৎলবা মহাকপু লানমী মীয়ামলক্তগী খারঙহাইন্নু চেকনা পোনবী হামপোইচেক অপিশাশ্রিংবু চেকলা চঙনা লাকখিবগুম পাংগল অরাক তমনা মুনখিরে হায়দবরা? থৌরম অসি মতুংদা বভ্রুবাহন নিংথৌরেন মহাক্তি হুয়েন লানশোক-নগে হাযবগী মাগী সেনা লানচিংলেন লানমী মঙাইবোয় পূমনমকপু পাউ কৌখৎলে। জয় মুনিরেন্না রাহমখিয়ে হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও বিধি নোংদমখোন্না নোংদম ওয়ওইনবরা অসিবু লৌশিং কনা ককথৎ-ঙমসে হায়বনো? থায়না লহান নোং জাহ্নবী গঙ্গা লাইরৈমাগী য়াথং মীচৈ অরাম্ববু লৈঈগুম নোংদম ওয়ওইনবা ইরৈ চাউকোইন্নুংদা তারবা-ও হায়না মকৌএ। রারম অসিগীদমকনা অর্জ্জুন লৌশিং ইরৈনপূংগুম্বা মহাকপু থৌরম ওন্নতৈনবদা থৌরাং ওয়ওইনববু মথোক্ল-লরে। রারম অসুম ওইরিঙৈদা বভ্রুবাহন অকনবদি হুয়েন লান

---

ওক্তবী। পায়মা উনগোয়মুংদা—পুক্ত ংদা, পুক্লিংদা। খাঙচা ঙমতরকলে—খাঙহনা লৈবা ঙমলক্তরে। পাউ য়াবদে—হায়জবা য়াখিদে। অয়োনববু—অয়ালববু। যজ্ঞ মণ্ডম শা—যজ্ঞগী শগোন। কোরৌ অসি হুমিৎমাদি—ঙসি হুমিত্তদি। খারঙ হাইন্নু চেকনা—খুন্নু খয়ঙনা।

শোকনগে তৌবগী উনবী চৈনৎ লৈতনা তুলাই লেংতম তোংবা পাংগন মতীক লৈবা খৈবিকপু নিংথৌ মাঙদা থানা পাউ বৌশিল্লবগা মদাই-রেম সুবুদ্ধি কাত্তিক যজ্ঞ হুয়েন লানচিংলেন অহুম্মানা চিংনা লৈপাক পুমনা হুপ, লৈতেং পোৎলোই মশাং শুনা লাবকলে। নিংথৌ মাঙদা থানা লানমী মীয়াম ভিল্লবদা বভ্রুবাহন নিংথৌ অবনবমুঙ নায়ান চেংলৌ মিৎপু লং, খুৎচি পানেন হেন, তানচপ মঙান নাই, নপুর খোঙশি থোন, সনা মেখলা খাঙনপ তৈ, পুহান থাপা ওক্কোয হেন, মণিমুক্তা পবেং শি, চোযনৌ সনা পুমন, লুপ্পবু কবচ ফুবিৎ মঙান নাই, কিবিটি লুহুপ থক্তা ফাগুবি কোকুশেৎ মচি লাং, শকথোং মঙান নাইবদা সিন্দুর তোমথিন লৈযেক তৈ, চেংলৌ শকপান থোংবু নোংপোক চীং লুখুমগী লোইদাম থানিংথৌনা যাথোবলবকপগুম তুলাই মখুনেং চোযনৌ সনা লুপ্পদা মিযেংশেন পুমনা থাঙ্গা, হেবা মুক্তা মণি মনিক থিনবনা চেংলৌ মিৎপু লংবদা কোবৌ নোং শগোল জাৎ শাগে ফবা মবিদংবু তুলাই খোঙওইননা বভ্রুবাহন নিংথৌ পাংগন মথোক-লকপদি লানমী মবাঙ হোৌনা যাত্রা খোঙশাল্লকলে। সেনাপতি পরেং চৎ খোঙমী লানমা পূমনা হৌ শগোন শামু পবেং শানু মনিপুর যাংলৌ লমচাউ মনিন নাই, উৎফুল নোংলৈ হৌ, চামব কাঙহাই লমহাই নাই, চৈবৈ ফীবাল পবেং শা, মেইবুং থিনকাম খোং, রাংলেন মবাঙ হৌ, থাকথলোক পুংযাম যে, সকুবানকরা, তুসবি মুসরি তুমাতুমি হাযনা কৌবা রাংলেন পুংমিং যাম্বা অসি খৈবিকসুঙ পেরে শিঙ্গা, বেনু বীণা

---

খোবম অসি মতুংদা-খোদোক্ক অংগী মতুংদা। সেনা—(সং) লানমী। বিধি—নোংদম্বা। জাহ্নবী গঙ্গা। মদ হয়েন—মনাই। নায়ান—নাদা য়াম্নবা লৈতেং। নপুর—খোঙদা শিবা লৈতেং। চোয়নো—সনা। পানেন—খুৎলা। তানচপ—পাম্বোম কাবী, পাম্বোমদা শিনবা লৈতেং। তোমথিন—নাইতোম।

লোইদাম থা নিংথৌ—থাজা, থানা। চোয়নৌসনা লুপ্পদা—মরুপ্পদা। মিয়েংশেন—মিংশেন। যাত্রা খোঙশাল্লকলে—যাত্রা তৌরকলে।

শেনবুং কর্ত্তান মুরুলী মরম অসি খৈবিক্কী খোঞ্জেন মনিন নাইনা লোইদাম ইঙা থাগী কোরৌ নোংখাক খোনগুম্মে। ভাং অশৈ শকপনা অশৈ মুংওন শকএ। নর্ত্তন চুকোই শাবনা খোঙলৈ চুকোই শাই, বেদ লাইরিক হৈবা পুন্নমকনা য়াইফা খোঞ্জেন থোক, যুবতী মথোকলকপীশিংনা জুকার মনিন নাইনা খোং, পুষ্প লৈরিক নোংচুননা মনিপুর লমথোঙ খূদিংদা ঘট থাউমৈ মঙান নাই, কবোক মায়পান ফামনা চাইনা হুয়েন লানহৌরকলে। লানমী ঙাইরোইনরিবা খৈবিক্কা বলবন্ত পাংগন থোইবা, বৈষ্ণব চরিত্র লমচৎনবা মশেনবু ওইবগী হরি কোল্লোয় মমিংথোংবু রাংনা শোন, লৈপাক মনিন নাইনা ঈনথোকলকলে, লগন মতম ফবগী খেনলেন য়াইফ চৈরোয়ননা হুয়েন লানশোকফমগী তেংগোন ফমপী মাঙতা ন্নাইথুংলরে। থৌরম অস্সুম ওইরবা মহাক্তা পনথৌ মাবু পোকপগী ভক্তি থৌগন মরমচৎপু পূকনীং হনথোক লৈতনা তুলাই মখূনেৎতগী মালেম লৈদা কূম, হকুসাং লৈদা তুনা পুরুমলবগা তন্না তুলাই মখূনেৎতা তোংখৎলে। কর্ম্মক লীরুং মখূৎশূবু শমু খূৎতা পায়রবগা য়াঙরা মখোঞ্জেনবু লাউনা লাউনা কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে পার্থ অর্জ্জুন অথোইবা-ও রথ তুলাই নখূনেৎপু উনবী পুকনীং চেৎনা ঙাকচঙামও। অসি কোবৌ ন্নমিৎমাগী হুয়েন লানশোক অসিদা বভ্রুবাহন কৌবা ঐগী পুরুষ নিপা থোকপবু চেংলৌ নমিৎ থীৎনা উরঙেনে। পনথৌ ইপা পোকমাবনে হায়বগী কোরৌনোং শগোনবু কৎনা পুকস্বদা হোয় য়াবিদবনিগিনা ঐগী ইতৌ অয়োন-

---

সেনাপতি—লাক্সিংলেন। য়া'লৌ—লম্বৌ, লমঙাউ। চৈরৈ ফীরান ফিনা শেম্বা ফীরান। বাংলেন মরাঙ হৌ—পুং ময়াম য়ৈহুনা। শেনবুং তরেৎ খোয়দোঙবা। মুরুলী—বাঁশী। নোংখাক খোনগুম্মে—নোং খাকলকপগী মখোনগুম্মে। চুকোই—জগোয়। পুষ্প (সং)—লৈ। খেনলেন—অরুবা মতম।

ন্নাইথুংলরে—ন্নোয়রকলে, থুংলরে। মালেম লৈদা কূম—লৈপাক্তা কূমহুনা। লৈদা—লৈপাক্তা। পুরুষ (সং)—নিপা। পুকস্বদা—থব্বদা।

ববু পূমনা লৈতরবা অদুনে। হে গোষাই অথোইবা মঙবু থৌরম চিংনারাতা মতাহল্লগে। গাণ্ডীব লীরুং নথূৎশূবু লীরী থোক্লেন তিংখৎলো রায়রা তেনরাই ঙমহন্দনা অর্জুন নমাঙ শংশঙবদা চেংলৌ নমিৎ থীৎনা ককথৎকে। রারম মতৌ অসুম তৌনা বভ্রুবাহন মথোক-লকপনা পস্থৌ মপা মাঙদা অসুম পাওমেনববু না তারবদা অর্জুন তেনহৈবদি চকমোম লম্মৈ চাক্লুম য়াইবী কনহৌ নীকলবগী কনথী মথৈ ফংনা ছুয়েন লান শোক্লগে হায়না হৌখৎলবদা অনুসান অকনবনা শমু মথূৎ লোন্না রাহমখিয়ে। হে পার্থ লীশু হৈবা-ও বভ্রুবাহন কৌবা অসিবু ঐ লানশোক মথৈ ফংনা শোকনগে, হুংঙাই মরাং কায়নতুম থৌনা ইতৌ য়েংবি-ও হায়না পাওমেল্লবগা রায়রা লীরী থীংনা তেনবী নোংচুননা কাপলুবে। নিংথৌ মথোকলকপসুঙ তেনবী মক্তবা রায়রা তেনপুম চামতংবু কাপগোকখিবনা অনুসান অকনবগী রায়রা তেনয়াম কাপলকপা খৈবিকপু তেনবী মপৈ মপৈ ককথোকলে। মতৌ অসুম তৌনা মহারথী রথ মশেন শোকনবে। খোঙমী মশেন কাপনরে। রায়রা মশেন কাপথেকনা, তিমেন মশেন থিনথেকনা শমু মহাক মহাকসাংবু থাথোকননা হাৎনরে। খূৎশূ চৈথাখোন্না বভ্রুবাহন অনুসান অনীমক্তো শমু মথোয়গী মহকসাংবু থোৎথোক হাইফৎননা ঈঙাঙ ফাফেন্নরবদা বভ্রুবাহন অকনবনা রায়রা মথূৎশূ তেনবী মক্তবা মঙাদংনা অনুসান অথৌবগী ভুলাই রথ পুরিবা কোরৌ নোং শগোন মরিমকপু ককথৎলুরে। চারি বাণ তেনপুম মরিতংনা লাংগোই শাথৌবা মরিমক্কী তাংজা লুরেন তোনবু শোইথোকলে। তেনবী

---

রায়রা—তেন। তেনরাই—তেনকাপ। নাতারবদা নাকোংনা তারবদা। চকমোম—থাবী, মৈ। য়াইবী কনহৌ নীকলবগী—মথবার প্রোক প্রোক চাকনা শাউরবগী। রাহমখিয়ে বা হায়খিয়ে।

তেনবী—তেঞ্জে। তিমেন—তা। খূৎশূ চৈথাখোন—খুৎলাইনা থাবগী খোক্লেন। ঈঙাঙ ফাফেন্নরবদা—ঈনা ঙাংশং ঙাওনা তৈরবদা। বাণ (লং)—তেন। তাংজা লুরেনতোনবু—মকোকপু। শোইথোকলে—ককথৎলে।

মপুম তরেৎতংনা চৈরৈ ফীরানখোকপু ককথোকলে। রায়রা তেনপী মঙাতংনা শেকপিন থান্নচোঙবু কাপথরে। তেনবী মপুম নীপান্দংনা লীরুং খুৎলা পায়রিববু মালেম লৈদা তানা কাপথরে। রায়রা তেনপুম তরাতংনা শমু মহকসাংবু য়োমনা থারুরে। মতৌ অসুম ওইরবা মহাকপু অন্নুসান অকনবদো পাংগন ময়েং তাববু পূমনা লৈতে। হুয়েন লানহৌ অমরক রথ তুলাই মখূনেৎ অরোনববু লৌনা তোংখৎলবগা তেনবী চামা চামা শুনা রায়রা নোংচুননা কাপলুবে। চৈরৈ ফীরান, তুলাই মখূনেৎ লীরুং মখূৎশূগা যাওনা কাপথৎলু গী বভ্রুবাহন অকনবদি কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা তেনবী অথৌবা অমনা অন্নুসান তুলাই মখূনেৎপু ককথৎলবগী অন্নুসান হিংচাবদি অনৌবা য়াইবী কনহৌনীক, থেঙ্গু খুৎতা শুনা বভ্রুবাহন তাংজা লুবেনতোনবু তমনা লংশিনথিববু নিংথৌ রায়রা মখূৎশূ থাজা মচেৎ শাবনা থেঙ্গু য়ায়দা শমনা কাপথেকলে। রায়রা তেনবী মক্তবা অমনা অন্নুসান হিংচাবগী হকচাং মক্ক অথীবদা পাল্লুবে। অন্নুসান অকনবদি ময়া ঈতোং ওনা তুখিরবগী শ্রীকৃষ্ণ মপাবি কামদেব নিংথিবনা কনথী মখৈ ফংনা লীরুং খুৎতা পায়না চেনশিনখিববগা য়াওরা খোঞ্জেন ঙংনা রায়রা তেনপুম তরাতংবু কাপলুবে। বভ্রুবাহন অথৌবগী রায়রা তেনপুম অহুমতংনা অতিয়া লমথাঙদা কাপথেকঙমলে। কামদেব মথোকলকপনা রায়রা তেনপুম চহুম লৌনা তেনরায়চিনখিহিকএ। রায়রা মণীং য়াম্বা অহুবু মণিপুর লৈমাবা বভ্রুবাহন অকনবনা শমু মহকসাংবু য়ৌহন্দনা নেম্বী শীংনাং পাইগুম কাপথেকলবগা কোল্লোয় য়াথং নোকনা নোকনা পাওমেল্লকএ। হে প্রভুমী প্রদ্যুম্ন কামদেব শকহেনবা নঙবু শ্রীকৃষ্ণ লাই মরুগী মপারিনে হায়নদি তাংজা ঈকাই-লৈতনা হুয়েন লানশোরুগে হায়না করম লারকপনো? রায়রা তেনকাপ অনীরক সুনা তেনরাইচরকপবু

---

য়াইবী কনহৌনীক—মথবায় শোকনা শাউচনা। থেঙ্গু—গদা। য়ায়রা মখূৎশূ—খূৎশূ তেন। মপারি—মচানিপা। লমথাঙদা—লমীনা। মথোকলকপা—মপা ঈনথৎলকপা। লৈমাবা—নিংথৌ। নেম্বী—শীংনাং।

ছুয়েন লানশোক খাঙশিত্তে। থরায নমিবেনবু হাৎলসে হায়বসুঙ লাই মকগী মপাবিবু ওইবনিগিনা পূকনীং থরদংবু খোঁথাক নাইএ। শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু অত্তুবু চকমোম খাম্বী মৈত্রেং, লাইজা ঈরিকলাই, মাল্লং নোংলৈযাঙ, য়োয়মযাই তাউদনবা, লোইদাম থাজা পাখংবা, থরায় অপকমা পুন্নমক্কী মপুরেনবু ওইবনিগিনা পূকনীং শোংকি চঙব-ত্তুম হাযবনে। যাইবী থরায় হাৎকন্নুসে হায়হিকলবসুঙ লানশোক ইমাঙ খাঙনা লেপ্লবগুম তৌহিকএ হায়না বভ্রুবাহন য়াথং মপাউ-মেনবু না তাববদা কামদেব অকনবদি কঞ্জাউ মৈবা হৌ লীরুং খৃত্তা পায় রায়বা তেনবুম চামা চামা শুনা তেনপী নোংচুননা কাপলকপবু বভ্রুবাহন মতেঞ্জানা শূন্য অতিংঙাদা মককথোকএ। কামদেব অকন-বসুঙ রায়রা তেনবী কযামবম্বু নোংলেন মখোঙ ফুয়গুম মকাপএ। পাঙ্গন মথোকলকপা অনীমক্কী রায়রা মতেঞ্জা তোরুদবা অত্থনা অতিয়া নোংলোন থুমনা হুমিৎ থোঙলেন লুমলে। রাযর তেনকাপ য়াম্বা অত্থনা লানমী মরুপ অনীমক্কী তাংজা লুরেনতোনবু তাউজীং মরোং ক্কেনগুমলে। শগোল শামু তুলাই শগোল তোংবা খৈবিকসুঙ মালেম লৈদা ওল্লে। হকসাং পাঙ্গন থোইবা অনীমক্কী হুযেন লানশোকখৈদা তেংকোন লানপু অনীমাপু নমু মীয়াম মাঙনা তুমশিল্লকলে। রক্ত ঈঙাঙ তুখুনলেন অত্থদা তাংজা লুরেনতোন, কোরৌ নোং শগোল, লাংগোই মোইশা য়া, রায়রা তেনপানখাকরাংঙানা ক ওপী সুমলোই

লারকপনো—লাকপনো। শকহেনবা—শক ফজবা। তেনবাইচরকপবু—তেন কাপচরকপবু। মপারিবু ওইবনিগিনা—মচানিপানিনা। চকমোম—মৈ। খাম্বী—মৈ।

মৈত্রেং—মৈ। য়োয়মযাই তাউদনবা—হুমিৎ। লোইদাম থাজা পাখংবা—থা। শোংকি চঙবা কিবা। হায়হিকলবসুঙ—হায়রবসু। তৌহিকএ—তৌএ। কঞ্জাউ মৈবা হৌ—মৈ হৌনা শাউহনা। রায়রা—তেন। অতিংঙা—অতিয়া। নোংলেন—নোং। তাংজা লুরেনতোনবু—মকোকপু। তাউজীং—হৈ। মরোং -চরোং। মালেম লৈদা—লৈপাক্তা। রক্ত—(লং)

তাউগুম তাউথোকলে। রক্ত তরঙ ঈথকলেম্মা তাংজা লুরেনতোন থৈবিক্না লেঙবদি নর্ত্তক চুকোই শাকুম মথোকলুরে। যোগিনী মীশা চাবী, লাঙদ্যা লমহুয় পূন্নমক্তি উনবী পূকনীং পেন্না হরাউনরে। মরম অসুম তৌন প্র শয মাঙলাইতমগুম্বা মহাকপু লানফম মহৈরকপা অনী-মক্তি পাংগন ...য়ং তাববু পুন্না হৈনদে। চহৈ লাংগুনসুঙ হৈমন্নবমি-গিনা তেনকাপ চৈরৎনাইনদে। অনৌ অনৌবা রাযরা নোংচুননা মচাউ-খৎলকএ। লানশোক মতৌ হায়নঙাইবু লৈতরে। রাযবা তেনয়াম কাপলকপা অদুদি মাল্লং নোংশীৎ অকনব মহাক্রুবু চঙখিঙমদে। লান-শোক মতৌ উবদা তাইবঙ নমু পোংওইবদি লৈখিসনো, কোরৌ নোং-মদোন্দগী খোইমে ম লেংনা তনবা মহাকনবু হি হি হায়বা য়াওরা মখোঞ্জেনবু বাংনা রাংনা পাউমেন্নয়ে। পাঙ্গল মথৌ লৈবা অনীমা মহাক্কী মতীক মতীক হেন্না চাউখৎনয়ে। বভ্রুবাহন নিংথৌ পাংগনবদি অমরক কল্লাউ মেরা হৌনা তেনবী মক্তবা অমা কাপখিববু কামদেব অকনবগী হকসাং মফম অর্থাবদা থারুরবগী রক্ত ঈঙাঙ ওনা রাম্থখিরে। লান্মী মাগা লোয়নরকপা হুনাই লেংতম তোংবা কুম্থামকসুঙ মাল্লেম লৈদা ওন্না তুহল্লে। চেংলৌ মিংকুপ মরুম রাম্থরুরবগা কামরতি অকন-বদি লীরুং খুত্তা পায় রায়রা নে চুননা কাপলুরে। মবম অসুম তৌনা হুয়েন লানশোক অমরক নোনা হোবকলে। বভ্রুবাহন মথুৎশুদি কোরৌ নোং শীংজঙ মহাক্কা মান্নবা রায়রা তেনপুম্মন। কামদেব অকন-বগী শমু মহকসাংদা থারুরবগী মাল্লেম লৈমায়থক্তা তুখিহিকলে।

৩। কোরৌ নোং শগোল - শগোল। লাংগোই যোইশা য়া—শানু। কাওপী হুমলোই তাউগুম তাউথোকলে—তুরেন কাংলীং তাউবগুম তাউথোকলে। চুকোই—জগোয়।

লাঙদ্যা—লাঙজা। চহৈ—চহী। চৈরৎ নাইনদে—লেপ্পা নাইনদে মাল্লং —নোংশীং, নুংশিং। চঙখিঙমদে—চঙখিবা ঙমদে। তাইবঙ নমু পোং ওইবদি —মীওইবদি। কোরৌ নোংমদোন—অতিয়া। খোই মাম লেংনতিনবা—লাইয়াম সজা। য়াওরা—খোজেন। চেংলৌ মিংকুপ মরুম মিংকুপ অময়োম। কোরৌ

শ্রীকৃষ্ণ লাইমরুগী ঔরস মপাবিনিগিনা থবায মমিবেনবু তন্না মহিংলক-লবগী কঞ্জাউ মখৈ ফং থেঙ্গু মখূৎশূব শযেঙ মতান পানবু হাইনা লংশিনখিবব বভ্রুবাহন মথংশু রাগবা তেনপম অহুমদংনা মককঙমলবগী চকমোম লম্মেণাক্কম কামদেব মখূৎশূ তাশোন যাইফবা মখোক সনা যোমনা-হেবা মণি মনিক থাম্বা তাচীন মৈবী থোক্লুম্বদা ঈঙাও লৈতেং-নবনব খূৎপাক তিল্লাইমেন ছুম্বাব খোঞ্জেন চৈবোযননা হুনখিববু উববগী ত্রিলোক মবোল অহুমকনা শিমেন চৈথাখোল হন্দক নোং অসিদি বভ্রুবাহন অকনবগী থবায মমিবেনবু শিংঙমলবোইএ হাযনা শোনমোই-নযে, মৈবী শঙাইশেন পাইগুম হুঞ্জিল্লকপা তিমেন মখূৎশূ অহুবু চিত্রাঙ্গদা অহেনবী মপাবিগী বাযবা মতেঙ্গা অহুমতংনা পূকনীং অরা লৈতনা মকাপথেকলবগী নমু মীযামপান থৈবিক্লা বভ্রুবাহন মথোকলক-পা অসিদি পাংগন কবিদগীনো ওস্থোকএ হাযনা শোনমোইনযে। হুযেন লানশোক অসি মতুংদা বাযবা শিংখৎ শাবা মঙাদং কাপথি-হিকপবু প্রদমী (প্রদ্যুম্ন) অকনবদি কঞ্জাউ মৈবা থোকনা মবৈঙম্বগী রাযবা তেনবী মক্তবা অমনা অতিযা লমথাঙমদা কাপথেকলে। পাঙ্গল মথৌ লৈবা অনীমক্তো খূৎলাই মতোল্লোমনা কাপ্পববগী তেনবাই শহুমখোম্না মাল্লেম লেপাক মথাকপু নীকনা নীকনা ফাওকবে। সমুদ্র লাইজা ইবেনপূংনমুঙ ঈথক মথি নাইএ। যাওবৌ শা পোনবী উচেক পূম্নম-ক্লমুঙ শা চকনাবাযগীতে, পোনবী মর্চাঞ্জাকপু চাবিদে। যাওবৌ মহী

নোং শীংজঙ—বজ্র, থক্কী তেন। শমু—হকচাং।

লৈমাযথক্তা—লৈপাক মথক্তা। ঔরস (সং)—মচানিপা। মপারি—মচানিপা। তন্না থুনা। থেঙ্গু মখূৎশূ—মাগী খূৎশূ গদা। শযেঙ মতান-পানবু হাইনা—মপাম্বোম হাইনা। চকমোম মৈ। ঈঙাও—অঙাঙবা ঈ। খূৎপাক তিল্লাইমেন—মখূবাক্তা মতিল থাক্লুনা। ত্রিলোক (সং)—মরোব অহুম তিমেন—তা। শোনমোইনযে—মুক্লম মুক্লম শোৱেএ। মথোকললপা—মথোক কাবকপা। শিংখেৎ—শমকোক থাঙ। লমথাঙদা লমেন্দা লাইজা ইবেন পূং—সমুদ্র। যাওবৌ—শা। পোনবী—উচেক।

শাংবু মপৈ মপৈ চেকলা মঙাইরোইবু মরুপ মরূপ তিন্না লানশোক কুম্মৈ য়েংনরে। রায়রা তেন্দোং তিংনা খুৎশূ কাপ্নঙাইবু লৈতরবগী পাংগন হকথেং ফংনা লাক্লহিকলে। হকসাং লীয়েৎননা কোম্নরে। কুমার চক্রলৈগুম শোক্লরে। মাল্লেম লৈমায়থক্তা লংথোকনা, হকসাং মশেন হাইহৎননা ফুনরে। খুৎশূ চৈথা অমরক ব্রাহ্মনরবগা চেংলৌ মিৎকুপ মরম নীংশিংননা হৌগৎলবগা হুয়েন লানশোক তোক্লদে, থৌদু নুংগী শূক, তেৎনৌ য়োৎকী শূক, শীংজঙ, ফেন্দিন খুৎশূ মশীং য়াম্বা অসি খৈবিকপু খুৎলাই মশেল থিনথেকনা শূকলেন মশেন ব্রাই-থেকননা শোক্লববু নমু পোংওইবা খৈবিক্তি চেংলৌ মমিৎ কূপ্নদনা য়েংনরে। পাংগন মঙান চাউবা অনীমক্তো লানশোক মতৌ ঙমচনাই-দরবগী বভ্রুবাহন অকনবদি কপ্পাউ মৈচাক থোইনা খুৎশূ মক্তবা অমবু সনা তেন্দোংন্নুংগী লৌনা তেনরাইখিববু প্রদ্যুম্ন অকনবগী হকসাং লেংজুম ফাও, রায়রা তেনখোক থূমনা পাল্লবগী ময়া কোংগোন শৌ, রক্ত ঈঙাঙ থোকনা তুখিরে। বভ্রুবাহন অথৌবদি নোংশা লাল্লাউ-খোনবু হৌথৎলে। রাংলেন পুংয়াম 'য়, য়াওরা খোঞ্জন রাংনা ন্নুংঙাই মখৈ লৈতরে। নমু পোং ওইবা খৈবিক্লসুঙ বভ্রুবাহন হায়না কৌবা অসিদি তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তা পাংগন মাগা মান্নববু পূমনা লৈতরে হায়না য়াওরা খোঞ্জেন রাংনা থাগৎনরে হায়দবরা ' মতৌ অসুম ওইরবদা অসাইঙৈগী অনুসান হিংচাবা অঙুনা তেনপান অনা কোকখি-রবগী মাল্লেম লৈমায় থক্কী হৌথৎলবগা নোংশা লানলাউ তম্না হুয়েন লানতানচিনখিরে। সেনা লানচিংলেন অয়াম্বা খৈবিকসুঙ হুয়েন

---

মঙাইরোই—মরুপ মশা। হকথেং ফংনা-মশা মশা শোকনহনা, হকচাংগা হকচাংগা থেংনহনা। থৌদু—নুং। তেৎনৌ-য়োৎ। ফেন্দিন—খুৎলাই মখল অমা। শূকলেন-শূক। ঙমচনাইদরবগী—ঙমনদরবগী। তেনরাইখিববু—তেন কাপখিববু। প্রদ্যুম্ন—শ্রীকৃষ্ণগী মচানিপা কামদেব। রক্ত (সং)—ঈ। রাংলেন—পুং। য়াওরা—খোঞ্জেন। তেনপান অনা কোকখিরবগী—তেন্না পানবগী চৈনাখোন অহু কোকখরবগী। সেনা (সং)

লানশোকফম্বু তান্না চঙখিয়ে। সেনাপতি লানচিংবা মহাক্তি নিংথৌ লৈকোয় ফম্বা মশেন্নে নীলধবজ, হংসধবজ, অনিরুদ্ধ, সাইত্যক্কি কৃত্তিব্রহ্ম হাক্কিনিংথৌ মপারি সতনিসত কৌবসুঙ হংস ধবজ নিংথৌ মপারি সুবন সুদর্শন অনীমা, প্রবীর সুংবক থাউমৈ মঙান চাউগুম্বা পাণ্ডব যাধব পূন্নমক্কী পাঙ্গল মথৌ লৈবা খিবিকনা উনবী পুকমান্নবা কোয়হৎলুরে। রায়রা নোংচুননা বভ্রুবাহন থক্তা উপ্পা কাপলরবা মহাকপু চিত্রাঙ্গদা লিনকোযগী বভ্রুবাহন নিংথৌরেন্না পাংগন শীংথানরুদে। হুয়েন লানশোকফমদা শঙ্কর মহাদেবগা ইন্দ্র সরারেনগা অনামক্কী পান্দম মহাকসাংগুম্মে। লানমী মীয়াম চঙলকপবু থোয়দিং মথায় মরমদবু পূকনাং অরা চঙলুদে। য়াওরো শায়ামলক্তা শারেন নোংশা খাংনোবা য়াওরো শা নিংথৌনা তিল্লুবাতুগুম্মে। তুলাই লেংদম তোংবা পূন্নমকনা রায়রা তেনয়াম কাপলকপা খৈবিকপু বভ্রুবাহন মতোম্মনা হেলা থোওহ লেতনা নেম্বী শীংনাং পাইগুম কাপথেক্লবগা লানফম মাঙওইননা চঙখিরবদা লানমী মায়ওক য়ানা লৈঙম্বা খৈবিকপু কোনা কোনা পাউমে লুহ এ। হে লানমী লেংনতিনবা পাংগন থৌনা শোল্লবশিংগ নখোয়গী থরায নমিলেনবু নিজরবগা নরান লোনয়িমথামদহুম য়াঙনা ইন্দানজখিরো। এগা হুয়েন লানশোক্লরবদি খমন্নুং যন নিংথোগী চেংলৌ মশক উববু থীল্লরোইএ হায়ববু খঙনা করিগী বভ্রুবাহন এগা হুয়েন লানশোরগে চঙলবপন্থু। হকনাং পাংগনসুঙ শোল্লবা পায়মা লৌশিংগুঙ লেতরিবা নঙখোয়না নিংথৌ লৈকোয়ফম্ববু ওইনা নঙগী নঙগী দেশ নরৈপাক্তা নাপল ময়াই-

—লানমী। হুয়েন— লান।

সেনাপতি (স°) লানজিংলেন। লৈকোয়ফম্বা—নিংথৌ ময়ায় লেপ্পা। মপারি —মচানিপ। উনবা পুকমন্নবা—পূকচেন খোয়জেন হিন্নবা। লিনকোয়—গর্ভ; পূক। মতোম্মন - মখন্দনা। নেম্বী—শীংনাং। লৈঙম্বা—লৈরম্বা। নরাংলোনয়িমমায়দহুম নয়ুমদহুম। য়াঙনা—থুনা, খিন্দনা। ইন্দানজখিরো—য়ৌননবা চংচখরো। খমন্নুং—অশিংবগী লেপাক। চেংলৌ—

কানা করম ভাকচবনো ? বভ্রুবাহন ঐগী ইমাঙ শংশঙবা অসিদদি খমন্নুং যম নিংথৌ ইন্দ্র সোরারেন মহেশ্বর মহাদেব মতীক থোইনা চাউবা অহুম্মানা পাংগন তেঙবাংবিগে লারকলবা মহাক্তস্নুঙ বভ্রুবাহন ঐঙোন্দা লানশোক কদৌ ঙমলরোই হায়না পাওমেনববু না তারবদা পাংগন মথৌ লৈবা পূমনমক্তি কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা মায়গৈ চিথেক মরিমক্তা লেপনা রায়রা তেনযাম কাপচিনখিরবগী বায়ু নোংশীৎ অকনবা মহাক্লবু চঙলু ঙমদে। মতৌ অসুম ওইরবা মহাক্তবু বভ্রুবাহন মতোম্মনা তেনয়াম কুংনা কাপলকপা খৈবিকপু অতিয়া নোংলোনথক্তা উপীথারোন পৈগুম কাপথেকলে। রায়রা তেনবী কাপথেকখোন্না কোরৌ থমনোং খোংবা তুকুম্লে। অসুম তুলাই মশীং লাকঙমদনা কাপথেকলে। খাম্বী মৈতান অরাবগুম্বা বভ্রুবাহন অকনবনা নিংথৌ মতীক লৈবা খিবিকপু খোঙমী মীমচম্নু ওইহল্লে। নিংথৌ মহকসাংদা রায়রা তেনপুম মঙা মঙাদংবু থারুরবগী শমু মহাকসাংবু নীকনা নীকনা মাল্লেম লৈদা তুহল্লে। লানশোক মতৌ অসুম ওইনা নমু মীয়াম তুংল্লবদা খোঙমী লানমী শগোল শামু পূমনমক্কা তাংজা লুরেনতোন্দি পামেন উনা অকংবনা নোংশীৎ মাঙদা লেপঙমদনা উনা চোইনা কেনবা তুকুমলে। কোরৌ অতু নোংচামাগী হুযেন লান শোক্লবা অতুদি তাংজা মীকুতোনবু তিন লক্ষ লখা অহুম শুনা তেংগোন মপূকতিংনা মাঙহল্লে। লেমলৈ ঙায়ামলক্তা কুম্ভীর লাইরেন হকচাউবনা লাইরেন মনীং তমনা কোয়জবা তুগুমএ। চানা লাংকামোই অকংবনা মাল্লং নোংশীৎ কনবগী নোংশীৎ মমাঙ লেপঙমদবগুম পাপ অরুম্বনা গঙ্গা লাইরৈমাবু উরবগা মতোম চেম্ছখিবগুম খোয়মা নাপী থোইনা কংবা মহাকপু খাম্বী

---

শক। লৈকোয়কম্বা—মঙ্গায় লেপ্পা, নিংথৌ। লায়কলবা—লাকলবা।
রায়রা—তেন। বায়ু (সং)—হুংশীৎ। নোংলোন—অতিয়া। উপী থারোন—শীং মপৈ মপৈ। কাপথেকখোন্না—কাপথেকখিবগী খোঙ্জেল্লা। কোরৌ থমনোং খোংবা—নোং খোংবা। খাম্বী—বৈ। মাল্লেম লৈদা—লৈপাক্তা। তাংজা লুরেনতোন্দি—মকোক্তি। পামেন—উ। নোংশীৎ—হুংশীৎ।

মৈনোং খোংনা তাঙ্গোই উৎফুল ওইনা চাকৎপগুম লানফম মথোঙ মুৎনা থুগাইরবগী খোইমোম লেংনা তিনবা মহাক্কবু অকি পুকনীং ক্ষংনা য়েংনরে। যোগিনী নমু মীশা চাবী হুম্ফ মরিমসুঙ মীশা খোইনা পাম্বগী হরাউ চুকোই শারে। শগোন শামু ফীরান শেকপিন তুলাই লীরুং চুঙ্গোয় থাঙশাং চামর কাঙহাই লৈতেং পোৎলোই অসি খৈবিকপু পোৎলোই অতিংঙাবু ওইনা মাঙহল্লে। লানমী অকনবা খৈবিকপুসুঙ ফানা পুকনীং ঈরৈ চনহল্লে। বভ্রুবাহন পাংগল মথোক-লকপদি হুয়েন লানশোক ঙমলবগী নোংশা লাল্লাউখোনবু হৌগৎলে। লানমী লেংনতিনবা পুন্নমকসুঙ য়াইফা খোঞ্জেন রাংনা রাংলেন পুংয়াম য়ৈরে। থৌবম মতৌ অসুম তৌনা অর্জ্জুন তেনহৈবগী লানমী লেংন-তিনবা পুন্নমকপু লানশোক মমাঙ খাঙদনা মাঙহল্লবগী অর্জ্জুন বৃষকেতু পন্থৌ মপা মচা অনীমক্তা মঙায়রবদা ধনঞ্জয় তেনহৈবদি কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা দৈবদত্ত কৌবা মোইবুং অখোইববু য়াওরা খোঞ্জেন রাংনা খোংখৎলে। তুলাই মখূনেত্তা তোংখৎলবগা লানফম তেংগোনয়ায়দা নোংশা লাস্তাননা চঙখিবে। গাণ্ডীব লীরুং মখুৎশূবু লীরি খোঞ্জেন তিংনা ঙাইও ঙাইও হে বভ্রুবাহন কৌবা-ও হায়না য়াওরা খোঞ্জেন রাংনা লাউনা লাউনা কৌবৎদা অর্জ্জুন মথন্নগী চেংলৌ মিৎকোয়থোং শয়েং মতানপোম শমু ওয়রম থংবদা ফুয়না ফুয়না শিংলি হকসাং চোংববু চৈবেপ্তে। পার্থ তুলাই মখূনেৎ মহাকসুঙ চৈরৈ ফীরানয়ায়দা খুা য়োংশক শাবা মহাক্কসুঙ ফীরান তুলাই পুমনা নীকএ। গাণ্ডীব য়াইওইবসুঙ লারুং মঙান লৈতে, অর্জ্জুন মায়থোং লমঙান শকসুঙ

তুকুমলে—মতৌ অতুঙমলে। কেরৌ অহু নোংচামাগী—হুমিৎ অহুগী। তাংজা মীরুতোনবু—মীগী মকোকপু। লেমলৈ—ঙা। হকচাউবনা—মশা চাউবনা, শাজাউবনা। খোয়মা—নাপী।

হরাউ চুকোই শারে—নুঙাইনা জগোই শারে। অতিংঙা—অয়েঙ্গা, কায়দবা। লেংনতিনবা—মন্নাম তিনবা। রাংলেন পুংয়াম—পুং মন্নাম। বৃষকেতু—কর্ণগী মচানিপা। দেবদত্ত—অর্জ্জুনগী মোইবুং। য়াওরা—খোঞ্জেন।

থোইনা মকএ। তুলাই রথ পুরিবা কোরৌ নোং শগোল মরিমকস্তুঙ লানফম শোক্লফমদা লাংগোই শাথৌ য়াবিদে। শগোল মমায় হঞ্জিল্লে। অর্জ্জুন ছায়া মমিরেন্দস্তুঙ তাংজা লুরেনতোনবু উহন্দে। চীংন্নুং নোংহৌ লৈহন্দনা বিজুরি নোংথাঙ কুপ্পস্তুঙ চৈরেপ্তে। মরম অস্তুম তৌনা অমঙ্গল য়াইথীবা খূদম মতৌ খৈবিকপু অর্জ্জুন চেংলৌ মিংথিংলবা মহাক্তস্তুঙ পাংগন মঙান চাউবা ধনঞ্জয় অকনবনা পূকনীং অকি লৈতনা লানফময়ায়দা লাংনা চঙখিরে। জয় মুনিরেন্না র হমখিয়ে হে জন্মেজয় অথোইবা-ও পম্মৌ মপা মচানা হুয়েন লানশোক্লবা অসিদো হৌনা মতীক ওইকদে। হৌনা লমদাঙশাংবু নত্তনা হুয়েন লান শোক্লবা থোক্লবগী পম্মৌ মপা মচা ব্বাযরা তেনয়াম কাপনা শোক্লরে। মতৌ পান্দম অমদি থাযনা লহান নোং চীংঙু শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌগা মপারি লবকুশ অনামক্কা চেংলৌ শক খঙনদনা লান শোক্লরুবা তুগুম্মে হায়না পাওমেল্লবদ, জন্মেজয় নিংথৌবেন্না অনৌবা পাউ হংখিএ। হে মুনি অথোইবা-ও চীংঙু শ্রীরাম লাইয়িংথৌগা মপারি লবকুশ অনীমক্কা হুয়েন লান শোক্লবদি মরম কবিদমকনো রারম থাঙ্গৈশেংনা হায়বিও হায়না পাউহংজরবগী খাম্বী মৈরীতোনগুম্বা জয় মহা মুনিরেন্না হে জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবা-ও তাইবঙ নোংশাপানগী মবুংঙু কৌশল্যা সনা লিনগোয়গী রাম চক্রপানি অতুনা অশ্বমেধ কৌবা যজ্ঞ মঙমথৌ অসিগুম্ববু তৌনা মশানৌ ভরত লক্ষ্মণ শত্রুঘ্ন অহুম্মকপু

---

গাণ্ডীব—অর্জ্জুনগী তেন। মথমগী—মতোমদগী। শয়েং—পাম্বোম। চৈরেপ্তে—লেপ্তে। পার্থ—অর্জ্জুন। চৈরৈ ফি। খ্বা—য়োং। মঙান লৈতে—মকশিল্লি।

লাংগোই—শগোল। ছায়া—মমি। তাংজা লুরেনতোনবু উহন্দে—মকোক উহন্দে (শা লান্দা মেন যাত্রা য়োংবা হায়দুনা মি য়েংনবা ময়ে' অমা চংলৈ, গুক য়াওত্রবদি শোয়দনা শিগনি হায়না খঙলৈ)। মুনিরেন্না—অথোইবা মুনিনা। পম্মৌ—মপা। লমদাঙশাং—লম্বী। লহান নোং—থায়না মমাঙৈত্তদা। চীংঙু—লাই। মপারি—মচানিপা। তাইবঙ নোংশাপানগী—সংসারগী, তাইবঙপানবগী। লিনগোয়—গর্ভ, পুক। মশানৌ—মনাক্ত নিপা

ঙাইরোয়ননা তৌরম্মে। থৌরম মতৌ কদায়ব্রাইদনো হায়রবদি থায়না লহান নোং সেতুবন্ধ সমুদ্র ঈবেনপুংবু থিংনা লঙ্কেশ্বর রাবণ নিংথৌ হিংচাববু প্রাণ থবায হাৎনা সীতা শোকফদবীবু লৌরুরবগা চকমোম খাম্বী মৈরামুংদা সাক্ষী রাচুম্নরবগা অযোধ্যা মরৈপাক্তা হুন-রাইরকলে। যোয়বু সীতা মশানৌগা অভিষেক ফম্বান কাররবদা মুংঙাই মরাং কায়না সনা লৈপাক ঙাকমন্নববু লাংহৈ কুম্বী লৌশিং তরা শুনা মাঙগী মুংঙাইথোক্ত যাইফা মবাং কায়না পানহৌবে। মতম অসুম ওইরিঙৈদা সীতা দেবী অহেনবীদি হৈবাঙ মচা য়ানববু লোইদাম থাবুম মঙা শুববদা শ্রীরাম লাইযিংথৌনা সীতা লাইবেম্মগী লঙজা অযোন খঙলুদনা বাল্মীক বন উমংলেন্দা থৌশীখিরবদা লবকুশ অনীমকপু নাউনৌকইএ। মপারি লবকুশ অনীমকনা হকসাং মথোকলক পাংগনময়িল্লকলবদা চীংঙু শিদবনা মশানৌ অহুম্ম কপু ঙাইরোয়ননা লাংগোই শগোন থাখিবদা খোইমোম নোংদমথোনবু কনা হেনফদবগী বাল্মীক মুনি তপস্যা কোবৌ লনশাফমদা চঙখিববগী কলা বন পুন্নুং ইংখোনলেন অত্তদা লবকুশ শানৌ মচীন মনাউ অনীমকনা লাংগোই অরাকতমনা ফাঙমলবগী চীংঙু শ্রীরামচন্দ্র থোইখোইবদি

ঙাইরোয়ননা—লোয়ননা। লঙ্কেশ্বর—লঙ্কাগী নিংথৌ। চকমোম—মৈ। খাম্বী—মৈ। হুনরাইরক্লে—হুন্নকলে। লাংহৈ কুম্বী—চহী। অহেনবী—অথোইবী। হৈবাঙ মচা য়ানবা—গর্ভ লৈবা, নাউপুবা, মহকথেৎপা। লোইদাম—থা। থাবুম—থ' মপুং। লঙজা অযোন—মরান, দোষ। বাল্মীক বন উমংলেন্দা—বাল্মীক মুনিগী বন্দা। নাউনৌকইএ—পোকলুইএ। মপারি—মচ' নিপা। হকসাং মথোকলক পাংগন ময়িল্লকলবদা—মথোক কাবগী মপাংগম ফগংলকলবদা। মশানৌ—মনাউ নিপা। ঙাইরোয়ননা—লোয়ননা। লাংগোই—শগোল। খোইমোম—লাই। নোংদমথোন—লাইনা তবা। কোবৌ লনশাফমদা—লাইনাংফমদা। কলা (সং)—লম্ফু। পুন্নুং—লফু। ফাঙমলবগী—ফারমলবগী। চীংঙু—লাই। থোইখোইবদি—অথোইবদি।

মশানৌ ভরত লক্ষ্মণ শত্রুঘ্ন অহুম্মকপু ঙাইরোয়ননা যজ্ঞ মণ্ডম শাবু থিবা চৎথিবদা পম্বৌ মপা মচা চেংলৌ শকথঙনদনা হুয়েন লান •শোক্লরুরবগী রাম মশানৌ মচীন মনাউ অহুম্মাহাকপু মপারি লবকুশ অনীমক্কী রায়রা মতেঙ্গাদা তেনবী চীন্দা থংনা নোংমল্লুরববু বাল্মীক মুনিরেন্না না তারবগী র ম মশানৌ মচীন মনাউ অহুম্মকপু য়াঙনা মুনি মন্ত্র শোন্না য়াইবী থব্রায় হিংহল্লে হায়দববা ? পম্বৌ মপা মচা লান-শোক্লবগী লানশোক ওই ওই মতৌদি অসিনে হায়না পাওমেল্লবদা জন্মেজয় নিংথৌরেন্না উনবী মথোই তোংনা ব্রাহমলকএ। থৌরম মতৌ অসিগুম্বা অর্জ্জুন পাংগনবনা পনথৌ মপা মচা হুয়েন লানশোক্লবগী লানফম য়াইথী য়াইফা রা অনীমকপু য়াঙনা না তানীংলে। রারম ময়েক ফংনা হায়বিহিকও। অসুম পাউহংজরবগী হে নিংথৌ অথোইবা-ও রারম অসুম তৌনা বভ্রুবাহন অকনবগী হুয়েন লানশোক মাঙদা পাংগল মথৈ লৈতবা খৈবিকপু লানফম মমায় থীনা মরৈরবদা ধনঞ্জয় অথৌবদি য়াইথী থুত্তম অরুবা মশেনবু চেংলৌ মমিৎ থীংনা উৎলরবা মহাক্তুমুঙ পূকনীং অকি লৈতনা লানশোক অনৌ হৌনা চঙখিরে। অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবা অসিদো লানফম তমথীবদা পুরুষ নিপা থোকপা মহা পণ্ডিত অথোইবা অত্তনে। অসুম উনবী চৈরৎ লৈতনা কোরৌ হুমিৎ য়ুংখাকপগী নোংশা মঙান মৈগুম কন্তী মথৈ

---

মণ্ডমশাবু—যজ্ঞগী শগোলবু। পম্বৌ—মপা। চেংলৌ—শক। হুয়েন—লান। রায়রা—তেন। নোংমল্লুরববু—শিরুরবু। য়াইবী—থব্রায়। জন্মেজয়—পরীক্ষিত নিংথৌগী মচানিপা। নিংথৌরেন—নিংথৌগী নিংথৌ, নিংথৌ অথোইবা। উনবী—পূকনীং। ব্রাহমলকএ—বা হংলকএ। পাংগনবা—মপাংগন কমবা। য়াইথী য়াইফা রা—মায়থীবা অমসুং মায় পাকপগী মরম। য়াঙনা—থুনা। ময়েক ফংনা—ময়েক শেংনা, মচা থায়না। য়াইথী থুত্তম—অমঙ্গলগী থুদম, কত্তবা, থুদম। চেংলৌ মমীৎ থীৎনা—মমীৎ-মকনা উনা। পুরুষ (সং)—নিপা। উনবী চৈরৎ লৈতনা- পূকনীং হনবা তৌদনা। কোরৌ হুমিৎ য়ুংখাকপগী নোংশা মঙান মৈগুম—হুমিৎয়ুংবা মতমগী

ফংনা চেনশিনখিরবদা নিংথৌ পাংগন থোইবা হুয়েন লানশোকফমদা রাম্বরিবা খৈবিক্তো। রায়রা চৈথাখোন অরুম্ববু কোকখিরবগী মাল্লেম লৈমায়থক্কী হৌগৎলবগা লীকং খূত্তা শূনা পাও'মনডম্মে। হে পার্থ অকনবা নঙবু মরম করিগীদমকপু পূকনীং আথা কায়না চঙলকলিবনো? হুংঙাই মরাং কায়নহুম মিৎয়েং শানখৈবিও। নিংথৌ লেংনতিনবা ইখোয় খৈবিকস্নুঙ লানশোক পূকনীং পেন্দরিয়ে। হুয়েন লানশোক অমরক্তদি লানশোক মখৈ ফংনা তৌরুখিগে হায়না পাওমেল্লবগা লানফম তেংগোন য়ায়দা অচেন খংলৈ য়াঙনা তানচিনখিরে। মাঙওই লানশোক অহানবদা হংসধবজ নিংথৌরেন্না লীরুং খূত্তা শূ লীরী তেনকা থোংনা রায়রা হান্না কাপলুইএ। বভ্রুবাহন নিংথৌ অকনবগী লানমী মীযাম লোয়নবকপা খৈবিক্তো নমু শীংথী ঙমদনা কাপথুরে। হংস ধ্বজ নিংথৌ মমাঙ শংশঙবদা লানশোক কনানা মায়ওক য়াঙমদরে। বভ্রুবাহন অকনবনা মাগী মণিপুর লৈপাক কোইবা সুবুদ্ধি পানকনববু পাউ কৌববগা হে সুবুদ্ধি মন্ত্রী লৌশিংবা-ও লানশোক হন্দক নোং অসিদা লানফম মায়ওক য়ানা শোক্লৌও হায়না পাওমেন রাগী সুবুদ্ধি মন্ত্রী অথোইবা অহনা নিংথৌ সনা ময়াথংগী নোংশা লানলাউ ভনা তানশিনখিরবদা লানশোক মখৈ ফংনা শোক্লরে। হংস ধ্বজ নিংথৌরেন্দি অহল মতম ওইনা লাংহৈ কুমশীং য়ামলবস্নুঙ হুয়েন লান শোক্লবদদি চহৈ কুমশীং তরামঙাগী পানকন

**মৈঙুম শায়বা হুংশা মঙানগুম।**

**রায়রা চৈথাখোন—তেম্মা পানবগী চৈনাখোন। মালেম লৈমায় থক্কী হৌগৎলবগা- লৈপাক মথক্তগী হৌগৎলগা। লীকং খূত্তা শূনা - মখূত্তা লীকং পায়হনা। পার্থ - অর্জুন। পূকনীং আথা কায়না—নীংবা কায়না। মীৎয়েং শানখৈবিও - য়েংহনা লৈবিও। নিংথৌ লেংনতিনবা—নিংথৌ ময়াম তিনবা। ইখোয়—ঐখোয়। লানফম তেংগোন য়ায়দা—লান শোকনফম ময়ায়দা। অচেন খংলৈ য়াঙনা—খুৎলৈ থুনা য়াঙনা। নমু—মী। শীংথী ঙমদনা—মশীং লাকপা ঙমদনা। লৈপাক কোইবা—অঙম্বা ফমনাইবা, য়ায়তোঙ থমদোঙ।**

মতম মান্না শোক্লয়ে। বভ্রুবাহন অথৌবগী লানমী মপাতাম্বা খৈবিকপু হুয়েন লানথোঙ মুৎনা পস্লেংএ। তুলাই লেংতম তোংবা চা স্মবু তাংজা লুয়েন ককথোকলে। লাংগোই মোইশা য়া হকচাউবসুঙ চামঙা শুনা মাঙহল্লে। কোরৌ নোং শগোলদি শগোল ১০০•• মাবু শিহল্লে। সুবুদ্ধি অকনবা মহাকসুঙ রায়রা তেনবী মক্তবা অমনা থগোয় অথীবদা পাল্লুরবগী হুয়েন লানশোকফম্বু লানফম নমদা হুন্না চেনখিরে। তেংগোন লানপু মঙাদংবু কাংথং কাংচাইতম্না থুখাইরে। হংস ধ্বজ নিংথৌ-রেন্দি শ্রীকৃষ্ণ মপুরেন্না হুয়েন লানশোক মতমদা অর্জ্জুন তেনহৈববু উনবী পূকনীং চেৎনা ঙাকও হায়না পাওমেল্লকপা অহুবু পূকনীং রাকাউদনা নীংশিংলুরবগী লানফম পূকনীং হস্থোক লৈতনা শোক্লয়ে। অসুম হংস ধ্বজ নিংথৌরেনগী লানশোক মমাঙ খাঙঙমদবা অহুবু উরবগী বভ্রুবাহন অকনবদি চকমোম লম্মৈ চাক্লম পূকনীং কপ্পাউ থোই রাহু শারায় থৌগুম তানশিনখিরবগা হংস ধ্বজ নিংথৌরেনবু রায়রা তেনয়াম য়োমনা কাপলুরে। নিংথৌ তুলাই মখুনেৎসুঙ তুলাই মতুপ অনীথোকনা কাপথেকলে। হংস ধ্বজ মাল্লে চাং ওল্লবা মহাকসুঙ রায়রা তেনবী মক্তবা অমনা থমোই অথীবদা থারুরবগী নিংথৌ উনবী পূকনীংঙক, অমম মখৈ লৈতনা তুখিবে সুবেক সেনাপতি লানচিং-বনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী য়াঙনা লীরুং খুত্তা শূনা চেনশিনখিরবগা

---

পাউ কৌরবগা – কৌরগা। হন্দক নোং—হন্দক্কী মতম, হন্দক্কী মুমিৎ। লাংহৈ কুমশীং য়ামলবসুং—চহী য়ামলবসু, অহন মতম ওইরবসু। চহৈ—চহী।

নপাতাম্বা—পাবিনবা মপা লৈতবা। তাংজা লুয়েন—মকোক। লাংগোই মোইশায়া হকচাউবা—থামু। লানশোকফম—লান শোক্লফম। নমদা হুন্না—তুংলোমদা থনমলগা। কাংথং কাং চাইতম্না—পুমতোই তোইনা। মপুরেন্না—অথোইবা মপু। হুয়েন—লান। উনবী পূকনীং চেৎনা—পূকনীং চঙনা। রাকাউদনা—কাউবা লৈতনা। চকমোম—মৈ। মখুনেৎ—মাগী শাদোং, মানা তোংলনবা। মাল্লে চাংওল্লবা—হগুরবা, অহন ওইরবা। চেংলৌ মিৎথিৎলবগী—উরবগী।

লীরী থমোয় তিংনা রায়রা তেনরায়খিববু য়োনফদনা বভ্রুবাহন অকনবগী পূকনোপ অহোম্বদা থারুরে। অসুম তেনপান চৈথা ফংলবগী বভ্রুবাহন অকনবনা কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে সুবেক অথৌবা নঙবু রায়রা তেনকাপ হৈয়িগুম লানশোক মাঙদা খাঙঙমদনা ঙমখি-রবনিগিনা ঐগী হুয়েন ইরানখাক অমনববু ওইরবা নঙনদি করম হুয়েন লানশোক ইমাঙ খাঙ্গে তৌরিবনো হায়না পাওমেনববু সুবেক পাংগন-বদি কঞ্জাও মখৈ ফংনা নাত্তারবগী রায়রা তেনয়াম কাপনা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনগী শামী লানমী চলাই শাকোক শগোল তোংবা শগোল শামু পূম্নমকপু লখা লখা শুনা ককথেকলবগী রক্ত ঈঙাঙ্ তুথুন চেন্না মশা লৈখোম ওইরবদা বভ্রুবাহন নোংশা মচুমতাগুম্বদি মচীন মোন-মোন নোকনা সুবেক পাংগনববু কৌনা কৌনা রাহমখিয়ে। হে সুবেক অকনবা-ও নঙদি বভ্রুবাহন কৌবা ঐঙোনম্বুদি চঙলক্তনা শগোল শামু খোঙমী লানমী অচম্ববু পাংগল নথৌ শানা মকাপলুবা অসিবু লমচৎ নঙগী মহৌশারা? রায়রা তেনকাপ হৈএ হায়নাতা ঐগী চেংলৌ মাঙদা থানা উৎলবদবু ওইরবরা হায়না অসুম পাওমেল্লবগা সনা তেন্দোংলুংগী তন্নাঁ তেনবী মক্তববু খন্না কাপখিববু সুবেক পাংগন-বগী থমোয় অথীবদা থারুরবগী মাল্লেম লৈদা তুনা রাম্থহল্লে। লানশোক মতৌ অসুম তৌনা নিংথৌ লানফম মহৈরকপা খৈবিকপু লানশোক নায়থী নংহল্লে। পাণ্ডব শাগৈ পূম্না যদু শাগৈ খৈবিকসুঙ মাগী লানশোক খুৎথুম চন্না মঙমলবগী লানমী অকল অথৌ পূম্নমা মহাকপু

---

রায়রা তেনবায়খিববু—তেন কাপখিববু। য়োনফদনা—ঙঙাইফদনা। ইরানখাক—লান্দা ঐগী খুৎথাক ওইনা, ঐনা ঙমলবা। পাংগনবদি—অকমবদি। রক্ত—(সং) ঈ। রাহমখিয়ে—ৱ: হায়খিয়ে। নহৌশারা—নঙগী হৌনবরা। সনা তেন্দোং—নিংথৌগী তেন্দোং। তন্না—থীন্দনা। মাল্লেম লৈদা—লৈপাক্তা। মায়থী নংহল্লে—মায়থাবা পীরে। পাণ্ডব—পাণ্ডুগী মচানিপা। যদু—যযাতি নিংথৌনা দেবযানী পান্নচনা পোকপা মচা-নিপা।

হুয়েন লানশোকথাক রাংভাপুমা ওইহল্লবসুঙ লানফম শোক্লফমগী হুয়েন লানহৌ অময়ক লাননীংশিংনা হৌগৎলবগা লানফম মায়ওক য়ানা শোক্লরৈএ হায়বগী শমু খুৎনা ফংনা ফারবগা পরৈ লাংগা পুন্না নিংথৌ মথোঙজিন্দা থম্মল্লুরে। কোরৌ অত্থ নুমিৎমগী হুয়েন লান শোক্লবসুঙ হে নিংথৌ অথোইবা ও বভ্রুবাহন অকনবনা তেংগোন লাম্হোং মূৎনা ঙমজৈএ। লানফম মতৌ অস্থুম তৌনা ঙমজরবগী হুয়েন লানশোক য়াওদরিবদি বৃষ কেতু অকনবগা অর্জ্জুন পম্থৌ মপাতোনগা নঙাইরে হায়না জয় মুনিরেন্না য়াহমখিয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবা-ও বভ্রুবাহন অকনবগী পাংগন মথৌনাদো য়ারম হায়হৌঙাইবু লৈতরে। সতৌ উনবী পুকনীং লেপ্পীগী মপারিদি লানফম খাম্বী মৈশারাংগুম্বদা উনবী থোইনা পুকনীং তপএ। যষ্ঠীবর সেনগী মপারি গঙ্গাদাস লৌশিংবনা লেংলমশে অসিবু হে সভা লেংনা ভিনবা-শিংও নঙখোয়দি নচীন হরি হরি শোন্না না তাবিও।

অধ্যায় তরামঙা শুখিবা য়ারম অসি মতুংগীবু ভগবন্ত ঈশ্বর থোইখোয়ববু তাংজা লুদা থোং, গুরু বৈষ্ণব উনবী সামন লৌকিননা ভারত য়ারীশে অসিবু তেংথা পরেং ওইনা শৈথিরক্কে। জয় য়াইফ-থোইবী কুন্তি পায়মা লিনকোয়গী পাণ্ডু নিংথৌ মপারি পঞ্চ পাণ্ডব মঙামকনা য়াইফা মহৈ লৈবা যজ্ঞ থৌরম অচেৎপবু তৌরকএ হায়না

---

মায়ওক য়ানা—মমাঙদা খাঙনা। শমু খুৎনা ফংনা—খুৎনা হকথেংননা। পরৈ লাংগা পুন্না—খৌয়িনা পুন্দুনা। নিংথৌ মথোঙজিন্দা—নিংথৌগী মথোঙদা। কোরৌ—নুমিৎ। বৃষ কেতু—কর্ণগী মচানিপা। পম্থৌ মপাতোন—মপাবুংতোন। য়াহমখিয়ে—য়া হায়খিয়ে। হায়হৌঙাইবু লৈতরে—হায়নিঙাই লৈত্রে। উনবী পুকনীং লেপ্পী—মপুকচেন চেৎপী। মপারি—মচানিপা। উনবী—পুকনীং। গঙ্গাদাস সেন—ষষ্ঠিবর সেনগী মচানিপানি, খুইগী তরানীপান শুবা শতাব্দীদা মহাকনা মহাভারত ইখি। লেংলমশে—লেংলম্বা ইশে। অধ্যায়—ভাংকক। তাংজা—কোক। লু—কোক। কুন্তী—পাণ্ডু নিংথৌগী মতু অমম্বং পাণ্ডব মঙাগী মমা।

পাওমেল্লবদা জন্মেজয় নিংথৌরেন্না ব্রাহমখিয়ে। হে মুনি অথোইবা-ও বভ্রুবাহন অকনবগী মতীক অরুবনা তাংজা লিল্লা চন্থু উলুপী পায়মা লিনকোযগী ইরাবন্ত মথোকলকপবু হকসাং পাংগন থোইএ হায়রিবা অসিবু য়াথং মখে ফংনা হায়বী-ও অসুম পাওমেল্লবগী জয় মুনিন্নেন্না ব্রাহমখিয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও উনবী পূকনীং তপনবু না তা-ও। ইরাবন্ত অকনববু বভ্রুবাহন কৌবা অসিনা মতীক পাংগন কনথোইএ। মরম অংগী দমকনা যত্থ পাণ্ডু লানমী অকনবা পুন্নমকপু হুয়েন লানশোক মানা ঙম্বা মথোকলে। থৌরম মতৌ অসুম ওইরবদা বৃষ কেতু অর্জুন অনীমক্তি পূকনীং ইরৈ চল্লে। চেংলৌ হাইনা য়েংখিবমুঙ লানশোক পানকন ওইবিগে তৌববু কনা লৈতরবগী হুংপঙ মথৈ লৈতনা মপারি বৃষ কেতু অকনববু কৌনা কৌনা পাও-মেনখিয়ে। হে বৃষ সেন অথৌবা-ও হৌজিক মতম অসিদা ব্রারম নীংশিংলুববু পন্থৌ নঙবু পোকপা কর্ণ পাংগনববু হুয়েন লানশোকনোং অত্থঙৈদা থরায় মমিরেনবু অর্জ্জুন ঐনা মাঙহনবদো পায়মা লৌশিং লৈতবা থৌরম মতৌজববু থোক্লরে। মতম অত্থ নোংদা ঈশ্বর কৃষ্ণ মপারি কামদেব অকনবন অর্জুন ঐগী পায়মা উনগোয়নীংবু শুক্কং-লবগী ইশাবি কর্ণ লীশূ হৈববু নোংমনহল্লে। হে ইশাবি কর্ণ পাংগনবা-ও নঙগা পাংগন নমান্নববু তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তা কনা লৈবনো? পাংগন মতৌ অসিগুম্বা ইশাবি কর্ণ লীশূ হৈবা অত্থবু নোংমনহল্লে হায়বগী হে ইপারি বৃষ কেতু অকনবা-ও নঙবু পূকনীং

পায়মা লিনকোয়গী—গর্ভদগী, ইনুশিয়োমনুংদগী, মপূক্তগী। পঞ্চ (সং) —মঙা। তাংজা লিল্লা চন্থু—লিন নিঙোন। ব্রাহমখি—হায়খি। উনবী—পূকনীং। কনথোইএ—কনবা হেল্লে। পূকনীং ইরৈ চল্লে—তুকক তুফাই চল্লে। চেংলৌ—মিৎয়েং। হুংপঙ মথৈ লৈতনা—ফায়নঙাই লৈতনা, বাখন ফকমাঙ-নমতুনা। মতম অত্থ নোংদা—নুমিৎ অহুদা। ঈশ্বর (সং)—লাই। কামদেব —শ্রীকৃষ্ণগী মচা নিপা। লীশূ হৈববু—তেনহৈববু। নোংমনহল্লে—শিহল্লে। ইশাবি—ইয়াম্বা, তাদা।

সুংঙাইভববু তৌবীগুম্বু! তৌইগুম পূকনীং মম্নং থংবদদি খোইমোম নোংদমখোন চেনফদবনা থোকলুরবা অত্তুনে। ইশাবিগী মপারি সুংচানববু ওইরবসুঙ অর্জ্জুন থরায় ইমিরেনগুম মনীংলে। মরম অসিগী দমকনা বৃষকেতু কৌবা নডবু য়াইবী থরায় হিংনবা হস্তিনা লৈপাক সুংঙাইববু ইন্তানখিরগবরা নীংলে। মতম হন্দকনোংগী লানশোক মতৌ অসিবু পায়মা ঐগী উনগোয়সুংদা পূকনীং চিন্না থোকলে। থৌরম অসি মথক্তা লাঙদ্যা লমহুয় অনীমনাচিংনা চেংলৌ মিংশা চিংনা পাম্বোম হকসাং চোংবা অমঙ্গল য়াইথী পূত্তম মতৌ অসি খৈবিকপু ফত্তা মতৌ য়াম্ববু তৌররে। রারম মতৌ অমসুঙ লানশোক ঐগী ইতেং পাংগে হাযনা ঙাইরোয়নরকপা পাংগন মঙান চাউবা কামদেব কৃতব্রহ্মা সাইত্যকী হঙ্কনিংথৌ মপারি সতনিসত অনিরুদ্ধ যাদব শাগৈরেন অসিশিংবু হংসধ্বজ নীলধ্বজ যৌবনাস অনুসান সুবেক প্রবীর নিংথৌ লৈকোয়ফম্বা অসি খৈবিকসুঙ লানফম লৈতেংপোৎ ফীবোয় ফীতাং শেকপিন তুলাই চৈবৈ ফীরান কাঙহৈ পরেং চুঙ্গোয় কবাকথাঙ লাংগোই শগোল শামু মশীং লাকঙমদবা মাখোয় অসি খৈবিকপু ককথেক হায়ফৎ য়াম তাঙ্গোই উৎফুন ওইনা মাঙহল্লবগী মিংযেংসংনা য়েংশিনখিবা খৈবিক্তা শূন্য অতিংঙাবু মওইরে। অর্জ্জুন বৃষকেতু পন্থৌ ইপা ইচা নঙাইরে। মরম অসিগীদমকনা কৃষ্ণ লাইমরু ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির অনীমক্কী সনা মখোঙখাদা হনরাইখিরো। বৃষকেতু নঙবু থরায় ইমিরেনবু মওইরবা অত্তুনে। বংশ শাগৈ পুন্নমক্কীসুঙ চকমোম

---

তৌইগুম—তৌইগুম্বসুঙ। খোইমোম নোংদমখোন চেনফদবনা—চেনবা য়াম্রবা লাইগী নোংদমনা। ইশাবিগী—ইয়াম্বগী। মপারি সুংচানববু—নুংশিবা মচা। থরায় ইমিরেনগুম—ঐগী থরায়গুম। য়াইবী থরায়। ইন্তানখিরগবরা—য়ৌননবা চংখিগদরা। হন্দক নোং হন্দক্কী মতম। পায়মা ঐগী উনগোয়সুংদা—ঐগী পূকনীংদা। লাঙদ্যা—লাঙজা। ঙাইরোয়নরকপা—লোয়নয়কপা, লাকমিন্নরকপা। যাদব—যদু শাগৈদা পোকপা। লৈকোয়ফম্বা—নিংথৌ। চৈবৈ—ফ। সনা মখোঙখাদা—সনা খুয়াদা। হনরাইখিরো

থাউমৈ ওইনযে। নবেন কুন্তি অচুম্বীনসুঙ চেংলৌ নশক উদরবগা থল্লায় মমিরেনবু থ'দোক্কে হাযবঙৈনে হায়না অস্মূম পাওমেন্নবিঙৈদা পোনবী লাওদ্যা ক্বাক অনীমকনা ধ্বজ ফীবান খোক্তা চেকলা খোঞ্জেন হ্বাংনা খোংলনএ। যাইথী মতৌ অসিগুম্ববু হন্না হন্না মতৌশিল্লকলবগী পার্থ অকনবদি মপাবি বৃষকেতু অথৌববু কৌনা কৌনা পাওমেনখিয়ে। পারি নঙবু চংখি হনল্লাই থৌবু থীল্লগনু। পন্থৌ ইপা ইচাবু তিম্নমা মরৈনবদি লানশোক খু:দাংথীববু যোন্দনা থোকলঙৈনে। প্যারি নঙনা হুযেন লানশোকফমদা নোংমনখিববদি পাণ্ডব শাগৈ পূন্নমকসুঙ থল্লায় মাঙনা শিগে হাযবঙৈনে। বাবম মতৌ অমসুঙ নঙবু লাংহৈ কুমশীং যামদবিবগী অঙাং মতৌ ওইগিএ। লানফম তমথীবদা লানশোক মীমাঙ খাঙনা ঙাকচঙমহিনোইএ। রাবম অসি খঙনা লৈপাক থুনা তানখিবো লানশোক থোইনা মন্নবা অসিদা অর্জ্জুন ইতোম্মা খাঙলগে যজ্ঞ মণ্ডমথৌগীদমকপু ব্রত তবা চাকহেন অকববু তৌ। অসি পত্র থাঙশাং যাইওইববু খন্না লৈনিবা অত্তসুঙ পাবি নঙব লৈত্রবদি চাকহেন অরুম্বা মহাকপু তৌনবসুঙ নিংথৌ লৈকোযফম্বদি থোইনা পূকনীং অন্না চঙলঙাইনে। পন্থৌ নপাতোন অঙুম্মসুঙ পানবা কৈউন ইন্না নিংথৌ লাইনীং মতেং পাংলবিঙৈনে। সনাযোয় কোম্মুংদা লৈরিবী মাংগোন শঙতেং ঙানবী পূন্নমকসুঙ নিংথৌ সনা মখোঙথাদা কাঙহাই

—হনথ্রো, চংথ্রো। বংশ (সং)—শাগৈ। চকমোম—মৈ।

হায়রঙৈনে—হায়রগনি। পোনবী—উচেক। ধ্বজ—(সং) ফীরান। চেকলা—উচেক। য়ায়থী—অমঙ্গল। পারি—ইচা নিপা। চংখি হনল্লাই থৌবু—হন্দুনা চংখিনবা থৌরাঙবু। য়োন্দনা—শোয়দনা, লেপনা। লানশোকফমদা নোংমনখিরবদি—লানফমদা থরায় থারবদি। হায়বঙৈনে—হায়রগনি। লাংহৈ কুমশীং—চহী। লানফম তমথীবদা—অকনবা লানশোকনফমদা। ইতোম্মা—ইথন্দা, ইতোমদা। তবা চাকহেন—ব্রত। লৈকোয়ফম্বদি—নিংথৌদি। পন্থৌ নপাতোন—নতোন, নহাক্কী পাবুংতোন, নখুম্বা। পানবা—কৈ। কৈউন—কৈ মউন। সনাম্মোয় কোম্মুংদা—সনা কোম্মুংদা।

পরেং হুন্না য়োযনা থৌখল্লিভেনে। রাজ্য লৈপাক পুন্নমকসুঙ নিংথৌ লাকখোঙ থোঙজাউরেন্দা লৈপাক পুন্না তিন্না লাইনীং তেঙপাং য়াঙরিভেনে। ব্রাহ্মণ বেদ হৈবসুঙ নিংথৌ পুরোহিত ইনাউয়োক্কা চীংঙু লাইরিক থীরিভেনে। পারি নঙবু লৈত্রবদি থৌরম অসি খৈবিকপু যজ্ঞ মঙম লোমদনা কায়রভেনে হায়না পাউমেনববু নাতারবগী বৃষকেতু অকনবনা পাউথুমলকলে। তা-ও তা-ও হে পন্থৌ ইপাতোন-ও য়াথং নপাওমেন অসিবু করম্বনো? বৃষসেন নপারি ঐবু পন্থৌ ইপাতোন-ও নঙবু থাদোক নমদা হুন্না করম হস্তিনা লৈপাক তান্না চংখি-ও হায়বনো? থৌচান মরম থোক্লনা পাওমেনবা অসুম্বদি য়াথং অমরক হন্না হায়বিগনো ঐবু তাংজা ঈকাইরুইএ। রারম না তাখিবা খৈবিকনা ফত্তা মনৌ থোকনা হায়নভাইনে। পন্থৌ ইপা ইচাবু লাংগোই শগোল ভাকও হায়না ঈশ্বর মপুবেনগা ধর্ম্ম নিংথৌরেনগা অনীমকনা লানফম শীংতা থানা থৌশীরকপা অসিদা প্রাণ থরায় থারাইদমগী লানফম অমম্ববু উরবগ হস্তিনা সনা মরৈপাকপু য়াঙনা ইত্তানখিরো হাযনা পাওমেল্লিবা অসিবু বৃষকেতু কৌবা ঐবু পন্থৌ কর্ণ অকনবগী মপারিবু নত্তনা স্ত্রী নুপী ওইনা উরবগী পাওমেন রারা? ইপন কর্ণ লীশূ হৈবনা নাউনৌরকভৈগী হকসাং পাংগন ইথোকলকপা মথৈবু লানফম মতম করম্বদা লানশোক ইমায় ওনববু হৌনরক্তে? ইন্নুং থোমলেন মঙলানচান মহাক্তসুঙ লৈথোক্তরিএ। খঙলে খঙলে হে পনথৌ ইপাতোন-ও নঙগী য়াথং নপাওমেন অসিদো বৃষকেতু ঐবু হান্না লানশোক নতোম য়াইফ মিংলেন ওইজগে হায়না পাওমেন রাবু

রাজ্য—(সং) লৈবাক। লৈপাক পুমনা তিন্না—পম্ব মযাম তিন্দুনা। ইনাউয়োক্কা—ঐখোয়গী পুরোহিতকা। মঙম লোমদনা—যজ্ঞ লোইদনা। পন্থৌ ইপাতোন—পাবুংতোন। নপাওমেন—নয়াথং। তাংজা—ঈকাইবা। লাংগোই—শগোল। ধর্ম্ম নিংথৌরেন—যুধিষ্ঠির মহারাজ। স্ত্রী—(সং) নুপী। নাউনৌরকভৈগী—পোকলকভৈগী। ইন্নুং থোমলেন মঙলামচান—মঙ। ইপাতোন—পাবুংতোন। নপাওমেন—নহাক্কী বাহৈ, নবাহৈ। য়াইফা মিংলেন—মিংকম অকবা।

ওইরে। রারম করিদগীদমকনো পাংগন ইথোকলকপা ঐবু ক্ষেত্রি লাগৈ ওইনা পোকলবদা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইববু খঙদরিবা খজিকহিক-পরা? রারম মতৌ অমসুঙ পস্থৌ কর্ণ অথৌবদো লানফম থোইনা ঙপ্পদা খোয়মা মমায় ওন্না হৌনরক্তে হায়বসুঙ পস্থৌ ইপাতোন-ও নঙনা মখঙলিএ। পাংগন অসুম ওইবগী মপারি ঐগুম্বৰু পায়মা পূকনীং য়াংনা উরবসুঙ বৃষকেতু কৌবা ঐদি পূকনীং পঙনা খুভম হোংবী-ররোইএ। কোল্লোয় নয়াথংবু য়াথং নোকনা নোকনা পাওমেনসানপা অসিবু তৌবিরগনু। থরায় শিনফম্বু থোক্লবসুঙ পস্থৌ নঙনা য়াইবী থরায় থানা নোংমনফমদা খোয়মা ইমায় ওন্দনা মশিরডৈনে। হন্দক হুয়েন লানশোকফম অসিবু হায়দবসুঙ লানফম মতৌ খৈবিক্তসুঙ পস্থৌ নঙবু থাদোক নমদা হুনবদি পূমনা লৈররোইএ। কোল্লোয় নয়াথং অসিবু য়াথং শোরি মীনম রানে হায়না নীংবিকুনো পস্থৌ নখোঙখাদা সত্য শরী মথৈফংনা হায়জরবনে। তৌইগুম রারম মতৌ অমসুঙ পস্থৌ নঙগী বিজয় য়াইফথোইববু তাইবঙ মরোন অহুম্মকনা শংশঙ খঙলিয়ে। য়াইফা কোল্লোয় নমিংথোং অহুবু মাঙহন্নিংদে। হে পস্থৌ ইপাতোন-ও নঙনা য়াইবী থরায় মাঙলবদি চীংঙ্ গোবিন্দ থোইখোইবদা

---

রারম করিগীদমকনো—কল্কি মরমগীনো। ইথোকলকপা ঐবু—মথোক কাখংলকলিবা ঐবু। খঙদরিবা খজিকহিকপরা—খঙদবনি হায়না নীংবরা। পস্থৌ কর্ণ অথৌবদো—ঐগী ইপা কর্ণ কৌবা লান্দা থৌবদো। লানফম থোইনা ঙপ্পদা—অকনবা লানফমদা। খোয়মা মমায় ওন্না হৌরক্তে—মমায় লৈথক্তে পায়মা পূকনীং য়াংনা—পূকচেল য়াংনা। পূকনীং পঙনা খুভম হোংবীররোই—পূকচেন হোংলোই। কোল্লোয় নয়াথং—নহাক্কী য়াথং। থরায় শিনফম্বু থোক্লবসুঙ—থরায় মাঙবা তাররবসু, শিগদবা লৈরবসু। নঙনা য়াইবী থরায় থানা নোংমনফমদা—নহাকনা শিবা মফমদা। খোয়মা ইমায় ওন্দনা—ইমায় লৈদনা। নঙবু থাদোক নমদা হুনবদি—নহাকপু হুজেকলমবদি। য়াথং শোরী মীনমরানে—মীনম্বা রানে। শরী—রাশক। তৌইগুম—তৌইগুম্বসুঙ। শংশঙ খঙলিয়ে—তশেংনা খঙলিবনি। য়াইফা কোল্লোয় নমিংথোং অহুবু—নহাক্কী মিংচৎ ফজবা অহুবু। য়াইবী থরায় মাঙলবদি—শিরবদি, থরায় থাররবদি।

পূকনীং থোইনা মুডাইতববু থোকলুঙেনে। ধর্ম্ম নিংথৌরেন্নচিংনা ভীম নকুল সহদেব মাখোয় অসি খৈবিকনসুঙ চেংলৌ নশক উদরবগা উনবী পূকনীং পেন্নববু পূমনা লৈররোইএ। বৃষকেতু কৌবা ঐদি পাংগন ইথোকলকপবু ওইরিয়ে পন্থৌ নঙদি অহন মতম ওইনা মাল্লৈ চীংওল্লে। মরম অসিগীদমক ঐহুম লানশোক মায়ওক য়ানা শোক্লহৌগে। কৃষ্ণ ধর্ম্ম অনীমক্কী সনা মখোঙখাদা চৎনা য়োয়না থৌখনঙমও হায়না পন্থৌ মপা মচা রারম শাংতাননা পাওমেন্নরিঙৈদা বভ্রুবাহন অকনবনা লাউনা লাউনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে বৃষকেতু কৌবা নঙবু পুরুষ নিপা থোকনা ধন্য য়াইফথোইবা থরাম মহৈ পানববু লেপ্পা ওইরবা অহুনে। পাংগন নঙ্গা মান্নবদি তাইবঙ মপোন অহুম্মক্তা পূমনা লৈতরে হায়না বৃষকেতু পানকন মতীক থাখৎলকপা অহুবু অর্জ্জুন তেনহৈবনা না তারবগী য়াঙনা বৃষসেন মপারিবু ঙাইরোয়ননা হুয়েন লানশোকফমদা চঙখিরে। লাংগে ই মোইশা য়া শামু মচুম তাবা অনীনা নাপন ময়াই কানা চঙলকপা তুকুমএ। বৃষকেতু মপারি পাংগল মথোক-লকপনা রাহমখিয়ে। হে পন্থৌ ইপাতোনও নঙদি চেংলৌ মিংকুপ মরমদং ঙাইখস্বীখিও। পূকনীং মরাং কায়না ফমফমবিও। বৃষসেন নপারি ঐ লৈরিএ হায়না পাওমেল্লবগা বভ্রুবাহন মমাঙ শংশঙবদা

---

চীংঙ,—খোইযোম, লাই। গোবিন্দ শ্রীকৃষ্ণগী মিং অমা (শ্রীকৃষ্ণনা চহী তরেৎশুবদা কার্ত্তিক থাদা গোবর্দ্ধন ধারন তৌরবদা ইন্দ্রগা সুরভিগনা শ্রীকৃষ্ণদা গোবিন্দ হায়রা মিং অসি কৎথি—শ্রীমদ্ভাগবত ১০ম স্কন্দ ২৭শ অধ্যায়)।

ধর্ম্মনিংথৌরেন—যুধিষ্ঠির মহারাজ। চেংলৌ—শক। উনবী—পূকনীং। মাল্লৈ চীংওল্লে—অহন ওইরে। কৃষ্ণ ধর্ম্ম অনীমক্কী—কৃষ্ণগা যুধিষ্ঠিরগা অনীগী। রারম শাংতাননা—র' মথা তাননা। য়াঙনা—থুনা, থৌননা। বৃষসেন মপারিবু ঙাইরোয়ননা—মচা নিপা বৃষকেতুগা লোয়ননা। লাংগোই মোইশা য়া—শামু। তুকুমে—অহুগুম্মে। রাহমখিএ—রা হায়খিএ ঙাইখস্বীখিও—ঙাইবিখো। পূকনীং মরাং কায়না ফমফমবিও—পূকনীং রাই-খৎনা ফমহনা পোথাহনা লৈবিউ।

নকনা চঙশিনখিরবগী চিত্রাঙ্গদা পাযমা লিনকোয়গী বভ্রুবাহন অকনবনা রাওবা খোঞ্জেন রাংনা পাওমেনওম্মে। হে বৃষকেতু কোবা নঙনা লানফম মাঙদা থানা চঙলকলিবা অ সবু থরায নমিবেনবু থাথোকলগে হায়না লাবকলবরা? ঐনা চেংলৌ মিৎথিৎপাদ বৃষকেতু নঙবু যম মথুৎপাক্তা নকশিল্লকলে হাযববু শংশঙ তাঙনা খংলো। অর্জুন তেনহৈবা মশুংলাংগী দনকপু বৃষসেন অকনবা নঙগী তাংজা লুবেন-তোনবু রায়বা ইতেঞ্জাদা কবম তাগে চঙলকপনু। থরায় নমিবেনবু হাৎলবগা পম্মৌ নপাক্তে ন পার্থ অর্জুন তেনহৈববু কোন্না রাযবা ঐগী ইতেনচাদা যোন্দনা নোংমনহনগে হাযনা বভ্রুবাহন অকনবদি শমু খোঙথাং বাংনা চঙশিল্লবগা লীকং খুত্তা পাযনা রাযবা মতেঞ্জা অমা কাপখিববু তেনবী অবেস্ব তাকুদনা নমু পোং রান্নবা অৰ্দ্ধচন্দ্র হায়না কৌবা থাজা মচেৎ কোঙ্গায মানবা তেনবু লাচিং নাকোঙ ফংনা রাযবা তেনবাইখিববু বৃষ ধ্বজ অকনবনা শূন্য অতিংঙাদা তেনবী অনী থোকনা কাপথেল্লবগা লানপূক মবাঙ হৌনা বভ্রুবাহন লৌবাই কোযবেনথক্তা রাযবা নোংচুননা কাপলুববগী মাযগৈ মথোঙ তবামকপু নোংয়ায থামম্বগুম্মে। মাল্লং নোংশীৎ অকনবা মহারথবু রাযব, তেল্লক চঙনা তুমচিন ঙমদে। ফাবান তুলাই শেকপীন গুনাই খুৎশূ খৃৎলাই পুন্নমকপু নেম্বা শীংনাং পাইগুম পোংলোহ মতুপ অনা থোকনা ককাথবলে। কোবৌ নোং শগোল লাংগোই মোইশংয়া খৈবিক্কী তাংজা লুবেনতোনসুঙ যেন্দেম থবাম শোইগুম শোইদোবলবগী ঈঙাঙ লৌথোং চেনগুমলে। তাংজা মীফতোন লাংগোই মকোক তোনরাং-

চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোয়গী— চিত্রাঙ্গদা গভূদগী পোকপা। রাওবা—খোঞ্জেন। থরায় নামিবেনবু থাথোকলগে হায়না—শিরগে হায়না। লাবক-লবরা—লাকলবরা। চেংলৌ মিৎথিৎপাদ—উবদি। মশুংলাংগী—এরমগী। নঙগী তাংজা লুবেনতোনবু নহাক্কী নকোক অহুবু। রায়বা ইতেঞ্জাদা—ঐগী তেন্দা। ইতেনচা—ঐহাক্কী তেন। যোন্দনা—শোয়দনা, তঙাই ফদনা। নোংমনহল্লগে—শিহল্লগে। শমু খোঙথাং বাংনা চঙশিল্লকলবগা—মথোঙ বাংনা

ঙাবু ঈঙাঙ থককেন চৈরোয়ননা কাওপী শূমলোইতাউকুম তাউথোকলে। অসুম বৃষকেতু অকনবগী লানশোক পন্থেংখোন অতুবু চেংলৌ মিথিংলবগী বভ্রুবাহন মণিপুর লৈমাবগী মদাইরেম লানমী লেংনা তিনবশিংদি লানশোক মায়ওক য়াঙমদনা চেনথিরে। লানফম অমরক মরাঙ হৌনা বৃষসেন রায়রা মতেঞ্জা মঙাদংনা তেনবী নমকাপ-নথিববু নিংথৌ থমোই ময়ায়রেন্দা থারুরবগী চিত্রাঙ্গদা মপারি বভ্রুবাহন অকনবদি কন্থী মথৈফং কঞ্জাউ মথি ফোংনা তেনবী পাইজা শাবা রায়রা মতেঞ্জাবু লীরী থমোইতিংনা কাপখিহিকপস্মুঙ বৃষসেন মতেঞ্জানা তেনবী অনি থোকনা কাপথেকলে। পন্থৌ মপা কর্ণ লীশূ হৈবগা পাংগন মতৌ শোয়নদে। হুয়েন লানশোকফমদা খাম্বী মৈরাচাউকুমনা মঙান হুমিৎ থোক্লুম্মে। পাংগন মতৌক অসুম ওইবা অতুনা তেংগোন মপূক তিংনা নোংমনহল্লে। তুলাই লেংতম তোংবস্মুঙ কোটি মপে অহুমশুনা মাঙহল্লে। লাংগোই শগোল শামু শেকপিন তুলাই ধ্বজ ফীরান চুঙ্গোয় কবাকথাঙ লীরুং তেন পুং শেন পুন্নমকপু শীংবী থরোন পৈগুম পোৎলোই মশীং য়ামনা কাপথেকলে। জয় মুনিরেন্না

---

বাংনা থাংতুনা চঙশিন্নকলগা। নমু পোং—তাইবঙ মী। অদ্ধচন্দ্র—(সং) থা মচেৎ। লৌচীং নাকোঙ ফংনা রায়রা তেনবাইখিববু—লীরী মনাকোং ময়া য়েনা চিংলগা কন্না তেন কাপখিববু। লৌবাই কোয়রেনথক্তা—মকোক মথক্তা। মাল্লং—মুংশীং। নেম্বী—শীংনাং। কোয়ৌ নোং শগোন—শগোল। লাংগোই মোইশা য়া—শামু। তাংজা লুরেনতোনসুঙ—মকোকসু। ঈঙাঙ —অঙাঙবা ঈ। তাংজা মীকুতোন লাংগোই মকোক তোনবাংঙাবু—মী মকোক শগোল শামু মকোক।

কাওপী শূমলোই তাউকুম তাউথোকলে—তুরেল কাওশীং তাউবগুম তাউথরে। চেংলৌ মিথিংলবগী—উরবগী। মণিপুর লৈমাবগী—মণিপুর নিংথৌ। মদাইরেম—মমাই। লানশোক মায়ওক য়াঙমদনা—মমাঙদা লেগুনা লান শোক্লবা ওমদনা। কাপখিহিকপস্মুঙ—কাপখিবস্মু। শোয়নদে—থেয়দে। শীংবী থরোন পৈগুম—শীং মপে মপে পৈবগুম।

রাহমখিয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও প্রলয়মাঙলাইতমনে হায়রশীবরা? মতৌ করম্বনো ওম্থোকএ। তাইবঙ মীওই পানগীদি লৈখিসুনো খোইমোম লেংনতিনবা মহাক্লবু উনবী লাঙতক্লনা পুকনীং অকি ফংলে। থৌরম অসূম ওইনা লানশোক মীয়াম শিরবগী লাঙদ্যা মীশা চাবা লমহুয় শাপাম্বা হেম্বা লোইবী ক্কাক ভূৎ প্রেৎ দক্ষ কিন্নুর দৈত্য হিংচাবা জুগিনী হুম্ফু মরিমকসুঙ য়াওনা হরাও মখৈ লৈতনা হুংঙাই কুম্মৈ থোইনা শান্নবে। তাংজা লুবেনতোন পূম্নমকপু ভূৎ প্রেৎ খৈবিকনা শঙ্খ মোইবুং ওইনা খোংনরে। মশা চীঙ্গাক ওই, রক্ত ঈঙাও থকনা পাযমা মপুক থল্লবগা অনী হুংঙাই শকয়েংননা অহুম অহুম য়াওরা খোনমান্ননা ঙাইনোক্লয়ে। লাংগোই মোইশা য়াগী তাংজা লুরেনতোন চাউথোইবশিংবু লৌকরবগা চৈবৈ ফীবূন হুনগুম হুন্ন হুন্ননা শান্নেএ। নমু মীশা চাবীশিংগী যাওরা মখোঙ্গেন রাংজ-পুনাঙাইবে। তাইবঙ নমু পোংওইবা খৈবিক্তি বৃষকেতু অকনববু শোংকিবগা নমু মীশা চাবী খৈবিকনা শাবেন শামুন্নবগী হরাউ মতৌ উবগা অনীমক্লা অকি মখৈ ফংনা লানফম হুকচেন্নখিরে। হুয়েন লানশোকফম অতুসুং বসন্ত লৈপান্থাদা শীংলেন পারিজাৎ লৈনিংথৌগা পানকোং লৈ ময়োনগা অনীমক্ল মপান ঙাঙনা শাবা তুকুমনে। লানশোক মতৌ অতু য়েংনা পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবদি তুলাই রথ থক্তা হুংঙাই মরাং কায়না হরাউরে। নমু মীয়াম চেন্নখিরবা লানশোক অসি মতুংদা বৃষকেতু অকনবদি অমরক হুয়েন লানপুক মরাঙ হৌনা

---

রাহমখি—হায়খি। খোইমোম লেংনতিনবা—লাইয়াম সভা। উনবী লাঙতক্লনা—মপুকনীং ইরাঙ লাঙনা। হেম্বা লোইবী কাক—কাক। তাংজা লুরেনতোন—কোক। শঙ্খ—(সং) মোইবুং। পায়মা—পুক। ঙাই-নোক্লয়ে—নোকামন্নেএ। চাউথোইবশিংবু—য়ামনা হেন্না চাউববু। চৈবৈ—কি। তাইবঙ নমু পোং ওইবা খৈবিক্ত—মীঙইবাশংদি। শোংকিবগা—কিবগা। লানফম হুকচেন্নখিরে—লানফমদা তৌফম শঙন্রে, চমন্নরে। শীংলেন—লৈ।

তেনবী মখূৎশূ ব্লায়রা শিংখেৎ শাবা অমনা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনগী পূকনোপ অহোম্বা মহাক্তা কোরৌ নোং শীংজঙগুম থাক্লরবগী নিংথৌ মথোকললকপদি তুলাই লেংদম থক্তগী মাল্লেম লৈদা তানা তুখিরে। লানশোক মতৌ ওম্থোকপা অহুবু উরবগা নমু পোং ওইবা খৈবিক্তি হিহি হায়না য়াওব্রা মখোঞ্জেনবু লাউনা লাউনা মণিপুর ইংনিংথৌবু তুলাই লেংপু থক্তগী মাল্লেম লৈমায়থক্তা তাখিরে হায়না মিপাই মখৈ লৈতনা চেনশিন্নখিয়ে। বভ্রুবাহন অকনবদি ব্লাংলেন পূংজ্ঞামরুম ব্লাম্থরমলুবদগী কোরৌ নোংলাউখোনগুম ঙংনা ঙংনা হৌখৎলবগী য়াওব্রা খোঞ্জেন ব্লাংনা পাওমেল্লকএ। ঙাইও ঙাইও হে বৃষকেতু কৌবা-ও নঙবু অসি কোরৌ হুমিৎমা অসিদা নিংথৌ ইতীক অথোইববু শংশঙ খঙহল্লগে! তাংজা নরুতোনবু ককথোক্লবগা থব্লায় নমিরেন্দি থমহুং যম নিংথৌগী শমু মথৎপাক্তা শিন্নগে। থব্লায় নমিরেনবু শিদরিঙৈ অসিদা দেব নারায়ন অথোইববু উনবী পূকনীং তপ্না নীংশিং লৈত্তোন থোংনা শোঞ্জরৌও হায়না পাওমেল্লবগা লীরুং খাঙতপ লাকনা সনা তেন্দোংহুংগী ব্লায়রা তেনবী মক্তবা পোনবী লাঙদ্যা তুনা ব্লায়রা তেন্না চনবা তেনওঙ থাজ্ঞা মচেৎ শাবা তেনখোক হেব্রা ম্রণি ম্রণিক থাম্বা মঙান চীংহুং নোংথাঙ কুপকুম চেংলৌ মিংপু ব্লংবা তেনচীন মৈরি থোকপগী ব্লায়রা মঙান অবাবা অহুনা হুমিৎ মঙান হেন্না মায়কৈ মথোঙ তরামকপু পূমনা ঙাল্লে। তেনবী মানা পাল্লুগে তৌবদি

---

ব্রায়রা শিংখেৎ শাবা—শমকোকথাঙ শাবা তেন। কোরৌ নোং শীংজঙ—বজ্র, থক্ৰী তেন, অথাক অরাউ। লৈদা তানা—লৈপাক্তা তানা। ইনিংথৌ—ঐখোয়গী নিংথৌ। মিপাই মখৈ লৈতনা—হায়নিঙাই লৈতবা মখৈ মিপাই থাবাইহুনা। ব্রাংলেন পূংজ্ঞামরুম—পূং অমম্লোম। কোরৌ নোংলাউ খোনগুম—নোং থাকপগুম। অসি কোরৌ হুমিৎমা অসিদা—ঙসি হুমিত্তা। থমহুং—যম। খাঙতপ লাকনা—ময়ায়দা পায়হুনা। পোনবী—উচেক। লাঙদ্যতুনা—লাঙজা মতুনা। তেনওঙ—তেনগী মশক মওঙ। চেংলৌ মিংপু ব্রংনা—মিং ইব্রং লংনা। হুমিৎ মঙান হেন্না—হুংশা মঙান্দগী হেন্না।

লৈখিহ্নুনো। রায়রা তেনবী মশক য়েংবা মহাক্তবু অকি পূকনীং চঙনা থরায় মপান থোক্কে তৌশিল্লকএ। খোইমোম লাই খৈবিক্লসুঙ হন্দক হুয়েন লানশোক নোং অসিদি বৃষকেতু কৌবা অসিবু নিংথৌ রায়রা মতেনচীন্দগী থরায় মমিরেনবু হিংখিঙমলরোই হায়না পাওমেল্লেএ। বৃষ কেতু অকনবা মহাকসুঙ রায়রা তেনশক য়েংনা পূকনীং শোংকি চঙনা পাংগন নিপা থোকঙমদনা পায়মা নিংদোন থোকলে। অর্জ্জুন তেনহৈবনসুঙ পারি বৃষ কেতু অকনবা অসিবু লানশোক মতৌ করম্বনা থরায় মমিরেনবু হিংহনশিবনো হায়না হুংব্রঙ ইরৈচন্না নীংখন্নরিঙৈদা বভ্রুবাহন অকনবদি রায়রা মহুঙ্গা মক্তববু খোইমোম মন্ত্র শোন হুঙ্কার খোঞ্জেন ঙংনা শঙাইশেন মৈবী পাইগুম তেনরাইরকপবু ব্রহ্মাস্ত্র কৌবা তেনবী মাঙফদবা অতুদি নোংলেন ঈহৌ খোনগুম ঙংনা ঙংনা মরাক-লবগী অর্জ্জুন তেনহৈবা মহাকনা রায়রা মতীক লৈবা তেনবী মক্তবা মশেনবু কাপনা কাপনা ঙাকপসুঙ মঙমদরে। বৃষ কেতু মহাক্লসুঙ পাংগন মথৌ লৈবা খৌবিকপু কাপনা কাপনা ঙাকচবসুঙ মঙমদরে। পম্লো মপা মচানা রায়রা তেনয়াম কাপখিবা খৈবিকতো বভ্রুবাহন অকনবগী রায়রা তেনচীন মৈদা তেনবা তাশোই ওইনা মচাকলবগা বৃষ সেন তাংজা লুবেনতোনবু য়েন্দেম থারাম শেংইগুম ককথেক-লুরবগী মমায় লোইদাম থাজা মানবা অতুবু মালেম লৈদা তাখিরে॥ শম্ভু মহকসাংগা খাহনরবা তাংজা লুরেনতোন অতুনা হে কৃষ্ণ বিষ্ণু রাম রাম হায়না পম্লো মপাতোন পার্থ তেনহৈবগী অর্জ্জুন মখোঙখাদা

---

খোইমোম—লাই। হিংখিঙমলরোই—হিংখিবা ঙম্মরোই। রায়রা তেনশক য়েংনা—তেনগী মশক মওঙ য়েংহনা। পূকনীং শোংকি চঙনা—পূকনীংদা অকিবা পোকনা। হুংব্রঙ ইরৈ চন্না—তৌকম লাককম থঙদনা, তিঙঙক মাম্বঙকননা। নীংখন্নরিঙৈদা—থগ্গানদুনা লৈন্নিঙৈদা। তেনরাই-রকপবু—তেন কাপলকপবু। তেনচীনমৈদা—মৈরি থোকপা তেন্দা। বৃষসেন তাংজা লুবেনতোনবু—বৃষ কেতুগী মকোকপু। লোইদাম থাজা—থা। মালেম লৈদা তাখিরে—লৈপাক্কা তাথরে।

ওনশিল্লকলে। পার্থ অর্জুন তেনহৈবদি মুংশি মখৈ ফংনা কুন্দন মনাশিবু পায়না পায়না চেংলৌ মাগী শকপানথোং নীংথিববু য়েংনা য়েংনা উৎফুন নোংলৈ পকপবু তৈথোকপিরবগা পিরেন ঈচেন্নরা হাই হাই ওস্থোকএ মতৌ করিগীনো কল্লকএ খোমলেন ঐগী মঙলান চান্নে হায়র সবরা হায়না হাইহৎ লৈফাইতু, মাল্লেম লৈদা ওন্না মিকপ-লে। থব্রায় নীকমাঙননা ব্রাম্বরমলুবদগী ধনঞ্জয় লৌশিংবদি উনবী লৈনীংশিংনা হে ইচা বৃষকেতু কৌবা-ও হায়না কৌনা কৌনা ফৈরা মতানপাক্তা থাংকৎলবগা মায়থোং চিংনা য়েংনা হে ইপারি চেংলৌ শক্কোয় হেনবা-ও নঙগী থব্রায় নমিরেনবু পন্থো নপাতোন ঐনা ঙাকলৌ ঙমদরবা অসিদা পল্লেম কুন্তি সতী অচুম্বী মখোঙখাদা থৌরম লঙজা য়াম্ববু থোকলুরে। হে খোইয়ম নোংদম্বা বিধি নব্রায়েনবু করম্বনু ইপারি বৃষ কেতু কৌবা অসিবু লৈতরবদি অর্জ্জুন কোল্লোয় ইমিং-থোং য়াইফবা অসিদো লৈরাং অতিংঙাবু ওইশিল্লকলে। শমু ইথুৎপাক্তা চেংনা শিন্নরকপা রতন সনা মৈথাঙবদি কোরৌ অসি নোংজামাদা মাঙখিরে হায়না চেংলৌ মমিৎ অনীমক্তা পিরেম ঈচেন্নরা মপারিগী কোল্লোয় মমিং থোংবু ফয়না ফযনা কৌরবগা ফৈরা মতান-পাক্তগী শমু মহকসাংগা খাইনরমা তাউজা লুরেনতোন অতিংঙা অহুগা মালেম লৈমায়থক্তা ওনমন্নরে। মুংশি মৈচাক তেম্বীদন্না চেংলৌ মিৎশা ওন্দরবা মায়থোং অরেম্ববু চিংনা য়েং খজাই লেংলোই চুপনা হে

মুংশি মখৈ ফংন—হায়নঙাই লৈতবা মখৈ মুংশিদুনা। মনাশি—দাদা ম্রানবা লৈতেং। শকপানথোং নীংথিববু—ফজবা মায়থোং অহুবু। পীরেম ঈচেন্নরা—মমিত্তা মপি ঈরা চেন্না। খোমলেন ঐগী মঙলানচান্নে—ঐগী ইমঙলে হাইহৎ লৈফাইতু মালেম লৈদা ওন্না—লেপাক্তা বোম বোম তুনা হাইথদুনা। ফৈরা মতানপাক্তা—মতম্বাক্তা। চেংলৌ শক্কোয় হেনবা—শক ফজবা। ঙাকলৌ ঙমদরবা—ঙাকপা ঙমদ্রবা। লঙজা—দোষ, মরান অয়োনবা। খোইয়ম—লাই। নোংদম্বা বিধি—ব্রহ্মা। নব্রায়েনবু—নহাক্কী য়ায়েনবু। কোল্লোয় ইমিংথোং য়াইফবা—ঐগী অফবা মিংচৎ। লৈরাং অতিংঙাবু

বৃষ কেতু নিংথিবা চেংলৌ শক্কোয হেনবা নওদি পম্মৌ নপাতোন ঐবু নমদা হুন্না মফম কনিগুম্বদা চৎখিববগী কোল্লোয় পাউনাইদনা মাঙখিরবন্তু শমু মহাকসাংদা তাংজা লুবেনতোনগা তিন্নবা পাংগন নওগী নহৌশা অহব ইমাঙ শংশঙবদা অমনক হনবাইবকখো পম্মৌ নপাতোন ঐগী পূকনীং ইতৌশাব নৈতবনা ঈঙা তেবাপাইগুম থোইনা য়াংলবা অসিবু কোল্লোয নযাথং অমেঙবা অহনা উনবী পূকনীং তপ্পা হঞ্জিনহল্লখো। য়াওরা লনমকগুম্সা পাংগন নথোকল্লকপা নওগুম্বব মফম করিগুম্বদগী উন্নবী খুৎথুম চন্না তানফংলুসিবনো। পাবি চেংলৌ নশক উদরবগা থবায় ইমিবেনবু থাদোকনীংলে। লীকং নখূৎশূবু শমু খৃৎতা পায়না লাংগোই শগোল শামু খোঙমী লানমীরক্তা খাবৈগুম ওৎপগুম তৌবম্বা পাংগন নথৌনাদো বাংলেন পূংজা মরমদংবু বভ্রুবাহন অকনবগী লানশেক মাযাযাক যনা লৌবখিও। উৎফুল নোংলৈ থক্তা ওন্না কবি লৈবিবনো? হযে নৈনা হক্সিনা লৈপাক হুগুইবদা হনবাই খিরবগা ইশাবি ধর্ম্ম নিংথৌ নরচিংনা ভীমসেন অবনবা, সহদেব য়াযমবা নকুল অতোনবা পলেম গন্ধারি কন্তী অচৃঙ্গী যজ্ঞ শ্রেণী সতী দ্রৌপদী নীংথিবী. শুভদা অহনবী ঈমৌ প্রভাবতী লোশিংবীগা মাথোয অসি খৈথিকনা কোল্লায পাউচংঙম্সদা যাথং কবি হায়না পাউতমলুশিনবনো। যাদব শাংগ লংনতিনবাবমদগী শ্রীদৈবকী যশোদা

ওইশিল্লকলে—কান্নদবা অবেম্বা ওইরে। কোবৌ অসি নোংজামদা— ঙসি সুমিংতা। পিরেম ঈচেন্নবা—মমিত্তা মপি ঈগা চেন্না। মপাবিগী কোল্লোয় মমিংথোংবু—মচাগী মমিংবু। কৈবা মতানপাক্তগী— মহাক্তী তম্বাক্তগী। অত্তিংঙা— কবিম্ব কান্নত্রবা, অবেম্বা ওইববা। নমদা হুন্না—হুন্দোক্লুনা, থাদোক্লুনা। হনবাইবকখো—হাকখো। য়াওরা—লন। তানফংলুসিবনো—ফংলুসিবনো। থবায় ইমিবেনবু থাদোকনীংলে— শিনিংলে। বাংলেন পূংজা মরমদবু—পূং অমবোমদা। হনবাইখিরবগা- হনথ্রগা। ইশাবি-- ইয়াম্বুং। পলেম —ইমা। গন্ধারি—দুর্য্যোধনগী ইমা। কুন্তী অচৃঙ্গী—পাণ্ডব মঙাগী মমা কুন্তী সতী। যজ্ঞ শ্রেণী দ্রৌপদী। সুভদ্রা—অভিমন্যুগী মমা, অর্জ্জুনগী তাঙোম্ব।

রুক্মিনী অছুম্মানা চিংলিবী লৈমা লীশীং তরাতরুকমা সত্যভামা জম্বু-বতী আতর সুলক্ষ্যনা মাখোয় অসি খৈবিকনসুঙ লাইজা ঈখৌ লাংগুম তকুপতরাং পাউহংঙেনে। রারম পাউথুম ঙাইবু পুম্না লৈরুবোইএ। কোল্লোয় করি হায়না য়াথং পোথানরুসীবনু। বৃষ কেতু অকনবা অসিবু পল্লেম কুন্তী অহেনবীনা শমু ইখুৎপাক্তা শিন্নরকএ। লানফম তমথীবদা বৃষসেন থরায় মমিরেনবু চেৎনা ঙাকও হায়না হন্না হন্না পাওমেল্লকপগীনে হে খোইয়ম নোংদম্বা-ও বিধি নরায়েনবু করিগীনু হৌচিক চেংলৌ মিৎকূপ মরম ইমাঙ শংশঙবা মহাক্তা পারি থরায় মমি-রেনবু থাথোকলে। রারম মতৌ অমসুঙ পানকন থোইনা চাউবা নিংথৌ সনা চোঙলেন খানবা খৈবিক্তো মাগী মাগী নিংথৌ মরৈবাকপু নমদা হুন্না পানকন ইতেং পাংগে হায়না লাকপীরকপা পূমনমকসুঙ লানফম মায়থীরাবু ঙমনা লান্নংহল্লে। হে ইপারি বৃষকেতু অকনবা নঙবু কোলোয় পাউনাইদনা থরায় নীংমাঙনখিরবা অসিবু খোমলেম মঙ-লানচান্নে হায়রবসু চীংঙ নোংদম মথৌথানা অঙাং মতম ওইরিবা বভ্রুবাহন নথুৎপাক্তা থরায় ইখোয় খৈবিকপু পঙনা নোংমনও হায়বা রাগী ভৌশিকলা? ইপারি হুংচানপাসুঙ নিথৌ লৈকোয়ফম্বা খৈবিকসুঙ লানফম মায়থী নংনা লৈরবা অসিদা অর্জ্জুন ইতোম্মনা রারম অফথোকনববু করম ওইসে হায়বনো। হে কৃষ্ণ প্রাণ নাথ অরোইবা থৌজান লানগোন হৈবা নঙবু নত্তনা অর্জ্জুন নপাতাউ ঐগী য়াইফা

---

খোইয়ম নোংদম্বা—বিধ, ব্রহ্মা। বিধি নরায়েনবু—বিধি নংগী নোদমবু। পারি থরায় মমিরেনবু থাথোকলে—ইচা শিরে, ইচাগী থরায় থারে। পানকন থোইনা চাউবা—অকনবা। মরৈবাকপু নমদা হুন্না—মরৈপাক থাদোক্তুনা, মযুম হুন্দোক্তুনা। মায়থীবাবু ঙমনা লান্নংহল্লে—লান্দা লোইনা মায়থীবা নংহল্লে। ইপারি—ইচানিপা। কোলোয় পাউনাইদনা—বা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা। খোমলেন মঙলান চান্নে হায়রবসু মঙনা হায়রবসু। চীংঙ নোংদম মথৌথানা—লাইনা—তমখিবনা, নোংদমখোল্লা। ইখোয়—ঐখোয়। নোংমনও—শিরো। ভৌশিকলা—ভৌয়বরা। লৈকোয় ফম্বা—নিংথৌ।

থৌরম থোকনববু পূমনা লৈতরে হায়না খোয়জি নুংয়া থূকনা পায়মা নুংসামপী হোন যাওরা মখোঞ্জেনবু রাংনা রাংনা মীকপলে হায়দবরা ? তাইবঙ নমু পোংওইনা খৈবিকনসুঙ অর্জুন মতৌ যেংবদা মতোম মতোম নুংশি খোয়বু ওৎনা মীকপনরে। পার্থ অকনবদি নুংশি মৈচাক তেম্বিদনা হৌবো হৌবো ইপাবি নুংচানপা বৃষকেতু কৌবা ও বৰিগী থরায় নতোম্মবু ব্রহ্মলোক যঙ্গীবেন্দা চৎখিববনো ? লহান নোং ইচা ঐনা পোকপা নশাবি অভিমন্যু নুংচানপা মহাকনা থরায় নোংমনখিঙৈ-সুঙ পনথৌ নপা ঐনা নুংশি মতৌ তেম্বিদবা অসুমবদি পূমনা লৈখিদরিয়ে হায়না মাল্লেম লৈমায় থক্তা ওন্না বাক্তখিরে। মতৌ অসুম ওইববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী বভ্রুবাহন নিংথৌ মখোকলকপনা কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে ধনঞ্জয় লমকেৎপা লানফম য়াইফথোহবা-ও গোষাই নহাকসাংদা পানকন নমিং চৎপনু ওইহিনপা নঙগুম্বনা থরায় নোংমন-খিবগী দমকপু কবিগী উনবী পূকনীংশিং লৈতনা মীকপলিবনো। মাল্লেম লৈমায়থক্তা হৌখৎলো। ভবাণী য়াইফলনকু চাউবাবু উনবী পূকনীং তপনত্তম ঈরাৎপুরুমজোও। পার্বতী লাইরেম্মনা য়োন্দনা য়াইফ লনকুবিরকডেনে। লনকু তানফং মতুংদা বভ্রুবাহন ঐগী ইমাঙ শংশঙবদা চঙলকও। নিংথৌ লৈবোযফম্বা ঐবুদি বেশ্যা হাম্বোইবাগী

---

ইতোম্মানা—ইথন্দনা। প্রান নাথ— (সং) থবাইগী মবুংঙো। খোজান লানগোন হৈবা—থোজান হৈবা, কনবিহৈবা। নপাতাউ—নহক্কী মক্কপ, নপিজা। পূমনা লৈতরে—করিমতা লৈত্রে। পায়মা নুংসামপী হোন—নিংসাম্বর ফুমনা হোনদুনা। য়াওবা মখোঞ্জেনবু রাংনা রাংনা—খোঞ্জেন লাউনা লাউনা। মীকপলে —কপলে। মতোম মতোম -মথন মথন্দা। ফম্বীরন্দা—অথোইবা মফমদা। নশাবি—নয়াম্বা। অভিমন্যু অর্জুনগী মচা নিপা। নোংমনখিঙৈসুঙ— শিখিঙৈদসু। চেংলৌ মিৎথিৎলবগী—উরবগী। লমকেৎপা—লমহেনবা। ওইহিকপা— ওইবা। থরায় নোংমনখিবগী—শিখিবগী। উনবী—পূকনীং। মাল্লেম লৈমায়থক্তী—লৈপাক মথক্তগী। ভবাণী—দুর্গা, লানগী লাইরেম্মা। ঈরাৎ পুরুমজোও—থুরুমজো। পার্বতী—মহাদেবগী তালোয়। লৈকোয়ফম্বা,

মপারিনে হায়না পাওমেনবা নত্তবরা ? বেশ্যা মপারিবু ওইবা ঐগী ইমাং শংশঙবদা লৌশিং পূকনীং লৈতনা মীকপলিবা অসিবু তাংজা ঈকাই লৈতনা করি তৌরিবনো। য়েংও য়েংও লানমী নঙাইরোয় পুমনমা নঙখোয়স্পুঙ রায়রা ঐগী ইতেঞ্চাদা মাঙহল্লে। হৌজিক মতম অসিদদি নাপন নঙগী ময়াই কাববু নোইহৎলবগা শমু নহাকসাংবু মাঙহল্লগে। বভ্রুবাহন ঐনা উনবী পূকনীং চেৎনা নোঙ্গরিঙৈদা নাপন নয়াই কানা হোয় য়াবিদে। পূকনীং নাপন রাংববু নমদা হুন্না তাংজা লুরেন ককথোকলবা লৈরাং অতিংঙাগী দমকপু পিরেম ঈচেন কংদনা মীকপ-লিবা অসিবু মরম করিগীদমকনো। ক্ষেত্রি পাংগল অথোইববু ওইনা পোকলরবদা হুয়েন লানশোক থৌবু নমদা হুন্না মালেম লৈদা ওল্লিবা অসিবু বেদ শাস্ত্র অরুবদা হায়রিবগী তৌশিকলা হায়না পাওমেনববু না তারবদা অর্জুন তেনহৈবদি পায়মা নিংদোন থূকনা হৌগৎলবগা বৃষকেতু অকনবগী তাংজা লুরেনতোল অতুবু তুলাই লেংতমথক্তা হাপকৎলবগা অর্জ্জুন লীরুং মথূৎস্সু গাণ্ডীব য়াইওইববু শমু খূত্তা পায়না রথ তুলাই মখূনেৎপু মালং অয়াঙবা চৈরোয়ননা থৌচিন-খিরবগা বভ্রুবাহন অকনবগী লানফম মাঙদা থানা চঙখিরে। ত্রিভূবন মরোন অহুম্মক্তা য়াইফা কোল্লোয় ইমিংথোংবু চাউনা চৎলকপা অহুনে! থায়না লহান নোং কুরুক্ষেত্র হুয়েন লানশোক তমথীবদা শাবি মচীন মনাউ চামগা পাণ্ডব ইচীন ইনাউ মঙামক্কা থাঙলেন খূৎনা

---

—নিংথৌ। বেশ্যা—ওক্তবী নূপী। তাংজা—ঈকাইবা। ইতেঞ্চাদা—ঐগী তেন্দা।

উনবী—পূকনীং। নোঙ্গরিঙৈদা—হায়জরিঙৈদা, চঙজরিঙৈদা। তাংজা লুরেন ককথোক্লবা—মঙক কক্লবা। লৈরাং অতিংঙাগীদমকপু—কয়িন্থু কায়দবগী দমক। পিরেম ঈচেন কংদনা—শি থক্তনা। মীকপলিবা—কপলিবা। তৌশিকলা—তৌরবরা। বৃষকেতু—কর্ণগী মচা নিপা। শমু খূত্তা পায়না—মখূত্তা পায়দুনা। মালং অয়াঙবা—হূংশীং। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। ত্রিভূবণ—মরোল অহুম। ইমিংথোংবু চাউনা চৎলকপা—ইমিং নিংথিনা চৎপা। লহান নোং—মমাঙৈঙ। থাঙলেন—থাঙশাং।

কংনা য়ান্নৈঙেদসুঙ ভীষ্মদ্রোণ কর্ণনচিংনা জয়দ্রথ অশ্বত্থামা সমতত্ত চেকিতান বাহ্লুভৌম ভগদত্ত বাল্মীক বিভীষণ শৌকুনী শৌবল দুর্য্যোধন নিংথৌরেল চিত্রসেন জয়সেন দুর্ম্মুখ বিবিংশতি সত্যসেন চন্দ্রসেন চন্দ্রকেতু নিংথৌ পাংগন মথৈ লৈতবা অসি খৈবিকপু লানফম ইমাঙ খাঙদনা মঙমলকপা অহুনে। কোরৌ নোংমদোন্দগীসু রাক্ষস হিংচাবা খোইয়ম গন্ধর্ব্ব চীংঙু নোংথৌ সোরারেন মহেশ্বর মহাদেবসুঙ য়াওনা তাংজা লিন লৈপাকসুঙ অর্জ্জুন ঐনা মঙম্মে। স্বর্গমর্ত্ত পাতাল সমুদ্র লাইজা ইরেনপুংনা কোয়রিবা তাইবঙ নোংসাপান মরোন অহুম্মকপু অর্জ্জুন ঐনা মঙমলিবা অসিদা নয়া খোমনম নম্বা অঙাং নাউরা ওইরিবা নঙগুম্বনা পাংগল নতীক নত্তনা কোলোয় নাপল রাংলিবা অসিবু মরম করিহিক্কীনো। কোরৌ অসি হুমিৎমাদি অর্জ্জুন ইখুৎপাক্তগী থরায় নমিরেনবু হেনখিফরোইএ। নঙগী প্রাণ থরায় হাৎনা ইপারি বৃষকেতু অথৌবগী হুংশি মৈচাক অকনববু তেমনা হনরাইনগে। চীংঙু নিংথৌ শোরারেন খাণ্ডব বন উমং হুংঙাইববু পার্থ ঐনা খাম্বী মৈ থাথোকএ হায়ববু নাকোঙ নঙগী থোঙজাওরেম্দা না তাদবরা হায়না নোংলেন ঈহৌখোনগুম ঙংনা ঙংনা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা লানফম য়ায়দা লাংনা নোংশা মচুম তাগুম চঙখিরে। হুলাই মথুনেৎ রথ স্বরুপনা চেংলৌ মিৎপু লংনা নীংথি মঙান নাইবা অহুদা তোংখৎলবগা খুৎশূ মথৌ লৈবা খিবিকসুঙ রথ হুলাই থন্না হাপচেমলে। হুলাই চিথেক মরিমক্তা হনুমন্ত মশক শাববু চৈরৈ ফীরান পরেং থেৎ,

লানফম ইমাঙ খাঙদনা—ইমাঙদা মায়মৌং য়াবা ঙমদনা। কোরৌ নোংমদোন—অতিয়া। রাক্ষস—(সং) হিংচাবা। নোংথৌ—নিংথৌ, অতিয়া। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন—লাইনিংথৌ সোরারেন। মহেশ্বর—মহাদেব। তাংজা—লিন। স্বর্গ—লাইরৈপাক, নোংথৌ। পাতাল—লৈথা। লাইজা ইরেন পুং—সমুদ্র। মরোন অহুম—স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল। মরম করিহিক্কীনো—করি মরমগীনো। প্রাণ—(সং) থরায়। খাম্বী—মৈ। নোংলেন—নোং। চেংলৌ—মিৎ।

চান্দ্রা থকথন লৈন্না য়ান, মিয়েংশেন হুলাই চাকলেন ওইনা রথ মঙাল নাইবা অহুদা আসন মোস্তেক থানা ফমফমলবগা হুয়েন লানশোক-ফমদা. খৌরাং ঈখৌলাংলবগা লাইজা ঈথক্লনবা সনা খুজাই ঈখিনতৈ, জাৎ শাগৈ ফবা কোরৌ নোং শগোল মরিদংগী ল্যাংগোই শায়াঙ থক্তা রথ হুলাই মথুনেং নিংথিববু হাপনা লীরুং মঙান চাউবা গাণ্ডীব মথুংশূ য়াইওইববু অর্জ্জুন শমু খুৎতা পায় নায়ান লেমলৈ ঙা শাবনা চুপলেন নাপা হেন কিরিটি লুহুপ মঙাল চাউ ফাগুরী কোকশেং লমহাই নাই, পুমুং লানপোৎ শেংনা ফুরিৎ হকয়োমনরবগা পূহাল থবা-ঙক্লোয়হেন মুক্তা পরেং শি, লাইবক খেল্লাই থোঙদা সিন্দুর তোমথিন হেন্নৌথোই নগুন শুংদাই অহুম্মানা হকচাং ফাইচাইথোক শায়াঙ তাঞ্চাউ শি, তাঞ্চপ মঙান নাইনা নপুর খোঙচি থোল্লবদা মশাবি ধর্ম্ম নিংথৌরেন্না সন্দেশ মথুৎথোনবু ওইনা হুনবীরকপা লৈহাউ পরেং নীংথিবা অতুনা পার্থ হকচাং খাওন্না শমলাং উপোঙ মৈথোকপনা তকুপ তরেং নীংথি পূকনীং হু, হকচাং মঙান নাইবনা নোংপোক চীং লুখুমগী শেন্দ্রেং লমহৌয়াই মরু কুমএ। পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী লৈতেং ফিশেং নীংথিবদো হে জন্মেজয় নিংথৌরেন ও মুনি ইচীনলেঙ অমত্তুনদি কনা হায়ঙমশিবনো হায়ঙমলোইএ। চীংঙু নোংথৌ সোরাবেনগী মপারিনিগীনা সোরারেন মহকসাংগুম্মে। হকচাং থোইনা মঙাল চাউবা অর্জ্জুন পাংগনবা অতুনা হুয়েন্ লানশোকফমদা

---

চান্দ্রা—থকথন। মিয়েংশেন—শকয়েং মিংশেন। আসন—(সং) ফমফম। ঈখৌ লাংলবগা—ঈশিং খৌরাংলবগা। লাইলা—ঈশিং। ঈথক্লবা—ঈশিং থক্লবা। ঈখিনতৈ—ঈশিং খিনবা। লাংগোই শায়াঙথক্তা—শগোল মথক্তা। নায়ান—না য়ানবী। লেমলৈ—ঙা। পুমুং—শাপোৎ-লানপোৎ। হকয়োমনরবগা—হকচাংদা লিংশিলগা। পূহাল—প্রবাল। খেল্লাই থোঙ—লাইবক। নপুর—খোঙজি। মশাবী—ময়ামুং। ধর্ম্ম নিংথৌরেন—যুধিষ্ঠীর মহারাজ। শমলাং—শম। শেন্দ্রেং লমহৌয়াই মরু—হুমিং। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন—ইন্দ্র।

উনবী চৈরং লৈতনা চঙলকপবু চেংলৌ মমিং থীংনা য়েংঙম্বা খৈবিক্তো পূকনীং অঙক চঙনা চেংলৌ মমিং কুপ্তনা য়েংনরে। অর্জ্জুন তেনহৈবদি লানফম থাম্বী মৈশা লাংনা চঙখিরিডে মহাকনা তেনবী লখা লখা থোকনা কাপচিনখিরবগী লানমী মশীং লাকঙমদনা মাল্লেম ফুবাকলৈদা তুহল্লে। অসুম পার্থ অর্জ্জুন অকনবগী মিংয়েং মতৌ লৌকাপ তেনকাপ পূমনমকপু চেংলৌ মিংথীংলবগী লানমী লেংনা তিনবা লানফম মায়ওক য়াঙম্বা খৈবিক্তি পার্থ মাঙদা লেপঙমদনা মিপাই হুকচেন্নখিরে। শংগোল শামু শেকপিন তুলাই চৈরৈ ফীরান পুন্নমকপু নেম্বী শীংনাং পাইগুম কাপথেকলবগা বভ্রুবাহন অকনবা মহাক্তসুঙ রায়রা তেন্না থারুরবগী শমু মহকসাংবু নীকনা নীকনা হকচাং য়ুহারাগুম খাঙলে। লানমী লেংনা তিনবা খৈবিক্কী তাংজা লুরেনতোন পুন্নমকতি মাল্লং হুংশীং কনবদা পামেন উনা অকংবনা কেনখিবগুম কোকয়াম লৈমায় শীল্লে। রাবম পান্দম অমদি তেরা মপৈ য়াম্ববু থাম্বী মৈনা ফংবা তুকুমলে। লানমী কনা অমগী তাংজা মকোক নাক, অথৌলীচা হেপ্পা কনাগী খুকলু তাংকোয় শমনা তাংজা লুরেনতোন মশেনবু য়াম্না তিয়বে হায়দববা? অর্জ্জুন রায়রা মতেঞ্চানা নোংলেন মখোঙ ফুয়গুমলবগী অতিয়া মকোয় অচৌববু য়িমলেন চাউকোয় উংকুম খুমহৎলে। অর্জ্জুন তেনহৈবদি অমরক নোংশা লাল্লাউ খোস্তাননা তানচিনখিরবগী লানমী লেংনা তিনবা পুমনমক্তি মীয়াম কয়ামরমনা য়াইবী থরাব থানা নোংমনখিয়ে। লানমী কয়ামরমনা থরায় লাইখংননা চেনথোকখিএ। হুয়েন লানশোকফম অচুদি

---

হুয়েন লানশোকফমদা—সানফমদা। উনবী—পূকনীং। চেংলৌ মমিং থীংনা য়েংঙবা মুন্না য়েংলবা। মাল্লেম—লৈপাক। চেংলৌ-মিংথীংলবগী—উরবগী। নেম্বী—শীংনাং। লেংনা তিনবা—ময়াম তিনবা। কোকয়াম—কোক ময়াম। অথৌ-লীচা হেপ্পা—অথৌবা, থৌনা কবা। খুকলু—খুকউ। তাংজা লুরেন তোন—কোক। য়িমলেন—য়ুম। অমরক —অমুক হয়া। নোংমনখিয়ে—খিখি।

ঈঙাঙ লৈতেংননা মীশা লৈথোম ওইরে। ঈঙাঙ থকফেন ঈ অহুদা শগোল শামু মরুতোন মীয়াম তাংজা লুরেনতোন খৈবিকপু কাওবী ল্হূমলোই তাউগুম ঈথক চৈরোয়ননা তাউথোকলে। অর্জুন লান-শোক ওস্থোকপা অসিগুম্ববু থায়না লহান মাঙদা চেংলৌ মিংমাঙ খন্না উখিদরিয়ে। রায়রা মথূংশূ রাংঙা মহাক্না মায়কৈ চিথেক মরিমা মহাকপু উপনা থল্লবগী চেংলৌ মিংথোঙ মমনা অহিং খামম্বগুমলে। পার্থ লানফম মতৌ অতুবু চেংলৌ মিংথীংলবগী মনিপুর লৈকোয় ফম্বা বভ্রুবাহন অকনবনা অর্জুন তেনহৈববু কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে পার্থ অকনবা-ও নঙগী লানশোক নথৌরাঙ অসিবু করম্বনো ? বভ্রুবাহন ঐঙোল্লমদা চঙলক্তনা লানমী মীয়াম তিনবা রাংঙাবু য়াইবী থরায় হাকনা নোংমনহনবা অসিবু রারম ওইজথৌ করম্ববু লৈরিবগী তৌশিকনো ? বভ্রুবাহন কৌবা ঐদি লানশোক অসুম তৌরোই। পার্থ অকনবা নহাকমকপু য়াইবী থরায় হাংনববু নমু মীয়ামপান খৈবিকী চেংলৌ মমিং থীংনা উহনগে হায়না রায়রা তেনপুম মরিতংবু খোইমোম মন্ত্র শোন্না কাপখিরে। তেনবী মপুম মরিমা অতুনা তুলাই রথ পুরিবা কোরৌ নোং শগোল মরিমকপু কাপথোকলে। রায়রা মক্তবা অমনা শেকপিন খান্না চোঙবু কাপথোকলে। তেনবী তরেৎতংনা লৌরুং খোংচি তোনবু শমথংলে। রায়রা তেনপুম্মনা খ্বা য়োংশক শাবা ফীরান লৈতেংখোকপু শোইথোকলে। থৌরম অসুম তৌনা অর্জুন মিংচৎপবু

থরায় লাইথংননা--মিপাই থাবাইনা, থরক হুনশত্রুনা।

কাওবী ল্হূমলোইতাউগুম—ভুরেন কৌশীগুম। থায়না লহান মাঙদা—থায়না মমাঙ্ঙেদা। মণিপুর লৈকোয় ফম্বা মণিপুর লৈমাবা, মণিপুর নিংথৌ। হাকনা নোংমনহনবা—য়ামনা শিহনবা। তৌশিকনো—তৌরিবনো। নমু মীয়ামপান খৈবিকী--মী ময়ামগী। খোইমোম মন্ত্র—লাইন্না। কোরৌ নোং শগোল—লাংগোই শগোল। কাপথোকলে—কাপথুরে। শেকপিন—ছুরে। রায়রা তেনপুম্মনা—তেনবী অমনা। খ্বা য়োংশক শাবা—য়োং

শমু মথূৎ পান্দবগুম থম্নবগী ধনঞ্জয় তেনহৈবদি কক্সাউ ময়াই কা কষ্টী মতোম্লোমনা শাউথৎলকলে। রায়রা তেনপুম্মনা তেনবী চামা চামা থোকনা কাপথিবসুঙ বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলকপগী রায়রা মথূৎশূনা শমু মহকসাংবু যৌহন্দনা অতিয়া লমথাঙমদা তেনবী মত্থূপ মত্থূপ থোকনা মাল্লেম লৈদা তাহল্লে। লানশোক মতৌ অসুম তৌনা য়াইবী থরায কাউনা রায়রা তেনয়াম কাপনা শোক্লবদো লমফম ঙমজথৌ খৈবিকপু লৈনদবে। পন্থৌ—মপা মচা অনীমক্কী লানশোক মৈশাখোন অতুবু চেংলৌ মিৎথিৎলবদা কোয়ৌ নোংম-দোনগী খোইয়ম লাইব্বাপ পূমনমক্তি উনবী পূকনীং চঙনা শোংকি মিপাই চঙলে। পাংগন মতীক চাউবা পন্থৌ মপা মচা অনীমক্তো তিল থোয়দিং মবমদবু অরা পোথা নাইদে। কোয়ৌ নোংথিন লোম্নদে, ইহুং শোয়বা তোক্লদে। হুমিৎ শীংবূম তরেৎনিবু অম্না পোথা নাইদনা শোক্লববু পাংগল মযেং তানদে। অনৌ-অনৌবা পাংগল ময়াই কানতুম চাওখৎহনথোক লৈনদনা মশোক্লেয়ে। মতীক পান্দম লৈতে। শাবেন নোংশা খাঙনৌবা অনীনা পাংগন হাকথেং ফংনা লাক্লবগুম, কৈবেন চরাম্নবা অনীনা শাবেন শামুন তাম্নবগুম লানশোক মতোন লোম্নদে। বভ্রুবাহন অকনবনা পন্থৌ মপা অপোকপবু যাথং অবাক তমনা পাওমেল্লকএ। হে পার্থ অর্জ্জুন মশক য়েকপা। শোইথোকলে—ককথৎলে।

শমু মহকসাংবু—মশাবু। লমথাঙমদা—লম্বীদা। মালেম লৈদা—লৈপাক্তা। ঙমজথৌ—ঙমগদবা মরম। চেংলৌ মিৎথিৎলবদা—কেক উবদা। কোয়ৌ নোংমদোনগী—অতিয়াদগী। খোইয়ম লাইব্বাপ পূমনমক্তি—লাইয়াম সভাদি। শোংকি মিপাই চঙলে—কিবনা থরক হনগৎলে। তিল (সং) —থোয়দিং। ইনুং শোয়বা—অহিং নোংশোয়বা। হুমিৎ শীংবুম তরেৎনি—হুমিৎ তরেৎনি। পান্দম লৈতে—কায়নিঙাই লৈতে, পান্দমনিঙাই লৈতে। শায়েন—শা অথোইবা, শাগী নিংথৌ। হাকথেং ফংনা—হকথেংননা, মশা মশা পায়নহুনা। কৈবেন চয়ায়বা অনীনা—মপূক লামলবা কৈজাউ অনীনা॥ পন্থৌ মপা অপোকপবু—মাবু পোকপা মশাবু।

তেনহৈবা-ও নঙনা পল্লেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু বেশ্যা শীঙলেন তাইজবীনে হায়না ফত্তা ময়েক থোকনা পাওমেনরাগী বভ্রুবাহন ইখুৎপাক্তা লানফম মায়থীরাবু লেপনা মতারঙেনে। সতী মতীক অরুববু নীংশিংদনা ইস্থোক্লবা নঙনদি অরা মৈশা কনবদা য়োন্দনা মতারঙেনে। পুকনীং রাচুম শূবীশিংবু শুণ মতীক মাঙহনবা অতনা হয়েং তুংগী লমন মহৈস্তুঙ তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তা কোল্লোয় নমিং থীববু ফত্তা রারৈচেংনা মরৈরোরঙেনে। নমু পোং ওইবা পুন্নমকনা পুকনীং রানিনবীররোইএ। রায়রা ইতেঞ্চা অসিনা ম্যাঙগী য়াইফা কোল্লোয় নমিং থোংদো কোরৌ অসি হুমিৎমাদা য়োন্দনা মাঙহল্লগে। পাংগল মিংচৎ থোইবা নঙনদি বভ্রুবাহন কোবা ঐবুদি অঙাং খোমনম নমলিবা নাউরা মথৌনাবু লৈতরিবনে হায়না মখঙজৈয়ে। অঙাং নাউরা অখুবা ঐগী রায়রা ইতেঞ্চাদা উনবা পুকনীং তপঙমলোইদৌববু লেপ্পা মাল্লে। ঐগী য়াথং ইপাওমেন অসিদো রারম অওইবনে। য়াথং ওইদা রানে হায়ববু উনবী পুকনীং তপনা য়েংজ-ও। বভ্রুবাহন ঐবু হুযেন লান শোরুগে নীংলবদি পাংগন তেঙপাংপীনবা ঈশ্বর কৃষ্ণ মপুরেনগা ভীমসেন অকনবগা অনী-মকপু য়াঙনা পাউ কোজরুখো। নিংথৌ রায়রা ইতেঞ্চাবু ভীম কৃষ্ণ অনীমকপু ঙাইনা রায়রা তেনরাইলৎপিখিগে। পাংগন খিজিক নঙায়বা খুৎশূ মথৌ রাৎপা অসিশিংনদি উনবী ঐগী পুকনীং থুংনা

অহেনবী = অথোইবী। বেশ্যা শীংলেন তাইজবী—ওক্তবী মুপী। পাওমেনরাগী - হায়বদগী। ইখুৎপাক্তা—ঐগী ইখুত্তা। য়োন্দনা—তঙাই ফদনা, শোয়দনা। কোল্লোয় নমিং থীববু—নহাক্তী মিংচৎ অথীববু। মরৈ-রোরঙেনে—লৈহৌরগনি। নমু পোং ওইবা পুন্নমকনা—মী পুন্নমকনা। পুকনীং রানিনবীররোই— মপুকনীংদা কাউররোই। নাউবা অখুবা—অঙাং ওইরিবা। রায়রা ইতেঞ্চাদা—ঐগী ঙেন্দা। ঈশ্বর—লাই। ভীমসেন—অর্জুনগী ময়াম্বুং য়ামমা। য়াঙনা—থুনা, থুন্দনা। রায়রা তেনরাইলৎপি-খিগে—তেন কাপ্পা লেপ্পিখিগে।

লানশোক পূকনীং পেনফাত্তে। থৌরাং অথানথৌবু তৌরগুনো চীংঙু নারায়ণ মপুরেনবু য়াঙনা পাউ কৌহল্লুরো। বভ্রুবাহন কৌবা ঐদি সতী রাচুমগুবী মপারিনিগিনা খুৎকন পাংগন লীকাপ তেনকাপ পুন্নমকপু অনৌ অনৌ চাওখৎলকলিবা অহুনে। ভীম কৃষ্ণ অনীমকপু পাউ কৌরুহুনা থরায় নমিরেনবু মফম করিগুম্বদা হেনখিগে নীংলিবনো ? রারম অসুম পাওমেনববু না তারবদা ধনঞ্জয় পাংগনবদি প্রলয় মাঙ-লাইদমদা য়োয়ময়াই তাউদনবা হুমিৎ তরানিথোই থোকুম কঞ্জাউ মথি নাই, কম্বী মথৈ ফং, পূকচেল মতোল লোমনা মায়গৈ চিথেক মরিমা মহাকপু লানমিৎ কোরী হো অথাবনা হাইনা হাইনা য়েংখিববু চেংলৌ মিৎয়েং তারুবা লানফম মায়ওক য়ারিবা খৈবিক্তো থরায় মমিরেনবু শমু মহাকসাংদা পকঙমদনা মিরেন থাবু থংনখিয়ে হায়দবরা ? তাইবঙ নমু পোংওইবশিংবু রারম করি হায়শিবা ! অর্জ্জুন মমিৎয়েং অহুদি থৌহু নূঙ্গন অকনবা মহাক্রবু খাঙঙমদনা তুমখিডেনে। পাংগন অসুম ওইবা অর্জ্জুন অকনবনা কোল্লোয় ময়াথংবু রাংনা রাংনা পাওমেল্লকলে। হে বভ্রুবাহন নয়া খোমনম নমলিবা নভীক পাংগনসুঙ লৈতরিবা নঙ্গুম্বনা অর্জ্জুন ঐবু থৌওই মীথা লৈতনা য়াথং অরাক তমলিবা অসিবু অঙাং নাউরা অপঙব-শিংগী নাপন ময়াই কানা য়াথং পাউসারাবু করম মানবনো। অর্জ্জুন

---

চীংঙু—লাই। নারায়ণ—শ্রীকৃষ্ণ। সতী রাচুমশূবী মপারিনিগিনা —সতীগী মচানিপানিনা। ধনঞ্জয় পাংগনবদি—পাংগন কল্লবা অর্জ্জুন অহুদি য়োয়মযাই তাউদনবা—হুমিৎ। কঞ্জাউ মথি নাই কম্বী মথৈফং—খাউবনা মৈ হৌরহুনা। লানমিৎ কোরী হো- লানফম অহুদা মমিৎ কোয়ীমুক ঙাঙনা। মিরেন থাবু থংনখিয়ে—থরায় মিপাইনখি। নমু পোং ওইবশিং —মীওইবশিং। থৌহু নূঙ্গন অকনবা—নুং অকনবা। কোল্লোয়—য়াথং। নয়া খোমনম নমলিবা—অঙাং য়ামনা ওইরিবা। থৌওই মীথা লৈতনা—মীথানদনা। য়াথং অরাক তমলিবা অসিবু—অরং অরংননা ঙাঙলিবা অসিবু। অঙাং নাউরা অপঙবশিংগী জ্ঞান থাংলিবা অঙাংগী। পাওসাবা—থা মঙক অথোং তৌনা ঙাঙনবা।

ইত্তীক অরুববু—তাদরাগী তৌশিকলা ? কোয়ৌ নোংমকোনয়া কাখিরকসুঙ ইন্দ্র সয়ারেনবু মঙমলুবা মালেম লৈখারোন্দা চঙখিরবসুঙ নাগ লোক তাংজা লিন লৈপাক মহাকপু শমু খুৎথুম চত্না মঙমলকপা, তাইবঙ নোংশাপান সমুদ্র লাইজা ইরেনপুংবা কোয়রিবা মথে কোল্লোয় ইমিংথোংবু চাউনা চৎলকপা, কৃষ্ণ লাই মরুগী লোয়না মপাতাউসু মওইবা পাংগন থোইনা চাউবা ঐবু রারম চুমদবনা য়াখং অরাক তমনা মহায়রিবা অসিবু বেশ্যা শীংলেন তাইচবীগী করম ওইদবনো হায়না পার্থ অকনবদি গাণ্ডীব লীরুং মখুৎশূবু লীরী থোংচি থোংখৎলবগা রায়রা মাঙকদবা তেনবী অথোবা অমবু শয়েং পানবু তিংনা কাপখিববু বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলকপনা পূক্লীং চিংনা লৈতনা তাংশক হেলা থৌওইদনা অতিয়া লমখাঙমদা কাপথেকলবগী ধনঞ্জয় মিংচৎপদি কঞ্জাউ মৈপোকথোক লান মিং কোয়ী হৌ পীগুম পাগোয় লৈনা য়েং, মুখ মখা চীকনা রায়রা মক্তবা অমবু সনা তেন্দোং নুংগী লোরবগা লীরী তেঙ্গা থোংনা কাপথিহিকপসুঙ বভ্রুবাহন অকনবনা অঙাং শায়থৌগুম অতিয়া নোংলোন থক্তা মাঙহল্লে। পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবদি লোইদাম কালেন থাগী কোয়ৌ হুমিং য়ুংখাকপা নোংশা মঙান মৈগুম মায়থোং ঈঙাঙহৌ হকসাং মতু চুংনা হুলাই শাথৌ-চিনখিরবগা রায়রা অমক লৈতবা হুমিং মঙান অরাববু কোমহান জস্না অমবু পান্থম মিৎয়েং থৌনা কাপথিহিকপসুঙ বভ্রুবাহন পূক্লীং থৌওই

---

তাদবাগী—বা তাদবদগী। তৌশিকলা—তৌরবরা। কোয়ৌ নোংম-দোন্দা—লাইরৈবাক্তা, অতিয়াদা, স্বর্গদা। মালেম লৈখারোন—পাতাল। তাংজা—জিন। লাইজা ইরেনপুং—সমুদ্র। লোয়না মপাতাউ—মরুণ। বেশ্যা—নুপী ওক্তবী। শয়েং পানবু তিংনা—মপাম্বোম তিংহনা। পাগোয়—পীতম। অঙাং শায়থৌগুম—অঙাংনা শায়বগুম। নোংলোন—অতিয়া। লোইদাম—থা। কোয়ৌ হুমিং য়ুংখাকপা—হুমিং য়ুংবগী মতম। হুলাই শাথৌ-চিনখিরবগা—য়োলাই থৌগিনগ্রগা। পূক্লীং থৌওই লৈরবনা—করিমত্তা মাচুংবনা।

লৈরুদনা মকাপথেকএ। তেনকাপ অত্ত মতুংদা চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনগোয়গী মণিপুর লৈমাবনা রায়রা মক্তবা তেনবী অথৌবা অমনা অর্জ্জুন তুলাই মথুনেৎ হুমিৎ মঙান অবাববু ঙমজথোইবা মহাকপু রায়মা হাওকাপ ফংহল্লনা তুলাই মতুপ অনী তাহল্লবগী সব্যসাচী তেন-হৈবদি থোঙমী নমু মী মচমগুম লেপনা লৈরবদা অর্জ্জুন হৈনা মতুংথাং তুলাই শাথৌ ইল্লিবনা নীংথি মতৌ চঞ্জোনবা রথ তুলাই অরোনবা অমতংবু কোরৌ নোং শগোল মরিদংবু য়াঙনা লৌরকলুরে। রথ তুলাই মথুনেৎ অরোনবদো চোয়নৌ সনা পূমনা লুপএ। মিৎয়েংশেন লীকলাই থাম্মে। হনুমন্ত মশক শাবা ফীরান লৈতেংপোৎনা তুলাই চিথেক মরিমক্তা লৈতেং মিৎপু লংনা রথ মথুনেৎ নীংথি মতৌ কম্বু লৈতবা অতুদা ধনঞ্জয় পাংগনবনা তুলাই রথ থক্তা তোংখৎলবগা মৃগেন্দ্র য়াওরৌ শা নিংথৌগুম চঙখিববু তুলাই মথুনেৎপু পুবিবা কোরৌ নোং শগোল মরিমক্তো লাংগোই শাথৌ য়াবিদনা শগোল মমায় ওনথোকএ। গাণ্ডীব লীরুং মথুৎশূম্নুঙ অর্জ্জুন শমু মথুৎপাক্তগী মাল্লেম লৈমায় থক্তা লীরুং ফৈনা তাখিববু থঙলৌঙমদে। ব্রহ্মাস্ত্র রায়রা মতেঞ্জাম্নুঙ তেনবী মঙান মকএ। চৈবৈ ফীরান রায়দা য়েকলিবা য়োংলেন মশক শারিব। থরায় নিংশা পান্দবা মহাকনবু নীকনা নীকনা চোংনা চোংনা য়োংলেন মশক ওল্লে। পার্থ থমোয় নিংদোন থুক, চেংলৌ মিৎশা চিং পাম্বোম শিংলী হকসাং চোংনা অমঙ্গল য়াইথীবগী থুৎতম মতৌ খৈবিকপু সুনা থোকলরবা মহাক্তবু

---

চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনগোয়গী—চিত্রাঙ্গদাগী গভ দগী পোকপা। লৈমাবা—নিংথৌ। হাওকাপ=হুই অমা। সব্যসাচী—অর্জ্জুন। নমু মী মচমগুম—কম্বিসু লৈতবা অচম্বা মীগুম। হৈনা মতুংথাং—মতুংদা লৈবা, মাপী তুংদা ইল্লিবা। লৌরকলুরে—লৌক্লয়ে। চোয়নৌ—সনা। মিৎয়েংশেন—শকয়েং মিংশেন। মৃগেন্দ্র—(সং) নোংশা। য়াওরৌ—শা। লাংগোই—শগোল মঙান মকএ—মকশিল্লে, মচু থোক্তে। চৈবৈ ফীরান রায়দা য়েকলিবা—কিপী ফীরান মরায়দা য়েকপা। য়োংলেন—য়োং মরক্তগী অথোইবা, হনুমান ] পার্থ—অর্জ্জুন। থুৎতম—থুদম।

অর্জ্জুন লানশোক মহৌশাগী পূকনীং থৌওই শীংতবনা ছুলাই শাথৌ থোইনা হুয়েন লানশোককমদা চঙখিরবগা রায়রা তেনবী অথৌবা চামদংবু তেনকাপ ফূযনা কাপশিনখিববু বভ্রুবাহন নিংথৌ মহকশাংদা থারুরবগী বভ্রুবাহন অকনবদি কঞ্জাউ মৈপোকথোকনা রায়রা মথূৎশূ তেনবী অথৌবা চহুম চহুমদংবু ফুয়না ফুয়না কাপলবগী পুন্নুং চংবী লাকোম্নুংদা নোংজেন ঈয়াম তাবগুম তেংগোন মীয়াম মূৎকে তৌশিল্লকলে। অর্জ্জুন শমু মহকসাংসুঙ নীকনা নীকনা খাঙলম-লুবদগী তেনপান অনা কোমলকলবদা কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা নাগবান তাংজ লিনগী তেনবু কাপশিনখিববু বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলকপনা পোনবী গরুড় তেনবু কাপলকলবগী নাগস্ত্র থূৎশূ তেন পুন্নমকপু নোং-লোন অতিংঙাদা মাঙহল্লে। পার্থ অকনবদি পূকনীং কঞ্জাউ থোইনা শিব নোংপোক মহাদেবগী রায়রা মতেঞ্জাবু সন্ধান পানতম য়েংনা রায়রা তেনরাইখিবব চিত্রাঙ্গদা মপাবিনা বিষ্ণু মরনকু রায়রা তেনবী মক্তবা অমনা নিংথৌ মহকসাংবু য়োহন্দনা তেনবী লেমনা মাঙহল্লবগী পার্থ তেনহৈবদি রায়রা চক্র শাবা তেনবী অমকপা লৈতবা অমবু কাপ খিহিকপসুঙ বভ্রুবাহন মথূৎশূ চিল্লিমুখ কৌবনা কোরৌ নোংখাঙ মতূপমাদা মাঙহল্লে। অর্জ্জুন মতেঞ্জা রায়রা শিংখেৎশাবা অমবু লৌরী তেঙ্গা থোংনা কাপখিহিকপসুঙ নিংথৌ রায়রা মথূৎশূ লোইদাম থাজা মানবনা নোংলোন অতিংঙাদা কাপথেকলে। অর্জ্জুন থূৎশূ তেন রায়রা নাহুম শাবা অমসুঙ নিংথৌ মথোকলকপগী তেনবী

পুন্নুং—লক্ষ্য। নোংজেন ঈয়াম তাবগুম—নোং কল্লা চুবগুম। নাগবান—লিন মথক শাবা তেন। মথোকলকপনা—মথোক কায়কজিবনা। পোনবী গরুড় তেন—উচেক নিংথৌ গরুড়গী মথক শাবা তেন। নাগস্ত্র—লিন শাবা থূৎলাই। শিব—মহাদেব। রায়রা তেনরাইখিববু—তেন কাপখিববু। মরনকু—থৌজাম। চিলিমুখ—উমাইবী মচীন। কোরৌ নোংখাঙ মতূপ-মাদা—অতিংঙা কমথাঙদা। মতেঞ্জা—মাপী তেন। শিংখেৎশাবা—শমকোক থাঙ শাবা। লোইদাম থাজা -থ:। নোংলোন অতিংঙাদা—অতিয়াদা।

[illegible]কপী শাবনা খূৎশূ য়ায়দা শম্না কাপথেকলবগী পার্থ অর্জুনন মখূৎশূ চীংগু ব্রহ্মা মরনকু তেনবী অথোববু কাপখিহিকপনসুঙ খোইরক: গন্ধর্ব মনোংয়ারনা পীবা চীংগু বিষ্ণু তেনবু কাপনা তেনবী অতিংঙাবু ওইহল্লে। ধনঞ্জয় অথোবগী পোনবী কাকচীন শাবা অমসুঙ হংসবাণ কাংঙা মচীন শাবনা বভ্রুবাহন মহকসাংবু য়ৌহন্দে। য়েতুম পুমচীন শাবা অর্জ্জুন মখূৎশূ অমবুসুঙ বভ্রুবাহন অকনবগী রায়না মতেঙ্গা তেনবী ক্রৌঞ্চাংকোন শাবা অমনা অতিয়া লমথাঙমাদা কাপথেকলে। লমশোক মতৌ অসুম তৌনা অর্জ্জুন তেনহৈবগী তেনবী মতম্বা লৈবিক্লে রায়না অরেম্বদা তেনবী অতিংঙাবু ওইনা মাঙহল্লে। বভ্রুবাহন অকনবা মণিপুর লৈমাবদো বিসারোং অথোইবা মহাকী লৈরাং মতম মাল্লে। তাইবঙ নোংশাপান্দা পার্থ অর্জ্জুন অকনবগুম্ববু কনা লৈবনো? পাংগন অসুম ওইবা অর্জ্জুন অথোইবা মহাকপু বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলকপনা পাংগন শীংথাননীংদে। মতৌ অসুম ওইনা পনথৌ মপা মচা অনীদো পাংগন ময়েং তানদনা হকসাং মশেন য়েৎলরে। পানকন হাকথেং ফংনা লাক্লরে। লানশোক পানতম অমদি থায়না লহান নোং খ্বায়োংনিংথৌ বালী পাংগনবগা সুগ্রীব মশা-নৌপা শাবি মচীনমনাউ লাক্লবা তুকুম্মে। পার্থ অর্জ্জুন মিংচৎপনা অমরক কঞ্জাউ মৈরা হোনা লীরুং মখূৎশূগী লীরী খেঞ্জোনমাদা তেনবী ম্রীশাং অমবু রায়না তেংগা থোংনা কাপখিহীকপবু বভ্রুবাহন মখূৎ-শূনা রায়না লমথাঙদা কাপথেকওমলবগা পনথৌ মপা পোকমাবা

---

নাহন—লৈপাক তৌনবা তোক মওঙ হাইরপ মানবা পূং মরু শাবনচিংবদা উ হৎপদা শী হিক্লবা উ শূবগী খূৎলাই অাং অমা।

মখূৎশূ চাংগু ব্রহ্মা মরনকু—ব্রহ্মা নোংদবগী থৌজান্দগী ফংবা খূৎলাই। খোইরক—অাই। মনোংয়ার—মশূ। তেনবী অতিংঙাবু ওইহল্লে—তেন অদু অরেম্বদা মাঙহল্লে। পোনবী—উচেক। কাকচীন—কাক মচীন। হংস—(লং) কাংঙা। বাণ—(সং) তেন। পুম—য়েতুম। মণিপুর লৈমাবদো মণিপুরগী নিংথৌদো। তাইবঙ নোংশাপান্দা—তাইবঙপানবদা। মথোকলকপনা—পামদনা অথোক লাক্লকপা। হাকথেং ফংনা—হকথেংননা, মপা মশা পোকনবা

অর্জ্জুন মিংচৎপবু কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে ধনঞ্জয় য়াইফবা-গা নঙদি নপারি ঐগী ইমাঙ শংশঙবদা তিল থোয়দিং মরমদবু লাননম মায়য়োক য়ানা থাঙজঙমদরবা অসিদা পনথৌ নঙগী পায়মা উনগোয়: সুংদা রারম করি থন্না নৈরিবনো ? পাংগন নথৌরাঙবু চমশিল্লকলমা অসিনা হুয়েন লানশোক ঐবু ঙমজররোইএ হায়না পাওমেনবনু না তারবদা অর্জ্জুন মিংচৎপদি য়াইবী কনহৌনীকপবু চকমোম থাম্বী মৈরাং সুংদা থীক থাউ হৈজিনবা তুকুমলে। মায়কৈ চিথেক মরিমকপু চেংলৌ মমিং অনীমকনা থানা থানা য়েংলবগা থায়না লহান মাঙদা থোইয়ম পরশুরাম পাংগনবনা তাকপিরম্বা অর্জ্জুন রায়রা মথুৎশু অমগা চীঙঙু মহাদেবনা পীনবা খুৎশু মথৌ হেনবা অমগা কোরৌ নোংমদোল্লগী ইন্দ্র সোরারেন্না পীনরম্বা তেনবী থোইনা থৌবা অমগা ভীষ্ম দ্রোণ অনীমকনা খঙহল্লম্বা রায়রা তেনবী মক্তবা অমগা খুৎশু মথৌ হেনবা অসি খৈবিকপু থন্না থন্না রায়রা তেনরাইরবা মহাক্তসুঙ কোরৌ নোংলোন অতিংঙাদা শমু মহকসাংবু য়োৌহন্দনা মককথৎলে। ঙমখৈ পাস্তম লৈতে। বভ্রুবাহন কোবা মাঙোন্দদি অঙাং শাবনথৌশুম মথোকলে হায়দবরা ? জয় মুনিরেন্না রাহমথিয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও অর্জ্জুন পাংগনবা অসিগা মান্নবা রায়রা লীশু হৈববু তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তা লৈতবনিগিনা হুয়েন লানশোক মাঙদা খোইয়ম লাই হিংচাবনচিংনা নমু পোংওইবা খৈবিক্তগী লানফম মমায় ওলনা পূম্নমক মহাকপু অর্জ্জুন লানশোক মমাঙ থাঙনা কনা লেপ-

---

থায়না লহান নোং—থায়না মমাঙৈঙদা। থ্া—য়োং। বালী—কিষ্কিন্ধা লৈবাকী য়োং নিংথৌ। সুগ্রীব—বালী নিংথৌগী মনাউনিপা, শ্রীরামচন্দ্রগী মরূপনি, রামনা বালী হাৎলগা সুগ্রীবনা কিষ্কিন্ধাগী নিংথৌ ওইখি। মপানৌ—মনাউ নিপা। কনাউ খৈবা হৌনা—খৈ হৌবমখৈ শাউফুনা। লমথাঙমাদা—লম্বেলদা। পনথৌ মপা পোকমাবা—মপা অপোকপা।

তিল (সং)—থোইদিং। পায়মা উনগোইসুংদা—পুকশীংদা। য়াইবী কনহৌনীকপা—থবাম চাকপা। চকয়োম থাম্বা মৈরাসুংদা—মৈসুংদা। থীক

ঙমদে। খোইয়ম লাই তাইবঙ নমু পোংওইবা খৈবিক্কী খৌরাঙ ময়ৌশিংস্তু সুনা মখঙএ। মতীক অস্থম ওইবা পার্থ অকনবা অসিবু মচা মানা পোকপগী মমাঙ শংশঙবদা পাংগন মযেং তানা খোকলবা অসিবু লহান মাঙদা গঙ্গা দেবী লাইবৈমাগী মীচৈ অকাম্বনা ফংলবগী তৌশিকরানা মহৈ খৃৎশূ তেন খৃৎলাই মযাই কারিবা খৈবিকপু উনবী পূকনীং ঙকনা খোকউরবরা? অর্জুন মহকসাংবু য়েংবদি পাংগন মাপন ময়াইদি মাঙবিদনা মরৈবিয়ে। মপারি বৃষ কেতু অকনববু হুয়েন লানশোকফমদা নোংমল্লবগী পারি হুংশি রাদা অর্জ্জুন থরায় মমিরেনবু থাদোকলগে হায়বগী তৌশিকবাবু মাল্লে। মতৌ অস্থম তৌনা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবদি থাদোক্তনা মচঙখিয়ে। অর্জ্জুন লান-শোক অঙ্গনবা লানফম মমায় লৈদবা অতুবু উরবগী মপারি নিংথৌ

---

—খী চক্ষু। কোরৌ নোংমদোম্বগী—অভিয়াদগী। বায়বা তেনবাইববা—তেন কাপলবা। কোরৌ-নোংলোন—অতিংঙা, অতিয়া। শাম্বখৌগুম—শাম্নপোংকুম। বাকমখিয়ে—হায়খিয়ে। লৈতবনিগিনা—লৈতবনিনা। হুয়েন—লান। খোইয়ম—লাই। নমু পোং ওইবা—মীওইবা।

তাইবঙ নমু পোং ওইবা—মীওইবা। মতীক মগুন। লহান মাঙদা—মমাঙঙৈদা। লাইবৈমা—লাইবেম্মা, লাইরেম্বী। মীচৈ অরুম্বনা—অকনবা শাপ, ত্তোদুন। গঙ্গা লাইবৈমাগী মীচৈ অরুম্বা—গঙ্গাগী শাপ, অকনবা (অর্জ্জুনা খগোল ঙাকপা লাকপদা মহেশ্বরীপুরগী নিংথৌ নীলধ্বজগী মচা নিপা প্রবীরনা মাগী নুপী মদনমঞ্জরীগী থৌইনশিন্দগী যুধিষ্ঠির মহারাজগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী লাংগোই খগোল ফাক্নবদগী অর্জ্জুনগা লান শোকনবদা থাঙবা ঙমত্রভনা নীলধ্বজ নিংথৌ চেনখ্রবদা মচানিপা প্রবীরনা অর্জ্জুনগা লানথা শাবদা মথবায় থাখি। নীলধ্বজ নিংথৌনা যজ্ঞগী খগোল কতুনা অর্জ্জুনদা চঙজরবদা প্রবীরগী মমা মহারাণী জনানা মপুরোইবনা মচা হাৎপা য়েকনবদা ঊকাইবা খঙদনা চঙখ্রবদা মথবায় সুঙাইতনা মবুং উল্কী মফমদা অর্জ্জুন হাৎ-পিয়ু হায়জবদা অর্জ্জুনদি নারায়ননি মাগা লাল শাবা কনামতা ঙম্মোই হায়-দ্রবা মযুংনা হাবিদ্রবদা মচা কায়নবগী মৈনা ঙাওরবী জনানা গঙ্গাগী তোর্বাঙ্গ।

মখোকলকপদি চকমোম লম্মৈচাক্কুম শাউরক্নে। চীংঙু নোংদমখোন খেৎফদবনা তৌশিকলা ? বভ্রুবাহন অকনবদি গঙ্গাদেবী মরনকুগী জ্বালা লৈমা অহেনবীনা থাজা মচেৎশাবা তেনবু ওইনা বভ্রুবাহন সনা তেন্দোংহুংদা লৈরবা অহুবু নিংথৌ মতীক খঙলুদনা শমু মথূৎফাং মহাকনা অখন্নবা মরম্বু তেনবী খূৎনা ফংনা লোথোকপবু থোকলুরে। রায়রা তেনবী থা শাবা মহাক্তি পোনবী রাহোংতুনা রায়রা তেন্না চল্লে। রতন মৈথাঙ কোন্না চ্বা মিতম য়াল্লে। লীকলাই মিৎয়েংশেন অনী-মকনা তেনথোক মিৎপু লংএ। রায়রা থোইনা পৌবা অহু মহাকপু হুঙ্কার খোঞ্জেন ঙং, মন্ত্র লাইশোন চৈরোয়ননা লৌরী খোঞ্জেন তিং, লকা তেনমৈ চপ্ লৌচিং নারী ফংনা রায়রা তেনরাইখিবদো পার্থ অর্জ্জুন অকনবগী রক্ত ঈঙাঙ থকনীংবনা রায়রা তেনবী মতোম্মনা হরাউ মথৈ লৈতনা লোইদাম ইঙা থাগী নোংলেন ঈহৌথোনগুম ঙংনা ঙংনা চঙখিরে। শঙাইশেন মৈবী পাইগুম নোংশীৎ চৈরোয়ননা পাইশিল্লকপা অহুবু উরবগী তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তি অকি-পূকনীং ঙকনা পায়মা নিংদোন থুরুয়ে। পার্থ তেনহৈবা মহাক্রুস্তুঙ পাংগল

চৎখিহুনা গঙ্গা লাইরৈমাদা অর্জুন্না মচা হাংখিবগী মচা কায়নবগী হুংশি মৈনা চাকপগী বারী মথরায় শোকনা লীরগা থুরুমহুনা গঙ্গা লাইজা ঈরোম্বুংদা চোংথহুনা মথথায় থাখি। সতী ওইবী জনানা শিরবদা গঙ্গানা মচা ( গঙ্গাগী মচা ) ভীষ্মবু লৌনম তৌনা মশূনিপা অর্জ্জুন্না মহাভারতকী লান্দা হাংখিবা অহুগা জনানা মচাগী মৈচাবনা শিবগা আসদা অর্জুন অসি মচাগী মথুত্তা মথরায় থাশহু হায়না গঙ্গানা শাপ তৌখি )। হুয়েন লানশোকফমদা নোং-মলবগী—লানশোকফমদা শিরবগী। মণারি—মচানিপা।

চকযোম—মৈ। চৗংঙু নোংদমখোন খেৎফদবনা—লাইনা শমখিবা শোয়বা য়াদবনা। তৌশিকলা—তৌরবরা। গঙ্গাদেবী মরনকুগী—গঙ্গা লাইরেম্বগী মখোজান্দগী। জ্বলা লৈমা—লান্দা অর্জ্জুন্না হাংখিবা প্রবীরগী মমা মচা হাংখিবগী মৈচাক্না ভাগীরথী গঙ্গাদা চোংথহনা প্রাণ থাখিবা নীলধ্বজ নিংথৌগী মহারানী। থাজা মচেৎ শাবা তেন—অর্দ্ধচন্দ্র শাবা তেন। রায়রা তেনবী—তেতৈ। পোনবা—উচেক। রাহোংতুনা—রাহোংগী মতুনা।

লৌশিং থোক্তরে। সুংবঙ ইরৈ চন্না হন্দক রায়রা তেনরাই পাইশিল্লকপা অসিদা অর্জ্জুন কোল্লোয় মিং চৎপা অসিবু য়াইবী থরায় থাগে তোববু লেপনা মাল্লে। অসুম নীংখল্লিঙৈদা রায়রা তেনরাই পাইশিল্লকপা অতুদি কোরৌ নোংবু থোন মাল্লেম লৈবু উপ্পগুম তেঙ্গীন মৈরি থোক মাল্লেম লৈবু নীকনা কোরৌ নোংথাকথোনগুম সুমিৎ মঙান কোমনা চঙখিববগী কোরৌ নোংমতোন্দা লানশোক কূম্মে য়েংবা থোইয়ম লাইকপ পূম্নমকনা হন্দক মতম অসিদি পার্থ তেনহৈবগী থরায় মমিবেনবু হিংলরোইএ। চৌংঙু নোংথো লোরাগ্রেন মহাকনা অর্জ্জুন থরায় মমিরেনবু হিংলরোইএ হায়ববু লেপনা উরবগী শ্বেত হমাং তুথোঙহৌ হকসাং মতু চুংনা থরায় লাইথংনয়ে। হি হি ধনঞ্জয় লমকেৎপা অসিবু থরায় লাইশেং ডমঙৈনে হায়ববু উদরে। অসুম নীংথল্লিঙৈদা গঙ্গা মীচৈ তেন থাজা মচেৎ শাবা অতুদি তেনবী চৈরং লৈতনা মচঙখিববগী পার্থ তেনহৈবদি পানকন ময়েং তারবা মহাক্তবু লানফম মমায় ওম্নহৌনদবগী পুকচেল-মতোন লোম্বীদা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইববু থাদোক্তনা সনা তেন্দোংলুংদগী তেনবী মক্তবা থৈবিকপু রায়রা তেনরাইখিববু বভ্রুবাহন মথুৎশু অতুগী রায়রা মতেঙ্গীন্দা চেম্না চেম্না চঙকলবগা পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী তাংজা লুরেনতোমখু মতম থঙলোঙমদনা য়েন্দেম থারাম সোইকুম সোইথোকলবগী কুন্দল মনাশি মহাক্কা থানদনা মাল্লেম লৈমায়থক্তা তাথিরে। অর্জ্জুন রায়রা

---

মিথয়েংশেন—মিংশেন। চৈরোয়গনা—লোয়ননা। নীচিং বারী কন্না রায়রা তেনরাইখিবদো—নীরি নাকোং ফংনা চিংলগা তেন কাপথিবদা। লোইদাম—থা। নোংজেন—নোং।

সুংবঙ-ইরৈ চন্না—তোকম থঙদনা, তিঙক মায়ঙকননা। অসুম নীংথল্লিঙৈদা—মতৌ অসুমনা থন্দুনা লৈরিঙৈদা। রায়রা তেনরাই পাইশিল্লকপা অতুদি—কাপশিল্লকপা তেন অতুদি। কোরৌ নোংবু থোন মাল্লেম লৈবু [illegible]—ধর্ম্ম মর্ত্ত অনীমক শীনবা থুংনা, লৈপাক নোংথৌ অনীমক থুংবা। [illegible] লৈ—লৈপাক। কোরৌ নোংথাকথোনগুম—নোংথাকপী [illegible]

ভেনহৈবা অহুদি গঙ্গা মীচৈ মাঙফদবনা লৌশিং পাংগন থোকঙম-দরবগী লানফম মায়ওক্ননা নোংমনখিরে। পার্থ তাংজা লুরেনতোনগা শমু মহকসাংগা খাইনরবা অহুনা কৃষ্ণ বিষ্ণু রাম রাম হায়না অর্জ্জুন থরায় মমিরেনবু মুৎখিরে হায়দবরা ?—

থৌরম অসুম তৌনা বৃষ কেতু পনথৌ মপা মচাগী তাংজা লুরেনতোন অনীমকতো হুয়েন লানশোকফমগী লানফম য়ায়দা রাংনা তেংগোল লৈতেং ওইনা মতারে। তাইবঙ নমু পোংওইবা খৈবিক্তি হা হা মতৌ করিগীনু ওস্থোকএ ঈহুং খোমলেনগানগুমএ হায়না লৌশিং মথোঙ খঙদনা উনবী পূকনীং ঙক্করে। খোইমোম লাই খৈবিকসুঙ উনবী পূকনীং ইরৈচন্না মরৈরে। লোইদাম মেরা থাগী একাদশী তরা-মাথোইনি পানবা সন্ধ্যা নুমিৎ ময়ুম চংবা সময় মতমদা অর্জ্জুন কোল্লোয় মিংচৎপনা থরায় হকসাং খাইনববু উরবগী য়োয়ময়াই লাই-রেন তাউদনবা লোইদাম থাজা পাখংবা অনীমকসুঙ নুমিৎ মমায় মকএ। থবী মমায় তাইএ। তোংচেং কাইনৌ থরানমিচাক খৈবিকসুঙ লৈচিন নোংফাই য়াঙনা খুমহৎপতুকুমলে। মাল্লং নোংলৈয়াঙমসুঙ শীৎপিদে। মাল্লেম লৈপাক নীকনা তেৎনৌ য়ুহারাএ। কোরৌ অহু নুমিৎমাদি পোনবী উচেক য়াওরৌ শা পুম্নমকসুঙ চেকলা মচীঞ্জাক-পু চাবিদা শজীক নারায়বিদে। মৈবী শঙাইশেন পাইনা ধুম্রকেতু থোকএ। শনি অকনবগী মিৎয়েং রাইথুংফমসুঙ ওইঙম্মে। গন্ধর্ব্ব অশৈ শকপনা ঈশৈ খোন ওস্থোকপিদে। বিদ্যাধরী চুকোই শাবী-

---

কোরৌ নোংমতোন্দা—নোংদোন্দা, অতিয়াদা, স্বর্গদা। খোইয়ম লাইরূপ পুম্নমকনা—লাইয়াম সভানা। লাই খংনরে—ইপা পাখংলে। মকেৎপা—লমহেনবা। থরায় লাইখেং ঙমঙেনে হায়ববু উদরে—মথরায় হিংগনি হায়বা নীংদরে। মীচৈ—শাপ। তেনবাইখিববু—তেন কাপখিববু। তাংজা লুরেন-তোনবু—মকোকপু।

গঙ্গা মীচৈ মাঙফদবনা—গঙ্গাগী শাপ মাঙবা য়াদবনা। লানফম মায়ওক-নবা নোংমনখিরে—লান্দা মমায় ঙন্দনা শিখরে। তাংজা লুরেনতোনগা শমু মহকসাংগা খাইনরবা—কোক্তা হকচাংগা তাইনরবা। থরায় মমিরেনবু

নমুঙ শমু খূৎথেক নৌবিদে। মুনি লাইবু নীংবা খৈবিরুসুঙ লাইনীং মহৌশাদা ধ্যান ময়েং তানা মথোকলরে। জয় মুনিরেন্না পাওমেন্নখিএ। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও পার্থ অর্জ্জুন পানকনবগী রাথোক মতৌ ওস্থোকপা অসিবু য়াথং হায়হৌভাইবু হৈতরে। থৌরম অসুম তৌনা অর্জ্জুন তাংজা লুরেনতোল অহুবু নমু পোংওইবা খৈবিকনা ফৈরা মতানপাক্তা খাংথৎলবগা হা হা হে ধনঞ্জয় অথোইবা-ও থৌরম ইখোয়বু করম ওইসে হায়বনো। য়াইফা কোল্লোয় নমিংথোং মিংচৎ মরোন য়াম্ববু মাঙখিরে। তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তা শোরুবসুঙ পাংকন নঙগী ময়েং তাববু পূমনা লৈরক্তবনে। চোয়নৌ সনা চাংদা চৎখিরবসুঙ খোইয়ম গন্ধর্ব্ব অথোইবনচিংনা চীংঙ্ নোংথৌ সোরারেনগা অনীমকপু শমু খূৎথুম চন্না মঙমলুবা, কুবের লনমাপা মহাকপুসুঙ মঙমলুবগী ধন লনয়াম খোমনা মরৌরুবা অহুনা ধনঞ্জয় হায়না কোল্লোয় নমিংথোংবু চাউনা চৎলকপা নত্তবরা? লঙ্কা লৈপাক হুংঙাইবদগী বিভীষন পানকনববুসুঙ অর্জ্জুন নঙনা মঙমলকএ। হনুমন্ত ঙমফদবা মহাকপুসুঙ লানফম মায়থী নংহল্লে। ভীষ্ম দ্রোণ কর্ণনচিংনা দুর্য্যধণ

মঙৎখিরে—থবায় মাঙখরে। থৌরম—মতৌ। হুয়েন লানশোককমগী—লানকমদা। তাইবঙ নমু পোংওইবা খৈবিক্তি—মী ময়ামদি। ঈন্নুং খোমলেন মঙলানচানগুম্মে—মঙগুম্মে। লৌশিং মথোঙ খঙদনা—বুদ্ধি খোক্তনা। উনবী পূকনীং ইরৈচন্না—জ্ঞান তাদনা। লোইদাম—খা। একাদশী—তরামাথোইনি পানবা মাকমৈ। য়োইময়ায় লাইরেন তাউদনবা—হুমিৎ। লোইদাম থাজা পাখংবা—খা। ভোংচেং কাইনৌ—থবানমিচাক। ভেৎনৌ—য়োৎ। কৈয়ৌ—হুমিৎ। পোনবী—উচেক। য়াওবৌ—খা। চেকলা—উচেক। মিৎয়েং য়াইথুংকম—মিৎনা য়েংকম, মিৎয়েংকুম। অশৈ—ঈশৈ। চকোই—জগোয়।

ধ্যান—লাইনীং। পাওমেনখিয়ে—বা হায়খিয়ে। পার্থ অর্জ্জুন—ধনঞ্জয়। হায়হৌভাই—হায়নিংঙাই। তাংজা লুরেনতোন অহুবু—মকোক অহুবু। নমু পোং ওইবা খৈবিকনা—মী ময়ামনা। ফৈরা মতানপাক্তা খাংথৎলবগা—মতম্বাক্তা থবলগা। ইখোয়বু—ঐখোয়বু। কোল্লোয় নমিংথোং

নিংথৌরেনবুসুগু পাংগন থোইনা মঙান চাউবা পূম্নমা অসি খৈবিকপু অর্জুন নমাঙ থাঙদনা মঙমলকপা নঙনা বভ্রুবাহন মথূৎপাক অসিদা পাংগন নয়েং ত্তানা করম নোংমল্লবনু। হে থোইয়ম নোংতম্বা হরি মপুরেন অথোইবা-ও নঙনা শংলৌ থৌরাঙ করম তৌনা য়েল্লাং ঙমদমবীগে হায়রিবনো ? ভক্ত নদাইরেমশিংবু থৌজান লনকুপীহৈবা মতৌ থোইনা মেঙবা নঙনা লোয়না নপাতাউ হুংচানবা পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবা অসিবু হন্দক মতম অসিদা করি থাথোকপিরবনো ? থায়না মমাঙগী মতমগুম থৌরম মতৌ অস্নুম্বা অসিদা থৌজান নহৌশাবু তৌবিঙেনে। লঙজা অয়োন রাবু করি লৈরবগী তৌশিকনো হে থোইয়ম নারায়ণ অথোইবা-ও নঙদি য়াওরা লন লৈতরবশিংগী মচি লন মরু অচেৎপবু ওইবিরিবা নমু মীমতোন অতোনবশিংবু লানবিরিবা থরায় অপকমাগী মপুবেনবু ওইবিরিবা নঙনা থোইযম লাইগী লাই-নিংথৌবু ওইনা হুংশি ঈনথোকনববশিংবু লানবিগে হায়বগী মীওই লাংওন মশক ওইনা অবা পোৎলুম থোনঙমদবা থৈবিকপু ঙমনা ককথৎপিরিবা নত্তবরা ? হে মাধব অথোইবা নঙবু নত্তনা পানকনু ইখোয়বু করি ওইসি হায়বনো ? মরম অসিগী দমকপু হে নারায়ণ

---

নমিং, নহাক্কা মিংচৎ। মহোন য়াম্বা—মশীং য়ামবা। পূমনা লৈরক্কবনে—করিমত্তা লৈতবনে। খোইয়ম—লাই। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন—লাই-ঙিংথৌ সোরারেন, ইন্দ্ররাজ। লনমাপা—লনগী মপু। ধন—(সং) লন, শেন। ধনঞ্জয়—অর্জ্জুনগী অতোপ্পা মিং। বিভীষন—লঙ্কাগী নিংথৌ। হনুমন্ত—হনুমান।

নমাঙ থাঙদনা—নহাক্কা মায়োক য়াবা ঙমদনা, নমাঙদা লেপ্পা ঙমদনা। নোংমল্লবনু—শিরবনো। খোইয়ম নোংতম্বা—নোংদম্বা লাই। মপুরেন—পূম্নমক্কী মপু, অথোইবা মপু। শংলৌ—থৌরাঙ। য়েল্লাং ঙমদমবীগে হায়রিবনো—করম্না শীনবিগে হায়রিবনো। নদাইরেমশিংবু—ননাইশিংবু। থৌজান লনকুপীহৈবা—থৌজান হৈবা। লোয়না নপাতাউ হুংচানবা—নহাক্কী চান্নবা মরুপ। লঙজা অয়োনবাবু—করি মরান লৈরকপী, করম্বা দোষ লৈবগী।

শিদবা-ও নঙবু উনবী পূকনীং চেৎনা পুরুমজবনে। হে শ্রীভগবন্ত থৌজান লনকু হৈবা-ও নঙেঙান্দা শমু ইখুৎ লোম্না হন্না হন্না হায়জবনে শ্রীহরি মপুরেন ব্রজচান্দ অহেনবা, যদু শাগৈরেনগী শিরোমনি তাংজা কোকথক্নী ওইরিবা হে গোপ নিংথৌরেন হে বামণ বনমালী গোপালজী অথোইবা-ও থৌজান লনকুহৈবা নঙবু নত্তুনা পাঙ্গন ইথোয়গী ওইজ-থৌবু পুমনা লৈতরে। রাবম মতৌ অসুম তৌনা লানমী লেংনা তিনবা খৈবিক্তো পিরেন ঈচেম্ননা অসুম তেংথাজবা নঙাইরে। অর্জ্জুন বৃষকেতু অনীমক্তি হুয়েন লানশোকফমদা থৌদু লেঙদা হুঙ্গুম মরৈরে। বভ্রুবাহন অকনবগী লানমী লেংনতিনবা পূম্নমক্তি হুংঙাই মথৈ লৈতনা মীনোক খোঞ্জেন রাংনা নর্ত্তক চূকোই শাবে। রাংলেন পূংয়াম য়ৈনা তেংগোল মনিন নাইবে। বভ্রুবাহন অকনবদি পনথৌ মপা অপোক-পগী তাংজা লুরেনতোনবু ককথোকলবনিগীনা চেংলৌ মিৎকুপমরমদি চূকোই মথেক নৌনা শাইএ। রাংলেন পূংজা মরমদি অরা মথৈ লৈতনা হুংবঙ ইরৈ চল্লে। হরাউ হুংশি থানা ঙমদনা নিংথৌ সনা য়োয় কোহুংদা চঙখিরে। ব্রাহ্মণ পুরোহিত মনাউয়োক্কা নমু মীওই চঙখোনবা খৈবিকনা য়াথং অফথোকনা লমওকঙাম্মে। কোল্লোয় শঙ্গায়হুংগী পাত্রি থম্বান মানবী পূম্নমকনা দিহুত্তি থাউমৈ খুত্রা শ, ধূপ মেক্রুক ফাম্না ঈক, থাউমৈ মৈরা মঙান নাইনা নিংথৌ-য়োয়না থৌখনঙম্মে। পল্লেম মমা অনীমানা হে ইপারি চেংলৌ শক্কোয়

---

জৌশিকনো—তৌরবনো। নারায়ণ—কৃষ্ণ। রাওবা—লন। নমু মীমতোন—অতোনবা মী। থবায় অপকমাগী—থবায় পূম্নমক্কী। লাংওন—অবতার; মপোক। হে মাধব—হে কৃষ্ণ।

শিদবা—শিবা নাইদবা। উনবী—পূকনীং। পুরুমজবনে—শুরুমজবনে। ভগবন্ত—ভগবান, ঈশ্বর। থৌজান লনকুহৈবা—থৌজান হৈবা। ব্রজচান্দ—ব্রজগী বা, কৃষ্ণ। যদু শাগৈরেনগী—যদু শাগৈগী। পুমনা লৈতরে—কয়িমতা লৈত্রে। লেংনা তিনবা খৈবিক্তো—মীরামদো। পিরেম ঈচেম্ননা—মপি ঈনা চেন্না, মপি তমং তমং চেন্না। হুয়েন লানশোকফমদা—লান

হেনবা-ঙ য়াইফা মথোই তোংনা লানফম মায়পাক রাবু তানকংলকপা মাল্লে হায়না নিংথৌ মপারিগী খজাই লেংলোই চুপজুরে। মোমসু নুজা ওইবা পুমনমানা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু রাহমখিএ। হে মহা সতী অথোইবী-ও নঙদি চীংঙু লাইবক ফবীবু ওইয়ে। তাইবঙ মরোন অহুম্মকপু ঙমজবা অর্জ্জুন কোল্লোয় মিংচৎপবু নপাম্নি নিংথৌ মথোক-লকপনা তাংজা লুরেন ককনা নোংমনহল্লে। বৃষকেতু অকনবসুঙ য়াওনা য়াইবী থরায় মাঙনা নোংমনহল্লে। ঈশ্বর কৃষ্ণ মপারি কাম-দেব মথোকলকপনচিংনা পাংগন মথৌ লৈবা খৈবিকপু নিংথৌ মথোঙ-জিন্দা পুন্না থমলে। মরম অসিগী দমকনা চীংঙু থোইনা লাইবক-ফবীবু য়োয়বু নঙবু হেন্দরে হায়না অর্জ্জুন কোল্লোয় মমিং পন্না সতী মতীক থাগৎপবু না তারবদা উলুপী চিত্রাঙ্গদা অনীমক্তি লুরাই মবীঙ-ঙাগী কোয়রেনথক্তা কোৱৌ নোং শীংজঙ অকনবা মহাকনা ফেম্বরকপা মরম্বু মচীন য়াথং থোকঙমদনা মাল্লেম লৈমায়থক্তা শীংলেন লৈনা খুই-গুম ভূকথখিরে। মুংশি মথোং থঙদনা অস্তম রাম্বরমলুবদগী উনবী লৈনিঙশিং অকনবনা হোগৎলবগা য়াওরা থোঞ্জেন রাংনা হা হা মতৌ করি রানো। মরম করিগী দমকনো হায়না য়োয়বু শমু মহকসাং হাইহৎ

---

শোকনফমদা। থৌজ লেঙদা—লেঙদবা নূংগুম। চুকোই—জগোয়। থাংলেন—পুং। তেংগোন মনিন নাইয়ে—তেংগোন মীয়াম অজু মথুম মরাং হোৌরে। পনথৌ মপা অপোকপী—মাবু পোকপা মপানী। অবা মখৈ লৈতনা—হায়নঙাই লৈতবা মখৈ বাতুনা। মুংবঙ ইবৈ চল্লে—চমমনজুমা লোকম থঙদনা লৈরে। লমওকঙাম্মে—লম্বীদা ওকলম্মে। খুত্তা শু—খুদা শায়হনা।

অনীমানা—অনীমকনা। ইপাম্নি—ইচানিপা। চেংলৌ শক্লোয় হেনবা—শক ফজবা। তানকংলকপা—কংলকপা। খজাই লেংলোয় চুপ্লুরে—মখজাই চুপ্লুরে। মোমসু নুজা—নূপী। অহেনবী—অথোইবী। রাহমখিএ—হায়খিয়ে। চীংঙু লাইবক ফবী—লাইবক ফবী। কোল্লোয় মিংচৎপবু—মমিং চৎপবু। তাংজা লুরেন ককনা নোংমনহল্লে—মঙক কক্নুনা হাৎলে, শিহল্লে। ঈশ্বর (সং) —লাই। কৃষ্ণ মপারি কামদেব—কৃষ্ণগী মচানিপা কামদেব। নিংথৌ মথোঙজিন্দা—মথোঙদা নিংথৌগী থমায় গোন্দাল্লো।

লৈফাইতুববু তোকপীদনা মালেম নৈমায়থক্তা তুখিরে। তুজা মত্তাই-য়োই পূমনমকস্তুঙ নৈমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমক্কী সুংশি মতৌ উনা উনবী পুকথোক কায়না মতোম মতোম মীকপনরবদা য়োইহৈ লেংন-ত্তিনবী রক্তগী পায়মা লৌশিং থোইবী অমনা নিংথৌ সনা মথোঙখাদা অচেন থংলৈ য়াঙনা পাওমেল্লুইএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও পল্লেম মমা লত্তী অচুম্বী অনীমক্তি অর্জ্জুন সুংশিরাবু না তারবদা থরায় মীকমাঙননা হাইহৎলৈফাই তুখিরে। য়াইবী থরায় হিংবা অমন থমলৈ কৃষ্ণা অনীমকপু রারম মতৌ খঙলমদে হায়না পাউ তমলুরবগী বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকললকপদি তকুৎ তরাং অচেন থংলৈ য়াঙনা পল্লেম মমা অনীমক্কী য়োয়বু শমু মখোঙ খাদা ভক্তি পূকনীং চৈরোয়ননা পুরুম-লবগা রায়ম পরেং শীন্না পাউ তমজৈএ। হে পল্লেম ইমা অনীমা-ও থৌরম রাথোক ওইনা রারম তৌনথিবদি কোরৌ নোং শগোল লাং-গোই চূদা হেনবা অমতংবু মণিপুর ইরৈপাক অসিদা চঙলকলবগী পনথৌ শংলৌ মথৌরাঙনে হাযবদি খঙলুদরবগী খোঙলোয় থৌশীমী-শিংনা লাংগোই অরাকতমনা নিংথৌ ইমাঙ্ শংশঙবদা ফারকলবগী শগোল মরাইবক্তা লাইরিক খুৎথোন হাপলকপবু পারুবদা পনথৌ

মতাক—মণ্ডপ। লুবাই মবীঙচাগী কোয়রেনথক্তা—মথোয় অনিগী লৌবাই লেমফুদা। কোরৌ নোং শীংজঙ—বজ্র: থক্তী তেন, নোংমৈ শীংজঙ। কেছরকপা—তারকপা। মচীন য়াখং থোকঙমদনা—বা ঙাঙথোকপা ঙমদনা। মারেম নৈমায়থক্তা—নৈবাক মথক্তা। শীংলেন—লৈ। য়াঙবা থোরেন কাংনা—থোরেন হৌনা।

হাইহৎ লৈফাইতুববু—লৈপাক্তা বোম বোম তুববু। নৈমায়থক্ত—লৈপাক মথক্তা। তুজা মত্তাইয়োই পূরমকস্তুঙ—মাগী থৌগল তৌরিবী লোয়নরিবী সূপী মরাম অহত্ম। উনবী পূকথোক কায়না—পূকনীংদা নীংবা কায়না। মতোম মতোম—মহৈ মহৈ, মথন মথক্তা। মীকপনরবদা—কপনরবদা। য়োইহৈ লেংনত্তিনবী রক্তগী—সূপী মরাম অত্তগী মরক্তগী। পায়মা লৌশিং চাউবী—বুদ্ধি লৌশিং চঙবোনবা। সনা মথোঙখাদা—সনা খুয়াদা। অচেন থংলৈ

ইপা পোকমাবা অর্জ্জুন কোল্লোয় মিংচৎপগী কোরৌ নোং শগোনবু ওইঙমলবদা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবসুঙ ছন্দোক্তনা নোঞ লোইহা পোৎ সনা লন মরুনচিংনা কোরৌ নোং শগোল মহাক্কা পনথৌ ঐবু পোকপনে হায়না পল্লেম য়াথং নপাউমেন্দগী থঙজবা অছনা ভক্তি পুকনীং চৈরোয়ননা য়াওবা লনয়াম পুনা কচ্চরুববু হোয় য়াঙমদে। য়াথং আথা কায়না চৈহৎলবগা শমু মথোংফাং মহাক্কুম তাংজা ইরাইবক্তা কাওঙমে। য়ারম অসুম ওইরবা মহাক্কবু পনথৌ ঐবু পোকপগী খুয়া লৈথোঙ থাবু চীংঙু লাইবক ফনা তানফংজরে হায়না মনীংজ্জরবগী পুকনীং য়ারৌ লৈরুদে। বভ্রুবাহন কৌবা নঙদি ইচা ঐনা পোকপবু নত্তে বেশ্যা শীংলেন তাইজবীগী মপারিনে হায়না হন্না হন্না মহায়-জিল্লকপগী পুকনীং কপ্পাউ লাকঙমদবনা ছুয়েন লান শোকনবা থোকলুরে। লানশোক খমথেং অহানবদা লানমী মাগা লোয়নরকপা লানফম মায়ওন্দবশিংবু নোংমনহল্লে। লানশোক অহ মতুংদা বৃষকেতু অকনববু প্রাণ থরায় মাঙহল্লে। লানশোক অসুম ওইরবগা পনথৌ ইপা পোকমাবা লাইজা ঈছুনবিবা মহাকপু প্রাণ থরায় হাৎপা থোকলুরে। ক্ষেত্রি লমচৎ হৌনবদা ছুয়েন লান শোকনচিনলবনিগিনা ভুনবী পুকনীং অয়িনববু ঙাকচ ঙমদরে। য়ারম অসুম তৌনা ছুয়েন লানশোক হৌনখিয়ে। হে পল্লেম ইমা পোকমাবী-ও থৌরম অসুম ওইরবদা নপারি ঐগী লঙজা অয়োন য়া করম্বু লৈরিবনো

---

য়াঙনা—য়ামনা থুনা য়াওনা। হাইহৎ লৈকাই তুথিয়ে—লৈপাক্তা হাইহৎতুনা বোম বোম তুথয়ে। য়াইবী থবায় হিংবা অমন থমলৈ কৃবা—শিবা চঙবা। নিংথৌ মথোকলকপদি—নাহা ওইবগী মথোক কাথৎলকলিবা নিংথৌ অছুদি। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। পুক্কমলবগা—থুক্কমলবগা। য়ায়ম পক্কেং শীয়া—য়ায়ী মথং মমাঙ নাইনা।

লোইহাপোৎ—লোইপোৎ। কোয়ৌ নোং শগোল মহাকী—শগোল অছুপা। পনথৌ—ইপা। পল্লেম—ইমা। নপাউমেন্দগী—ময়াথংদগী। ভক্তি-পুকনীং চৈরোয়ননা—ভক্তি তৌনা। য়াওবা—মন। আথা কায়না

নীংখনবিও হায়না পাওমেজ্জববু না তারবদা পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা হুংশি পৃকনীঙ চৈবোয়ননা পাওমেল্লকএ। হে ইপারি বভ্রুবাহন কৌবা নঙদি ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবদি মঙাকএ। পনথৌ নপা পোকমাবনে হায়ববু খঙনা প্রাণ থরায় হাৎলবা অসিদা ধর্ম্ম নরমচৎ করম্ববু ওইরিবনো হায়না অসুম পাওমেন্নরিঙৈ জয় মুনিরেন্না পাওমেনখিয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগী য়াথং চৈহৎ ব্রা অসিদি অসুম লৈজহল্লমখিগে।

অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবনা হন্দক হুযেন লানশোকফমদা নোংমল্লবা অসিবু গঙ্গা মীচৈ অরাম্বনা তৌশিকরাসুঙ ওইরে। রারম মহুং থংবদি বিধি রায়েনবগী নোংদম মতুং ইন্না মতারবা অত্থনে। মচা মীনা পোকপগী শমু মখূৎপাক্তা পম্মৌ মপা শাৎমাবনা য়াইবী থরায় থানা নোংমনভৈনে হাযবসুঙ রারম কনা খঙলু ঙমসে হাযবনো? থৌরম মতৌ অসিগীদমকনা বিধি নোংদম মরাযেনবু হেনঙমদবা মাকৌএ। চীংঙু নোংদমখোন অসিবু কনা হেনঙমদবা অদূনে হায়ববু খঙনা হে নিংথৌ অথোইবা-ও তাইবঙ নমু পোং ওইবা অসিবু য়াইবী থরায় হিংনা লৈরিভৈদা থৌরম মতীক ওকপবু লেপনা তৌজভৈনে। নমু মী হকসাং অসিবু মীপোক পঙনা তানফংঙমদে হায়ববু শংশঙ

---

—নীংবা কায়না। তাংজা ইরাইবক্তা—ঐহাক্কী লাইবক্তা। চীংঙু লাইবক কনা—লাইবক ফত্থনা। তামফংজরে—ফংজরে। বেশ্যা শীংলেন তা ইজবী—ওক্কবী নুপী। হুয়েন—লান। লানকম মায়ওন্দবশিংবু—লান্দা মমায় লৈদবশিং অত্থবু। নোংমনহল্লে—শিহল্লে। বৃষকেতু অকনববু—কর্ণগী মচানিপা কনবা বৃষকেতুবু। পল্লেম ইমা পোকমাবীও—ঐবু পোকপীবা ইমা-ও। নপাম্বি ঐগী—নচানিপা ঐগী। লঙজা অয়োনবা—ঐগী দোষ, ইরান।

নীংখনবিও—থম্বাবিও, বাখল থৌবিও। অহেনবীনা—অথোইবীনা। হুংশি পূকনীং চৈয়োয়ননা—পুকনীং হুংশিনা। ইপারি—ইচানিপা। পনথৌ নপা পোকমাবনে হায়বদু খঙনা—নত্তু পোকপা নপানি হায়বা খঙনা খঙনা। পাওমেনখিয়ে—হায়খিয়ে। চৈহৎবা—চৈ থাংবা বাত্তাও। রায়রা—তেন।

খঙনা ভক্তি ধর্ম্ম অচেৎপদা পূকনীং লাইরেক চনফরোই। ভগবান ঈশ্বর মপুরেনগী মশক অরুবা খোইয়ম কোল্লোয় মমিংথোংবু মতম পূংজা নাইদনা শোনজঙেনে। তাইবঙ নমু পোং ওইবা ইখোয়বু অসি হয়েং খঙদা হৌচিক হৌরেন নাইদনা পাল্লিবা মশেন্নে। কাল তমখি-বনসুঙ অফ ফত্তা শীংদি মথাচিনলক্লপা অসিদা তাল্লোয় মরুম হুংচানবী মপারি মমোম হুংওনবী মরন পূকৈ থনবা পূমনমকপু নীংশিং হনরাই য়েংলমদনা মচৎখিবা মশেন্নে। য়াওরা লন মরু তোংচা মরন্নাইদি চীংঙু গোবিন্দ মতোম্মাপু হেন্দরে। থৌরম অসি খঙবশিংনা খুকম মানা পাম্ববু তানফংখিয়ে। রারম অসিগী দমকপু পূকনীং হেলা থৌবু তৌগনো। তোংজা ওইজা থৌবু কৃষ্ণ লাই মরুবু নঙাইরে। য়াইবী থরায় হিংনা লৈরিঙৈদসুঙ অমন খমলৈ কুমখিরবসুঙ ঈশ্বর মপুরেনবু হেন্দরে। রারম অসি খঙনা চুপলেন নাপা না তারবা মীওই লাংওন চঙখোনবাশিংও চীংঙু মতাক শকপা কৃষ্ণ মিংলেন শোনববু পূকনীং অতন নাইগুনো মহাভারত অথোইবগী রারী পরেং শীন্না তেংথাখিবা অশীদো অমৃত লৈহী অথুম্বনা নোংলেন ঈনৌ ওইনা চুথরিবা অতুনে। রারম তাবা ফংলবদি লায়থুং পোৎলুম কোকপা পুন্য মথোই তোং-বনচিংনা পুনশি চহৈ চাববু তানফংএ। ভারত পুরাণ অরিবদগী নমু মীরোন ওইনা ষষ্ঠীবরসেনগী মপারি গঙ্গাদাস সেন লোৌশিংবনা রারী পরেং শীনা লেংথোকলমএ। হে সাধু চীংঙু লাইবক ফবা খোইয়ম লাইবু নীংবশিংও নখোয়দি নচীন হরি হরি শোন্না না তাবি ও।

---

নোংমল্লবা—শিরবা। গঙ্গা মীচৈ অরুম্বন:—গঙ্গাগী অকনবা শাপনা। তৌশিন্নবাসুঙ—তৌরবসু। বিধি বায়েনবগী—নোংদম্বা লাইগী। চীংঙু নোংদমখোম—লাইনা তম্বা। তাইবঙ নমু পোং ওইবা—মীওইবা। য়াইবী—থবায়। শংশঙ—তশেং তশেং।

ভগবান—ঈশ্বর, লাই। খোইয়ম কোল্লোয় মমিংথোংবু—ঈশ্বরগী নাম, লাইমিং। তাইবঙ নমু পোং ওইবা ইখোয়বু—তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়বু। অসি—ঙসি। হৌরেন—হোরেন। পাল্লিবা—হিংহনা লৈরিবা। তাল্লোয় মরুম—মতু। হুংচানবী—অচানবী, হুংশিবী। মপারি মমোম—মচানিপা

হে শ্রীমদনগোপাল নচু শংবান্নবনা নীংথি লৈওইনরিবা ফীগে সনা শেংপা শীংলেন মালা পরেং লীকপু হকসাং খাওন্নবা মাধব কৃষ্ণ অহেনবা নঙবু তাংজা লুদা থোংনা অধ্যায় তরানীপান শুখিবা বীরচন তরামাপল শুরকপা পুন্য মরম পুন্নমকপু য়াথং পরেং শীন্না তেংথারক্কে। জন্মেজয় নিংথৌরেন্না পাওহংলকএ। হে জয় মুনিরেনও পাল্লম মমা অনীমকনসুঙ বভ্রুবাহন অকনববু রান্নম করি হায়না চৈহৎপা থৌরম করম তৌনা য়াকহৎপনো ? বভ্রুবাহন অথৌবনসুঙ পন্থৌ মপা পোকমাবগী য়াইবী থরায় হিংনবা শংলো করম থৌরাঙবনো হায়না পাউহংজবগী হোয় হে নিংথৌ অথোইবা-ও উনবী পূকনীং তপনা না-তা-ও। মতৌ অসুম তৌনা চিত্রাঙ্গদা অচুম্বীদি থরায় মমিবেনগুম্বা পার্থ অকনবা মহাকপু লেপনা নোংমল্লে হাযনা না তারবগী খাম্বী মৈত্রেং অরাবদা ঘী-ফু থাউ হৈজিনবগুম নুংশি কঞ্জাউ থোইনা পাওমেল্লকএ। হে দুরাচার লমচৎ মতৌ থোইনা ফত্তরবা বভ্রুবাহন কৌবা নঙনা পনথৌ নঙগী লাইজা ঈ হুনবা মহাকপু মচা মানা পোকপবু ওইবা নঙনা করম য়াইবী থরায হাৎপনো ? পনথৌ নপা হাৎপগী পারি শমু নহকসাংদা পাপ ফম্বী ওইরঙেনে হায়বগী পূকনীং চিংনা রাসুঙ করম লৈতবনো নিংথৌ ইপাবি-ও নঙনা পাংগল নীপা থোকএ হায়না কোল্লোয় মিংলেন চৎচরিবা অসিবু শীংলেন অরেম্বা মিংচৎ লৈরাং অতিংঙাবু মওইরঙেনে হায়না পাওমেল্লবগা অলঙ্কার নুপী। চীংঙু গোবিন্দ—শ্রীকৃষ্ণ। মত্তোম্মাপু—মথন্দবু। য়াইবী থরায় হিংনা লৈম্নিঙেদসুঙ—চঙলিঙেদসু, শিঙ্গ্রিঙেদসু। অমন থমলৈ কুমথিরবসু—শিরবদসু। নোংলেন—নোং। পুন্য—অফবা থবকী মহৈ। নমু—তাইবঙ মী। যষ্ঠিবরসেনগী মপারি—যষ্ঠিবরসেনগী মচানিপা। পরেং থিনা—মথং মনাও নাইনা। লেংথোকলমএ—ইথোকলম্মে।

মদনগোপাল—শ্রীকৃষ্ণ। শীংলেন—লৈ। মাধব—কৃষ্ণ। তাংজা লুদা থোংমা—কোক্তা থোংনা। চৈহৎপা—চৈবা, থীনা হায়বা। পন্থৌ মপা পোকমাবগী—মাবু পোকপা মপাগী। শংলো করম থৌরাঙবনো—করম্না থৌরাঙ তৌখিবগে। লেপনা—থোয়দনা। নোংমল্লে—শিল্লে। খাম্বী

লৈতেং পোৎলোই পুম্নমকপু লৌথোকলবগা হে প্রভু ইবুংঙো কোল্লোয় থোইনা মিংচৎপা-ও কোয়ৌ অসি হুমিৎমকী মথৈবু চেংলৌ ইমিৎ অনীমা অসিগী মিৎয়েং রাইথুংফম্বু লৈতরে। তাইবঙ নোংসাপান অসিবু লৈরাং অতিংঙাগুম মনীংলে। অভাগিনী চীংঙু লাইবক থীবী ইখোয়বু নমদা হুয়া মফম করিগুম্বদা চৎখিরবনো। হে স্বামী অরোইবা নঙবু নত্তনা তাইবঙ নোংসাপান অসিদা হুংশি পোত্থাফম্বু লৈতনা করম পাল্লসি হায়রবনো? হে বভ্রুবাহন ইপারি-ও নঙবু ওন্থোকএ। পায়মা নরৌশিংবু করম লৈতবনো কল্লকএ। স্বামী ঐবু লোইবা অসিগী মশাবি ধর্ম্ম নিংথৌরেনগা ভীমসেন অকনবগা সহদেব নকুল মরিমকনা রারম না তাখিরবদা থৌরম করম তৌরগবা। কুন্তী সতী অচুম্বীনসুঙ পারি হুংশি রাগী য়াৎথং ফত্তথোকনা চৈহৎঙৈনে হায়বসুঙ করম নীংল্লূদবনো। কোয়ৌ নোং শগোলবু যজ্ঞ শগোল ঙাকনা চৎখিবগী অফা মহৈ ওইনবা ধর্ম্ম নিংথৌরেন্দি চাকহেন অরাম্বা মহাকপু চেৎনা হেল্লোএ হায়না না তা-এ। অর্জ্জুন ঐবু ওইববু য়াইবী থরায় মাঙহল্লবা অসিদা থৌরম অহু খৈবিকপু হে ইপারি-ও বভ্রুবাহন কৌবা নঙনা শীংলেন অরেম্ববু ওইহল্লে। মহা পাপপু চেল্লবা শমু নখুৎতোন অহুনা পনথৌ নঙবু পোকপনে হায়ববু থঙনা তাংজা লুরেনতোনবু করম্ ককঙমলুবনো। পূকনীং রাখল লৈতবা পায়মা লিনচেন ফত্তবা নঙুম্ববু গর্ভ ঐগী পীবুকমুংদা চঙনা করম নাউ-নৌরবনো? পনথৌ নপা হাৎপগী পূকনীং অরা লৈতববু ওইরবদি

---

মৈত্রেং—মৈ। খী ফু—খী চক্ষু। ছুরাচার—লমচৎ ফত্তবা। পনথৌ নঙগী লাইজা ঊহনবা—নহাকপু মক্ক হুনখিবা নপা। য়াইবী—থরায়। ইপারি—ইচানিপা। কোল্লোয় মিংলেন চৎচরিবা—মিং চৎলিবা, ফাওরিবা। শীংলেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙা—কান্নদবা। অলঙ্কার—লৈতেং।

কোয়ৌ অসি হুমিংকা মথৈ—ঙসিদগী। তাইবঙ নোংসাপান—সংসার। অভাগিনী—লাইবক থীবী, লাইবক চাউবী। ইখোয়বু—ঐখোয়বু। স্বামী—মপুরোইবা। পায়মা—লৌশিং। মশাবি—ময়াম্বুং। ধর্ম্ম নিংথৌরেন—যুধিষ্ঠির মহারাজ। কোয়ৌ নোং শগোল—শগোল। চাকহেন—ব্রত।

পল্লেম নমা চীংঙু লাইবক থাবী ইখোয়বুসুঙ পারি নমাঙ শংশঙবদা তাংজা ইবিঙঙাগী লুরেনতোনবু ককখৎলরো। পনথৌ নপা খঙদরবা থাম্বী মৈতালশাগুন্নবা নঙনা য়াইবী থরায় হিংনা লৈরিঙৈ অসিদসুঙ কোল্লোয় নমিং থীববু তোকক্কররোইএ। থরায় য়াইবী থানা নোংমন-খিরবসুঙ নরক পুথকোমদা য়োন্দনা মতারঙৈনে হায়না অর্জ্জুন মশাবিগী মুংশিন্নাগী মপারিগী নিংথৌ মতীক অথোইববু য়েংলুদনা নমু মীমাঙ শেমনা নোইহৎলে। মতৌ অসুম ওইরিঙৈদা পল্লেম মমা উলুপী লোন্নবীনা তুংগী মহৈ অচেৎপবু খন্না পাওমেল্লকএ। হে চিত্রাঙ্গদা অচুম্বী-ও ইপারি মুংচানবা নিংথৌ লৈকোয়ফম্ববু য়াথং আথা কায়না চৈহৎপবু তৌহিক্কনো। থায়না লহান নোং প্রাণ নাথ অরোইবা অর্জ্জুন ন্নায়বা ভেনহৈবনা হায়বম্বা রাবু লৈবনে। ঐনা লানফম তমখিবদা নোংমল্লে হায়ববু তাঙনা শানখঙনবা শেনবী কুবো হৈগী তাউজিং হৈপানমবু য়াথং ন্নাশক্কনা থাবমগে। তাউজীং ইনাউ-য়োক অসিবু ন্নাশক য়াথং কায়ফরোই। থরায় ইমিরেনবু লৈতরে হায়না না তারবা মহাক্তা তাউজীং মনামবু লৈরিবদি য়াইবী থরায় শিদরি হায়না লৌশিং পম্থাং খঙনৌও। অসুম পাওমেল্লম্ববু লৈএ। য়াঙনা মিৎয়েং শানখৈরুখিসে হায়না তাউজীং হৈপান তান্না য়েংলুববু হৈরাঙ মশামবু খাক্তনা তাউজীং পূমনা কংলমলবগী চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমক্তি থরায় লাইখংননা মাল্লেম লৈমায়থক্তা থীকলেন থাবু ফুনা তুখিবে। উলুপী লৌশিংবানা হে চিত্রাঙ্গদা অহেনবীও ন্নারম মতৌ

শীংলেন অরেম্ববু ওইহল্লে—করিমু কান্নদবা অরেম্বা তারে। তাংজা লুরেন-তোনবু করম ককঙমলুবনো—করমনা মঙক ককলুন্নিবনো। পায়মা লিনচেন ফত্তবা—মরিংজেন খাবা। ঐগী পীবুকনুংদা—ঐহাক্কী গর্ভদা। করম নাউ-নৌরবনো—করমনা পোকলরিবনো।

পল্লেম—নমা। চীংঙু লাইবক থীবী—লাইবক চাউবী। তাংজা ইবিঙঙাগী লুরেনতোনবু—ঐখোয় অনীগী ইঙক। থাম্বী মৈতানশীগুন্নবা—মৈতান অশিবগুবা। য়াইবী থানা—থরায় থানা। নোংমনখিরবসুঙ—শিন্নবসু, থরায় থাববসু। য়োন্দনা—শোন্নদনা, ভঙাইকদনা। মশাবিগী

অসিবু নিংথৌ ইপারিনা তৌশিক রাবু নরিয়োই। স্বামী অয়োইবা মহাকনা মতৌ অয়োল্লৈয়বগী থৌরম রাথোক রাবু মাল্লে হায়না অসুম নীংখন্নরবগা লৈমা পূকনীং রাচূমগুবী অনীমক্তি হুজা লেংনা তিনবী-শিংবু ঙাইরোয়ননা হুয়েন লানশোকফস্বু তান্না মিপাই হুকচোম্নখিববু অর্জ্জুন মশাবিগী শমু মহকসাংগা তাংজা লুরেনতোনগা তিন্নদনা লৈঙম্ববু চেংলৌ মিৎথিৎলুরবদা স্বামী কোরৌ মনোংথৌগী হকলাং মচু ওন, উফুন লৈদা পক. ঈঙাঙ লৈতেংননা লৈঙম্বা অতুগী শমু মথোঙফাং লৈরাং অতিংঙাবু ওইরবা অনীমকপু ফৈরা মতানপাক্তা থাংথৎলবগা তাংজা ঈকাই নমদা হুন, চৈরৈ মফি শেৎঙমদা তাংজা মশম থোমঙমদা শমলাং ফাথননা মীকপলে। হা হা প্রাণ নাথ অরোইবা-ও নঙনা হস্তিনা লৈপাক অতাম্বদগী মণিপুর লমনা থাপ্লা অসিদা নপারি নাউরা অথূবা অঙাং থোমনম নমলিবগী শমু মথূৎপাক্তা করম নোংমল্লনো? তাইবঙ নোংসাপান অসিদা পাংগন নঙ্গা মাম্নববু কনা লৈবনো। থায়না লহান নোং দ্রুপদ নিংথৌরেন্না মমোম দ্রৌপদী অহেনবীবু ক্র্যাওজনগে-হায়ভৈদা নিংথৌ লৈকোয় ফস্বা থৈবিকপু পাউ কৌরুরবগা য়াথং রাশক থোইনা পাওমেল্লে। রাধাচক্র অকনববু দ্বার থোঙলেনথৈদা পুন্না থম্ববু মঙমলবা নিংথৌ পাংগন-থোইবা অগুদা দ্রৌপদী অচুম্বীবু কাওজনগে হায়না অসুম রাশকনরবগা রাধাচক্র অকনববু পায়হনবদা নিংথৌ কনাগুম্বা অমত্তনা চক্র কনা

---

মুংশিয়াগী—মপুরোইবা মুংশিবগী। অচুম্বী—সতী। লৈকোয়ফস্বা—নিংথৌ। ভৌহিক্কনো—ভৌগনো। লহান নোং—থাম্না মমাঙৈঙদা। লানফম তমথীবদা—অকনবা লানকমদা। নোংমল্লে—শিরে। শকথঙনবা—থঙনবা। শেনবী—কবো। তাউজাং—হৈ। য়াঙনা—থুনা। মিৎয়েং শানথৈরুখিলে—য়েংঙু খিসে। হৈয়াঙ—হৈ। পূমনা—লোইনা, ঙমনা। মাল্লেম লৈমায়থক্তা—লৈপাক মথক্তা। থীকলেন থাবু ফুনা—মথবাক্তা থুক্ত্মনা তুহনা।

তৌশিকরাবুনরিয়োই—তৌবা ওইরিয়োই। অয়োল্লৈয়বগী—দোষ লৈরবগী। নীংখন্নরবগা—থন্নরগা। মুজা লেংনতিনবীশিংবু ঙাইয়োয়ননা—

লেঙঙমদ্রবা মহাক্তবু প্রাণ নাথ অরোইবা-ও নঙনা অরা ঈশৌ
লাংদনা তেরা মপৈ খাংগুম রাধা চক্র অকনববু থাংনা পুঙমলবগী
দ্রুপদ নিংথৌরেন্দি পূকনীং হবাউ থোইনা মমোম দ্রৌপদী অহেনবীবু
হে স্বামী অবোইবা নঙেঙান্দা কাওজনবা নত্তবরা ? মরম অহুগী
দমকপু নিংথৌ লেংনতিনবা পূমনমকনা থৌরম রাশকথৌদি ঙমলুদনা
পূকনীং খম্বনরাগী পার্থ অকনবা মতোম্মদা রাথোক লুমনা হৌরকপা
খৈবিকপু পাংগন নখুৎপাক্তা লানফম মায়থী নংহনবা নঙোম্দা মরম
করিগীদমক হৌজিক মতম অসিদা নচা নঙনা পোকপগী, অঙাং
মখুৎপাক্তা থরায় নমিবেনবু করম থাথোকলবনো ? রারম অমসুঙ
চীংঙু গোবিন্দ মখুৎপাক্কী সুভদ্রা অহেনবীবু পানকন খুৎঙমথিনা

- - --- --- - - --- - ----- ---- ---- -

নূপী ময়ামগা লোয়ননা। শমু মংকসাংগা তাংজা লুরেন তোনগা তিন্নদনা
লৈঙম্ববু—মকোক্তা মশাগা তোঙান তোঙান তংচুনা লৈরম্ববু। চেংলৌ মিংথিং-
লুরবদা—উকরবদা। স্বামী কোবৌ মনোংথোগী—মপুরোইবগী। ইঙাঙ
লৈতেংননা লৈঙম্বা -ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙনা লৈরম্বা। শমু মখোঙকাং লৈরাং
অতিংঙাবু—কান্নদ্রবা মখোঙ অগবু। কৈবা মতানপাক্তা—মতম্বাক্তা। তাংজা
ঈকাই নমদা হুন—ঈকাই ঈকি থাদোক্তুনা। চৈরৈ—ক্কি। শমলাং—শম।
প্রাণ নাথ—থরায়গী মবুঙ্গো। অতাম্বদগী—অয়াপ্পদগী। নপারি নাউবা
অথুবা—অঙাং ওইবিবা নচানিপা। করম নোংমল্লবনো-করম তৌনা
শিররবনো। তাইবঙ নোংসাপান অসিদা—সংসার অসিদা। দ্রুপদ—
—পঞ্চাল লৈবাক্কী নিংথৌ। মমোম—মচানূপী। কাওজনগে হায়ঙেদা—
থাজগে হায়ঙেদা। লৈকোয়ফম্বা খৈবিকপু—নিংথৌ ময়ামু। পাউ কৌরু-
রবগা— কৌরুরগা।

চক্র কনা লেঙঙঙদ্রবা মহাক্তবু—কনাগুম্বা অমত্তনা লেঙবা ঙমদ্রবা
রাধাচক্র অহুবু। প্রাণ নাথ-থরায়গী মবুংঙো, ইপুরোইবা। অরা ঈশৌ
লাংদনা—অবাবা খঙদনা। থাংনা পুঙমলবগী—থাংচুনা পুরবগী। পূকনীং
হরাউ থোইনা—মপূকনীং য়ামনা হরাউনা। কাউজনবা নত্তবরা— ( মচানূপী )
থাজয়কপা নত্রা। নিংথৌ লেংনতিনবা পূমনমকনা তিল্লিবা নিংথৌ ময়াম
অহুনা। পূকনীং খম্বনথাগী—মপূক্তা মিহৌহুনা। পার্থ—অর্জ্জুন। মতোম্মদা—

মুন্নুরবগা সুভদ্রা গর্ভ পীবুকমুংদা নপারি অভিমন্যু লমকেৎপবু নাউ-নৌবা নত্তবরা? থৌরম লৈবা খৈবিক্তা য়াইফা নমাঙ থাঙদনা মঙমলুবা থরায় মপুরেন নঙনা পাংগন নতৌক নত্তনা লৈরাং অতিংঙাদা পঙনা নোংমল্লবা অসিবু কল্লকএ। থৌরম মতৌ অমসুঙ বিরাট মরৈপাক্তা হুমিৎ শীংথা হেন্নবা চেংলৌ মশক ওন্না লোৎলুঙৈসুঙ কৈতা ~~ঢৈবৈ~~ ফিশেংননা কাওরেন শনয়াম ঙাকলুঙৈ বিরাট নিংথৌ মপারি উত্তর মথোকলকপগী লাংগোই শাথৌববু ওইনা ভীষ্ম দ্রোণ কর্ণ অশ্বত্থামা বৃহনত্নুন বিকর্ণ কৃপাচার্য্য দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা শানৌ মচীন মনাউ চাম্মবু উরবগা উত্তর নাউরা অথুবদি অকি পুকনীং চঙলবগী দোলাই নীংহন্নরববু প্রাণ নাথ অরোইবা নঙনা শমু থুৎঙম-থিনা ফারুরবদা তুলাইসানীং তোংহল্লবগা কোল্লোয় মিংচৎথোইবা নঙনা তুলাই শাকোক তোংনা রায়রা নঙগী নত্তেঙ্গাদা পাংগল মথৌ লৈবা খৈবিকপু মঙমলুবগী বিরাট কাওরেন মশনচা পুমনমকপু থোমনা লৌবিরম্বা হে ইবুংঙো পাংগল নঙান চাউবা নঙনা হুয়েন লানশোক-ফমগী উৎফুল নোংলৈথক্তা নপারি বৃষকেতু অকনবগা পনথৌ নপা নচাবু নমু মীমচমগুম করিগী হকসাং অরেম্ববু ওইনা লৈঙমবনো হায়না কপনা কপনা অর্জ্জুন থরায় মমিরেন হিংলোইদববু শংশঙ তাঙনা উরবগী বভ্রুবাহন মপাবিবু কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে

---

মথন্দদা, মতোমদদা। মায়থী নংহুনবা—মায়থীবা পীবা। সুভদ্র কৃষ্ণগী মচন, অভিমন্যু গী মমা।

পীবুকমুংদা—মপুক্তা, গর্ভদা। লমকেৎপবু—লমহেনবা লাকঙম কাঙমদববু। নাউনৌবা—পোকপা। হুমিৎ শীংথা—হুমিৎ মশীং। চেংলৌ মশক ওন্না- মশক খঙহন্দনা। কৈতা—নপুংসক। কাওরেন—শন। বিরাট নিংথৌ মপারি—বিরাট নিংথৌগী মচানিপা। লাংগোই শাথৌববু ওইনা—সারথি ওইদুনা। উত্তর নাউরা অথুবদি—বিরাট নিংথৌগী মচানিপা অঙাং ওইরিবা উত্তর যুবরাজদি। অকি পুকনীং চঙলবগী—মপুকনীংদা কিয়দুনা। দোলাই নীংহন্নরববু—দোলাই তুংলোমদা হল্লববু। রায়রা নঙগী

বভ্রুবাহন কৌবা পাপী লমচৎনবা নঙবু করিগী পূকনীংচিংনা লৈরি-বনো ? পনথৌ নঙবু পোকপগী তাংজা লুরেনতোনবু ককলুরবা অসিদা পূকনীং চিংনঙাইবু পূমনা লৈতরবা অসিহ্নে। থাঙশাং নখুৎশুনা পল্লেম নমা ইবিংঙাগী তাংজা লুরেনতোনবু য়াঙনা তুপথৎ-পিরো। তাইবঙ নোংসাপান অসিদা পারি নঙ্গা মান্নবা মহাপাপ ঙইববু অমা তৈনা লৈতরে। রারম মতৌ অমসুঙ থায়না নহান নোংদা পরশুরাম ভৃগুপতি কৌবনসুঙ পনথৌ কোল্লোয় ময়াথংদগী পল্লেম তাংজা লুরেনতোনবু ককথৎলে। অদু লৈরাং মতম মানগুম নঙসুঙ তাংজা ইখোয়গী লুরেন ককপদা পূকনীং চিংনঙাইবু লৈতরে হায়না চেংলৌ মিৎথীৎনা উরে। হা হা অর্জ্জুন ইশাবি থল্লায় ইমি-রেনগী ইবুংঙোও নঙবু নত্তনা হুজা চীংঙু লাইবক থীবা ইবিংঙাবু করি য়াইবী থল্লায় হিংনা লৈরশিবনো হায়না থমোয় মৈচাক থোইনা তেংথাক্লবগা কোল্লোয় অমরক হন্না বভ্রুবাহন মপারিবু কৌনা কৌনা রাহমলকএ। মহাপাপ অথোইবদা উনবী পূকনীং চঙলবা নঙগী মণিপুর নরৈপাক অসিদা লৈঙমলরোইএ। হস্তিনা লৈপাক নুংঙাই ববু ইস্তানখিরগে। ঈশ্বর কৃষ্ণ থোইখোইবসুঙ লৈরিএ হায়ববু না তায়ে। কৃষ্ণ সনা মখোঙ খাবু উরবগা অর্জ্জুন থল্লায় ইমিরেনবু খাইনবগী হুংশি মৈচাক কোকঙম্বরা খঙদে। পনথৌ নপা হাৎলবা

নত্তেঙ্গাদা—নহাক্কী তেঙ্গা। নমু মীমচমগুম—করিসু লৈতবা অচম্বা মীগুম। লৈঙমনো—লৈরমনো। শংশঙি তাঙনা উরবগী—তশেং তশেংনা খঙলবগী।

পূমনা লৈতরবা—করিমত্তা হৈতরবা। পল্লেম নমা ইবিঙঙাগী—নমা ঐখোয় অনীগী। তাংজা লুরেনতোনবু—ইকোকপু, ইঙকপু। য়াঙনা তুপ-থৎপিরো—থুনমক ককথৎপিরো। তাইবঙ নোংশাপান অসিদা—সংসার অসিদা। পারি—ইচানিপা। অমা তৈনা লৈতরে—থোইদোকনা অমা লৈতরে। পনথৌ কোল্লোয় ময়াথংদগী-মপাগী মাথং মতুং ইন্না। পল্লেম তাংজা লুরেনতোনবু ককথৎলে—মমাগী মকোক ককথৎলে। তাংজা ইখোয়গী—

নওগী চেংলৌ নশক য়েংনা' লৈঙমলরোইএ। রুক্মিণী সত্যভামা আঅর সুলক্ষনা জম্বুবতী কুন্তী গন্ধারী দ্রৌপদী যশোদা দৈবকী য়োয়বু লেংনত্তিনবী মাখোয় অসি থৈবিকী থূয়া লৈখোঙ খাদা য়োয়না পুরুমজরুরবত্নম ঙুংশি থৌকাউ ভমথৈনে হায়না পাওমেনববু না তারবদা মপারি বভ্রুবাহন অকনবনা ভক্তি পূকনীং অমোনবনা রাহক-জরকএ। পম্লেম ইমা নবিঙতানা কোল্লোয় ইয়াথংবু উনবী পূকনাং তপনা না তাবিখো। ইতৌ অরানবা রায়ম লঙজখোইবা মহাক্তি পুমনা লৈখিদে। ঐগী লঙজা মতৌ খঙলবগা য়াথং অমা থোকনা চৈহংপিও। থৌরম মতৌ অহানবদা পন্থৌ ইপা পোকমাবনে হায়ববু সংশঙ তাওনা খঙজরবগী যজ্ঞ মঙম শা মহাকপু পুনা পনথৌ মথোঙ খাদা মালেম লৈদা তু পূকনীং ভক্তি চৈরোয়ননা কচ্চরুববু লানফম মীয়াম মাঙ মহাক্তা তাংজা ইরাইবক্তুম পনথৌ য়াইবী কনহৌ নীক থোঙপাক চৈথা লুমনা কাওঙমএ। ভক্তি কোল্লোয় ইয়াথংবু না তাবিদে। লমচৎ মতৌ অসুম ওইবা মহাকপু পূকনীং রারৌ লৈরুদে। পনথৌ শমু মথোঙ খাদা য়াথং অমেঙবা পূকনীং অনোনববু চৈরোয়নরা হন্না হন্না পাওমেঙ্গববু কঙ্গাউ মথৈ লৈতনা পলেম নমা বেশা হাম-বোইবী শীঙলেন তাইজবী মপারি নঙবু পাংগন নতীক লৈতবগী

---

ঐথোয়গী ইকোক। লুয়েন ককপদা—ইঙক ককপদা। চিংনঙাই—চিংন-নিংঙাই। ইশাবি—ইপুয়োইবা। নূজা—মোমহ, হুপী। চীংঙ্ লাইবক খাবী—লাইবক চাউবী। বাহমলকএ—বা হায়রকএ। লৈঙমলরোই—লৈয়মলরোই। ইস্তানথিরগে—য়োনবা চংগ্রগে। থোইথোইবস্থঙ—অথোইবস্থ।

চেংলৌ—শক। লৈঙমলরোইএ—লৈবা ঙমলয়োইয়ে। রুক্মিণী—শ্রীকৃষ্ণগী মনাউ ইবেম্মা। সত্যভামা—কৃষ্ণগী তালোই অমা। জম্বুবতী—শ্রীকৃষ্ণগী হুপী। কুন্তী—পাণ্ডব মঙাগী মমা। গন্ধারী—ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা, দুর্য্যধন্না চিংবা মচানমনাউ চামগী মমা। দ্রৌপদী—দ্রুপদ নিংথৌগী মচানুপী পাণ্ডব মঙাগী তালোই। যশোদা—শ্রীকৃষ্ণগী মমা। দৈবকা—কৃষ্ণগী মচন, কৃষ্ণগী মমা। পুরুমজরুরবত্নম—খুরুমজরুরবত্নম। বাহমলরকএ—

ছুয়েন লানখোক কিবনা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইববু নমদা ছুন্না অর্জ্জুন ইপারিনে হায়না য়াথং শরী য়াদা পঙনা পাওমেন্নরিবানরিঙৈনে। মরম করিদগীনো হায়না অসুম সভা মীয়াম মাঙদা য়াথং আখা থোকনা চৈহৎলে। অর্জ্জুন ইপারিদি তাইবঙ মরোন অহুম্মানা সংশঙ তাংনা খঙলিবা সুভদ্রা পায়মা লিনগোযগী অভিমন্যু পাংগল মপা লৈতবা অহুনে হায়না য়াথং পাওমেন য়াদগী ছুয়েন লানশোকনথিবদা পনথৌ শাৎমাবা অর্জ্জুন তেনহৈববু লানফম থুদোংথীবা মহাকপু থোকখিরে। হে পল্লেম ইমা সতী অচুম্বীও নঙবু নপারি ঐগী লঙজা অয়োন য়েংদনা পঙনা য়াথং আখা থোকপীগুনো হায়না পাওমেনজবগীনে। তৌইগুম থৌরম অমা অমা ওইরবসুঙ চীংঙু লাইগী নোংদমনা পনথৌ ইপা হাৎলবনিগিনা মিংথী য়ারৈচেন মহাপাপ অথোইববু পুনা নরক ফম্বী ওইনগে তৌববু শমু মাঙদা থানা মরৈবে। হয়েংমীওই লাংওন অমরক পোকলকঙৈনে হায়ববু পুমনা লৈতবে। পনথৌ ইপা শাৎমাবা অর্জ্জুন তেনহৈবা অসিবু শ্রীকৃষ্ণ শিদবগী লোয়না মপাতাউ অচেৎপা মহাকনে হায়না অসুম সংশঙ তাঙনা মখঙজরে। পল্লেম চীনকোই নয়াথংনা য়াথং হায়হৌঙাইবু লেতরে। নপারি মহাপাপ ওইরবা ঐবু লান্না থোঙজিন লৈতরবা অহুনে। য়াখোক মতৌ অমসুঙ ইপন ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না য়াথং শীথী থোকনা চৈহৎঙৈনে। ইয়ু কুন্তী

—হায়জরকএ। নবিঙশানা—নখোয় অনীনা। লঙজখোইবা—অয়ানবা তৌখিবা। লঙজা মতৌ—দোষ, মরান। মঙমশা—যজ্ঞগী খগোল। ভক্তি চৈয়োয়ননা—ভক্তি তৌনা। য়াইবী কনহৌনীক—কষ্টী থোকনা।

ছুয়েন লানশোক কিবনা—লান শোক্কবা কিহুনা। নমদা ছুন্না—তুং ওইনা থমহুনা। ইপারিনে হায়না—ইচানিপানি হায়হুনা। য়াথং শরী য়াদা—ওইদবা বা। পাওমেন্নরিবানরিঙৈনে—হায়রিবনি। য়াথং আখা থোকনা—অয়াকপা য়াহৈনা, অকনবা থোয়া। সুভদ্রা পায়মা লিনগোয়গী অভিমন্যু—সুভদ্রাগী গর্ভদা নাইপুদনা পোকপা অভিমন্যু। পাংগন মপা লৈতবা—মপাংগন কনবদা পাবিনবা য়াওদবা। পনথৌ শাৎমাবা—ঐবু পোকপা ইপা। লঙজা অয়োন—মরান, দোষ। তৌইগুম—তৌইগুমসুং। নোংদমনা—

হন্নু ময়াই কায়রবীনসুঙ হুংশি মথৈ লৈতনা থমোয় মৈচাক খোইরং-ঙৈনে। খোইয়ম নোংদমখোনবু হেনঙমদরে। পনথৌ ইপা হাৎএ হায়বগী তাইবঙ নোংসাপান্দা তনবা নিপা লুপ মোমহ্ হুজা ওইবী পুমনমকনা য়াথং মীনোক চঙনা চৈনঙৈনে। শুপনা মফম করি করি-গুম্বদসুঙ ঐগী য়াইফা থৌরম লৈররোইএ। হা হা হে শ্রীকৃষ্ণখোই-খোইবা-ও পনথৌ য়াইবী থরায় হাৎকে হায়বগী লৌশিং রাখন খোকহনবা অসিবু নঙনা থৌজান লানকোনবিদরবগী তৌশিকনে হায়না পাওমেঞ্জরবগা মহাক মতোম্মগী শেংনা মরমচৎপু পায়মা উনগোই-হুংদা ওন্না ওন্না নীংখঞ্জরুরে। পনথৌ ইপা হাৎপগী মহাপাপ অখোইবা অসিবু থৌরাঙ মতৌ করম কোকশিবনো? রারম অমা অমা ওইরবসুঙ শমু মহকসাংবু মাল্লেম লৈখুন্নুংদা চঙনা ইতোম য়াইবী থরায় থাদোক-লগে। থৌরম মতৌ অসি নত্তনা থরায় য়াইবী শিদনা লৈরবদা অফ মহৈ করি লৈররোইএ। অসুম নীংখঞ্জরুরবগী বভ্রুবাহন অকনবা মহাকনা অমন থমলৈ কূমনবা শংলৌ মথৌরাঙবু শীংবী ঙামচৌ পৈ ঘৃত) থাউফু মশীং থীঙমদনা হৈজিল্লবগা থাম্বী মরাঙ হৌনা চাকহল্লে। অসুম উনবী পূকনীং লেপনা চকমোম মৈরিহুংদা চোংশিনগে হায়না শংলৌ থৌরাঙ রাবু পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা চেংলৌ মিৎথিৎ-লবগী রাহমথিয়ে। হে ইপারি পাপ থৌরম অক্রম্ববু তৌনা করম য়াইবী থরায় থাগে লাঙলিবনো? পনথৌ নপা হাৎলবা মথক্তা নহাক

---

লাইনা তমহুনা। মীওই লাংওন—মীওইনা শোকপা। শাৎমাবা—অশোকপা। লোয়না মপাঙাউ অচেৎপা—চামবা মরুপ। চীনকোই—য়াথং। ইপন—ইপাগী ময়াম্বা। ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন—যুধিষ্ঠির মহারাজ। য়াথং শীথী থোকনা চৈংৎপা—য়ামনা শাথীনা চৈবা, থীনা ঙাঙবা। ইমু—ইবেন।

হন্নু ময়াই কায়রবীনসু—অহল মতম ওইরবীনসু। খোইয়ম নোংদমখোন—লাইনা তম্বা। তাইবং নোংলাপান্দা—সংসারদা। তনবা—নিপা। লুপ—কাঙলুপ। মোমহ্ হুজা ওইবী—হুপী ওইবী। য়াইফা থৌরম—মঙ্গল। থৌজান লানকোনবিদরবগী—চানবিত্রহুনা। তৌশিকনে—তৌরবনি। মহাক মতোম্মগী—মথক্কগী। পায়মা উনগোইহুংদা—মপূকনীংদা, মপূক্তা। ওন্না

নত্তোঙ্কনী থবায় নম্মিরেনবু লৈরাং অতিংঙাদা হকচাং অরেম্বু এইনা মাঙহল্লগে হায়না মহাপাপ মথক্তা পাপস্থু মথৈ লৈতবা মহাকপু শন্নৌ অমরক থৌরাঙলিবা অসিবু মরম করিদগীনো ? রাখল নরৌশিংবু লৈইগিদি পনথৌ ইপা। হিংনববু থৌরাঙ পাংগল করম্বু লৈরিগবনো হায়নত্তম উনবী পূকনীং তপনা নীংশিংঙেনে। থাম্বী মৈরিহুংদা চোংশিল্লগে অসুম নীংখল্লিবা অসিবু মরম করিদগীনো ওনথোকএ হায়না পল্লেম মমা রাণীশ্বরী চিত্রাঙ্গদা অচুম্বীনা মপারিবু উনবী পূকনীং তপহল্লবগা তাংজা লিল্লা চমু উলুপী পল্লেম মমা লোম্নবীনা রাহমথিয়ে। হে চিত্রাঙ্গদা অহেনবী-ও ইপারিগী রাথং মপাওমেনবু না তাবদি মত্তৌ অয়োনবা থৌরম অরানবা মহাকপু কয়া লৈতে। রারম অসিগী দমকনা পঙনা রাথং চৈহৎপিগনো। হে বভ্রুবাহন ইপারি হুংচানবা নঙস্থঙ থাম্বী মৈরিহুংদা চঙনা করি নোংমল্লগবনো কোল্লোয় ইম্না-থংত্তম উনবী পূকনীং তপনা না তা-ও। পনথৌ রাইবী হিংনবা শংলৌ থৌরাঙ থীন্দনা পতালপুর মালেম লৈখাহুংদা চঙনা অমৃত রাইরেন শিদববু লৌক ঙম্নবা পনথৌ ইপা তাংজা লিল্লা নিংথৌ আনন্তশেষ তোকলেন লীশিং পানবা মহাক্তা পল্লেম নমা ঐগী কোল্লোয় ইমিংথোংবু খঙহল্লুও। মণি রাইরেন শিদববু য়োন্দনা পীরকঙেনে। অমৃত লৈহী অথোইবা মহাকনা লৈরিবদি ইপন তাংজা লিল্লা নিংথৌদি লৈখিসনো। কার্কোক তাংজা লিল্লা অঙম্বগী

---

ওম্না নীংখঞ্জরুবে—মঙন মঙন খল্লুরে। মালেম লৈখুম্ংদা—লৈহুংদা। অমন খমলৈ কুমনবা শিননবা। শীংবী ঙামচৌপৈ—শীং মরাম পৈশিন্দুনো। ঘৃত—(সং) ঘী। খাম্বী মরাঙ হৌনা চাকহল্লে—মৈ কয়া থাগৎলে। চকমোম—মৈ। শংলৌ থৌরাঙ তৌবা বারোন। চেংলৌ মিৎখিংনবগী—উরবগী। রাহম-খিয়ে—হায়খিএ। লাঙলিবনো—থৌরাঙ তৌরিবনো। থবায় নমিরেনবু নপ্পায়রু। লৈরাং অতিংঙাদা—করিস্থু কাররবা অরেম্বদা। লৈইগিদি—লৈরবদি। থাম্বী মৈরিহুংদা—চাকলিবা মৈগী মহুংদা। নীংখল্লিবা—রাখল তৌরিবা। রাণীশ্বরী—( সং ) অধ্যাইবী রাণী, লৈমরেন। তাংজা

তাংজা মতোকলেন্দা মণি য়াইরংচান মহাকপু লৈএ। কোল্লোয় মম্রিংথোংবু বাসুকী হায়না কোবা তাংজা লিল্লা অঙম্বদা অমৃত মৈহী অথোইবা মহাকপু মশীং চানীপান শুনা লৈএ। তৈক্ষপ তাংজা মতোকলেন্দা নব সহস্র লীশীং মাপল শুনা লৈএ। সিগ্ধ তাংজা লিল্লা অঙম্বদা মণি য়াইরংচানবু দাশহাজার লীশীং তরা শুনা লৈএ। আনন্ত লিল্লা মতোকলেন্দা লৈরিবা মণি য়াইরেন শিদবা অমৃত মৈহী অথোইববু মশীং খানা কনা হায়ঙমলোইএ। পদ্ম হায়না কৌবা তাংজা অঙম্বদা য়াইরেন লীশিং অমা শুনা লৈএ। মহাবিদভা হায়না কোবা লিল্লা মিংনাইবদা লৈরিবদি মণি মশীং লাকনা হায়ঙম-লোই। নাগেথরী তাংজা লিল্লা মতোকলেন্দদি অমৃত মহী অথোইবা মহাকপু মশীং ১১২ শুনা লৈএ। চীনগোই য়াফাং মুংদগী থাম্বী মৈরি থোকলকপনা তাইবঙ নোংসাপানবু পূমনা থনৈঙেনে। ভাস্কর লিল্লা মিংচৎপদি মণি মশীং চামা তরামঙা শুনা লৈএ। আনন্ত তাংজা লিল্লা নিংথৌগী লিল্লা মতীক অরুববু কনা হায়হৌশিবনো। কেনা তোকলেন লীশীং থক্তা নারায়ণ শ্রীকৃষ্ণ অথোইবা মহাক্কী ফম্বী য়িম ওইননা তাইবঙ নোংসাপান পূম্নমা পুনা লিল্লা শান্নরিবা অছুনে। তাংজা লিন লৈপাক পাতালপুর মুংঙাইবা অছুদা হৌজিক লিল্লা মমিং থাখিবা তাংজা মফমলেন্দা ছুরেন থাম্বী মৈশা কনববু পায়মা মাথোয়না লিল্লা চম্বু—লিন নিঙেঙান। বাহমখিয়ে—বা হায়খিএ। অয়োনবা—অয়ানবা। করি নোংমলগবনো—করিগী শিগদগে। কোল্লোয় ইয়াখংছুম—ঐনা হায়বা বাছুম।

খংলৌ—খৌয়াঙ। মালেম লৈথাকুং—পাতান। লৌক্ক ঙম্বা—লৌক্কবা ঙম্বা। তাংজা লিল্লা নিংথৌ—লিন নিংথৌ। তোকলেন লীশীং পানবা—মতোক লীশীং অমা পানবা। কোল্লোয় ইম্রিংথোংবু—ঐহাক্কী মিং। মণি—মাই। য়োম্বনা—শোয়দনা, লেপনা। তাংজা মতোকলেন্দা—লিনগী মতোকতা। মণি য়াইরংচান—মণি অথোইবা। নব সহস্র—লীশীং মাপল। য়াইরেন—অথোইবা মাই, মণি অথোইবা। মশীং লাকনা হায়-ঙমলোই—মশীং অসুপনি হায়বা ঙমলোই।

হুংসা কামথোকলকপগী উনবী অণ্ডক চণ্ডবব্ তাইবঙ নমু পোং ওইবদি লৈখিস্লনো গন্ধর্ব্ব পাংগনবনচিংনা খোইয়ম লেংনা তিনবা পূম্নমকনা কনা উনবী পূকনীং তপণ্ডমদবা অহুনে। থৌবম মতৌ অসিগী দমকনা মণি য়াইরেন শিদবা মহাকপু লৌরু ঙমলোইবরা থণ্ডদে। শংলৌ থৌরাঙ ঙম্না থোকএ। অমৃত শমু খূৎথুম চল্লুরবদি যোল্দনা অর্জ্জুন পনথৌ নপা ইবুংঙোবু যাইবী থরায হিংলকঙৈনে। পায়মা ঐগী উনগোয়হুংদা নীংথল্ল্ বস্ু তাংজা লিনগী মরুপ্প্ পাংগন খূৎথুম চম্নবা মিৎয়েং শানখৈরুদে। থৌরাঙ মতৌ খঙদরে। হে থোইয়ম নোংদম্বা-ও চীংঙ্ নথৌ থাবু করম নোংদমলিবনো হায়না পাণ্ড-মেনববু না তারবদা হে পল্লেম ইমা নঙদি লিল্লা মরৈপাক্তা চঙলুগে তৌবগী থৌরম পোৎলূম পুনা নীংচিনলুরে। নপারি ঐনা পায়মা উনগোয়হুংদা নীংথল্ল্ বদি তাংজা লিন লৈপাক মহাকপু হুয়েন লান শোকনরুদনদি মণি য়াইরেন শিদববু পঙনা পীবকলোইএ। থৌরম মতৌ অসিগী দমকনা ঐবু মালেম লৈখুন হুংদা চঙনা হুয়েন লান শোকনরুগে। পল্লেম ইমা নবিঙঙাদি পনথৌ মহকসাংনা লৈরিবা সনাযোয কোম্লুং অসিবু উনবী পূকনীং চেৎনা ভাকঙম্মো। পনথৌ য়াইবী থরায় হিংনবা পাংগন নীপা থোকনা লিল্লা মরৈপাকপু লানফম খূৎথুম চম্নবা শংলৌ থৌরাঙলককে। আনন্ত মরৈপাক পাতাল মরোন মাদদি লৈখিসনো। ঐনা মাল্লেম লৈখুন্ন্ হুংদা

---

মিংচৎপদি—অকাওবদি। তাংজা লিম্না—লিন। তোকলেন—মতোক। হুয়েন—হু অকনবা। খাম্বী—মৈ। তাইবঙ নমু পোংওইবদি—মীওইবদি।

খোইয়ম লেংনা তিনবা পূমনমকনা—লাইয়াম সভানা। লৌরু ঙম-লোইবরা-লৌকবা ঙম্মোইদরা। য়োল্দনা—শোয়দনা, তঙাইফদনা। পায়মা ঐগী উনগোয়হুংদা—ঐগী ইপূক্তা। নীংথল্ল্ বস্ু—থল্লবস্থ। মিৎয়েং শানখৈরুদে—উরুদে।

য়াইরেন—অথোইবা মণি। মালেম লৈখুনহুংদা চঙনা—সুরুঙ্গদা চঙহুনা। নবিঙঙাদি—নখোয় অনীদি। সনায়োয় কোম্লুং—সনা কোম্লুং।

চঙখিবদি পাতাল মরোন মরোন মাবু ঙমনা মণি য়াইরংচান মহাকপু পুন্নকঙৈনে। হন্দক পনথৌ য়াইবী থরায় হিংনবগী শংলৌ ইথৌ-রাঙ অসিদা পাংগন নীপা থোকপবু তাইবঙ মরোন অহুম্মানা খঙলোরম্লুনো। ইপন থরায় লন খাইনরববু হকসাং য়োয়ওই ঙমনবা শংলৌ ইথৌরাঙ মহাকপু লৈরবদি তাংজা লিন লৈপাক মহাকপু হায়দবসুঙ চীংঙ্ নোংথৌ সরারেন্নচিংনা যম অশি খূরায় মহাকপুসুঙ রারম শীংথাননা নীংলুদে হায়না পাওমেনববু না তারবদা পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমানা রাহমখিয়ে। হে বভ্রুবাহন ইপারি-ও কোল্লোয় নঙগী নয়াথং অসিবু খিজিক্তং য়াথং নাপন রাংমল্লে। ভক্তি পূকনীং অনোনববু নত্তনা থৌরম নাপন রাংনা তৌরবদি থুকম্ তমথীবা পূকনীং ইরৈচনবদা য়োন্দনা তারঙৈনে। তাঙচা মখৈ লৈতবা লিল্লা হুথৌ থোইবা অহুশিংবু করম হুয়েন লানশোকনরুগবনো? চেংলৌ মাখোয়গী মশক উবা মহাক্তা উৎফুন নোংলৈ ওইনা মাঙৈঙনে। তাংজা মফমলেন্দদি কোরৌ নোং শীংজঙসুঙ বায়ু হুংশীৎ অকনবনসুঙ চঙলুঙমদে। নঙগী পাংগল নথৌরাঙনা লিল্লা মরৈবাক্তা চঙনা তাংজা মাখোয়গী মায়ওক য়ানা হুয়েন লানশোকনরুঙৈনে হায়বদি নীংলুগুনো হায়না পাওমেল্লবদা হোয়দা পল্লেম চীনগোই নয়াথংনা

---

উনবী—পূকনীং। ঙাকঙম্মো—ঙাক্তুনা লৈরম্মু। পনথৌ য়াইবী থবায় হিংনবা—ইপাগী মথবায় হিংনবা। লিল্লা মরৈপাক—লিনশিংগী লৈপাক। শংলৌ থৌরাঙলকে থৌরাঙ তৌরকে। আনন্ত—লিন নিংথৌ। য়াইরংচান—মণি। তাইবঙ মরোন অহুম্মা—ত্রিভূবণ। খঙলৌরম্লুনো—খঙনহৌরলম্লু। ইপন—ইপা, পম্বৌ। চীংঙ্ নোংথৌ সোরারেন্নচিংবা—লাইশিংথৌ ইন্দ্রনচিংবা যম অসি খূরায় মহাকপুসুঙ—অশিবগী লাই যম নিংথৌবুসু। অনীমানা রাহম-খিয়ে—মাখোয় অনীনা হায়খি। কোল্লোয় নয়াথং—মহাকী থাঙাঙ। নাপন রাংমল্লে—নাপন তৌমল্লে।

য়োন্দনা—শোয়দনা, ঙঙাইফদনা। লিল্লা হুথৌ অথোইবা অহুশিংবু—করু করবা হু পুবা লিন ময়াম অহুবু। করম হুয়েন লান শোকনরুগবনো—

লিল্লা মতীক লুইএ হায়না পাওমেল্লিবা অসিবু পায়মা ঐগী উনগোয়হুংদা নাপীমাম্বুং মানকুম নীংলুএ। মরম করিগীনো হায়রবদি পাংগল ঐগী ইতীক্তি সপ্ত দ্বীপ মায়গৈ মায়গৈ মহাকপু পাংগল ইম্নাঙ থাঙদনা মঙমঙেনে। পূকনীং অরা চঙনা করি নীংথল্লুগনো। তাংজা লিল্লা মরৈপাক্কী দমক ব্রহ্মা মহেশ্বর অথোইবনচিংনা ইন্দ্র সোরারেল যম অশি খুরায় মহাকস্তুঙ গন্ধর্ব্ব পাংগনবা কুবের লন্নিংথৌ খোইয়ম মায়গৈ ঙাকপা মরিমকস্তুঙ য়াওনা চীংঙু লেংনা তিনবা অসি থৈবিকনা মীচঙ পাংগল ওইরবস্তুঙ অঙাং শান্নথোৌগুম্বনে। লানফম ইমাঙ থাঙঙমলোইএ। পল্লেম পায়মা উনগোয়হুংদা পূকনীং শোংকি চঙলুগনো হায়না নাপন ময়াই কানা পাওমেনববু না তারবদা পল্লেম মমা অনীমানা রারম মচি ওইববু থল্লুরে। থৌরম মতৌ অস্তুম তৌনা থাথোকপিথিরবদি লৌশিং রাখল রাৎপবু থোকলঙেনে। বভ্রুবাহন ইপারি অসিবু উনবী পূকনীং তপ্নবা থৌথামচিনখিসে হায়না নীংথল্লর-বগা হে ইপারি মণিপুর লৈমাবা পানকন নথোকলকপা নঙবু থায়না লহান মাঙদা পল্লেম মমা ঐগী দমকপু পনথৌ তাংজা লিনলা নিংথৌনা উনবিরকপা কোল্লোয় মমিং থোংবু পুন্দরক্ষ হায়না কৌবা লৌশিং কোরৌ হুমিৎ শগোলশেনগুম্ববু লৈএ। মাবু য়াঙনা থৌশীচিনখিসে লেপনা থৌরাঙ পূকনীং পাঙলকঙেনে হায়রবদা পল্লেম নথোয়গী পায়মা উনগোয়হুংদা অস্তুম নীংথল্লবদা শংলো থৌরাঙ থীনঙাইবু পূমনা লৈতরে। অমৃত মণি য়াইরেন শিদববু পায়মা নরৌশিংনা

করমনা লাম্বা পাকপবনো, করমনা লান তৌনকপবনো। কোয়ৌ নোং শীংজঙ—বজ্র, থকীতেন। বায়ু—(সং) নুংশিৎ। চঙলুঙমদে—চঙলুবা ঙমদে, য়ৌবা ঙমদে। চীনগোই নম্বাথং—নহাক্কী মাথং। পায়মা ঐগী উনগোয়হুংদা—ঐগী পূকনীংদা। সপ্তদ্বীপ—দ্বীপ তরেৎ। নীংথল্লুগনো—থল্লুগনু, মাথল তৌকপনু। ব্রহ্মা—লৈশেম্বা নোংদম্বা লাই। মহেশ্বর—মহাদেব। ইন্দ্র—সোরারেন। খোইয়ম—লাই। চীংঙু লেংনা তিনবা—চৈৎ লঙা, শাইয়াম। অঙাং শান্নথৌগুম্বনে—অঙাংগী শান্নগোৎকুম্বনে। শোংকি চঙলুগনো—কিরকপনু। মচি ওইববু—মক ওইববু। ইপারি থাবিবু

থৌরাঙ খুথুমচন্না ঙমলক্তবদি নপারি ঐনা পাতালপুর মালেম লৈখাম্নুংদা চঙনা পাংকন খুৎঙমথিনা মুল্লুঙনে হায়না পাওমেল্লবগা মদাইরেম পুন্দরক্ষ লৌশিংববু কৌনা রাহমখিয়ে। তয়ুম নঙবু শংলৌ থৌরাঙ থীন্দনা তাংজা লিন লৈপাক্তা য়াথং ইপাউমেনবু নিংথৌ মাঙদা থানা য়াঙনা পাউ তম্বিরুও। ননোংয়ায় বভ্রুবাহন ইপারিগা অর্জ্জুন ইশাবিগা পনথৌ মপা মচা অনীমকনা হুয়েন লান শোকনবা থোকলবগী ইশাবি অর্জ্জুন তেনহৈববু মপারিগী শমু মখুৎপাক্তা নোংমল্লে। থৌরম মতৌ অতুগী ইপন তাংজা লিল্লা নিংথৌনা পোৎলোই লন উনবীরকপী চৈরৈ ফি খুৎশা মাল্লৌ ফিরাংচান কোল্লোয় মখুৎতোপ সনা ত ঞ্চপ ইখুৎশি অলঙ্কার লৈতেং পোৎ পুমনমক অসিবু অর্জ্জুন ইশাবিবু লৈতরবা অসিদা নুজা শমু ইহকসাংবু হকসাং লৈরাং অতিংঙাবু ওইরবী অতুনে। চৈরৈ হক্তা থোংনা লৈতেং পোৎলোই শেৎনঙাইবু লৈতরে হায়না পনথৌ সনা মখোঙ থাদা কৎপিরমলুও। থৌজান লনকুবিগে হায়রবদি মণি য়াইরেন শিদবা অমৃত মহী অথোইববু য়োন্দনা পীরকও হায়না পন্থৌ নাকোঙ থোঙজাওরেন্দা কোল্লোয় য়াথং চীকনা হায়বিরুও। অসুম পাওমেল্লবদা মদাইরেম

—ইচানিপা অসিবু। খোথামচিনাখলে—থামজিনখিসি। নীংথম্নরবগা—বা থম্নরগা। পানকন মখোকলকপা—নপাংগন কনখৎলকলিবা। থায়না লহান মাঙদা- মাংঙেদা। য়াঙনা থোশীচনখিসে—থুনমক পাখোন শীখিস। থীনঙাইবু—তপথনবু। পায়মা নরৌশিংনা—নহাক্তৌ লৌশিংনা। মালেম লৈখাম্নুংদা—পাতালদা। মদাইরেম—মনাই। কৌনা রাহমখিয়ে—কৌদুনা হায়খি। য়াঙনা—থুনা, থীন্দনা। ননোংয়ায়—নশু। ইশাবিগা—ইপুরোইবগা। মপারিগী—মচা নিপাগী। শমু মখুৎপাক্তা নোংমল্লে—মখুবাক্তা থরায় থারে, প্রাণ মাঙলে, মখুৎতা শিরে। ইপন—ইপা। চৈরৈ—ফি। মাল্লৌ—ফ। অলঙ্কার—লৈতেং। ইশাবিবু লৈতরবা—ইপুরোইবা লৈত্রবা। নুজা—নুপী। লৈরাং অতিংঙাবু ওইরবী অতুনে—কথিমু কামরবনি। হক্তা—হকচাংদা। পনথৌ সনা মখোঙথাদা—ইপাবুংগী মকমদা। লনকুবিগে হায়রবদি—থৌজানবিগে নীংলবদি। য়োন্দনা পীরকও—ভঙাইকদনা পীবি-

পুন্দরক্ষ লৌশিংবনা হোয় হে রাণীশ্বরী তাংজা লিন লৈমা-ও কোলোয় নয়াথংবু য়াথং লুদা থোংনা চৎলেঁনে। তৌইগুম রারম মতৌ অমদি অমন খমলৈ কুমখিরবশিংগী শমু মহকসাংবু মতম নোংশাং কুইনা থমকদরে। নদাইরেম ঐনা চৎখিহনরাইরক্তরিঙৈ অর্জ্জুন নশাবিগী শমু মহকসাংবু মকে হাথনা খোইয়া লোকচুমননা কেমঙামলঙৈনে। মরম অদুগী দমকপু তাংজা আমৌ হুবু ওথোকলবগা লিল্লা য়াথং পীনা চীকপিরমখিগে হায়না পাওমেল্লবদা মণিপুর লৈমাবদি পুকনীং হরাউ-থোইরে। কোল্লোয় নঙগী নয়াথং অসিবু মতীক ওকপা মহাকনে। তৌয়িগুম বৃষকেতু মপারিবু য়াইবী থরায় হিংদনদি অর্জ্জুন পনথৌ শাৎমাবদি অমরক অমন খমলৈ কুমখিঙৈনে। রারম মতৌ অসিগী বৃষকেতু ইশানৌবু হান্না লিল্লা য়াথং পীনা চীকপিরমখো হায়না পাওমেল্লবগী মদাইরেম পুন্দরক্ষ অঙম্বদি য়াঙনা বৃষকেতু অর্জ্জুন অনীমকপু তাংজা চীনকোয় চন্না লিল্লঃ য়াথং পীরুরবগী পনথৌ মপা মচা অনীমক্তি মতৌ নীংথি মহৌশাবু ওইনা চেংলৌ মায়থোং মকপা হকচাং মচু ওনববু পুমনা লৈতরে। য়াইবী থরায় লেঙদনা লৈরিবদা নঙায়রে। থৌরম অসুম তৌনা বভ্রুবাহন নিংথৌ লৈমাববু তাংজা লুদা থোংনা পুরুমলমলবগা লিল্লা মরৈপাকপু য়াঙনা ইস্তানখিরে। কোরৌ হুমিৎ কয়ানিমরুমদা পাতালপুর হুংঙাইববু রাইথুংলুরে।

---

রকউ। নাকোঙ থোঙজাউরেন্দা—মনাকোঙদা। য়াথং লুদা থোংনা চৎলেঁনে—নয়াথংবু কোক্তা থোংনা চৎচগনি। তৌইগুম—তৌইগুবসুঙ। অমন খমলৈ কুমখিরবশিংগী—শিগ্রবা মীগী। নোংশাং কুইনা—হুমিৎ কুইনা। নদাইরেম—ননাই। চৎখিহনরাইরক্তরিঙৈ—চৎখিবা হন্নক্তিলৈদা। পাও-মেল্লবদা—হায়রবদা। মণিপুর লৈমাবদি—মণিপুর মহারাজদি। পুকনীং হরাউথোইরে—হেন্না পুকনীং নুংঙাইরে। তৌয়িগুম—তৌইগুবসুঙ। বৃষকেতু মপারিবু—মচানিপা বৃষকেতুবু। য়াইবী—থরায়। পনথৌ শাৎমাবদি—ঐবু পোকপা ইপাদি। অমরক অমন খমলৈ কুমখিঙৈনে—অমুক হন্না শিখিগনি। ইশানৌবু—ইনাউ নিপাবু। তাংজা—লিন। চীনগোই চন্না—মমানা চীক্লুনা। লৈমাববু—নিংথৌবু। তাংজা লুদা থোংনা—মকোক্তা হাপ্তুনা। পুরুমলমল-

চোয়নৌ সনা লৈওইননা লৈঙম্বা তাংজা লিনগী লুপ পুমনমকপু চেংলৌ মাঙদা থানা উরুরে। মচু মুনা ভৌনা য়েকপা, ভাঙনা শংনা হেনবনু লিল্লা মরুপ কয়ানে। সনা চুদানবা সিন্দুর লৈশক মানবা হরিতাল য়াইভাঙচুতানবসুঙ তাংজা মশীং থীঙমদে। লিল্লা নীপা লুপ মশীং লথা অনীগুনা লৈঙম্বনু চেংলৌ মশক উবদা পূকনীং শোংকিচঙবনু ওইয়ে। তাংজা মরৈপাকতো মিৎয়েং শানখৈখিবদা হয়াউ মথোই তোংনা হুংঙাইমরাং কায়এ। খোয়মা নারোন হুংগী পামেন উখোঙ খূদিঙদা সনা মৈখাঙকোম্না মাল্লেম লৈপূঙ ওইনা থোন্নয়ে। উমং হুংঙাইথোইবা খৈবিক্তসুঙ বসন্ত শীংলেন লৈপান থাগুম লৈরাং মশীং য়ামনা শাৎএ। মফম য়েংশিনখিবা খূদিংদা নীংথি থোইনা মীপূক হুএ। ছয় ঋতু তরুকমকনা মূর্ত্তি মশক খোকনা লৈএ। উনথম হাকচীকলাংবা কাবী অশাউ থাবু নাইদনা লোইদাম থাবম খূদিংদা শীংলেন লৈপানথাবু মওইএ। মলয়া পর্ব্বত মালং নোংশীৎ পোকপা চাংদগী উমং লৈরক মৈনা তোংলেন তপনা শীৎচিল্লে। লৈরাং মনম হুংশিবনু নাতোন মালং নোংশীৎ থোঙদা রাইথুংলবনা মীওই লাংওন খৈবিক্কী থরায় ময়োন চোংনা হুংঙাই পূকনীং চাওখৎনয়ে। মশক মতৌ অসুম ওইবা পামেন উমং নীংথিবা অত্তদা পূথ্রী লাইজা ঈয়োককোম অচীনবা মনম হুংশিথোইবা শীংলেন থম্বাল ইংখোনলেন অমা লৈএ। লৈরাং লৈকা খূদিংদা থোইম্ন য়োমদম পৈনা য়াকানয়ে। খোংনাং উশা খৈবিক্তা

---

বগা—খূকম্মমলগা। ইস্তানখিয়ে—য়োনমবা চৎখ্রে। রাইথুংলুরে—য়োক্লয়ে। চোয়নৌ—সনা। লৈঙম্বা—লৈরম্বা। লুপ—কাঙলুপ। মশীং থীঙমদে—মশীং থীবা ঙমদে য়ামনা য়ামখ্রে। লৈঙম্বনু—লৈরম্বনু। চেংলৌ—খক। পূকনীং শোংকি চঙবা—পূকনীংদা অকিবা পোকপা। মিৎয়েং শানখৈখিবদা—য়েংথোকখিবদা। খোয়মা নারোনহুংগী—নাপী মরক্তগী। পামেন—উ। উমং—বন। শীংলেন—লৈ। লৈরাং—লৈ। মীপূক হুয়ে—মীগী পূকনীং হুয়। ছয়—তরুক। উনথম—নিংথমথা। কাবী—ওলাংথা। লোইদাম—থা। তোংলেন—হুংশীৎ। মালং নোংশীৎ থোঙ—নাতোন। লাইজা ঈয়োককোম—পূথ্রী। য়োমদম পৈনা য়াকানয়ে—ময়াম শংঙ শংঙ তিনে।

কোকিল চেকনিংথৌনচিংনা চেকলা মঙাইবোয় পোনবী মহীশাং পূমনমকনা খোঞ্জেন হুংনাউথোকনা খোংখৈনযে। তাংজা লিন লৈপাক্কী উমং নীংথিবদো অমবক কনা হায়হৌশীযনো? তাংজা চা-নূবা লিল্লা অমোম মকপনা ত্থল'ই মথূনেং মক্তবদা তোংনা হবাউ পূকনীং চৈবোযননা পামেন উমং খূদিঙ কোযনা চৎএ। নীংথি পূকনীং হুবা উমং চাউকোযন্থং অত্তদা মতীক কনা হাগঙমদবা তীর্থ কোল্লোয মমিংথোংবু ভগবতী হাযনা কৌবা খোইগম লাইফম অচীকপা অমা লৈএ। নমু পোং ওইবনক্নী চৌংডু লাইবকফবশিংনা তীর্থ ঈবেনপূং অত্তদগী লাইজ্জা লীবলামাব্ৰ তানফংলুববদি পূকনীং অমম কোকনা হকসাং থোইনা শেংনযে। খোইযম লাইফম অচীকপা অত্তদা চোযনৌ সনা মৈখাঙকোনগী শিব লিঙ্গ মর্তি মহকসাং অমা লৈএ। চীংডু সনা মখোঙথাদা উনবী পূকনীং চেৎনা ঈবাৎ পুকমনযে। তাংজা চা নবা লিল্লা অমোম মকপ পূমনমকনসুঙ ধ্যান সন্ধ্যা অচেৎপবু তৌনা কক্ষবগা তল্লা নল্লা যাইফা অবান ফংএ। শীংলেন থম্বাল লৈবম যাম্বা শ্বেত রক্ত অংঙাং আঙৌ মহৈ মপান কস্তুবী কুমকুমনচিংলিবা চন্দন মনম হুংশিবা পঞ্চামৃত পোৎলম অচেৎপা থৈবিকপু সনা শেনপাক পূক্কাযথল্লা কক্ষবু কোনৌ নোংজা খদিংগী লমচৎ মহৌশাব্ ওইনৈএ। ভগবতী লাইজ্জা ঈনীকলাইনা শিব লিঙ্গ

---

চেকলা—উচেক। পোনবী—উচেক। খোংখৈনযে—খোংঙে। চা—মচা। তাংজা চা নুরা—লিন লৈশাবী লিন অমোম। লিল্লা—লিন। মক্তবদা—কক্তবদা, নীংথিজবদ চৈরোয়ননা—লায়ননা। তীর্থ অশেংবা মফম। খোইয়ম—লাই। নমু পাংওইবরক্তগী—মী মবক্তগী। লাইজা লীকলামাবু তানফংলুরবদি—ঈশিং মথীক অমত্তবু ফংলুরবদি। চোয়নৌ সনা মৈখাঙ-কোনগী—সনানা শাবা। চীংডু সনা মখোঙথাদা—লাই অত্তগী থূয়াখাদা। ঈয়াৎ পুকমনয়ে—ঈয়াৎ পূজা তৌগনা থুকমনৈ। নূবা—লৈশাবী, নিংথোল। শ্বেত—(সং) অঙৌবা। রক্ত—(সং) অঙাঙবা। পঞ্চামৃত—(সং) ঘী, খোইহৌ, চিনি, শংগোম অফবা, শংগোম অনৌবা মঙা অসিনা তিন্নহনা শেম্বা অচাপোৎ। কোয়ৌ নোংজা খুদিং—হুমিৎ খুদিং। শান্দোংজবগা—

সনা মহকসাংবু ঈরুশান্দেংলবগা খোইয়ম মঙান অরুববু কনা মিৎয়েং শানথৈ ঙমদে। তীর্থ ফম্বীনাক্তা অমৃত শিদা মহৈগী নবকুন্দ হায়না কৌবা পুখ্রী মতৌ ওন্থোকপা অমা লৈএ। তাংজা লিনগী মরূপ কয়ানা উনবী পূকনীং চেৎনা নীংএ। তাইবঙ নমু মীমচমশিংনদি নবকুন্দ পুখ্রী লাইজা নাক্তা চঙলুগে তৌববু পাংগন কনা লৈতে। তাংজা লিল্লা অকনবা লানমী কোটী মপৈ অহুম শুনা ঙাকপবু নোংশীং মথি নাইবা মহাকনা শীংচিন ঙমদে। মতৌ অসুম ওইবা থৈবিকপু চেংলৌ মিৎথিংলবগী পূকনীং হরাউ থোইনা নিংথৌ সনা মথোঙচীন্দা চঙখিয়ে। আনন্ত তাংজা লিল্লা নিংথৌসুঙ সভায়ায়দা লাংনা ফমফমঙাম্মে। লিল্লা অঙম্বা তাংজা মিংনাইবা তৈক্ষ কর্কোট হায়না কৌবা সবথ্য ভাস্কর বাসুকী পাত্র তাংজা মতীক চাউবা মাথোয় অসি থৈবিকনচিংনা লিল্লা লখা অনীশুনা কোটী কোটী মহাক্কী অর্ব্বুদ মপৈ থীঙমদববু ওইরে। মদাইরেম পুন্দরক্ষ লৌশিংবদি নিংথৌ সভা মাঙদা শমু মথূং লোন্না রাকচ্চখিয়ে। হে (নাগপুব) তাংজা লিন নিংথৌ-ও নিংথৌ উনবী পূকনীং তপনা না তাবিও। থায়না লহান মাঙদা নমোম উল্লুপী লৈমা নীংথিবীবু অর্জ্জুন তেলহৈবদা (সুহোঙ নাক্তা থানা পীখিবা অতুগী কো'ল্লায় ময়াথংনে। নিংথৌ নঙগী মাকলৌরেম পার্থ অকনবগা মপারি বভ্রুবাহন মথোকলকপগা হুয়েন লান শোক্লরবগী অর্জ্জুন পাংগল ময়েংতানা অমন খমলৈ কূম্ববু থোকলে। থৌজান নরনকুনা য়াইবী থরায় হিংনবা মণি য়াইরেন শিদবা মহাকপু পীনরকও

ঈরুজরগা। মিৎয়েং শানথৈ ঙমনদে—য়েংবা ঙমনদে। উনবী—পূকনীং। নমু মীমচমশিংনদি- অচম্বা মীনদি। নোংশীং—নুংশিৎ। মথিনাইব'—অকনবা। চে'লৌ মিৎ'থিংলবগী উরবগী। সভায়ায়দা লাংনা ফমফম-ঙাম্মে—ময়ামগী ময়ায়দা ফমতুনা লৈরম্মে। তাংজা মিংনাইবা—মমিং চৎপা লিন। মদাইরেম—মনাই। শমু মথূং লোন্না রাকচ্চখিয়ে—মথূং লোয়না বা হংগচ্চখি। লহান মাঙদা - মমাঙৈঙদা, অতুঙৈদা। নমোম—নজা ইবেম্মা। মাকলৌরেম- মক্লাক নিপা। মপারি - মচা নিপা। মথোকলকপগা—মথোক কাররকপগা। অমন খমলৈ কূম্ববুথোকলে—শিরে। নরনকুনা—

হায়না হুংশি মতোকম্বু লৈতনা পাওমেজরকএ হায়না মমোম লৈমা লনউনপোৎ অলঙ্কার চৈরৈ ফীরোয় পূমনমকপু নিংথৌ মাঙদা থানা কৎলবগা কোল্লোয় মতীক ওকপবু য়াথং পরেং শীন্না পাউতমজেএ। অর্জ্জুন মপারি ননোংয়্নায় বভ্রুবাহন অকনবা মহাকনসুঙ লানশোক মতৌ অহানবদা পনথৌ মপা হাৎলবগী পায়মা উনগোয়হুংদা হুংশি মথোঙ খঙদনা ইপন থরায় হিংনবা ইযু থৌজান নরনকুবু য়াঙনা নোংদম্বীরকও হায়না ভক্তি য়াথং অনোনববু হন্না হন্না তৌজরকএ। ন্নারম মতৌ অমসুঙ অর্জ্জুন পনথৌ ইপা শাৎমাববু য়াইবী থরায় হিংদরবদি পাণ্ডব শাগৈ পূমনমকসুঙ মাঙলভৈনে। শ্রীকৃষ্ণ শিদবগী লোয়না মপাতাউ অচেৎপনিগিনা ঈশ্বর মপুবেন্নসুঙ পূকনীং হুংঙাই লৈররোইএ। ন্নারম মতৌ অসি খঙনা নোংদম্বীরকও। হে নিংথৌ অথোইবা থৌরম অওই ওইদা অনীমক্তি সনা নঙগী উনগোয়হুংদা য়াঙনা নীংখনবিও। অর্জ্জুন পাংগন মথৌনা ন্নায়রা তেনকাপ নাপন মতৌ পূমনমকপু নিংথৌ নঙনা সংসঙ্ মখঙলিবা অদূনে। পার্থ মতৌ অসিগুম্ববু ননোংযায বভ্রুবাহন অকনবনা যাইবী থরায় মাঙহল্লে। কর্ণ লীশূহৈবা মপারি বৃষকেতু অথৌবসুঙ কামদেব অকনবনচিংনা যাদব সেনাপতি খৈবিকসুঙ পাণ্ডব শাগৈ পূমনমকসুঙ চানা লাংবা মপৈ অকংববু খাম্বী মৈনা চাকহৎপাতুগুমলে। বভ্রুবাহন পাংগন মতীক

---

নথৌজান্না। পাওমেনজবকএ বা হায়জরকএ। অলঙ্কার—লৈতেং। চৈরৈ—কি। নিংথৌ মাঙদা থানা—নিংথৌগী মমাঙদা থমতনা। ননোংয়্‌ম্ন—নশূ। পনথৌ—মপা। পায়মা উনগোয়হুংদা—মপূকনীংদা। ইযু—ইপু, ইবুধৌ। নরনকুবু—নথৌজানবু। য়াঙনা—থুনা, থীন্দনা। পনথৌ ইপা শাৎমাববু—ঐবু পোকপা ইপাবু। পাণ্ডব-পাণ্ডু নিংথৌগী মচাশিং। লোয়না মপাতাউ অচেৎপনিগিনা—য়ামনা চায়বা মরূপনিনা। নঙগী উনগোয়হুংদা—নপূকনীংদা। নীংখনবীও—থাখল তৌবিও। ন্নায়রা—তেন। ননোংয়্নায়—নশূনিপা। কর্ণ লীশূহৈবা মপারি—লীকাপ তেনকায়দা য়ামনা হৈশিংবা কর্ণগী মচানিপা। বৃষকেতু-কর্ণগী মচানিপা। চানা লাংকা মপৈ অকংববু—লাপী অকংবা মপৈবু। খাম্বী মৈনা চাকহৎপাতুগুমনে—মৈনা চাকথেকপগী

অরুববু য়াথং হায়হৌজাইবু লৈতরে হায়না মদাইরেম পুন্দরক্ষ লৌশিংবনা কোল্লোয় পাউতমজববু না তারবদা আনন্ত শেষ তাংজা লিন নিংথৌদি হুংপ্রং ইরৈচন্না লৌশিং মথোঙ খঙদয়রবগী কোল্লোয় য়াথং থোকঙমদরে। মতৌ করিগীনো তাইবঙ মরোন অহন্মকপু ঙমজবা মাকলৌরেম অর্জ্জুন পাংগনবনে। চোয়নৌ সনাচীং মপুরেন নোংপোক মহাদেববুসুঙ মঙমজবা মাগুম্ববু মপারিগী শমু মথুৎপাক্তা লানফম মাঙদা তারে হায়না পাওমেল্লবা অসিবু পুকনীং চিংনা পোকএ। ঈসুং থোমলেন মংলানচানগুমএ। হে ইদাইরেম পুন্দরক্ষ লৌশিংবা-ও কোল্লোয় নয়াথংবু য়াথং অমরক পাওমেনহৌ-ও। পায়মা উনগোয়হুংদা থাজা পুকনীং লৈরুদে। রারম করি থৌগী বব্রুবাহন মপারিগা হুয়েন করম লান শোক্লরুবনো। মচা মানা পোকপা মহাকনসুঙ অর্জ্জুন পনথৌ মপা শাৎমাববু করম য়াইবী থরায় হাৎহৎপা রারম থাঙ্গৈশেংনা পাউতমও হায়না পাওমেল্লবগী হোয় হে নিংথৌ অথোইবা-ও পার্থ অর্জ্জুন অকনবা মহাকনা লারকপদি মশাবি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না শাগৈ থরায় হাৎলবগী মহাপাপ কোকনবা যজ্ঞ মঙম তৌগে হায়না লাংগোই শগোল থারকপদা যজ্ঞ মঙম শাবু ঙাক-হল্লকপদগী হুয়েন লানশোক হৌনখিএ। মপারি মণিপুর লৈমাবনা শগোল মাঙদা থা ভক্তি পুকনীং চৈরোয়ননা কচ্চরুববু অর্জ্জুন তেল-হৈবনা ইচা ঐনা পোকপনে হায়ববু নীংশীং পুকনীং লৈতনা লাইবক

মতৌগুম্মে। মদাইরেম—মনাই। তাংজা লিন নিংথৌ—লিন লৈমাবা। হুংপ্রং ইরৈচন্না লৌশিং মথোঙ খঙজদয়রবগী—বুদ্ধি চমমনহনা তৌকম খঙত্রবদা। কোল্লোয়—য়াথং। মাকলৌরেম—মক্কাক। চোয়নৌ—সনা। মপারিগী—মচানিপাগী। ঈসুং থোমলেন মঙলানচানগুম্মে—মঙগী মতৌগুম্মে। পায়মা উনগোয়হুংদা থাজা পুকনীং লৈরুদে—মপুকনীংদা থাজরুদে। মপারিগা—মচানিপাগা। লারকপদি—লাকপদি। মশাবি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না—ময়াম্বুং যুধিষ্ঠির নিংথৌরেন্না। মঙম—যজ্ঞ। লাংগোই—শগোল। মঙম শা—যজ্ঞগী শগোল। মণিপুর লৈমাবনা—মণিপুর নিংথৌনা। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। নীংশিং পুকনীং লৈতনা—পুকনীংদা নীংশিংদনা। লাইবক

খেল্লাইথোংদা খোঙপাক চৈথা লূমনা কাওরবগা পল্লেম মমা পোকমাবীবুস্নুঙ বেশ্যা শীংলেন তাইজবী চন্নুনে নঙস্নুঙ অর্জ্জুন ইপারিবু নত্তে, পার্থ ইপারিদি অভিমন্যু হায়না কৌএ। চক্রব্যূহ খোঙলেনখৈ অচিনবদা চঙনা হুয়েন লান শোকনরবগী কুরুক্ষেত্র লানমী মশীং খীঙমদবা পূমনমকপু খান্বী মৈচাক উৎপু ওইনা মাঙহল্লমলবগা দুর্য্যোধন নিংথৌ ফত্তবনা নিয়াই রায়েন নত্তববু তৌনা হুলাই লেংতম তোংবা তরূক তংবু য়াঙনা থৌচিনখিরবগা য়াইবী থরায় মাঙহল্লে। নোংশা মচুম তাগুম্বা ইপারি অভিমন্যু মুংচানপা অদুহুম লানফম করিগুম্বদা চৎখিরবনো হায়বগী উনবী পূকনীংশিংলুবদা মুংশি থমোই মৈচাক থোইএ। অসুম য়াথং আখাথোক উনবী থেংকোই নীকনা ইস্থোকলবগী ননোংয়ায় বভ্রুবাহন অকনবনা চকমোম মৈ চাকপগুম কপ্পাউ মথৈ লৈতনা থাজা মচেৎ শাবা রায়রা মত্তেঞ্জা মক্তববু কাপনা অর্জ্জুন তাংজা লুরেনতোনবু ককথোকলে হায়ববু না তারবদা নদাইরেম তাংজা অঙম্বা ধৃতরাষ্ট্র পায়মা লৌশিংথোইববু কৌনা লিল্লা লেংনা তিনবা নঙখোয় পূমনমকস্নুঙ না তাউও। পনথৌ মপা শাৎমাববু মপারিগী শমু মথুৎপাক্তা নোংমনহল্লে হায়না পাউতমলবা অসিবু রারম মতৌ ওস্থোকপনে। পাণ্ডু পাংগনবা মপারি পার্থ তেলহৈবা অহুব নিংথৌ ঐগী য়াইবী থরায় পীনা নীংলিবা অহুনে। নমু মীওই চঙখোনবনে পঙনা অমন থমলৈ কূমফরোইএ। য়াইবী থরায় হিংনবা মণি য়াইরেন শিদববু য়াঙনা পীনিংলে। ইমোম উলূপী

---

খেল্লাইথোংদা—মরাইবক্তা। পল্লেম মমা পোকমাবীবুস্নুঙ—মাবু পোকপা মমাবুস্নুঙ। বেশ্যা শীংলেন তাইজবী—ওক্তবী নূপী। অভিমন্যু—অর্জ্জুনগী মচানিপা কুরুক্ষেত্রগী লান্দা শিখিবা। দুর্য্যোধন—ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী মচানিপা হস্তিনাপুরগী নিংথৌ। য়াইবী থরায় মাঙহল্লে- শিহল্লে, হাত্তোকলে। মুংচানবা—মুংশিবা। য়াথং আখাথোক—অয়াকপা খোনফমনা। ননোংয়ায়—মপূনিপা। চকমোম—মৈ। থাজামচেৎশাবা—থা মচেৎ মানবা। তাংজা লুরেনতোনবু—মকোকপু। লিল্লা লেংনা তিনবা—লিন সভা। নোংমনহল্লে—শিহল্লে। পাউ তমলবা—ৱা হায়রবা। পাণ্ডু—হস্তিনাপুরগী নিংথৌ, ধৃতরাষ্ট্র

নীংথিবীবু লুপ্পা চীংঙু লাইবক থীববু ওইরুড়েনে হুংশি খোয়বু থীংলে অর্জ্জুন থল্লায় হিংনপোৎ অচেৎপা মহাকপু লৈরিবদা করম য়াইবী থল্লায় মাঙহনশিবনো ? ল্লাল্লম মতৌ অমসুঙ অমৃত শিদহীবু পীথিত-হিকলবদি বভ্রুবাহন পূকনীং কপ্পাউথোইনা তাংজ্জা ইথোয়গী লিন লৈপাক অসিবু চেংলৌ মিংকুপ মরুমদা উৎফুন নোংলৈ ওইনা মাঙ-হল্লড়েনে। মতীক পাংগন অরুবা মহাকপু নিংথৌ ঐনা মথঙ্গে। অর্জ্জুন ল্লায়ল্লা তেনহৈবা অসিবু পাংগল মপা লৈতে হায়না পাঙ-মেল্লরিবা অদুনে। দেবাসুর লাই হিংচা গন্ধর্ব্ব কিন্নুর শঙ্কর মহাদেব কুবের লনমাবা কুরুক্ষেত্র লানফম অচিনবদসুঙ ভীষ্ম দ্রোন কর্ণ কৃপাচার্য্য অশ্বথামা ভূস্রপা ভগদত্ত দমদত্ত জয়দ্রথ বামিকবিশ্বাষণ মাথোয় অসি থৈবিকপু পাংগল শীংথানদবা অর্জ্জুন অকনবনে। মতৌ অসিগুম্বা মহাকপু বভ্রুবাহন মপারি লানফম মমাঙ খাঙদনা মহাৎলে হায়রবা অসিদা মতীক পাংগন মথঙনরড়েনে। হৌজিক মণি-য়াই ময়োনবু পীদনা হনরাইখিরবদি পনথৌ হুংশি মৈচাকনা লাংগোই ময়াই কাবা শাগুম পূকনীং কপ্পাউ থোইনা লারকড়েনে। বভ্রুবাহন মাঙদা খাঙনা খল্লা লেপঙমগে তৌববু কনা লৈবনো । ল্লাল্লম অসি খঙনা মাগী উনবী পূকনীং পেল্লনবা অমৃত মহী অথোইববু পীনা হন-ল্লাইহনখিসে হায়না নিংথৌ কোল্লোয় ময়াথংবু না তারবদা মদাইরেম তাংজ্জা লিল্লা অঙম্বা ধৃষ্টরাষ্ট্র পায়মা লৌশিং থোইবনা পাউথুমলকএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও নঙবু তাইবঙ মরোন অহম্মানা পীজ্জা পামুদে, পীনা হানয়েংদে হায়না খঙলিবা অহুনে। তৌইগুম মণি অমৃত শিদবা

নিংথৌগী মনাউ। নমু—মাঁ। অমন খমলৈ কূমকল্লোই—শিকল্লোই। ইমোম—ইচানূপী। চীংঙু লাইবক থীবী—লাইবক চাউবী। পীথিতহিকলবদি —পীথিদবা থোকলবদি। চেংলৌ মিংকুপ মরুমদা—মতম ঙাহাক্তগী মঙ্গুংদা। পাংগন মপা লৈতে—কনবদা পাবিনবা লৈতে। দেবাসুর—(সং) লাই হিংচাবা। কুবের লনমাবা—লনগী মপু কুবের। ভীষ্ম—শান্তনু মহা-ল্লাজগী মচানিপা। হনল্লাইখিরবদি—হনগ্রবদি। পনথৌ হুংশি মৈচাকনা—মপা হুংশিবগী মৈনা। লারকড়েনে—লাকলগনি। মদাইরেম—মনাই।

অদুবু তাংজা ইরৈপাক্তা য়াইরেন মফম ওইনৈএ হায়বগী লিল্লা ইখোয় ইহাকপু অমর শিদববু ওইরিয়ে। মণি য়াইরংচান অসিবু তাইবঙ নোংসাপান্দা য়াইরেন থূক্তা থূমনা পুথিরবগা নিংথৌ নঙগী তোংজা মহৈ করি লৈবনো? সনা উনগোইহুংদা পূকনীং অরা চঙনা নীংথল্লুগনো। নমু অমন থমলৈ কুমথিরবশিংবু অমরক য়াইবী থরায় হিংবদি থোইয়ম বিধি নোংদম্বা মহাকনবু ঙমলমদরে। য়ারম অসিগী দমকনা তাংজা ইখোয়গী ফনা লমদাংশাংবু য়েংনা থনবিও। অমৃত শিদ মহীবু তাইবঙ নোংসাপান্দা পীথিরবদি লিল্লা পাংগল লৈতনা মহাৎলঙেনে হায়ববু পায়মা লৌশিং থোইবা তাংজা লিন নিংথৌ-ও নঙনা মখঙলিবা অদুনে। চীনগোই ইয়াথংনা করি হায়-হনশিবনো। তৌইগুম তাইবঙ নমু মী মহাকসাংদি পুনশি চেঙজেন নোংতমসুঙ লাংহৈ কুমশীং য়ামদে। অমন থমলৈ কুমলবসুঙ অমরক য়াইবী থরায় হিংলগুনো হায়না নোংদমলমলবা বিধি মরায়েনবু পাতালপুর থূৎনিংথৌও নঙনা য়ায়েন নোংদম কায়হনবদুম লেপনা থোকলে। থৌরম মতৌ অসিগী তয়ম পায়মা উনগোইহুংদা নীংথল্লু-ববু মণি য়াইরেন মহাক্তি পীনিংদে। নিংথৌ সনা উনগোইহুংগী য়ারম মতীক ওকপদি মতৌও। থৌরম মতৌ অমসুঙ তাংজা ইখোয়গী লিল্লা ইরৈপাক অসিবু গরুড়চেক নিংথৌগী মীচৈ অরুম্ববু ফংদরে।

---

তৌইগুম—ৰোইগুৱসুঙ। ইরৈপাক্তা—ঐখোয়গী লৈবাক্তা। অমর—(সং) শিবা নাইদবা। য়াইরংচান—মনি। তাইবঙ নোংসাপান্দা—সংসারদা, তাইবং পানবদা। তোংজা মহৈ—কান্নবা মরম। সনা উনগোইহুংদা—নিংথৌগী সনা পূকনীংদা। নমু অমন থমলৈ কুমথিরবশিংবু—শিগ্রবা মীশিংবু। থোইয়ম বিধি নোংদম্বা—নোংদম্বা লাই। ফনা লমদাংশাংবু—কগদবা লম্বী। পায়মা লৌশিং থোইবা—বুদ্ধি চঞ্চোনবা। চীনগোই—য়াথং। তাইবঙ নমু মী মহকসাংদি—মীওইবগী হকচাংদি। লাংহৈ কুমশীং য়ামদে—চহী য়ামদে। অমন থমলৈ কুমলবসুঙ—শিয়বসু। য়াইবী—থরায়। পাতালপুর থূৎ-নিংথৌও—হে পাতাল লৈবাক্কী নিংথৌ। তয়ম—ননাই। পায়মা উনগোয়-হুংদা নীংথল্লুববু—পুকতা থল্লকববু। য়াইরেন মহাক্তি পীনীংদে—মণি অসিদি

মাতাঙ্ মুনি অথোইবগী য়াথং মীচৈথোম্নসুঙ গরুড় চেংলৌ শক উন-রগুনো হায়রমলে। মুনি থৌজান মরনকুনা তাংজা লিন লৈপাকপু সুংঙাই মরাংকাইনা য়াংগোইরিয়ে। মতৌ কররিগীনো লিল্লা ইনিংথৌ নঙবুহুম পুকনীং শোংকিচঙবনে। অতৈ কনা অমবু উনবী শোংকাঙ নীংলুদে। মণি য়াই ময়োম্না তাইবঙ নোংসাপান্দা চৎথিরবদি খগ পতি পোনবী চেকমিংথৌবু য়োম্দনা তানফংলুরঙৈনে। তাংজা ইথোয় পূমনমকসুঙ য়াঙনা চেকলা মচীঙাকপু ওইরঙৈনে হায়না মন্ত্রি কোম্লোয় ময়াথংবু না তারবদা আনন্তশেষ মনিংথৌদি নিংথৌ য়াথং নোকন-হৌরকএ। লিল্লা ইঙাইরোয় লেংনা তিনক্ম নঙথোয়বু য়াথং রা তানবদি রারম ফত্তা থোকলে। থৌরম অরায়ববু রারম অচেৎপনে নীংচিল্লে। নমু মীপূম্মনা য়াইবী থরায় হিংনবা শংলৌ থৌরাঙ রাদা মহৈ কনা লৈররোইএ হায়না পাওমেল্লিবা অসিবু ধর্ম্ম লৌশিং অচেৎপবু নমদা হুন্না ফত্তা লিনচেন অমম্বু থজিল্লে। ময়োন তোম্মৌ-রেনবু থোম্নমা নম্মুকননা মপান কুয়োম লাবু থৌরম অওকপনে নীংলুববু খঙলে খঙলে লৌশিং নথোয়গী নহৌশাবু। রারম মতীক ওকপা মহাক্তা চেংনা য়াথং রাতানগে তৌববু পূমনা লৈতরিএ। অর্জুন য়াইবী থরায় হিংনবদি মণি য়াইরেন শিদববু হায়দবসুঙ নিংথৌ থরায় ইমিরেন মহাকপু পূকনীং চিংনা লৈতনা পীনীংএ। লৌশিং নথোয়াঙ রাথন নথোয়গী নহৌশা অসিবু কোরৌ অসি হুমিৎমাগী মথে লাইজা ঈরেন পূংদা লুপশিল্লো নমু মী মপঙ অপঙবশিংগা লৌশিং রাতায়বদি

---

পীথোকনীংদে। গরুড়—বিষ্ণুগী শাদোং উচেক। চেক নিংথৌ—উচেক নিংথৌ। সুংঙাই মরাং কায়না য়াংগোইরিয়ে—সুংঙাইনা পাল্লি। ইনোংথৌ—ইনিংথৌ। পূকনীং শোংকি চঙবনে—পূকনীংদা অকিবা পোকপনে। খগপতি—(সং) উচেক নিংথৌ। য়োম্দনা—শোয়দনা, লেপনা। চেকলা মচীঙাক—উচেকৌ অচাপোৎ। থৌরম—থবক। অরায়বা—লুদবা। রাতায়গে- থয়গে। কোরৌ অসি হুমিৎমগী মথে—ঙলিদগী হোৎনা। লাইজা ঈরেন পূংদা—সমুদ্রদা। নমু মীমপঙ অপঙবশিংগা—অচান তাদবা মীগা,

রারম মতীক ওক্তে। পূকনীং ইরৈচিম্নয়ে পার্থ থরায় হিংনবা অমৃত মহী শিদববু পীখিদনা শংলৌ থৌরাঙ পনহল্লবদি গোবিন্দ শ্রীকৃষ্ণ শিদবনা কোল্লোয় করি হায়রগবনো? কৃষ্ণ সনা উনগোয়ম্নুংবু পূকনীং মুংঙাই লৈতরবদি তাংজা লিন লৈপাক অসিবু ফত্তা মতৌ থোকনা মাঙনবস্নুঙ কনা খঙলুদরিএ হায়না পাওমেন রাবু না তারবদা ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রি লৌশিংবনা রাহমখিএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও নঙনা উনগোয় মুংদা পূকনীং অরা চঙলুগনো। অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবা অদূদি কৃষ্ণ লাই মরুপী লোয়না মপাতাউ অচেৎপনিগীনা চেংলৌ মিংকুপমরমদা য়াঙনা য়াইবী থরায় হিংলিঙৈনে। মণি য়াইরেন শিদববু পীনা অক মহৈ কাম্নরোইএ। গোবিন্দ শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবনা গরুড় চেকনিং-থৌবু বাহন শাদোং ওইনা লাবকঙৈনে। তাংজা ইখোযগী লিল্লা য়াইময়োনবু পোনবী মচীঙ্গাকপু ওইনা য়োৎশিনথিবঙৈনে। অস্নুম পাওমেনববু না তারবদা নিংথৌ উনবী পূকনীং লৎনা রাহমলকএ। হে পুন্দরীক লৌশিংবা-ও কোল্লোয় ঐগী ইযাথংনে। তাংজা অঙম্বা মন্ত্রি য়াথং মপাওমেন জগন্নাথ মপুবেন্না অর্জ্জুন থরায হিংহল্লঙৈনে হায়না পাওমেন্নবা পূমনমা অসি খৈবিকপু চিত্রাঙ্গদা উলুপী ইমোম লৈমা নীংথিবী অনীমাস্নুঙ ইনোংযায বভ্রুবাহন অকনবদস্নুঙ রারম থাদৈশেংনা খঙহল্লুও। উনবী নঙখোযবু পূকনীং তপনা ঈশ্বর গোবিন্দ থোইখোইববু নীংজোও হায়রুও। থৌজান মরনকুনা ত্রিভুবন মরোন

অপঙবা মীগা। পূকনীং ইরৈচিম্নয়ে— বাখল ককচিল্লে। পনহল্লবদি—খীন-হল্লবদি। কোল্লোয়— য়াথং। পাওমেন রা—হায়বা ব'। না তারবদা—তারবদা। রাহমখিয়ে—রা হায়খিয়ে। উনগোইম্নুংদা—মপূকনীংদা। কৃষ্ণ লাই মরু—অথোইবা লাই। লোয়না মপাতাউ অচেৎপনিগিনা—য়ামনা চান্নবা মরুপ ওইবনিনা। থোইখোইবনা— অথোইবনা। বাহন— (সং) শাদোং। লাবক-ঙৈনে—লাকলগনি। পোনবী মচীঙ্গাকপু ওইনা—উচেকী অচাগোৎ ওইনা। জগন্নাথ— (সং) জগৎকী মপু, ঈশ্বর। ইমোম—ইচানুপী। ইনোংয়ায—ইশূ নিপা। থাদৈশেংনা—তশেং তশেংনা। ঈশ্বর— (সং) লাই। ত্রিভুবন—

অহুম্মকপু লানখিরবা অদুনে। কল্প বৃক্ষ পামেন উপাল শিদবা শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু অহুবু পার্থ মনাক সংসওবদা লেপনা মরৈরবৈংনে। মতৌ অসুম ওইরবদা অর্জ্জুন মানা তৌঙমদববু থৌরম পূমনা লৈররোইএ। রারম অসি খঙনা য়াঙনা হনরাইখিরো হায়না পাওমেল্লবগী পুন্দরক্ষ লৌশিংবদি নিংথৌ সনা মখোঙ খাবু তাংজা লুদা থোংনা পুরুমলম-লবগা য়াঙনা মরান ওন্দেরক্লবদা বভ্রুবাহন নিংথৌ মাঙদা থানা শমু মখুৎ লোম্না আনন্তশেষ তাংজা লিন নিংথৌদি মনি য়াইরংচানবু পীনিংএ। মদাইরেম লিল্লা অঙম্বা ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রি রাপীহায়বগা য়াথং রা তাম্নরবদা রাথন মতৌ থীনা অমৃত য়াই মহীবু পুরক্তরে হায়না পাণ্ড তম্ববু না তারবদা বভ্রুবাহন বঞ্জাউ লাম্মে চাকুম মমিৎ কোরী থোকনা মুখ মথা চীকখিবদো থৌহু নুং মকনবু তুমনা পামেন উপুন ওইনা মাঙহনগে তৌবগুম য়াথং অখা থোকনা পাওমেল্লকএ। পনথৌ ইপা হিংনবা শংলৌ থৌরাঙ বাবু লৈরিবদা তাংজা কনানা মনি য়াই মহীবু ঙমপএলিহীকপনো। ব্রহ্মা মহাদেব মহাকনসুঙ শীঙথানরুদে বভ্রুবাহন ঐবু থায়না লহান নোং ইপন অর্জ্জুন তেলহৈবনা চীংঙু নোংথৌ সোরা-রেনগী খাণ্ডব বন তল্লা উমংলেনবু খাম্বী মৈ থাদোকপগুম হন্দক নাগপুর তাংজা লিন লৈপাকপু তাঙোই উৎফুল ওইনা মাঙহল্লগে। জয় মুনিরেন্না হে পরিক্ষীৎ নিংথৌ মপারি জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবা ও উনবী পূকনীং তপনা না তা-ও। থৌরম মতৌ অস্তুমনা অমৃত য়াইরেন শিদবা মহাক্তি পীরক্তরে। মহাভারত অখোইবা অসিবু উনবী পূকনীং পীনা না তাজরবশিংদো পাপস্ত পূমনা কোকচৈংনে।

---

মরোন অহুম। কল্প বৃক্ষ—(সং) উপাল শিদবা। পূমনা লৈররোই—করি-মত্তা লৈররোই। য়াঙনা হনরাইখিরো—থুনা হন্দুনা চৎরো। তাংজা লুদা —মকোক্তা। পুরুমলবগা—খুরুমলবগা। মরান—মযুম। ওন্দেরকলবদা—হল্লকলবদা। মদাইরেম—মনাই। রাপীহায়বগা—অঙম্বগা। থৌহু—নুং। য়াথং অখাথোকনা—অয়াকপা থোক্লেম্না। ব্রহ্মা—লৈশেম্বা লাই। লহান্নোং থায়না মমাঙৈঙদা। চীংঙু নোংথৌ সোরারেনগী—লাইনিংথৌ ইন্দ্রগী। তল্লা—উ। নাগপুর—লিন লৈবাক। উনবী পূকনীং পীনা—পূকনীং চঙনা।

হাইকা-অয়ান ফংএ। ষষ্ঠীবর সেনগী মপারি গঙ্গাদাস সেন লৌশিংবনা লেংলমশৈ অসিবু হে নমু মীওই চঙখোনবা নঙখোয়দি নটীন হরি হরি শোয়া না তাবিও। হৌজিক (অধ্যায় তরামাপল) শুখিবা অসিদা পুরুষ নিপারক্তগী রতন সনা মৈথাঙকোনবু ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ শিদমবু তাংজা লুদা থোংনা খুরুমজনগা। থৌরম অসি মতুংগী রারম মতৌ অয়াম্ববু তেংথা পরেং ওইনা শৈথিরক্কে। জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবনা রাহমখিএ। হে জয়মুনিরেনও বভ্রুবাহন অকনবগী কঙ্গাও মতৌ ওস্লোকপা থৌরম মানা তৌবা পূমনমকপু য়াথং মরী খিনা হায়রিবিও। পূণ্য থৌরম করম্ববু তৌরকপগী পাংগন মতীক চঙখোনববু ওইরবনো হায়না পাউহংলবগা মুনি পূকনীং হরাউথোইনা হোয় হে জন্মেজয নিংথৌরেনও উনবী পূকনীং তপনা না তা-ও। বভ্রুবাহন অকনবদি খাম্বী মৈত্রেং অবাবদা ঘীফু থাউ হৈজিনবগুম কঙ্গাউ মথৈ লৈতনা লানমী অথৌ লীচা হেগ্না লাংগোই খগোল খামু ফীরান চুলাই রায়রা তেন্দোং তাশোন খংনিং লানকম লৈতেংপোৎ অয়াম্বা পূং পেরে মোইবুং শিঙ্গা খোঞ্জেন মনিন নাই চতুরঙ্গ তেংগোন মঙান চাউনা য়াঙন' যাত্রা থোঙশানখিরে। থোয়দিং মথারমরম্বু পূকনীং চিংনা লৈতনা রাঙ্ক শারায়থৌনা থাজাপূমনা য়োংকে তান-শিনখিবগুম তাংজা লিন লৈপাক্কা চঙখিরে। নোংশা লাল্লাউথোনবু খোঞ্জেন নোংখাক চৈরোয়ননা লাউরুরে। রাংলেন পুংয়াম য়ৈবগী খোঞ্জেন্না লোইদাম ইঙা থাদা কোরৌ নোংনা ঙংবগুম তেংগোন মনিন

ষষ্ঠীবর সেনগী মপারি—ষষ্ঠীবর সেনগী মচানিপা। গঙ্গাদাস সেন—ষষ্ঠীবর সেনগী মচা গঙ্গাদাস সেন্না খুইগী ১৮ শুবা শতাব্দীদা বেঙ্গলদা লৈয়ম্মী, মহাকনা মহাভারত ইখি। লেংলমশৈ—লেংলম্বা ঈশৈ। পুরুষ— (সং) মিপা। জন্মেজয়—পরিক্ষীৎ মহারাজগী মচানিপা হস্তিনাপুরগী নিংথৌ। পুত্র —(সং) অকবা থবক্তী মহৈ। খাম্বী মৈত্রেং—মৈ। ঘীফু—ঘী চফু। অথৌ লীচা হেগ্না—লান্দা থৌবা। খংনিং—তা জাৎ অমা। যাত্রা থোঙশানখিরে— যাত্রা তৌরে। থাজা—খ। খোঞ্জেন নোংখাক চৈরোয়ননা—নোং খাকপগী

নাই বভ্রুবাহন য়াওরা মখোঞেনবু শাউনা হে তাংজা লিল্লা অঙম্বা লমকেৎপশিংও নঙখোয়বু পাংগন নতীক লৈরবদি ঐগী লানশোক মায়ওক য়াররু-ও। ধৃতরাষ্ট্র কৌবা মন্ত্রি রাখন হৈএ হায়বদো মাবু হান্না লিল্লা মতুপ মতুপ মঙা থোকনা ককথোকখিগে। তাংজা লিন লৈপাক অসিবু তরা চথোম্মাবু ওইনা য়োৎশিল্লগে হায়না লারকপনে। ভগবতী তীর্থ তুথুনলেন মক্তবদা তাংজা লিনগী ঈনা লৈতেং মিৎপু লংহনগে হায়না কোরৌ নোং শীংজঙনা ফেস্থরক্কে তৌবগী নোংখাক থোঞেন ঙংবগুম লাউনা পাওমেল্লকএ! পানগন ময়াই থোকনা মণি য়াইরংচানবু লৌগে। পাতালপুর নরৈপাক অসিদা কোল্লোয় মিংচৎরাবু থমলমগে। য়াথং ভক্তি তৌনা নিরৈঙদা পীরক্তরবগী পনথৌ য়াইবী থরায় হিংনবা অমৃত খুৎথুম চন্না ম্বনখিগে হায়না লারকপনে। অস্তুম পাওমেন রাবু না তারবগী আনন্ত শেষ তাংজা লিন নিংথৌনা মদাইরেম লিল্লা মরৈপাক পুমনমক্কা ধৃতরাষ্ট্র রাখল লৌশিং হৈবগা কৌনা পাওমেল্লকএ। মণি য়াইময়োনবু পীরৌদরবগী বভ্রুবাহন পাংগনবদি কল্লাউ মখৈ লৈতনা চঙলকলে। অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈৰবু লানশোক মাঙদা থা তেনকাপ মমাঙ খাঙদনা মঙমলবা মহাক্কী লানক্ষম মায়ওক য়াগে তৌববু তাংজা নঙখোয় কনা কনা লৈবনো। কোরৌ অসি হুমিৎমাদি লানক্ষম রাথোক অচৌববু লেপনা মওইরঙেনে হায়না নীংখল্লে। অস্তুম পাওমেন রাবু না তারবদা

---

মতমগুমনা। বাংলেন—পুং। কোরৌ নোংনা ঙংখগুম—নোং খোংবগুম। য়াওবা—খোঞেন। তাংজা লিল্লা—লিন। লমকেৎপশিংও—লমহেনবশা। তরা—চাক। লারকপনে—লাকপনে। কোরৌ নোং শীংজঙ—বজ্র, নোংমৈ শীংজঙ। ফেস্থরক্কে—লংখরক্কে। য়াইরংচান—মণি। কোল্লোয় মিংচৎরাবু—অকবা ইমিং। খুথুম চন্না—ইখুৎ চন্না। অস্তুম পাওমেনবাবু—মতৌ অসুমনা হায়ববু। মণি য়াইময়োনবু—মণি অথোইবছবু। পীরৌদরবগী—পীহোদবগী। কল্লাউ মখৈ লৈতনা—হায়নিঙাই লৈতবা মখৈ শাউহনা। লানকম মায়ওক য়াগে তৌববু—লাম্বা পাগে তৌবা। কোরৌ অসি হুমিৎমদি—ঙলিদি।

ধৃতরাষ্ট্র লৌশিংবনা ৱাহমখিয়ে। তাংজা নিংথৌও নভবু করি পূকনীং চিংনা পোকলুগনো। হৌজিক লিল্লা লানমী পূমনমকপু পুনা হুয়েন লানশোক্লরুডনে। তাংজা ইখোয়গী হুয়েন আমৌ-মৈদা য়াইবী থল্লায় কনা খাঙজমগবনো পূকনীং অৱা চডনা নীংলুগনো। য়াঙনা নিংথৌ মাঙদা থানা ফারক্কে হায়না অস্নুম পাওমেল্লবগা তন্না লানফম লৈতেং পোৎলোই শেৎ, লানমী মীয়াম পু কপ্পাও মৈরাথোকনা চঙখিরে। তাংজা মতীক লৈবা কনা কনাশিংদো লিল্লা তোকলেন থক্তা মরীক চামা চামা শুনা লৈতেং মিৎপু লংএ। তাংজা হুথৌ থোইবা খৈবীকপু হুং হাঙ লাউবা য়াওরা খোঞ্জেন ঙংনা ঙংনা চৎখিবদো কোটী মপৈ লখা হুম্ফু শুখিরে। হুবেন মঙান মতীকনা অতিয়া নোংলোন মকোয় য়োনা লৈতেংনয়ে। তাংজা কনানা মরৈ তম লিল্লা কনানা মমৈ তিং পায়মা নিংসা ফ ফ লাউবা য়াওরা মখোঞ্জেনবু খোঞ্জেন মনিন নাইনা হুযেন লান শোকনরুরে। তাংজা মশম মশম মশেন লানমী য়াকা য়াকা ফংনা চৌকনরবগী কোরৌ নোংখাকখোন কুমলে। তাইবঙ নমু পোং ওইবগা তাংজা লিল্লাথীগা হুয়েন লান শোকনবদো থৌবম মতৌ ওস্থোকপনে। তাংজা লিনগী মরূপনা লিল্লা মযা-কা হুরেন খাপ্নী মৈরী থোকনা কামথোকএ। নমু মীগী মরূপনা রায়রা তেনবী নোংচুননা কাপচিনখিয়ে। নাগপুর তাংজা লিন লৈপাক্তো রায়রা তেনরায়খিবা অদুনা তেনবী লৈচিন ওইনা পূমনা চেংলৌ মিৎথোঙ মমলে। মশক অস্নুম তৌনা হুয়েন

নীংখল্লে—পূকনীংদা নীংলে। ৱাহমখিয়ে—ৱা হায়খি। তাংজা ইনিংথৌও—লিন ঐখোয়গী লৈমাবা-ও। লিল্লা—লিন। ইখোয়গী—ঐখোয়গী। য়াঙনা—ঋুনা, ঋৈমনা। লিল্লা তোকলেনথক্তা—লিনগী মতোক মথক্তা। য়াওবা—খোঞ্জেন। নোংলোন—অতিয়া। খোঞ্জেন মনিন নাইনা—মখোঞ্জেন য়ামনা লাউ খোংছনা। কোরৌ নোংখাকখোনকুমলে—নোং খাকপগী খোঞ্জেনওমলে। তাংজা লিল্লাথীগা—লিনগা। হুয়েন—অকনবা হু। নমু—তাইবঙমী। নাগপুর—লিনগী লৈপাক। রায়রা তেনরায়খিবা—তেন কাপখিবা। চেংলৌ-

লান শোকনববু অমম মখৈ লৈতরে। নমু মীগী মরূপনা য়াম্না অমন থমলৈ কুমলে। হুরেন খাম্বী মৈচাক অকনবা অথবু খোইয়ম লাই হিংচা মহাক্না কনা খাঙঙমদবা অদুনে। অসুম রায়রা তেনরাই ঙমদনা লীরুং খুত্তা পায় মায়গৈ চিথেক মরিমকপু কোয়না য়েংনা লৈরবগী বভ্রুবাহন খাম্বী মৈতান লাগুম্বদি কপ্পাউ মৈরা থোক্লকপবু যম অশি থুরাই মহাকনা মীওই লাংওন কনা কনাশিংবু অমন থমলৈ কুমলাইতমদা নমু মিরন লোগে হায়বগী যম মীহাৎ চৈবু খুত্তা শূনা তানচিল্লকপা তুকুমলে। চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা রায়রা তেন্দোংনুংগী থাজা মচেৎ শাববু লোনা পান্দম মিৎয়েং চুমনা তেনরায়খিববু রায়রা তেনকাপ অমরক্তা লিল্লা লথা অনীমকপু মতুপ মতুপ মঙাথোকনা ককথৎলবগী লানফম মালেম লৈমায় থক্তা থন্না তাহল্লে। বভ্রুবাহন অকনবদো লিল্লা লানশোকনগে তৌবদা মতীক পাংগল চাওথৎলে। লানফম মথুৎশূম্নুঙ খূৎলাই মশীং য়াম্না নীংশিংলকএ। তেৎনৌ য়োৎকী শূকয়াইফবা থৌহু নুংগী শূক অকুইবা তিমেন হুমপান লোঙবা থৌরৈ শীংজঙ শাবা থেঙ্গু চক্র অকোয়বা তেৎনৌ ফেম্দিন নাহুন শাবা তেন কৌম্রাং কোন মানবা খাম্বী মৈগী তেন নোংলেন চাইজ্জি তেনসুঙ খূৎশূ মতীক লৈবা, খূৎলাই মশীং য়াম্বা পূমনমা অসি থৈবিকপু লানফম তেংগোন নুংদা কাপশিল্ল। রায়রা তেনবী অমমমনা লিল্লা লথা অনীশুনা তুপথৎলুইএ। তাংজা কনানা মতুপ মঙা থোকএ। লিল্লা কনানা মাপন শুথিয়ে। শুপ্না লানশোক মতৌ কম্বু লৈতরে। তাংজা

মিৎথোঙ মমলে—য়েংবদা উদরে। মরূপনা—কাঙলুপনা। অমন থমলৈ কুমলে—শিরে। খাম্বী মৈতান লাগুম্বদি—মৈতাল অরাবগুম্বদি। যম অশি থুরাই মহাকনা—অশিবগী লাই মহাকনা। তানচিল্লকপা তুকুমলে—তানশিল্লকপা অতুগুম্বে। চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা—মতম ঙাইহাক্কংগী মনুংদা। রায়রা তেন্দোংনুংগী—তেন্দোংদগী। থাজামচেৎ শাববু—থা মচেৎ শাববু। পান্দম মিৎয়েং চুমনা—নিশান মপা চুমনা য়েংহনা। তেনরায়খিববু—তেন কাপখিববু। মালেম লৈমায়থক্তা—লেপাক মথক্তা। তেৎনৌ—য়োৎ।

লিনগী ঈনা হুয়েন লানশোকফমদো ঈঙাঙ তুখুন ওইনা চেল্লে। মশা লৈখোম ওইরে। তাংজা মকোক তুপখিববশিংনা লিল্লা মতোকলেন মহাক্কা ঈঙাঙ থককেন চেনবগী ইথিন চাউকোয় লোয়না তাউথোক্লে। তাংজা লিন পূম্মতনা বভ্রুবাহন মাযওক যাঙমদরে। হুযেন লানশোক মতৌ অতুবু কোরৌ নোংমতোন্দগী খোইয়ম লেংনতিনবা পূমনমানা চেংলৌ-মিং থিংলবগী হে অর্জ্জুন মপারি নঙবু থোইনা লানশোক মতৌ চঙখোল্লে হাযনা পাংগল মতীক থাগৎনখিযে। ধৃতরাষ্ট্র হায়না কৌবা মন্ত্রী ৱাপী হায়বা অতুসুঙ তাংজা মতোম হাইহৎনা তুখিরে। লিল্লা লানমী মপৈ কোটী কোটী তিল্লবা অর্ব্বুদ মপৈ অহুম শুনা নোংমল্লে। তাংজা মপারি লিল্লা মনোংযায় শাগৈ ঙাইরী পূম্নমকপু মরূপ পূমনমকনচিংনা কনা চেংলৌ শকথঙনদরে। লানশোক মতৌ অসুম তৌনা বভ্রুবাহন রাযবা মতেনকাপ্তা তাংজা মতূপ থোক লিল্লা মপৈ য়াম্না কবথৎখিবনা মাযগৈ চিথেক মরিমকপু চেংলৌ মিংথোঙ মমলে। মাল্লং নোংশীং অকনবা মহাক্লা রায়রা তেল্লক থায়না শীংচিনঙমদে। তাংজা মিংচিতোন তাংজা মবৈতোন থৈবিকতা থারুববু রায়বা তেনবুম কাপথোকখিবা পূম্নমকনা তেনবী অরেম্বদা তারুদরে। তাংজা লিনগী লুপ থৈবিক্তি অসুম লানশোক খুবম থীববু তারে। তাংজা কনানা অমৃত শিদহীবু লৌকুরবগা লিল্লা

থৌত্নু—নুং। অকুইবা—অশাংবা। তিমেন হুমপান লোঙবা—তা মচীন অহুম কাংবা, ত্রিশূল। কৌন্দন—খুংলাই জাং অমা। নাহুন—খুংলাই মথল অমা। নোংলেন চাইজি—নোং। তাংজা—লিন। লিল্লা—লিন। ঈঙাঙ তুখুন ওইনা চেললে—ঈনা লৌখোং ওইনা চেল্লে। লিল্লা মতোকলেন—লিনগী মতোক। কোরৌ নোংমতোন্দগী—অতিয়াদগী। খোইয়ম লেংনতিনবা পূমনমানা—লাইয়াম সভানা। চেংলৌ মিংথিংলবগী—উরবগী। ৱাপী হায়বা—লৈবাক্কী মচীন চৎপা অঙম্বা। অর্ব্বুদ—কোটী তরা। তাংজা মপারি—লিনগী মচা নিপা। লিল্লা মনোংয়ায—লিন মত্ত। ঙাইরী- মরী-মতা। মাল্লং—নুংশীং। অরেম্বদা তারুদরে—লেমনা মাঙদরে। লুপ—কাঙলুপ, মপৈ। খোংলেন তুমং মুরবগী চেংলৌ মামং পাঙনা হৌগৎলকপগুম

মতুপ থোকনা তারবা পুম্নমক্কী তাংজাথক্তা খিকলরবগা থোম্‌লেন ভূমগল্লুবগী চেংলৌ মম্মিৎ পাঙনা হৌগৎলকপগুম হাংখি ময়েং ম্যাবর পুম্নমা লৈতনা অমরক হুয়েন লানশোকনরহীকএ। তাংজা তোক্লেন বাংনা থাং হূরেন খাম্বী মৈয়োয়ননা লানশোক মাঙগী মতমগুম কোয়না কামশিল্লক্লে। তাংজা মপৈ মপৈ লিল্লা ময়া থিনা তানশিল্লকপবু চেংলৌ মশক উবদা পুকনীং শোংকি চঙবা মশেম্নে, মৈবী শঙাইশেন পাইগুম্মে। মণিপুর হুয়েন লানচিংলেন থৈবিক্তি লানফম কনা মায়ওক য়ানা লেপঙমদরবগী বভ্রুবাহন মনিংথৌবু তাম্না চেনশিল্লক্লে। মায়থোং চারং কং চীনবান লৈতোন থৎচঙমদনা হুয়েন লান শোক্লগে হায়রবু পুমনা লৈতরে। তাংজা লিনগী লুপত্তি হূরেন খাম্বী মৈশা-লাংগুম কামনা ঈনশিল্লকএ। নমু পোংগী মরুপ্তি নোম নোম নিংথৌ মাঙদা থানা চেনশিন্নরক্লে। থৌরম ইখোয়বু মতৌ নত্তনা-পাত্তালপুর তাংজা লিন লৈপাক্তা চঙলক্লে। লৈরাং অতিংঙাদা অরা ইশৌ লা;না লান্নংলরে। বভ্রুবাহন মতোম্মনা পনথৌ মপা হাংএ, তাংজা ইখোয়না হাংখিরবা লিল্লা ইরানথাকপু ওইখিরবা অসিশিংনস্পুঙ অমন থমলৈ কুমদরিবগুম অমরক হুয়েন লান শোকনরহীকএ হায়না পুক্নীং শোংকি চঙনরে। লানফম মতৌ অস্তুমনা উনবী লাঙতক্লববু বভ্রুবাহন চেংলৌ মিংখ্বীংলবগী কোলোয় য়াথং নোকনা পাওমেল্লকএ। হে মণিপুর লানমী অথৌবশিংও নঙখোয়বু নিংথৌ ঐবু লৈরিবদা কম্রি

---

—ভূম্মুবদগী মিকপ থোকলকপগুমনা। তোকলেন বাংনা থাং—মকোক বাংনা থাংগৎতুনা। মাঙগী মতমগুম—হান্নগুমনা। ময়া থিনা—ময়া থিগৎতুনা, ময়া কাখৎতুনা। শোংকি চঙবা—অকিবা পোকপা। হুয়েন লানচিংলেন—লান-গী লুচিংবা। লৈতোন খৎচঙমদনা—মরৈ খৎপা ঙমদনা, বা ঙাঙবা ঙমদনা। নমু পোংগী মরুপ্তি—তাইবং মীওইবশিং অচুদি। লৈরাং অতিং-ঙাদা - কান্নদবা অরেম্বদা। লান্নংলরে—অবাবা তাররে। ইরানথাক—ঐখোয়না লাম্বা মায়থীবা পীখরবা। অমন থমলৈ কুমদরিবগুম—শিদরিবগুম। শাংবাবা—অপোকপা মপা। মচি মরু ওইবা। পোনবী—উচেক।

পৃকনীং অকি চঙলৃবনো। অর্জ্জুন শাৎম্নাবা মহাকপু য়াইবী থৱায় ছাংলবদা তাংজা লিল্লাথী মাখোয় অসিম্নিংবৃদি নাপী মগুং মানগুম্বনে হায়না পাওমেল্লবগা উনবী পৃকনীং চেংনা থৌরম মচি থম্না পোনবী য়াহোং তেন অমবু লৌবী তেনকা থোংনা কাপশিনখিরবদা লিল্লা কোটী লখামাবু মচীঙ্গাকপু ওইনা যোংহংলুবে। পোনবী চামনৃথীবু ওইনা ফায়দোকলকপা খৈবিক্তো অমুত শিদহীবু থীকলুরবগা তম্না তম্না তাংজা শিদবিরগুম অমবক হুয়েন লান শোকনবহীকএ। লিল্লা কোঙ্গায় মরুপমাবু পোনবী চীন্দা যোংলিঙৈ মহ্মাপ কোঙ্গায় হিংলক-পনা লানফম মাঙদা থানা শোকনবৈএ। নম্ মীগী মহ্মাপতুম লখা কোটী অনী গুনা নোংমল্লবে। তাংজা তম্না তম্না হিংখৎলকপা অতুবু চেংলৌ মিংথীৎলবগী বভ্রুবাহন অকনবদি লোইদাম কালেন থাগী কোয়ৌ হুমিং য়ুংখাকপা নোংশা মঙান মৈগুম কঙ্গাউ মৈচাকথোই-রক্লে। লানফম মতৌ তমথীবদা সমুদ ঈবেন পুঙ্গমে। খুৎশু মাখঙ মহৈস্নুও পম্বৌ মপা পার্থ তেলহৈবা মহাকপু মতীক অনী থোইএ। মথৌ পাংগল মহাকস্তু মীওই কনা মান্নদে। চোয়ানৌ সনা চীংগী নোংশা মতম মানগুম্মে। লানফম মখুৎশুস্নুও খুৎশু মশীঙ য়ামনা খঙহৈএ। হুয়েন লানশাক তমথীবদা পণ্ডিৎ নীপা থোকপবু ওই-রিবা অদুনে। চেংলৌ মিংকুপ মবমদা তাংজা লিনবু ঙমনবা তেনবী মখুৎশুবু নীংশিংলুববগী বাযবা তেন্দোংস্নুংগী তেনখোক সনা য়োম্বা হেরা-মণি মিয়েংশেন থাম্বা পোনবী য়াহোংতুনা রায়রা তেন্না চনবা চুহী থুমখোই তেন মরুবা অতুবু বভ্রুবাহন অকনবনা মায়গৈ চিথেক থম্না যাঙনা কাপশিনখিববগী তাংজা মশীঙ লাকঙমদবা খৈবিকপু

পোনবী চামনথী উচেকনা চাথুগা কায়দোবকপা অমাংবা। লিল্লা কোদায়—লিন মপৈ মপৈ। নম্—তাইবং মী। নোংমল্লরে—শিবে। তম্না তম্না—থুনা থুনা, থৃদক থৃদক্তা। লোইদাম—থা। কোয়ৌ নুমিং য়ুংখাকপা—হুমিং চপ হুংবা। মীওই কনা মান্নদে—মী অতৈগা মান্নদে। তেনবী—তেন। রায়রা তেন্দোংনুংগী—তেন্দোংদগী। তেনখোক—তেন মখোক।

লিল্লা হকসাং পূমনা লুপলে। অময়ক থুংশু মচি ওইববু থম্না পিপীলিকা কৌবা রায়রা ককচেং তেনবু কাপথিহিকলবগী লিল্লা মহকসাং পূমনমক্তো মিংয়েং শানখৈখিবা থৈবিক্তা ককচেং লুচাউবীচা রাংঙাপু নঙাইরে। চুহী থুমখোই পাম্বগী তাংজা লিল্লা পূম্নমক্তা ককচেং যানা ফংনা চীকলুববু থোকলুরে। চুহী থুমখোইবনে ককচেং লুচাউবী চানে রায়রা তেঞ্জীন্না পানবগী অথুম্বনে হায়ববু তাংজা লিল্লা পূমনমকনা কনা থাঙঙমদরে। লানশোক মতৌ অস্নুম বভ্রুবাহন অকনবনা রায়রা ককচেং তেনবু হম্না হম্না মকাপশিনখিরবগী তাংজা মকোকতোন লিল্লা মমৈতোন তাংজা মতোকলেন থৈবিক্তা ককচেং চীনগোইচম্না য়াওজরে। লানফম তেংগোম্নুং অত্নসুঙ চুহী ঈচেম্নরে। তাংজা লিনশক উদনা ককচেং য়ানা ফংলুববু লিল্লা মমায় মমিৎ তাংজা মপূক মনম থাক্তনা হকসাং পূমনা য়োমলে। হুয়েন লানশোক অস্নুম তৌনা আনন্ত মরৈপাক্তগী তাংজা লিল্লা থৈবিক্তা ককচেং চীনগোয় চম্না নোংমনহল্লে। অমৃত শিদহীবু লৌনা তাংজা থক্তা খীকপিগে হায়ববু কনা উনবী পূকনীংশিং লৈতরে। ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রী রাপীহায়বা মহাকস্নঙ থরো কাংডুম ওনগুম খাঙলে। বভ্রুবাহন রায়রা মতেঞ্চাদা নোংমনবদি তাংজা লিল্লা মশীং লাকনা কনা হায়রু ঙমলবোইএ। তেনপান অনা থাঙঙমদনা লৈরিবশিংনা মন্ত্রি লৌশিংবা অত্তবু য়াথং লাখা থোকনা হায়হৎলে। নিংথৌ সনা ময়াথংবু ইন্দনা তাংজা ইথোয় পূমনমকপু অরা মথৈ লৈতনা লাম্নংহল্লে। নমু

---

মশীংলাকঙমদবা—মশীং থীবা ঙমদবা। মচি ওইববু—মরু ওইববু। পিপীলিকা—(বাং) ককচেং। মিংয়েং শানখৈখিবা থৈবিক্তা—য়েংথোকখিবা থৃদিংমক্তা। লুচাউবী চা—ককচেং। রায়রা ককচেং তেন—ককচেংগী তেন। লিল্লা মমৈতোন—লিনগী মৈতোন। তাংজা মতোকলেন—লিন মতোক। ককচেং চীনগোইচন্না য়াওজরে—ককচেংনা চীকলে। য়াওজরে—চীকখৎলে, চাথোক্লে। নোংমনহল্লে—শিহল্লে। রাপী হায়বা—লৈবাকী মচীন তোঙবা অঙবা। মতেঞ্চাদা—মাগী তেন্দা। লাম্নংলে—অমাবা তারে। মীথুংপাক্তা

মীথূৎপাক্তা করম নোংমনশিবনো। লিল্লা তাল্লোয় ইরুখী ইপারি ইমোম হুংচানপীবু চেংলৌ শকউ ফংলরোইএ। লাংওন ইথোয়গী ইপোকলকঙেগী মথৈবু অরা অসুম লান্নংলকপদি পূমনা লৈতরিয়ে ছায়না কোল্লোয় য়াথং ঙংহৎনবে। ধৃতরাষ্ট্র মহাকসুঙ অরা মৈশা খাঙঙমদরবগী ভগবতী-তীর্থ ঈরেনপুংদা লূপনা লানফম মৈশা খাঙনরে। তাংজা লিল্লা পূমনমাসুঙ ঙমনা অরা পোত্থানরে। বভ্রুবাহন অকনবদি লিল্লা মতৌ উবদা য়াওবা মখোজ্ঞেনবু য়াথং থাকনা থাকনা নোকনরে। জয় মুনিরেন্না রাহমখিযে। হে জন্মেজয় নিংথৌ পূণ্য লিংচেন চেনবা-ও থৌরম মতৌ অসুম তৌনা পনথৌ মপা হিংনবা শংলৌ থৌরাঙ চেৎনা হুযেন লান শোক্নরুবগী তাংজা লিন লৈপাকপু ঙমক্কেএ। লিল্লা লানমী পূমনমকসুঙ লানশোক হেক্কিন ঙমদনা মতোম মতোম চেন্নখিরে। মন্ত্রি রাপীহায়বসুঙ তাংজা তোকলেন হাইফৎনা নিংথৌ মাঙদা চেনশিল্লকলে। লিল্লা কনা কনাশিংগী ঙকশম মবৈতোন তাংজা মকোক মমৈতোন য়ারেন মতা হেনবা চেংলৌ মিৎকোয়থোং পূমনমকপু চেংলৌ মশক থী লিল্লা মওঙ মাঙনা ককথেক য়ানথৎলকপবু চেংলৌ মিৎথীলবগী ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রী লৌশিংববু কৌনা পাওমেল্লকএ। মতৌ করিগীনো তাংজা নথোয়বু নমৈ ননা তূপ লিল্লা তোকলেন হাইফৎনা হুয়েন লান চেল্লকপা অসিবু নিংথৌ ইমাং শংশঙবদা কোল্লোয় নাপন রাংখিবদো হৌজিক য়াথং মহৈ করি

—মীথী মথুভ্রা। তাল্লোয় ইরুখী—ইতু। ইপারি ইমোম হুংচানপীবু—হুংশিরবা ইচা নিপা অমসুঙ ইচা নুপী। লাংওন- মপোক। য়াওবা—খোজেন। পূণ্য—অফবা থবক্তৌ মহৈ। মতোম মতোম – মকৈ মকৈ, মথন মথক্তা। য়ারেন —য়া। লিল্লা—লিন। তোকলেন—মতোক। ইমাঙ শংশঙবদা—ঐগী য়াঙদা তশেং তশেংনা। কোল্লোয় নাপন রাংখিবদো—নাপন তৌখিবদো, য়াহৈ ঙনখিবদো। কোল্লোয় য়াথং অনোনবা—নোম্লকপা বাহৈ। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। মনিয়াইরংচান—মণি। মদাইয়েম—মনাই। নাগেশ্বর —(লং) লিনগী মবুংঙো, লিন নিংথৌ। লিল্লা ইনিংথৌ—লিন ঐথোয়গী

লৈহন্দরবনো। থৌরম অসি খঙনা কোল্লোয় পাওমেনববু য়াথং মতুং ইনবিদরবগী অন্না মথৈ লৈতবদা তাররে। নিংথৌ সনা ময়াথংবু পূকনীং থৌওই লৈতবগী লমচৎ মহৌশাদি থৌরম মতৌ অসিনে। হৌজিক অমৃত শিদমহীসুঙ কোল্লোয় য়াথং অনোনববু চৈয়োয়ননা পীরুরঙেনে। মণিয়াইরংচান মহাকসুঙ পীনা মায়থী ময়েং তাববু থোকহল্লে হায়না নিংথৌ সনা ময়াথংবু না তারবদা মদাইরেম ধৃতরাষ্ট্র কৌবা অতুনা তাংজা মরু লুক ভক্তি য়াথং অমেঙবনা হায়জখিয়ে। হে নাগেশ্বর লিল্লা ইনিংথৌও ঐগী ইতৌ অয়োনববু লৌবিরগুনো ননোংয়ায় বভ্রুবাহন অবনবগী নিংথৌ মাঙদা থানা চঙলু ঙমলরোইএ। আনন্তশেষ তাংজা লিল্লা নিংথৌ-ও নহাকনা অমৃত শিদ মহীবু পুনা নিংথৌ মাঙওইননা চৎপীও। নদাইরেম ঐদি হৈনা নতুং ইঙ্গগে। লিল্লা ইনিংথৌ ও নঙবু নত্তনা য়াইবী থরায় ঙাকপিগে তৌববু কনা লৈতরে হায়না পাওমেঙ্গববু না-তারবদা ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রি রাপী হায়বা নঙদি লৌশিং অমরক হন্না জুক্তি রাখন্নগে তৌববু পূমনা লৈতরে হায়না পাওমেল্লবগা আনন্তশেষ তাংজা লিন নিংথৌদি চৈরৈ ফীরোয় মক্তবা চোয়নৌ সনা লন মরু লুপা কোল্লাং চানগা কর্পূর মনম হুংশি-বসুঙ পানা কা পুংবুরেমনা মণি অমৃত শিদহী অথোইবা মহাকা চেংলৌ মিংকূপ মরমদা বভ্রুবাহন মাঙদা থানা চঙখিরে হায়দবরা? মণিপুর লানফম তেংগোন্নুংলমদি য়াইফা মথোই তোংলবগী হুংঙাই

নিংথৌ, লিন লৈমাবা। অয়োনবা—অন্নানবা, দোষ। ননোংয়াই—নশূ। মাঙওইননা—মাঙদা চিংনা, মাঙ থানা। হৈনা নতুং ইঙ্গগে—নহাকী তুং ইঙ্গগে। চোয়নৌ—সনা। লন মরু—অথোইবা লন। লুপা কোল্লাংচান—লুপা। পুংবু রেমনা—পুংবুরেম থেম্মাই লাংনা। য়াইফা মথোই তোংল-বগী—মঙ্গল ওইরবগী। বাস্ত ভাণ্ড—(সং) পুং। লেঙামএ—লৈরম্মে। লৈমাবগা—নিংথৌগা। ইনোংয়ায়—ইশূ নিপা। মীচাপোক—অতোপ্পা কনাগুম্বনা পোকপা মচা। ইমোম—ইচানুপী। ঙাইরি—মরী মতা, ঙাই ওইবগী মরী। নয়ু—নপু। অয়োনবু—দোষ, অন্নানববু। অওকপা—

মরাং কায় পূকনীং হরাউ থোইনা বাস্তু ভাণ্ড পুংয়াম য়ৈবগী তেংগোল মনিন নাইনা লৈঙামএ। মণিপুর লৈমাবগা তাংজা লিল্লা নিংথৌগা চেংলৌ শক উনরুরে। বভ্রুবাহন অকনববু বোল্লোয় য়াথং অথেম্বনা পাওমেল্লুইএ। হে ইনোংয়ায় মণিপুর লৈমাবা নঙবু তুংঙান মীচা-পোক কনা নত্তে। পল্লেম নমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগা ইমোম উলুপী নীংখিবীগা অনীমাস্তুঙ হকসাং তুংঙানবনে নীংলুগনো। চেংলৌ মশক অমত্তনে। রারম অসিগী দমক পাংগন নথোক লকপা নঙবু নিংথৌ ইনোংয়ায় ঙাইরি থৌজান অচেৎপা মহাকনে। থৌরম অসি খঙনা নমু নিংথৌ ঐগী ইতৌ অয়োনববু লৌবিগুনো। হুয়েন লান শোক-নখিবা অসিস্তুঙ ক্ষেত্রি ধর্ম্ম হৌনা মরমচৎ অচেৎপনে। পনথৌ নপা হিংহনগে হায়বগী দমক নঙনা লানফম পুকনীং ইন্না শোকনরবা অসিস্তুঙ থৌরম মতৌ অওকপা মহাকনে হায়না সন্দেশ খুৎথোন পুরকপা থৈবিকস্তুঙ অমৃত শিদহী মহাক্কা চৈরোয়ননা বভ্রুবাহন মথুৎপাক্তা থৌজান খুৎশিন্নরে। পন্থৌ নপা অর্জ্জুন তেলহৈবা অহুবু নিংথৌ ঐগী মাকলৌবেম হুংচানবা মহাকনে। মাবু যাইবী থরায় হিংনবা শংলৌ থৌরাঙ থীন্দনা তৌরুরো। হে পাংগল মীওই চঙ-খোনবা নঙবু মণিপুর নরৈপাকপু ইস্তানখিরো অমন খমলৈ কুমলবা নমু মীহকসাংশিংবু মতম নোংশাং কুইনা থমফদবনে হায়না পাও-মেল্লবদা বভ্রুবাহন পানকনবনা হোয় হে পল্লেম ইমা পোকপা ইয়ু খোইমোম লাইওইনবা-ও নঙগী নিংথৌ সনা নয়াথং অমৃত ঈথীক্লবগুম্ পাওমেন অসিবু না তাবদা খোইনা হুংঙাই পুকনীং পেল্লে। ইয়ু

তৌকম থোকপা, তৌবা হৌনবা। খুৎশিন্নরে—মখুৎতা পীরে। মাকলৌয়েম মক্সাক নিপা। অমন খমলৈ কুমলবা—শিরবা। ইয়ু—ইবুধৌ। খোইমোম—লাই। নয়ন কুনা—নঙগী থৌজান্না। ইপা শাৎমাববু—ঐবু পোকপা ইপাবু। মীয়াম ঙাইরোয়ননা—মী ময়ামগা লোয়ননা। যাঙনা—থুনা, থীন্দনা। বাইথুংলুদরিষৈ—য়ৌত্রিঙৈদা। লারকলে—লাকলে, খোঙদোই হুনকলে। ময়ান লোনরিমমায়দা—মহুমদা। বাইথুংলবগা—য়ৌরবগা।

থৌজান নরননকুনা লেপনা পম্বৌ ইপা শাৎমাববু য়াইবী খরায় হিংলি-ঙৈনে হায়ববু শংশঙ তাঙনা খঙজরে হায়না সনা মখোঙ খাদা হন্না থুরুমললমনবগা মীয়াম ঙাইরোয়ননা নিংথৌ মরৈপাকপু য়াঙনা য়িস্তান-খিরে। কোরৌ হুমিৎ কয়ামরমদা মণিপুর মরৈপাকপু রাইথুংলুদরিঙৈ আনন্ত তাংজা লিন লৈপাক মহাক্তদি মদাইরেম লিল্লা অঙম্বদা নিংথৌ ঐবু মণিপুর লৈপাক্তা য়াঙনা চৎলঙৈনে হায়না কোল্লোয় য়াথং ইম্বোক্লবগী নিংথৌ লমচৎ মতুং ইন, পোৎলোই মশীং য়ামনা তাংজা লিল্লা পুন্নমকপু ঙাইরোয়ননা লারকলে। থৌরম অসি মতুংদা মদাইরেম ধৃতরাষ্ট্র অঙম্বনা মরান লোনয়িময়ায়দা রাইথুংলবগা মপারি দুর্ব্বুধি কুর্ব্বুধি হায়না কৌবা অনীমকপু কোল্লোয় মমিং পন্না পাও-মেল্লুইএ। পারি নবিঙঙাবু লৈরিঙৈদা মায়থী ইয়েংতানা লান্নংবা অসুম্বদি তাংজা ঈতীক ওইদে। লিল্লা ইতোকলেন হাইফৎলকপা অসিবু চেংলৌ নমিৎ থীংনা য়েংও। য়াথং অমরক হন্না করি হায়-হৌঙাইবু লৈতরে। রারম মতৌ অসিগীদমক পম্বৌ মপা অর্জ্জুন পাংগনবগী তাংজা লুরেন তুপথোক্লবা অহুবু মতম খঙলোইহন্দনা য়াঙনা লৌরকলুও। তাংজা লুরেনতোনবু লৈতরবদা অমৃত খুৎথুমচন্না পুখিরবা অহুনা মহৈ কনা লৈররোইএ। থৌরাঙ মতৌ অসিবু পারি নবিংঙঙাবু য়েল্লাং ঙমদম থীনগুনো। পম্বৌ শাৎমাবগী মায়থী ময়েং তাবা পুন্নমকপু তাংজা ইকাই ঙাকলবহুম মচা মানা পোকপগী ধর্ম্ম

---

মপারি—মচা নিপা। নবিঙঙা—নখোয় অনী। লিল্লা—লিন। ইতোক-লেন—ঐগী ইতোক। তাংজা লুরেন—মকোক। খঙলোইহন্দনা—খঙহন্দনা। খুৎথুমচন্না পুখিরবা—মখুৎনা পায়হুনা পুখ্রবা। য়েল্লাং ঙমদম থানগুনো—থৌরাঙ তৌবা ঙপকনু। কঙ্গাউ মৈরা থোকনা—মৈ হৌনা শাউরহুনা। ইস্তানখিরে—রৌননরা চৎখরে। অমন খমলৈ কুমনা—শিহুনা। রাইথুং-লুরে—থৌক্লরে। মোয়ন্ন—নুপী। নুচাক্ষপ—নুপী কাঙলুপ, নুপী মরাম। মীকপঙাম্মে—কপলম্মে। মুনি মীচৈখোন্না—মুনিশী শাপনা। উমংজেন—অখোঙবা অদন। ঙাকনা লৈরিবা—ঙাক্তুনা লৈরিবা। মিৎয়েং

মখোই তোংবা-গ কৌএ হায়না পাওমেনববু না তারবদা পম্থৌ মপা শাংমাবগী তাংজা তোকলেন হাইফংলকপগা মপারি ঙুংচানবা অনীমক্তো কপ্পাউ মৈরাখোকনা য়াঙনা ইস্তানখিরে। মণিপুর মরেপাক্তা অর্জ্জুন বৃষকেতু পম্থৌ মপা মচা অনীমানা অমন খমলৈকুমনা লৈরিবা অহুদা য়াঙনা রাইথুংলুরে। মোমন্থু মুচাক্নপ হকসাং পানকন মখোকপা থৈবিকস্থুঙ অর্জ্জুন শমু মহকসাং তাংজা লুরেন লৈতরবা অহুবু কোম্না মীকপঙাম্মে। মতম অস্তুম ওইরিঙৈদা তাংজা লিল্লা অনীমক্তি নমু কনাগুম্ববু থঙহন্দনা অর্জ্জুন বৃষকেতু অনীমকী তাংজা লুরেনতোনবু হুখিরে। মুনি মীচৈখোম্না গরুড় চেকনিংথৌনা চাক্তাফম বকদস্ত হায়না কৌবা নারক উমংলেন অথোইবদা হুপ্তিল্লুরে। অর্জ্জুন শমু মহাকসাংবু ঙাকনা লৈরিবা পূম্নমক্তি তাংজা লুরেনতোনবু মিৎয়েং শানথৈদরবগী হুংপঙ ইরৈচম্না হি হি মতৌ করিনো হায়না উনবী পূকনীং ঙকনা নীংথম্নরিঙৈ চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমাস্থুঙ থরায় নোংদা কা মিপাই লাইথংননা মীকপনরে। বভ্রুবাহন ইপারিদি পম্থৌ য়াইবী থরায় হিংনবা নমু কনানা য়োঙমদবা পাতালপুর তাংজা লিন লৈপাক-ভগী শংলৌ থৌরাঙ লূমনা মণি য়াই মহী শিদবস্থুঙ পুরকলে হায়ববু না তারে। তাংজা লুরেনতোনবু লৈতরবা অসিদা য়াইরেন থুংতা থুমনা পুরকপদো লৈরাং অতিংঙাবু মওইরঙৈনে। হা হা খোইমোম নোংদম্বাও বিধি নরায়েনবু করম নোংতমবিরম্বনো খঙদরে হায়না মালেম লৈমায়থক্তা শমু খোঙবু থীন্না মীকপলে। মায়গৈ মখোঙ উদনা চেংলৌ মিৎথোঙ মমলে। পূকনীং ইরৈচম্না লৌশিং মখোঙ খঙদরে। মতৌ করম ওইও হায়বনো হে ইবুংঙো দৈবকী পায়মা

---

শানথৈদরবগী—উত্রহুনা। হুংপঙ ইরৈচম্না—তোকম মকম মরাং খঙদনা। উনবী—পূকনীং। নীংথম্নরিঙৈদা—থম্নহুনা লৈরিঙৈদা। থরায় নোংদা কা মিপাই লাইথংননা—থরক হনগৎতুনা। য়াইরেন—মণি অথোইবা। লৈরাং অতিংঙাবু মওইরঙৈনে—অরেম্বা করিন্থু কান্নদবা ভারগনি। পূকনীং ইরৈচম্না—মপূকতা থনকম শাককম খঙদনা। দৈবকী—বসুদেবগী মূপী,

উনগোয়মুংগী মাউনৌবা শ্রীকৃষ্ণ নীংথিবা নঙবু মক্তনা পানকন কনা লৈভরে, থরায় ইমিরেনগী ইবুংঙু অর্জ্জুন মায়রা তেনহৈবা অসিবু লোয়না নঙগী নপাতাউ অচেৎপনে হায়বা নত্তবরা ? হৌজিক মতম অসিদা চৌংঙু মথৌজানবু করি থৌজান নম্মুকনবিরবনো ? হে বিধি নোংতম মথককী হে বিধাতা মপুরেন অথোইবা-ও হায়না মীকপ তেংথা চৈরোয়ননা খুরুমজখিয়ে। হে দেব হরি নারায়ণ অথোইবা-ও হে নরসিংহ শনথোম সমুদ্র অহিংবদা য়াহিপ্পা, হে লক্ষ্মীনাথ মপুরেন অথোইবা নঙবু হন্না হন্না খুরুমজবনে। হে গোবিন্দ শ্রীভগবান হে বসুদেবগী মপারি, শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম খুৎশু মরিমানা হেনমোইনরিবা নঙবু খুরুম্বনে। হে ইবুংঙু ব্রহ্ম অথোইবা মথকী পরব্রহ্ম মপুরেনও হায়না শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু রাণীশ্বরী শানৌ মচীন মনাউনা য়াথং লৈশিলৈথোক্লনা মীকপলে। থৌরম অস্থম ওইরিঙৈ বক্রুবাহন অকনবদি মণিয়াইরেন শিদববু পুনা য়াইথুংলববু তাংজা লুরেনতোনবু লৈঙমদরবগী কোরৌ নোংশীংজঙনা লুরাই কোয়রেনথক্তা ফেম্বরকপা-তুকুমলে। রাহু শানা ফংবগুম লৌশিং পুকথোঙ মাঙলে চেংলৌ মায়থোং মকলে। চীনবান লৈতোন থৎনা য়াথং হায়থোকঙমতা, পম্মৌ য়াইবী থরায় হিংবা ঙমলরোই হায়না মাল্লেম লৈদা ওন্না মীকপলে। তাইবঙ নমু পোংওইবা থোইমোম লাই করম্বনা পম্মৌ তাংজা লুরেনতোনবু হুখিরবনো ? চৌংঙু ব্রহ্মা অশেম্বা, মহাদেব

শ্রীকৃষ্ণগী মমা। থায়মা উনগোয় মুংগী—গর্ভদগী। মাউনৌবা—পোকপা। নপাতাউ অচেৎপা—লুনা তিন্নবা মরূপ।

বিধি—ব্রহ্মা। বিধাতা—ব্রহ্মা। দেব—লাই। নরসিংহ—বিষ্ণু। লক্ষ্মী নাথ-লক্ষ্মীগী মবুংঙো। শঙ্খ—(সং) মোইবুং। পদ্ম—(সং) থম্বাল। হেনমোইনরিবা—লৈতেংলিবা। রাণীশ্বরী—রাণী ঈশ্বরী, অথোইবী রাণী। লৈঙমদরবগী—লৈরমত্রবশীদমক। কোরৌ নোংশীংজঙনা—বজ্রনা। লুরাই কোয়রেনথক্তা—লৌবাই লুতোন্দা। চেম্বরকপা—তারকপা। তুকুমলে—অহুঙমলে। তাইবঙ নমু পোং ওইবা—মীওইবা। চৌংঙু ব্রহ্মা অশেম্বা—

লাইয়িংথৌ, ইন্দ্র লোয়ারেন খোইমোম মাথোয় অসি থৈবিকনম্বিগে অতে কনানা লৌথি ওমলরোই। থৌরম মতৌ অহু নত্তনা ব্রহ্মাণ্ড তাইবঙ নোংসাপাম অসিবু পম্বৌ তাংজা লুরেনতোনবু খণ্ডননবা মালেম মথক মখা ওন্না কাওথোকলসিবরা? খোইমোম লাইগী নোংদমনা পম্বৌ য়াইবী থরায় মাঙহল্লবগী হকসাং য়োয়ওই ওন্নবা শংলৌ থৌরাংজরবদা পম্বৌ তাংজা লুরেনতোনবু করম হুখিওমলবনো। হে পম্বৌ ইপা ইপা হায়না য়াওরা মখোঞ্জেনবু রাংনা কৌরবগা উৎফুন নোংলৈথক্তা তুখিরে। থৌরম করিগুম্বদগী পল্লেম ইমা পোকমাবীবু বেশ্যা হামবোইবীনে হায়না পাউমেনচিল্লবগী দমক পায়মা লৌশিং তোল্লবা ঐনা পঙনা তিল্লাং ইখোয়শাউনা পম্বৌ য়াইবী থরায় মাঙহল্লুরে। খঙলে খঙলে ঐগী লৌশিং ইহৌশা অসিবু তনবা নিপাং লুপ পুম্নমক্তগী থাম্বী মৈতান শিগুম্ববু লেপনা ওইরে। মতৌ করিগীনো ইনুং খোমলেন মঙলানচান্নে হায়রসো হা হা কৃষ্ণ দেব লীক সুমেরুবু ওইনবা নঙবু নত্তনা পানকন চৈশৌ ওইনববু কনা লৈতরে। অর্জ্জুন পম্বৌ ইপা শাৎমাবদা থৌজান নঙগী নহৌশাবু কবি লৈবিত্রবনো? হা যদুমণি অথোইবা-ও থৌরাঙ মতৌ ওম্বোকএ। থৌজান নম্মুক-নমল্লে মরম করিগীনো? অর্জ্জুন লোয়না নপাতাউবু দ্বারিকা নরৈপাক্তা করম ফাওরুদবনো। হে বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ শিদবা নঙনা মণিপুর ইরৈপাক্তা কৃষ্ণ চেংলৌ শক উহন্দরবদি অর্জ্জুন পম্বৌ ইপা শাৎমাবা ইশানৌ বৃষকেতু অনীমকপু লেপনা য়াইবী থরায় হিংল-রোইএ হায়না খঙলে। জয়মুনিরেন্না হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও উনবী

---

নৈশেম্বা লাই ব্রহ্মা। মহাদেব—শিব। ইন্দ্র—লোয়ারেন। ব্রহ্মাণ্ড—তাইবংপান। খোইমোম লাইগী নোংদমনা—ঈশ্বরনা ভয়চুনা। পোকমাবী—ইমা। বেশ্যা হামবোইবা—ওক্কবী নূপী। পায়মা লৌশিং তোল্লবা—বাখল থেল্লবা। থাম্বী মৈতানশিগুম—মৈতান অশিবগুম। ইনুং—অহিং। খোমলেন মঙলানচান—মঙ। যদুমনি—শ্রীকৃষ্ণ। লোয়না নপাতাউবু—নহাক্কী চান্নবা মরুপ। বাসুদেব—শ্রীকৃষ্ণ, বসুদেবগী মচানিপা। চেংলৌ—শক। ইপা

পুকনীং ভপনা না-তা-ও। বভ্রুবাহন পাংগনবনা মালেম লৈখাতুংদা চঙনা হুয়েন লানশোক্লকুবা অমৃত য়াই মহীবু লৌরুবা কত্তা লিনচেন-থীবা লিল্লা মচীন মনাউনা তাংজা লুয়েন হুনা খম্নলুবা, বভ্রুবাহন পানকনবনা মাল্লেম লৈদা ওল্লা মীকপ্পা য়ারম অসি থৈবিকপু স্নপনা নিংথৌ নমাঙ সংসঙবদা রাহমখিরবনে। চীংঙু লাইবক কবা নমু কনাগুম্বশিংনা উনবী পূকনীং পীনা না তাঙ্জরবদি পুণ্য মপৈ য়ামনা তিল্লুরবা অল্লুনে। তাইবঙ নমু পোংওইবা অসিদো নোংদম ওয়ওই-নরিঙৈদি থৌরম অফ শেমলবস্নুঙ মতৌ ওন্নতৈনবদা মতাক্লইএ। মণিপুর লৈমাবনা পঙ্খৌ মপা হিংনবা শংলৌ থৌরাঙজরবা মহাক্তা অমরক থৌরম য়েথায়থোকঙস্মে। খোইমোম লাইগী নোংদম অসিবু কনা খঙলুভমসিবনো? তাইবঙ নমু পোং ওইবশিংনা লৈরাং অতিংঙাদা পুকনীং নাপন রাংএ। মীওই লাংওললকঙৈগী মখৈবু অমন খমলৈ কুম্ববু নকনা চহি মপুল্লিস্নুঙ য়ামদবা অহুনা থৌরম নাপন রাংবদি অমন খমলৈ কুমলোইতৌবগুম লাক্লরিয়ে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও থৌরম লৈবা থৈবিক্তগী মচি লন মরু অচেৎপদি কৃষ্ণ সনা থূয়া থম্বাললৈবু নঙাইরেহায়না খঙজরবা নমু মীওই চথোনবশিংনা শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙখাবু উনবী পূকনীং চেৎনা নীংজরবগা রাকয়ৈ হিবু ওইনা লাম্নেএ। (কৃষ্ণ সনা থূয়া থম্বাল লৈগী রাকয়ৈ হিমন ওইনবদি ভক্তি সত্য ধর্ম্ম অল্লুম্মানে।) হিমন মতীক ফংদরিবা নমু কনাগুম্বশিংনা রাকয়ৈ পঙনা হিতোংফংলুদে। থৌরম অসি খঙনা হে নমু মীওই চথোনবশিংও ভক্তি পূকনীং চেৎনা নীংজা-ও। ষষ্ঠীবরসেনগী মপারি

শাৎমাবা—ঐবু পোকপা ইপা। ইশানৌ—ইনাউ নিপা। জন্মেজয়—পারীক্ষিত, পরীক্ষিত নিংথৌগী মচানিপা। মালেম লৈখাতুংদা—পাতালদা। তাংজা লুয়েন হুনা—( অর্জ্জুনগী ) মকোক হুত্নুনা। রাহমখিরবনে—হায়রবনে। তাইবঙ নমু পোং ওইবা—মীওইবা। নোংদম—শাইনা ভম্বা। মীওই লাংওললকঙৈগী মখৈবু—মীওইনা পোকলকঙৈগী মখৈবু। চহি মপুল্লিস্নুঙ য়ামদবা—চহী য়ামদবা, নাহা ওইরিবা। অমন খমলৈ কুমলোইতৌগুম—শিরোইদবগুম। মচি—মরু ওইবা। উনবী পূকনীং চেৎনা—মপূক চেৎনা,

গঙ্গাদাস সেন লৌশিংবনা রাহমশৈনে। হরি কোল্লোয় মমিংথোং অসিবু উনবী পূকনীং লীতংনাইদনা নীংজৌ-ও।

অধ্যায় কুন শুরকপা থৌবম অসি মতুংগী ভগবন্ত ঈশ্বর মপুরেম তাংজা লৃদা থোংনা খুরুমলবগা মহাভারত অথোইবা অশ্বমেধযজ্ঞ থৌরম পূম্নমকপু যাথং মবী থিনা তেংথারক্কে। জয়মুনিবেম্না হে হস্তিনা থুংনিংথৌও। অর্জ্জুন তাংজা লুবেনতোনবু মাওলে হায়না অস্নুম মীকপ্নরিঙৈ হস্তিনা লৈপাক অসিদা লৈবিবী পল্লেম মমা কুন্তী সতী অচুম্বীগী খোমলেন মঙলানচান্দা অর্জ্জন মপারিগী তাংজা লুরেনতোনবু মাল্লেম লৈতানোংগী কোবৌ হুমিং অত্তুদা খোমলেন মঙকাওনকরবগী অর্জ্জুন বৃষকেতু অনীমক্কী তাংজা লুরেনতোনবু শমু লেংবানথক্তগী মাল্লেম লৈদা তাববু উবমলুইএ। তন্না খোমলেন মীকপথোকলবদা ইন্নুং কোবা চীংন্নুং শোযঙমলে। কুন্তী খোমলেন মঙলানচানবু কৃষ্ণ সনা মথোঙথাদা কোল্লোয পাউতমচখিযে। হে ইবুংঙু ঈশ্বর নোংদম মপুরেনও ঐগী খোমলেন মঙলানচান অসিবু মহৈ করি ওইববু থোক্লগবনো থঙঙমদবে। পূকনীং চিংনা পোকএ। অর্জ্জুন ইপাবি ইনোংযায বৃষকেতু অনীমক্কী তাংজা লুবেনতোনবু তূপনা মাল্লেম লৈদা তাববু উরমলুইএ। খোমলেন মঙ রারীবু অস্নুম কোল্লোয় পাউ তমলিঙৈ সুভদ্রা কর্ণ মনাকোংদগী কুন্দর মনাশি হীকথরকপবু মাল্লেম লৈদা তাবকএ। কুন্তী খোমলেন মঙলানচানগা থৌরম অনীমা অসিনা উনবী পূকনীংঙক হুংবঙ ইবৈচন্না লৈরিঙৈ কৃষ্ণ থোইখোইবনস্তুঙ হে কুন্তী সতী অচুম্বী-ও নঙগী খোমলেন মঙলাংচান

---

পূকচেন শেন্থনা। বাকৈয়ে -কি। কিমন—কিগী মমল। হিত্তোং—ইহ তোংবা। ষষ্ঠীবরসেন মপারি—ষষ্ঠীবরসেনগী মচা নিপা। লীতংনাইদনা—অক্তংপা লৈতনা। ভগবন্ত— লাই, ঈশ্বর। খোমলেন মঙলান চান্দা—মমঙদা। মাল্লেম লৈতানোংগী—লৈপাক্কা তাবা হুমিং। শমু লেংবানথক্তগী—লৈপাক মথক্তগী। তন্না—থীন্দনা। নোংদম মপুরেন—নোংদম্বিরিবা থ্বাইগী মপু ওইরিবা। থঙঙমদরে—থঙবা ঙমদরে। ইনোংযায় বৃষকেতু—ঐগী ইশু নিপা বৃষকেতু। সুভদ্রা—অর্জ্জুনগী ভালোয়, অভিমন্যুগী মমা। কর্ণ (সং) নাকোং। হুংবঙ

অসিবু লেপনা মওইরভৈনে। শয়েঙ ঐগী ইতানপোম শরেম ওয়রমথংবরমদা ফুয়না ফুয়না শিংলী হকসাং চোংববু কৃষ্ণ কোল্লোয় নম্নাথং না তাবদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্নসুঙ শানৌ মচীনমনাউ মন্নিমকপু ভাইরোয়ননা মীকপলে। হস্তিনা লৈপাক পুন্নমকসুঙ সুংশি মথোঙ খঙদা থমোয় মৈচাক থোইনা মীকপ্নরে। কুন্তী গন্ধারী সুভদ্রা দ্রৌপদী শ্রীদৈবকী যশোদা সত্যভামা জম্বুবতী আত্তর সুলক্ষণা য়োয়বু লেংনা তিনবী অসি খৈবিকপু সুংশি থোম্নবু থীংনা মীকপ্নরে। অসুম ন্নারম মথোঙ খঙদা, উনবী পূকনীং ঙক সুংপঙ ইরৈচন্না মীকপ্নববু কৃষ্ণ চেংলৌ মিৎথীংলবগী বিনতাগী মপারি গরুড় চেকনিংথোবু উনবী নীংশিংলুরবগী চেংলৌ মিৎকুপমরমদা য়াঙনা কৃষ্ণ সনা মথোঙখাদা থুরুমলরবগা কৃষ্ণশিদবদি সারঙ্গ লীরুং মথুংশু সুদর্শন মক্তুবগা চক্র মকোয়ফবা গদা মথুংশুগা কৌস্তুভ মণি য়াইরংচানসুঙ য়াওনা লৌরবগা নারায়ণ শ্রীকৃষ্ণ থোইথোইবা অহুনা পল্লেম মমা যশোদা দৈবকী অনীমক্কা কুন্তী সতী অচুম্বীসুঙ ভীমসেন অকনবসুঙ ভাংরোয়ননা পোনবী গরুড় চেকনিংথোগী চেকলাথক্তা তোংখংলবগা ধর্ম্মরাজ নিংথোরেন্নচিংনা হস্তিনা লৈপাক পুন্নমকপু উনবী পূকনীং তপ্নবা মিৎয়েং থোজান চৈরোয়ননা পাওমেনখিয়ে। সুংশি নঙথোয়বু থমোয় কায় সুংনাঙথোয়বু ওংনা মীকপ্না অসিবু

ইরৈচন্না—তোকম খঙদনা, চমন্ননা। শয়েঙ ঐগী ইতানপোম—ঐহাক্কী পাথোম। ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্নসুঙ—যুধিষ্ঠির মহারাজনসুঙ। মীকপ্নরে—কপ্ন লাউনরে। গন্ধারী- ধৃতরাষ্ট্র মহারাজগী তালোয়, দুর্য্যোধনচিংবা মচীনমনাউ চামগী মমা। সুভদ্রা—শ্রীকৃষ্ণগী মচন, অর্জ্জুনগী নুপী। দ্রৌপদী—দ্রুপদ নিংথৌগী মচানুপী যজ্ঞ শ্রেণী। দৈবকী—বসুদেবগী নুপী, শ্রীকৃষ্ণগী মমা। যশোদা—নন্দগী নুপী। সত্যভামা—শ্রীকৃষ্ণগী তালোয়। জম্বুবতী—শ্রীকৃষ্ণগী নুপী। বিনতা—গরুড়গী মমাগী মমিং। গরুড়—বিনতাগী মচা, শ্রীকৃষ্ণগী শাদোং। সারঙ্গ—লীরুং। মথুংশু—মাগী খুংলাই। সুদর্শন—বিষ্ণুগী চক্র। কৌস্তুভ—বিষ্ণুগী থবাক্তা শিবা মণি। চেকলাথক্তা—উচেক মথক্তা। মমু পোংশুম—মাপুম। লমদম অতাক্তা—অথাপ্পা মফম। থবায়

ভোৌরগুনো। হৌজিক চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী কনা লমদাং শাংবু ঐনা তৌরুরহৌনে হায়না পাউথেমলমলবগা শ্রীকৃষ্ণ অথোইবদি মণিপুর মরৈপাকপু ইন্তানখিরে। পোনবী গরুড় চেকনিংথৌদো নমু পোংপুম মঙাতংবু চেকলাথক্তা পুনা মায়গৈ লমলম অভাম্বা. অর্জ্জুন থরায় মাঙনফম, মণিপুর লমনা থাপ্পদা রাইথুংলুরে। পার্থ শমু মহুকসাং হুকসাং লৈরাং অতিংঙাবু ওইরবা তাংজা লুরেন-ভোনদি লৈঙমদরবা অদুবু চেংলৌ মাঙদা থানা উক্করে। বভ্রুবাহন পাংগনবনচিংনা লানমী অথৌ লিচাহেপ্পা পুন্নমকসুঙ পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমাসুঙ য়াওনা মোমহু হুচা লুপ থৈবিকসুঙ কোরৌ হুমিৎ কয়ানি মরুম্বু তরা থুৎপুনপীদা লাইজা চীনথুনয়োংদা চারম থাকে নীংহন্নরবগী মায়থোং ময়েংতা চেংলৌ মমায় মক থৌরী চরম কংনা পিরেন ঈচেন্নবনা চেংলৌ মিৎপান কংবীদা পায়মা নিংসা শৎহোন্ননা য়াওরা খোঞ্জেন থোকঙমদনা মতোম মতোম মীকপ্পঙম্ববু কৃষ্ণ চেংলৌমিৎথিৎলুরবগী হা হা ধনঞ্জয় লোয়না ইপাতাউ অচেৎপা-ও নঙবু করিগী মাল্লেম লৈদা তানা লৈঙমলবনো হৌল্লো হৌরো কৃষ্ণ নপাতাউ ঐবু লাকলে হায়না ঈশ্বর নোংদম মপুরেন মহাকনা হুংওল মথৈ লৈতনা অসুম মীকপলুরে। অতৈ থৌরম অয়াম্বদি লৈখিসুনো। জয় মুনি অথোইবনা হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও কৃষ্ণ লাইমক্ক মহাকনা অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবা মহাকপু লমলোয় থানদবনে। শংশঙ তাঙনা

মাঙনফম—শিফম, থরায় থাফম। লমনা থাপ্পদা রাইথুংলুরে—অয়াপ্পা লমদা য়োরে। তাংজা লুরেনতোন্দি—মকোক্তি। লৈঙমদরবা—লৈরমদ্রবা, য়াওরমদ্রবা। অথৌ লিচাহেপ্পা পুন্নমকসুঙ—অকল অথৌ মরামসু। মোমহু হুচালুপ—নুপী কাংলুপ। তরা থুৎপুন পীদা—চাক চথোম অমতসু চাদনা। লাইজা চীনথুনয়োংদা—ঈশিং য়াউম অমতসু থক্তনা। পিরেন ঈচেন্নবনা—পি শিন্থবনা। মায়থোং, ময়েংতা—শকফম কায়না। য়াওরা খোঞ্জেন থোকঙমদনা—মখোন থোকপা ঙমদনা। মতোম মতোম—মহৈ মহৈ, মথোম মথোন। চেংলৌ মিৎথিৎলুরবগী—উক্করবগী। লৈঙমলবনো—লৈরমলবনো। লমলোয়—মরুপ। থানদবা—থাদোকনদবা, লোয়নবা। শংশঙ তাঙনা—

খঙহনগে হায়রবগী নমু মীমচমগুম মীকপ তেংথা য়াওরুইএ। য়ারম মতৌ অসিগী অর্জ্জুন কম্বী মফমলেন খুদিংদা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ অথোই-বনা খৌজান লীথানদনা মরৈএ হায়রববু শংশঙ তাঙনা খঙলিয়ে। থৌরম অমা অমা ওইরবসুঙ ধনঞ্জয় পাংগনবা মহাক অত্থবু শূপনা চীংঙ লাইবক ফবা হায়রদো মওইরবা অথ্রনে। মরম অসুম তৌনা পল্লেম মমা কুন্তী অচুম্বীদো তাংজা লুরেন্তোম্দা শমু খুৎনা হাপনা মীকপলে। শ্রীদৈবকী যশোদা অনীমাসুঙ লুংওন মথৈ লৈতনা মীকপ্পরে। মশাবি ভীমসেন পাংগনবদি লুংশি মৈচাক থোইরবগী কপ্পাউ মথৈ লৈতনা কৃষ্ণ কোল্লোম্ন মমিং থোংবু কৌনা কৌনা পাও-মেল্লকএ। হে জগন্নাথ মপুরেনবু ওইবা নঙনা নতৌ ওন্নতৈনববু তৌনা করিগী মীকপলিবনো? য়ারম ওস্থোকপা পুন্নমা অসিবু তৌবিরগুনো? শানৌ লুংশি মৈনা থমোয় মৈচাক থোইজিল্লকলে। থরায় ইমিরেনগা মান্নবা ইশানৌ ধনঞ্জয় পাংগনববু লানকম লৈদা তানা লৈঙমলবা অসিদা লুংশি মৈচাক থাঙমদরে। শানৌ য়াইবী থরায় মাঙহনবা মহাকী তাংজা লুরেনতোম্দা মগুং লীশীং গুবা থেজু ইথুৎশূনা থারুগে। পাংগন মপাতাম্বা মহাকপু ঔরস কনাগী মপা-ম্নবু ওইবগী করম পাংগন মপা লৈতবনো? পুণ্য থৌরম করম্ববু তৌনা অর্জ্জুন পাংগনবা মাগুম্ববু করম য়াইবী থরায় মাঙহনবনো? অর্জ্জুন থরায় মাঙহনঙম্বা অসিগুম্বদি তাইবঙ নোংসাপাম্দা পাংগন

জশেং জশেংনা। নমু মীমচমগুম—চুম্নগী মী অতৈনা তৌবগুম। বাসুদেব—বসুদেবগী মচা শ্রীকৃষ্ণ। ধনঞ্জয়—অর্জ্জুনগী অতোপ্পা মিং অমা। চীংঙ লাইবক ফবা—মরাইবক ফবা। তাংজা লুরেনতোম্দা শমু খুৎনা হাপনা—মকোক্তা মখুৎ হাপ্পুনা। লুংওন মথৈ লৈতনা—অবাবগী পাক্নমফম হান্নগুাই লৈতনা। জগন্নাথ—জগৎকী মপু। শানৌ—ইনাউ। য়াইবী থরায় মাঙহনবা—হাংপা। থেজু ইথুৎশূনা—ঐগী খুৎশু গদানা। পাংগন মপা তাম্বা—কনবদা মপা লৈতবা। পুণ্য—অকবা থবকী মহৈ। তাইবঙ নোংসা-

মাগা মান্নবা কনা লৈতরে। কৃষ্ণ দামোদর থোইখোইবা-ও নঙবু হেন্না মাঙওই থৌরম অচেৎপা তুংগী মহে অথোইবসুঙ থৌরম পূন্নমাপু অমা কনা লৈবনো ? তাইবঙ মপোক অহুমলক্কী অওই ওইদা খৈবিকপুসুঙ থৌরম অচঙ অথোক পূন্নমক্কী তূংনা ফম্বীরেনবু ওইরিবসুঙ নঙনে। শানৌ য়াইবী থন্নায় মাঙহনবা মহাকপু পাউতাকপিও। থমহুং যম নিংথোগী শমু মথূৎপাক্তা য়াঙনা থাথোকলুরগে হায়না পাওমেল্লবগা থমোয় হুংশি মৈচাকথোই অর্জ্জুন মমিংথোংবু কৌনা কৌনা য়াওরা মখোঞ্জেনবু রাংনা মীকপলকএ। হে ধনঞ্জয় পাংগন মীওই চঞ্ঝোনবা-ও নঙনা তাইবঙ মরোন অহুম্মকপু শমু থূৎথুম চন্না ঙমজবনে। কোরৌ নোংমতোনগী ইন্দ্র সোরারেনবুসুঙ মাল্লেম লৈথারোন্দগী আনন্তশেষ তাংজা লিন নিংথৌবুসুঙ অর্জ্জুন নমাঙ থাঙদনা মঙমজবনে। তাইবঙ নোংসাপান পূন্নমকপু নতোম্মগী লীক্লং নথূৎশূনা পাংগন থূৎথুম চল্লে হায়না নমু পোংওইবা খৈবিকনা নতীক পাংগল থাগংনরিবনে। অর্জ্জুন নতীক নত্তনা উৎফুন লৈমায়থক্তা লৈঙম্বা অসিবু মতৌ করিগীনো ? ভীম নশাবি ঐবু হকসাং নমদা হুন্না থন্নায় মপান থোক্কে তৌরকলে। ইশানৌ নতৌ য়েংবদা পূকনীং হরাউ চঙনা হুংঙাই মথোই তোংববু ওইনবনে। লহান মাঙগী মতমগুম নশাবি ঐগী চেংলৌ মিৎলম থন্না কোল্লোয় য়াথং নোকনা পাওমেল্লও, করিগী য়াথং তুমিন লৈঙম্বনো হায়না রাহমলবগা

পান্না—সংসারদা। দামোদর—শ্রীকৃষ্ণ। থমহুং—যম। কোরৌ নোংমতোনগী—স্বর্গগী। ইন্দ্র—লাইগী নিংথৌ সোরারেন। মালেম লৈথারোন্দগী—পাতালদগী। নতোম্মগী—নথন্দগী। উৎফুন লৈমায়থক্তা—উৎফুন মথক্তা। লৈঙবা—লৈরবা। নমদা হুন্না—হন্দোক্লুনা। লহান মাঙগী মতমগুম—মমাঙৈঙগী মতৌগুম। পলেম পনথৌ অনীমক্তা—নমা নপা অনীগা। পনথৌ নপাতোন—নথূরা। উনবী নীংশিংলুবদা—পূক্তা থম্লুবদা, পূকনীংদা নীংশিংউবদা। থোইজিল্লকলে—হেজিল্লকলে। মিৎকোয় লাইজা ঙৈকম তাউনা—মমিত্তা মপি ঙৈরা চেন্না। কোরৌ অদি হুমিৎমাদি—ভুলদি। মহেশ্বর—

বৃষকেতু মপাগ্নিবু কৌনা পাওমেনখিয়ে। পাগ্নি নতৌ নরমচৎপু থোইনা মেওবা পল্লেম পনথৌ অনীমক্কা শাবি নচীন মনাঙ্ট পঙ্গৌ নপাতোন পুন্নমক্তা পূকনীং ভক্তি তৌহৈবা, থূৎশূ নতৌ চঙখোনবা পাংগন নঙান চাউবগী নতৌ নতীক অয়াম্বু উনবী নীংশিংলুবদা পনথৌ নপাতোন ঐদি থমোয় মৈচাক থোইজিল্লকলে। পনথৌ নপা অপোকপা কর্ণ লাশূহৈবা মহাকপু হেন্না পাগ্নি নঙনস্কু ঐবু উনবী পূকনীং পীনা নীংজবনে হায়না বৃষকেতু অর্জ্জুন অনীমাপু কৌনা কৌনা মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউনা মুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা মীকপ্লবগা পনথৌ মপা মচাবু য়াইবী থরায় মাঙহনবগী তাংজা লুরেন-তোন অদুবু থেঙ্গ ইখূৎশূনা মশুং তরেৎ থোকনা থুগাইরগে। কোম্নৌ অসি মুমিৎমদি পূকনীং নাপন ঝাংনা কৃষ্ণ মমাঙ শংশঙবদা পাঙ-মেঞ্জগে। ব্রহ্মা মহেশ্বর মহাদেব পুরন্দর সোরারেনস্কু কুবের লম্লিংথৌ চীংঙ, মাথগৈ খাকপা নীপানমকস্কু খোইমোম অসি থৈবিকনা পাগ্নি শানৌ অনীমকপু য়াইবী থরায় হাৎপগী মীচঙ পাংগন ওইবনস্কু ভীম ঐগ ঙম্মনলবোইএ। থৌবম মতৌ অসিগী পূকনীং অকি চঙনা অম্বিয়া নোংলোনুমদা পোনবী উচেক ওইনা পাইখিরবস্কু ঐনা নোংশীং আকনবনু ওইনা মঙম থরুমঙৈনে। সমুদ্র লাইজা ইরেনপুংদা লেমলৈ ঙাগী মশক ওইনা চঙখিরবস্কু য়ায়থু মশক ওইনা চপহৎলুঙৈনে। মালেম লৈখাম্বুং তাংজা লিন লৈপাক্তা চঙখি-হিকলবস্কু পোনবী গরুড়চেকনিংথৌবু ওইনা মরাকলুঙৈনে। শূপনা তাইবঙ মরোন অষ্টমক্তা চেল্লবস্কু মাগী য়াইবী থরায় হিংনবমু পূমনা লৈতরে হায়না ভীমসেন অকনবনস্কু য়াইবী কনহৌনীকপবু উরবদা শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবনা হে বহুলব পাংগনবা-ও নঙবু পঙনা

মহাদেব। পুরন্দর—ইন্দ্র, সোরারেন। কুবের—যক্ষগী নিংথৌ, লম্লিংথৌ খোইমোম—লাই। নোংলোন—অম্বিয়া। পোনবী—উচেক। লাইজা ইরেনপুং—সমুদ্র। লেমলৈ - ঙা। মালেম লৈখাম্বুং—পাতাল। চঙখিহিক-লবস্কু—চঙখিবা থোকলবস্কু। য়াইবী-কনহৌনীকপা—থাউবা। কল্লাউ

কঙ্গাউ মাঙওইনহিক্লুনে হায়না কৃষ্ণ সনা য়াথংনা অসুম উনবী পূকনীং তপহল্লবদা বভ্রুবাহন মনিপুর লৈমাবনা চেংলৌ মিংথিংনবগী কামদেব মথোকললকপদা পাউহংখিয়ে। পূকনীং কঙ্গাউবগী চেংলৌ মশক ওইবা. মহাক খাম্বী মৈরী মানগুম্বা লাংগোই মচুম তাবা শাগুম হকসাং থোইনা নোয় পেনবা অসিবু কনানো ঐবু চেংলৌ শক খঙহল্লো হায়রবদা কামদেব শমু খুৎপু থিন্না পাউতাকখিয়ে। মমু মীয়ামলক্তুগী মচু শংবায়বা মঙান চেংলৌ মিংপু ঙকপা অসিদি দৈবকী মপারি বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ শিদবনে। লৈমা চেংলৌ শকোয় হেনবী হুংশি থোযবু থীংনা রাইথুংলবী অছম্মা অসিদি অমা পনথৌ মপা পোকপা নবেন কুন্তী অচুম্বীনে। তিল্লাং মথোয় শাউবগী চেংলৌ মশক ওইনা উবা অসিদি নপন ভীমসেন অকনবনে হায়না পাউতাকলবদা বভ্রুবাহন মথোকলকপনা কৃষ্ণ সনা মথোঙখাদা হায়া খুরুমলুরে। শ্রীযশোদা দৈবকী কুন্তী অছম্মকসুঙ তাংজা কোক্তা থোংনা খুরুমলুবে। পনথৌ মপা মথক্কী ভীম পাংগনববুসুঙ শমু মখুৎ লোম্বনা খুরুমজরবগা যাথং মীকপ হীক হায়না কৃষ্ণ সনা মথোঙখাদা কোল্লোয় পাউতমচখিএ। হে ইবুংঙু প্রাণ নাথ গোবিন্দ থোই-খোইবা-ও পনথৌ ইপা হাংলবা মহা পাপী ঐগী ইনাক শংশঙবদা

মাঙওইনহিক্লুয়—কঙ্গাউবা হুংঙাইতবনা মাঙ থাখিগয়। মনিপুর লৈমাবনা চেংলৌ মিংথিংলবগী—মনিপুর নিংথৌনা উববগী। লাংগোই মচুম তাবা—শামু মচুম তাবা। দৈবকী মপারি- দৈবকীগী মচানিপা, শ্রীকৃষ্ণ। বাসুদেব —বসুদেবগী মচা। চেংলৌ শক্কোয় হেনবী—মশক মতৌ ফজবী। হুংশি খোয়বু থীংনা- মপূকনীং হুংশিনা, মপুকনীং বানা। তিল্লাং মথোয় শাউবগী চেংলৌ মশক ওইনা উবা—থোয়শাউ লিনশাউনা উবা। য়াথং মীকপ হীকলায়ননা—হীকনা হীকনা কপ্পা থোক্লেম্না। তানফংজরে—ফংজরে। অয়োনবা—অয়ানবা. দোষ। কোয়ৌ নোং শগোল-শগোল। লোইকা পুকমপোৎ—চঙজবগী অথেন পোৎ পুত্তনা থুক্কবদা। নত্তিনী হাথোইবী—ওক্কবী নুপী, বেশ্যা। য়াথং পাউনোকনৈএ—নোকক্রেম চায়ক্লেমনবি। শাংয়াবা—ইপা অপোকপা। তাংজা মুরেমতোনবু মালেম লৈদা তাযবু

কৃষ্ণ সনা খুয়ারেনবু নকনা তানফংজয়ে। ঐগী ইতৌ অয়োনবা খৈবিকপু শ্রীঅথোইবনা তিল্লবা সনা নখোঙখাদা য়াথং পাউতমচগে। পনথৌ হুয়েন লানশোক্নদরিবৈ হান্না পনথৌ মাঙদা থানা কোরৌ নোং শগোলসুঙ লোইহা পুরুম পোৎকা কৎনা ভক্তি য়াথং চৈরোয়ননা খুরুমজরুবদা পনথৌনা চেংলৌ মিৎনা য়েংবিদন তাংজা ইয়াইবক্তুম খোঙপাক চৈথা কন্না কাওরবগা পল্লেম ইমা পোকমাবীবু নতিনী হাম্বোইবী বেশা শীঙলেন তাইজবী চহুনে হায়না সভা মীয়াম মাঙদা য়াথং পাউনোকনৈএ। থৌরম মতৌ অসিদগী হুয়েন লানশোক হৌনখিবদা পম্পৌ শাৎমাবা শানৌ বৃষকেতু অনীমক্কী তাংজা লুরেনতোনবু মাল্লেম নৈদা তাববু খোকখিরে। হে প্রভু কোরৌ ইনোংথৌও থৌরম অমা অমা ওইরবসুঙ পনথৌ য়াইবী থরায় হাৎলবনিগিনা তাইবঙ নোংসাপান অসিদা কোল্লোয় মিংলেন থীবা নরক ফম্বী ওইনববু—য়োনফররেইএ। থরায় য়াইবী হিংনা লৈবদি মহৈ কনা লৈতরে। রারম মতৌ অসিগীদমক প্রভু নথূৎশূ শুদর্শন চক্র অকোয়বা অত্থনা তয়ম তাংজা লুরেনতোনবু য়াঙনা তুপথৎপিরো হায়জরবগা মবেন কুন্তী অচুম্বীদসুঙ হে ইয়ু সতী উনবী পূকনীং লেপ্পীও শাগৈ সেংনতিন্নরক্তপী খাম্বী মৈতান শিগুমলবা ঐবু নঙগী য়াথং মীচৈ অরুম্ববু থুনা থাদোকপিরো। তাঙ্গোই উৎকুন ওইনা মাঙজখিরগে। হে যশোদা দৈবকী অহেনবী নবিঙডাসুঙ মীচৈ য়াথং হেনফদববু পীনরো। হে পনথৌ ইপা মথক্কী ইপন ভীমসেন পাংগনবা নঙসুঙ থেঙ্গু নথূৎশূ মশুং লীশিংশুবা অত্থনা তাংজা ঐগী লুরেনতোন অসিবু হৈরা কাঙথোং তমগুম মচেৎ মশুং যামনা থুখাইবিরো। পনথৌ য়াইবী থরায হাৎলবা পাপী নমু মীচনথী ঐনা মরম করিগী য়াইবী

---

থোকখিরে—শুক লৈপাক্তা কেনখরে। কোরৌ ইনোংথৌ—ঐগী ইবুংঙো। য়াইবী থরায় হাৎলবনিগিনা—প্রাণ মাঙহল্লবনিনা। তাইবঙ নোংসাপান অসিদা—সংসার অাসদা। কোল্লোয় মিংলেন থীবা—মিংচৎ ফজদবা। তয়ম—নবাই। তুপথৎপিরো—ককথৎপিরো। ইয়ু—ইবেম। অহেনবী—

থরায় হিংনা লৈরসিবনো। তা-ও তা-ও হে নরায়ণ অথোইবা-ও রারম মতৌ অমাসুঙ ইতৌক পাংগন উংনা হুয়েন লানশোক্নসে হায়হিকলবদি ইপন ভীমসেন অসিনসুঙ লানফম ইতৌক ওইদে। যম নিংথৌ সোরারেন্নচিংনসুঙ ঐঙোন্দা পাংগন কদৌ ঙমলরোইএ। কৃষ্ণ থৌজান ননকুদগী ঐগী পূকনীং চঙববু কনা লৈরুদে। কুরুক্ষেত্র হুয়েন লানশোক্লৈঙেগী ভীষ্ম দ্রোণ বামন কর্ণ চক্রব্যূহ থোইনা তৌঙমদববু পূমনা লৈতে। হে প্রাণ গোবিন্দ থোইখোইবা-ও! রারম মতৌ অমসুঙ পাতালপুর লিন লৈপাক্তা চঙনা মণিয়াই মহীবু লৌরুবদা খোইমোম লাই তাইবঙ মী কনানা পনথৌ তাংজা লুরেনতোনবু হুখিঙমলবনো তাংজা খোঙ্গুন থঙনবা কৃষ্ণ সনা নয়াথংনা হায়বিও। হে শ্রীহরি গোপালজি থোইখোইবা নঙদি থৌরম মতৌ থৈবিকপু থাক্তনা থঙহৈবা অন্তর্য্যামী শংশঙবু ওইরিবা অত্তনে। পস্থৌ তাংজা লুরেনতোনবু হখিঙম্না অসিবু পূকনীং ঐবু মৈচাক ফংলকলে হায়না পাগ্রেম্নপ্তরবদা কৃষ্ণ লাই মরুনা হে বভ্রুবাহন পাংগনবা-ও নঙবু পূকনীং এপ্পাউংতমচিনখো। কোনৌ নোংদোন মাল্লেম লৈখারোন তাইপংঙ নোংশাপান মরোন অহুম্মক্তা তাংজা লুরেন অনীমকপু থিখিসে হয়না থৌখামচিল্লবগা কৃষ্ণ মিৎওঙ থম্বান মানবা লীন থরাগ রাইথুংফম মক্তবনা অরাং কোরৌ নোংমতোনগী হৌনা মাল্লেম লৈখা খাঙনা য়েংখিবদা যত্ত মীলম লৌচেনবগী লৌনম মতৌ ওস্থোকপবু শংশঙ তাঙনা খঙলুনবা বভ্রুবাহন পাংগনবগা নমু

---

অথোইবী। নবিঙত্তাহঙ—নখোয় অনীস্থু। মীচনথী—মতিক চাদবা মী। নরায়ণ--বিষ্ণু, শ্রীকৃষ্ণ। হায়হিকলবদি—হায়রবদি। লানফম ইতৌক ওইদে—ঐগা লানবা চাদে। কদৌ ঙমলরোই—কম্বিস্থ তৌবা ঙম্মোই। ননকু—থৌজান থোইখোইবা—অথোইবা। পাতালপুর—পাতাল লৈবাক। হুখিঙমলবনো—হুখিরমলবনো। থাক্তনা—চিথবা লৈতনা। অন্তর্য্যামী—মীগী পূকনীং খঙবা। কোয়ৌ নোংদোম—অভিয়া। মাল্লেম লৈখায়োন—পাতাল। মিওঙ—মিত্তা। পূকনীং হয়াত্ত থোইনা—পূকনীং

মীয়াম খৈবিক্তসুঙ অর্জ্জুন তাংজা লুরেনতোনবু লৈরে হায়নববু পূমনা নাতাহল্লবদা বভ্রুবাহন পূকনীং হরাউ থোইনা হে প্রভু কোরৌ ইনোংথৌ-ও পনথৌ তাঙজা লুরেনতোনবু পাংগন কনাগুম্বনা লোৎনা থমলিবনো রারম থাঙ্গৈশেংনা হায়বিও শমু মহাকসাংবু ককপদা ঐগী মহাপাপপু কোক্নগে হায়না পাওমেঞ্জখিয়ে। মতম অসুম ওই-রিঙৈদা প্রত্যুম্ন সাইতকি কীর্ত্তিব্রহ্ম জোবনাস অনুসান নীলধ্বজ হংসধ্বজ প্রবীর সুবেক মাখোয় অসি খৈবিকনা মাঙগী থৌরম অহানবদা বভ্রুবাহন পাংগনবনা অর্জ্জুন মমাঙ শংশঙবদা যজ্ঞ মণ্ডম শানচিংনা লোইহা পুরুমপোৎনচিংনা পূম্নমকপু কৎনা য়াথং ভক্তি তৌজবদা পার্থ পুকনীং কঞ্জাউ থোইনা কোল্লোয় য়াথং অথাথোক মিৎয়েং থানা য়েংনা পল্লেম মমা পোকমাবীসুঙ বেশ্যা চুকোই শাবীনে নঙনা অর্জ্জুন ইপারিনে হায়রবা অসিবু মরম করিদগী নো পার্থ ইপা-রিদি অভিমন্যু লুংচানবদনে হায়না পানকন মত্তীক থাগৎলবগা সভা মীয়াম মাঙদা অর্জ্জুন খোঙপাক চৈথালূমনা লাইবক খেল্লাইথোংদা কাওরবগী বভ্রুবাহন কঞ্জাউ মৈচাক থোই হুয়েন লানশোক হৌনখিয়ে হায়না প্রভু সনা মখোঙখাদা য়াথং মরেং শীন্না কোল্লোয় পাউতমচববু নাত্তারবদা যদুরাজা অথোইবনা বভ্রুবাহন মতৌ অয়োনববু পূমনা লৈখিদে। পাংগন মথোইতোংবগী থোকুলববনে। রারম মতৌ

হরাউনা, থরায় হুংঙাইনা। মাঙগী থৌরম—অহানবদা থোকখিবা থৌদোক। যজ্ঞ মণ্ডমশা—যজ্ঞগী শগোল। কোলোয়—য়াথং, বাঙাঙ। পলেম মমা পোকমাবী—মমা অপোকপী। বেশ্যা—ওক্তবী নুপী। চুকোই শাবী—অগোম শাবী। অভিমন্যু—অর্জ্জুন্না শ্রীকৃষ্ণগী মচন সুভদ্রা লৌদুনা পোকপা মচানিপা কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা শিখিবা। খোঙপাক চৈথালূমনা—খোঙ-পাকনা কম্না কাওদুনা। খেল্লাইথোংদা—লাইবক্তা। মরেং শীন্না—মরীক মনা, মথং মনাউ নাইনা, মথং মথং। যদুরাজা—যদু শাগৈগী নিংথৌ, শ্রীকৃষ্ণ (যদু হায়রবসি যযাতি নিংথৌনা দেবযানী লৌদুনা পোকপা মচানিপা)। অয়োনববু—মন্নান, দোষ। পূমনা লৈখিদে—করিমত্তা লৈখিদে। থোইমোম

অমসুঙ খোইমোম লাইগী নোংতমবু কনা হেনঙমদবা অছুনে হায়না অসুম উনবী পূকনীং তপহল্লবদা আনন্ত শেষ তাংজা লিন নিংথৌনসুঙ য়াথং লৈশী লৈথোম্ননা পাওমেঞ্জখিয়ে। হে ঈশ্বর মপুরেনও অর্জ্জুন বৃষকেতু অনীমকপু লানফম লৈদা তানা নোংমল্লে হায়বগীদমক মণি অমৃত য়াই মহীবু পুনা লারকএ। পনথৌ মপা মচাগী তাঙজা লুরেনতোন অনীমক্তি লৈঙমদরবা অসিবু মতৌ করিগীনো প্রভু থৌজান নরনকুনা থায়না লহান মাঙদা চীংঙু নোংথৌ সোরারেনবু সত্য হিংচাবনা নোংমনহনঙে অমৃত শিদ মহীবু থীকনা হিংহনবা তুগুম্ববু পনথৌ মপা মচা অনীমকী তাংজা লুরেনতোনবু থঙনা য়াঙনা য়াইবী থল্লায় হিংহনবিরো হাযনা কৃষ্ণসনা মখেংঙখাদা হন্না হন্না পাওমেঞ্জরবগী শ্রীদেব হরি শ্রীকৃষ্ণনা হোয় হে পাতালপুর লৈমাবা-ও তাংজা লুবেনতোন হুনা থমলিবা নমু কনানো কৃষ্ণ মাঙদা থানা নোংমল্লববু মরৈবনিগিনা মতোম মন্নাকঙেনে। পাংগন কনানা খঙঙমগবনো হায়না পাওমেন্নবগা তাংজা লুরেন অনীমকপু লাকননবা মুবী খুজাই হুংগী লাইজা ঈরিকলাইনা কৃষ্ণসনা খুযারেনবু শেংলবগা উনবী ধ্যান অচেৎপবু হোগৎলে। মিৎয়েং অমৃত অথোইবনা মায়গৈ মথোঙ মরিমকপু ফাওনা যেংখিরবগী চেংলৌ মিৎযেং খাঙঙম-দবা অছুনা তাংজো লুরেন অনীমকপু সভা মিৎয়েং মাঙদা তাররে। নমু লেংনতিনবা পুম্নমকসুঙ অর্জ্জুন বৃষকেতু অনীমকী তাংজা লুরেন-তোনবু মিৎয়েং শানথৈরবগী পূমনা হুংঙাই হুংপঙলকলে। লৌনম

লাইগী নোংতমবু—চীংঙু নোংদমখোনবু। নোংমল্লে—শিরে। লারকএ—লাকলে। লাইজা ঈরিক লাইনা—ঈশিংনা। নমু লেংনতিনবা—মীয়াম সভা। তাংজা লুরেনতোনবু মিৎয়েং শানথৈরবগী—কোক অহু উরহুনা। লায়কপা—লাকপা। শ্রীহরি—শ্রীকৃষ্ণ। লুরেন—মকোক। য়াইয়ংচাল—মনি। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। ফুয়না .ফুয়না—তোয়না তোয়না। ইছুং—অহিং। খোমলেন তুমকল্লবগী—তুম্মুবদগী। চেংলৌ মমিৎ পাঙলকপঙম—মিকপ থোকলকপঙম। নারায়ণ—বিষ্ণু, কৃষ্ণ। লতা

ইুয়ান তমনা মাওথিরবা তাংজা লুরেন অনৌমা অসিনা যাওনা মতোম লায়কপা অসিবু ওহোকএ হায়না খোইমোম লাই তাইবঙ মী পুন্নমক্লা তয় যাইকয়েন যাইফববু লেপনা ওইরে। অস্নুম যাওরা খোঞ্জেন লাউনা শোয়রে হায়দবরা? থৌরাঙ মতৌ অস্নুমনা পার্থ অর্জুন তেনহৈবগী যাইবী থরাই হিংনবা শ্রীহরি মপুরেন্না ধনঞ্জয় শমু নমকনথক্তা ওকশম লুরেন তাইনা হাপচিল্লে। মথি যাইরংতান মহাকপু অমৃত লৈহৌস্নুও থীকনা হীদাক মন্ত্র চৈরোয়ননা পার্থ থবোয় লৈকায়ুংদা চওহল্লে। শ্রীঅথোইবনা তিল্লবা কৃষ্ণ যাওরা মখোঞ্জেন নীংথিবনা ফুয়না ফুয়না অর্জুন রায়রা তেনহৈবা নওবু করিগী লানফম মায়েম লৈদা তানা লৈরিবনো হোরো হোরো হায়না হন্না হন্না লাউরবগী কৃষ্ণ খৌজান মরনকুগা অমৃত শিদহীবু চৈরোয়নবগা ধনঞ্জয় পাংগনবদি তাঙজা লুরেন তাইনা ইন্নুং খোমলেন তুমকল্লুবগী চেংলৌ মমিৎ পাণ্ডলকপগুম মতম খওনৌদনা হৌথৎলকলে হায়দবরা? নারায়ণ কৃষ্ণ অথোইবনা অমরক অমৃত লৈহীবু নৌনা বৃষকেতু মপারিবুস্নুও যাইবী থরায় হিংলকপবু সভা লেংনা তিনবা পুমনমকনা চেংলৌ মিংথিংলবগী পুকনীং হয়াউ থোইনা পাওমেয়খিয়ে। স্নুংঙাই মতৌ অসিগুম্বদি থায়না লহান মাঙদা মিৎয়েং শানথৈথিববু পুমনা লৈখিদরিয়ে হায়না নমু কনা ওইবা অমনা নৃত্য চুকোই শারে। নমু কনানা অশৈ স্নুংওন শকএ। নমু কনা অমনা মোইবুং থিনকায় খোংএ। নমু কনা অমনা পেরে শিঙ্গা মনিন নাইনা খোংএ। য়াংলেন পুংয়াম য়ৈবগী তেংগোল মরাঙ হৌরে। হে কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরি হরি রাম রাম হায়না যাওরা খোঞ্জেন লাউনরে। রায়ম অস্নুম ওইরিঙৈ বৃষকেতু পাংগনবদি হয়েন লান শোয়বদা তাংজা কোক

---

লেংনা তিনবা—মীয়াম তিনবা। চেংলৌ মিংথিংলবগী—উয়বগী। পুকনীং হয়াউথোইনা—থবায় স্নুংঙাইনা। পাওমেয়খি—হায়নখি। মিৎয়েং শানথৈথিববু পুমনা লৈখিদরিয়ে—করিগুম্বদা থক উখিদয়ি। নৃত্য—(সং) জগোয়। চুকোই—জগোয়। অশৈ স্নুংওন শকএ—ঈশৈ স্নুংশিবা শকএ।

ঈ কানা তুরমলুবদগী য়াইবী থরায় হিংনা হৌগৎলকপা খাচিকলবগী চেংলৌ মমিৎ পাণ্ডবগা চৈরোয়ননা বভ্রুবাহন কোবা নণ্ডবু ঙাইরখিও। হৌজিক রায়রা ইতেনচাদা য়াঙনা নোংমহনগে হায়না চেংলৌ মমিৎ ঙাঙনা চেনশিনখিববু অথৌ লিচা হেপ্পা পাংগন মথোকলকপা পুন্নমকনা থৌরম মথোঙ থঙনা উনবী পূকনীং তপহল্লে। থৌরম অসি মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ লাই মরুনা পাওমেল্লকএ। হে তাংজা লিন নিংথৌও লাংগোই শগোল শামু শামী লানমী অকন অথৌ থৈবিক-সুঙ লীরুং খূৎশূ তেকনা রায়রা তেনচীন কায়রবা তিমেন খাঙতপ শম্লবনা লানফম মাল্লেম লৈদা তানা লৈরবা পূন্নমকপু তাংজা নণ্ডগী মণি য়াইরংচান অমৃত শিদহীবু থীকপিরো হায়না পাওমেল্লবগী নোং-লেন মথোঙ ফুয়না চুবগুম মায়কৈ চিথেক মবিমক্তা অমৃত পূমনা চাইরগা লানফম লৈদা তাবা থৈবিকতো ঙমনা য়াইবী থরায় হিংনা হৌথৎলকলে। লীরুং মখূৎশূ রায়রা মতেনচা, তিমেন মহুংচঙ পূমনা তাইশিন শমশিন্নববু চেংলৌ মিৎথিৎলবদা লানফম তেংগোনহুংদগী নমু মীপূম য়াম্বা থৈবিক্তো হুংঙাই হুংপঙ চঙনা উনবী পূকনীং ঙকলে। থুবম তমথীবদগী কৃষ্ণ শিদবনা যাইবী থরায় হিংনা পূমনা লানবিরে হায়না দুন্দুভি মরুজ মৃদঙ্গ কোববু রাংলেন পুংয়াম য়ৈ শেনবুং খোঞ্জেন মনিন নাইনা নৃত্য চূকোই শারে। কোরৌ নোংমদোম্দগী চীংঙ লেংনা-তিনবা থৈবিকনসুঙ শীংলেন লৈরীক নোংচুনরে। গন্ধর্ব্ব অশৈ

রাংলেন—পুং। মরাঙ হোয়ে ঈরাঙ লাঙেঙ। তুরমলুবদগী—তুখিরম্বদগী। ঙাইরখিও—ঙাইখো। নোংমনহনগে—শিহনগে। অথৌ লিচা হেপ্পা—লান্দা থোবা। তিমেন—তা। খাঙতপ—চবুক, মরাম। তাংজা—লিন। শিদহীবু—শিদনবা মচীবু। নোংলেন মথোঙ ফুয়না চুবগুম—নোং কম্না তাবগুম। ঙমনা—লোইনা। হুংঙাই হুংপঙ চঙনা—হুংঙাইবনা আন মান তাদবা মথৈ। দুন্দুভি—য়ৈনবা যন্ত্র মখল অমা। মৃদঙ্গ—পুং। কোরৌ নোংমদোম্দগী—স্বর্গদগী, লাইরৈবাক্তগী। চীংঙ লেংনা তিনবা—লাইরাম লতানা। শীংলেন লৈরীক নোংচুনরে—লৈ নোং চুবগুম থিকথরকলে।

শকপনা অথৈ হুংওন শকএ। বিদ্যাধরী চুকোই শাবীনসুঙ চুকোই খুৎথেক নৌনা শারে হায়না য়াওরা খোঙেন মনিন নাইনা শোম্নরে। মণিপুর মরৈপাক্তা লৈঙম্বা পূম্নমকসুঙ হরাউ মথৈ লৈতরে। হুয়েন লানশোকফমদা কৃষ্ণ থোইথোইবগা ভীম পাংগনবগা অনীমকপু চেংলৌ মিৎথীৎলবগী বৃষকেতু মথোকলকপগা য়াঙনা খুরুমলুরবগা মবেন কুন্তী অচুম্বীসুঙ শ্রীযশোদা দৈবকী অনীমকপুসুঙ তাংজা লুদা থোংনা খুরুমজরে। অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবসুঙ ঈশ্বর মপুরেম্নচিংনা নমু মীপুম খৈবিকপু য়োয়না পূরুমজরবগা পার্থ শমু মথূৎ লোম্না কৃষ্ণ সনা মথোঙ খাদা য়াথং লৈশী লৈথোঞ্জখিয়ে। হে ইবুংঙো ব্রজ শাগৈ পূম্নমক্কী লোইদাম থা নিংথৌবু ওইরিবা ও, হে যদুরাজ অথোইবা-ও নঙবু হম্না হম্না খুরুমজবনে। হে প্রভু কোয়ৌ ইনোংথৌ চতুর্ভূজ পাম্বোম মরি পানবা ও কংস হিংচাববু পাংগন ময়াই থেকনা নোইহৎপা হে গোপালজি থোইথোইবা-ও নঙবু খুরুমজবনে। রাবণ নিংথৌ হিংচাববু য়াইবী থরায় হাৎনা যোববু সীতা লাইরৈমাবু লৌখৎলুবা হীরণ্য হিংচাববুসুঙ শমু খূৎঙমথিনা ভক্ত ব্রহ্মা লৌশিংববু য়াইবী থরায় ঙাকপিবা হে নরসিংহ মপুরেন নঙবু হম্না হম্না খুরুমজবনে। হে বামন নমু মী মনেম অনেম্ববু ওইনা লৌনম নথৌরাঙনা বলি নিংথৌরেনবু মাঙহনবা, শমু নখোঙ অহুম পানবা হে লক্ষ্মীনাথ অরোইবা নঙবু খুরুমজবনে। অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড মশীং লাকঙমদবা পূম্নমক্কী মবুংঙো শিদবা মপুরেন পূম্নমক্কী অথোইবা-ও গোবর্দ্ধন চীংশা নাপোম ১০০৩ শুববু গোকুল লৈপাক হুংঙাইবদা পুশিল্লবগা গোপ গোপী পূম্নমকপু ঙাইরোয়ননা কাওরেন শনয়াম শেনবা-ও নঙবু হম্না হম্না খুরুমজবনে। ভাইবঙ অপোক অশি

লৈঙম্বা—লৈরম্বা। নমু মীপুম খিবিকপু- মী ময়াম্নু। লৈশী লৈথোঞ্জখিয়ে—মতিক মগুণ থাদ্রনা কায়জখি। ব্রজ—বৃন্দাবন। যদুরাজ অথোইবা—যদু শাগৈগী নিংথৌ অথোইবা। প্রভু—ইবুংঙো। কোয়ৌ ইনিংথৌ—ঐগী ইবুংঙো। চতুর্ভূজ—পাম্বোম মরি পানবা। কংস—মথুরাগী নিংথৌ।

মাইদবা থৌজান মপুরেন অথোইবা তনবা নিপারক্তগী পুরান পুরস অরিবা নতীক সমুদ্র ইরেন পূংগুম্বা নচু নোংলেন ঈনৌ হৌগুম্বদা চোয়নৌ সনা ফীগেনা চীংসুং নোংথাঙ কুপকুম তগুপ তরেং নীংথিবা, চীংঙু কুচু শংবাম্নবা খোইমোম লেংনতিনবা খৈবিক্তী চীংঙু লাইনিং-থৌবু ওইরিবা বিধি নোংদম মথক্কী হে বিধাতা য়ায়েন মপুরেন শং-শঙবা-ও নারায়ন ব্রহ্মা মথক্কী পরংব্রহ্ম মপুরেন অরোইবা-ও হায়না অর্জুন ময়া নাপী চীক, চৈরৈ ওক্তা য়েৎনা কৃষ্ণ সনা মথোঙথাদা হম্না হম্না য়াথং লৈশী-লৈথোঞরবদা কৃষ্ণ উনবী পূকনীং পেনবিরবগী দেব-হরি অথোইবা মহাকনা হে পার্থ লোয়না ইপাতাউ মুংচানবা-ও নঙবু ফবী মফম খৈবিক্তা য়াইফা মথোই তোংববু লেপনা ওইরো। কৃষ্ণ বন্ধু লোয়না অচেৎপবু নঙবু হেন্না কনা লৈবনো হায়না অর্জুন শমু মহাকসাংবু হকসাং পূমনা চেৎনা কোনবীরে হায়দবরা? বভ্রুবাহন অকনবসুঙ সভা লেংনতিনবা পূম্নমকসুঙ মুংঙাই মথোই তোংলে। নাগরাজ তাংজা লিন নিংথৌবুসুঙ হে পাতালপুর লৈমাবা নঙনা অমৃত শিদহী মনিয়াই ময়োনবু পুরকপগী অর্জুন বৃষকেতু অনীমকনচিংনা লাংগোই শগোল শামু য়াওনা থরায় নিংসা পাল্লিবা খৈবিকসুঙ খুৎশু মশক থোক্তরবা পোলোই মশক মাঙলবা পূম্নমকসুম ঙমনা চেংলৌ মশক মাঙলবা পূম্নমকসু ঙমনা চেংলৌ মশক লেপনা ফহল্লে। থৌরম মতৌ অসিগুম্বদি থায়না কদৌনোং উথোক্তরিয়ে। কৃষ্ণ থৌজান ওম্ফোকপসুঙ হায়ঙমলরোইএ। চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমাসুঙ স্বামী মপু অরোইবনা থৌরম মতৌ চেৎনা ঙাকচঙম্বা থোকলে। নারায়ণ

---

গোপালজি—শ্রীকৃষ্ণ। রাবণ—লঙ্কাগী নিংথৌ। চোয়নৌ—সনা। চীংসুং নোংথাঙ কুম্না—নোংথাঙ কুম্না। থোইমোম লেংনতিনবা খিবিক্তী—লাই ময়ামগী। লাইনিংথৌ—লাইনিংথৌ। বিধাতা—ব্রহ্মা, লৈশেম্বা লাই। চৈরৈ ওক্তা য়েৎনা—মঙক্তা মকি য়েৎতুনা। লোয়না ইপাতাউ মুংচানবা—ঐগী চানরবা মরুপ। মুংঙাই মথোই তোংলে—থামনা হরাওরে। নাগরাজ—লিন নিংথৌ। পাতালপুর লৈমাবা—পাতাল লৈবাক্কী নিংথৌ। থায়না

খৌজ্রান নয়নকুদগী বভ্রুবাহন পাংগনবসুঙ পন্থৌ য়াইবী থৱায় যাঙলবা মহাত্মা অমত্তক থৱায় য়োয়ওই ওবজ্জববু খোকহল্লে হায়না সভা লেংনা তিনবা খৈবিক্লো হয়াউ মথোই তোংলে। জয় মুনিরেন্না হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও থৌরম অসুম তৌনা খুবম ভমথীবদগী ধনঞ্জয় য়াইকা অয়ান ফংএ। পন্থৌ মপা মচাগী হৃয়েন জানখোক লোয়নয়ে। পন্থৌ য়াইবী থৱায় হাংপগী পাপ থৌরম অমম্বসুঙ দেব হরি মপুরেন্না পূকনীং অয়া লৈজনা কোকপিয়ে ॥

## শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনগা লোয়ননা মণিপুর সনা কোনুংদা লেঙশিনবা

বভ্রুবাহন লৌশিংবনা শমূ মথূৎ লোয়্যনা হায়জখিয়ে। হে জগন্নাথ মপুরেন অয়োইবা নঙগী খৌজ্রান নয়নকুনা পাপ জাইজা ইরেনপুংঙমসুঙ কোকপিয়ে। শ্রী অথোইবনা তিল্লবা কৃষ্ণ সনা খুয়ারেনবু নিংথৌ য়োয়কোনমুংদা তাশীয়ো হায়না পাওয়েজ্জরবগী কৃষ্ণ খোইথোইবনা পূকনীং হয়াউ চঙনা পাওয়েল্লকএ। পন্থৌ নপা অর্জুন তেলহৈববু ভক্তি নতৌ অয়েঙবনা য়ারম থাজৈশেংনা খঙ-হমুয়ো। পলেম পন্থৌ অনীমকনা উনবী পূকনীং পেনবিরবশিংদো কৃষ্ণ ঐগী পূকনীং মথোইতোংনা পেল্লবা অহনে হায়না পাওয়েল্লবদা বভ্রুবাহন পাংগনবনা অর্জুন মপা অপোকপবু শমূ মথূৎ লোয়া য়ারম মতৌ খঙহল্লুরবগী পার্থ তেনহৈবদি কৃষ্ণ সনা উনকোয়মুংদা বভ্রুবাহন-য়োয় কোয়মুংদা চৎপিনীংববু হান্না য়ারম পান্দম খঙলবগী বভ্রুবাহন

---

কয়োনোং—মমাংঙেদা, কপিওবা খুমিংতা। উথোকপিয়ে—উখিহরি। য়াবী—মপুয়োইবা। নারায়ণ—শ্রীকৃষ্ণ। নয়নকুদগী—নথোঙাম্বগী। সভা লেংনা তিনবা—মী যয়াম তিনবা। জানখোক লোয়নয়ে—জান খোকনবা লোইনয়ে। শমূ মথূৎ লোয়না—মথূৎ দুর তৌদুনা। জগন্নাথ—তাইবঙ-পানবগী মপু। পাপ জাইজা ইরেম পুংঙমসুঙ—পাপকী মচৈ লৈবিকসু। নিংথৌয়োয় কোয়্যংদা তাশীয়ো—সনা কোয়ুংদা লেঙশিনবিয়ো। শমূ মথূৎ

কোল্লোয় মন্নাখং অসিদো অকা মখোই তোংবা মহাকনে হায়না পাণ্ড-মেনবিঙমলবগী কৃষ্ণ শিদবদি অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবনচিংলিবা লানমী লেংন-তিনবা পূন্নমকপু ভাইরোয়ননা মণিপুরয়োয় কোম্নুংদা চঙখিরে। মীয়াম লানমী খোঙথাংনা মালেম লৈপাক লৈমা মহাকপু নীকলুএ। মণিপুর য়াংদো লমদাংইন শমু খোঙথাফম্বু লৈতনা চংখিবদো বভ্রুবাহন নিংথৌরেনগী শীংলেন লৈগী উমং অমবু চেংলৌ মাঙদা থানা উরুরে। উমং নীংথিবদো পামেন উশা খূদিংদা মহৈ চুম্না য়াল্লে। খোংনাং উখোঙ খৈবিক্তসুঙ সনা মৈখাঙ কোন্না মালেম লৈপূং ওইনা থোন্নবগী চেংলৌ মিংপু লংনা উনবী পূকনীং হুয়এ। শীংলেন লৈগী উমং চাউকোইনুংদা পুনুং ইংখোনলেন মুংঙাই মীপূক হুবা অমা লৈএ। চামলৌ লারাক কুইনা পুনুং লাহৈ চুমনা য়াল্লে। লাংগোই মোইশায়া শামু মচুম ম্ভাবগী পাংগল ময়াই কাবা মহাকনা লাংগোই মফম ওইনা লৌংএ। পুখ্রী লাইজা ঈয়োককোম অকুইবা মনম মুংশিথোইবা অমা লৈএ। লাইজা ঈপাকথক্তা থম্বাল লৈনুংশি থরো লৈওম্থোক শীংলেন ঙৌনা শাংপা, লৈনাং ঙাঙনা ঙৌনা শংনা হেনবনা পুখ্রী ঈমায় চোন্নয়ে। শীংলেন লৈকা খূদিংদা খোইমু লাবা অমোম পূন্নমকনা খোঞ্জেন মুংনৌ থোকনা খোংনা যাকানয়ে। কাংঙা চাক্তানা ঙান্নু চাকখোকপা খারা পোংপৈববু লীতং নাইদনা ঈথক নানৌ চৈরোযননা পোনবী চুমনা তিন্না যাকানযে। পুখ্রী লৈরাই চাংজৌ থক্তা শীংলেন কেতুরৈ, কেরা লৈ মুংওন গুমলতা উবীবৈ, যাতি যুতি লবঙ্গ শ্যামলতা চম্পক লৈহাউ লৈনুংশি নাগেশ্বর লৈ ওম্থোক অসিনচিংনা শীংলেন লৈরম পুন্নমকসুঙ

লোম্না—খুৎ লোম্নডনা। উনকোয়মুংদা—পূকনীংদা। য়োম্নকোমুংদা—লনা কোমুংদা। লান্দম খঙলবগী ইঙ্গিৎ উরবগী। য়াংলৌ লমদাংইন—লম্বী মতুং ইন্না। শীংলেন লৈ। মীপূক হুবা—মীগী পূকনীং শুঙ্কংপা। চামলৌ —লা। পুনুং লাহৈ-লকোয়। লাংগোই মোইশায়া-শামু। লাইজা ঈয়োককোম পুখ্রী। লাইজা ঈপাকথক্তা—ঈশিংদা। লৈওম্থোক—ওম্থোক ওম্থোকপা লৈ। খোঞ্জেন মুংনৌ থোকনা—খোঞ্জেন মুংশিনা।

তাউজীং হৈনৌ থুমখোইবা খৈবোঙ কিংনাই নানৌবা নারঙ্গ সমংজ্রাই হৈরাংচান শ্রীবোন হৈরাঙচান তাউজীং হৈখাগোক কপোই হৈ মচা য়াম্বা হৈরাঙ চানা হোঙবা তাউজীং থুমনা পানবা খৈবিকসুঙ পামেন মরেং হৌববু নীংথি পুকনীং হুয়ে। তল্লা উতোনথক্তা কোকিল চেকনিংথৌন-চিংনা চীংশোং লমলৈমা পোনবী তেনোই লোত্তিন্নবা চেকলা লোন-থোকপা পুম্নমকনা খোঞ্জেন হুংশি থোকনা খোংথৈনয়ে। পামেন উরক-সুংদা কাইবীয়েক শওম পানবা কৈয়েকলা থাংলৌ ওকলাবা কাওরেন শঙ্খৌ লমশন মানবী থোইকাপাক চিত্রকেতু লাইরেন হকচাউবা খু। কক-য়োংনাউ ম্নিমশা লমশা পুম্নমকপু উমং লমকোন নিম্না য়াকানয়ে। পর্ব্বত চীংলেন পল্লংলাগী মলয়া নোংশীং অচীকপনা তোংলেন তপনা শিং-চিনবগী উনবা পুকনীং চীকনা হুংঙাইবা কুঞ্জ উমংলেন অতুদা দেবহরি মপুরেন্না চঙখিরবগা সভা লেংনা তিন্না সনা ফান্দেং থানা ফমফমলে। তাংজা লিনগী মরুপসুঙ মুনি ঋষি পুম্নমকসুঙ ফমফম লাম্নদনা নমু মীয়াম তিনবদা গরুড় চেকনিংথৌবু তাংজা লিনগী মরূপনা ইশ্বর মপু-রেনবু লৈরবগী পুকনীং শোংকি চঙববু পুমনা লৈতরে। গরুড় চেক নিংথৌনসুঙ পোনবী মচীঞ্জাকনি নীংদরে। বভ্রুবাহন পাঙ্গনবগা বৃষকেতু প্রদ্যুম্নী অহুম্মক্তি ফম্বী মফম অমত্তদা ফমমিন্নরে। নিংথৌ লেংনতিনবা পুম্নমকসুঙ মরূপ মরেং য়ামনা ফমফমলবদা শ্রীকৃষ্ণ থোই-খোইবনা হে আনন্তশেষ তাংজা লিন নিংথৌও নঙগী থৌরম মরম অচেৎপনা অফা মথোই তোংহল্লে। ব্রারম মতৌ অমসুঙ অর্জ্জুন

চাংজো থক্তা—লৈরাই মথক্তা। শীংলেন কেতুরৈ—লৈম্নাং কেতকী। চম্পক —লৈহাউ। হৈরাংচান—হৈ। তাউজীং—হৈ। তল্লা উতোন থক্তা—উ মথক্তা, উথক্তা। চীংশোং লমলৈমা—চীংখুন্ন, লমখুন্ন। খোংথৈনয়ে খোংঙে। কাইবী—শওম। পানবা—কৈ। হকচাউব;—মশা চাউবা। পর্ব্বত—চীংজাউ। চীংলেন পল্লংলা—চীং অৱাংবা। তোংলেং—সুংশীং। দেবহরি—শ্রীকৃষ্ণ। ফান্দেং—ফান। প্রদ্যুম্নী—প্রদ্যুম্ন, শ্রীকৃষ্ণগী মচা নিপা কামদেব। ফম্বী মফম অমত্তদা ফমমিন্নরে—ফমফম অমত্তদা পুন্না ফমলে।

তেনহৈবনা মপারিগী শমু মথুৎপাক্তা নোংমল্লবা অসিদো থায়না লহান মাঙদা গঙ্গা মীচৈখোনগীনে। হে পার্থ লোয়না ইপাতাউ-ও নঙস্তু ভোঙান মীচাপোক্কী শমু মথুৎপাক্তবু নত্তনা নপারিগী শমু মথুৎপাক্তা নোংমল্লবা অসিদো পূকনীং হুংঙাইত্তববু লৈরগনো। য়ারম মতৌ অমস্তু পল্লেম মমা সতী অচুম্বীবু বেন্থা হাম্বোইবীনে হায়না য়াথং ইনথোকলুবগী মতৌ অয়োনববু লৈঙমলে। থৌরম অমা অমা ওইর-বস্তু সভা নঙখোয় পূন্নমকপু য়াইফা অরান কংলে। বভ্রুবাহন পাংগনবা অসিনা নঙগী য়াইবী থর়ায় হিংনবা পাতালপুর মরৈপাক্তা চঙনা অমৃত য়াই ময়োনবু লৌরুবা অসিস্তু অরা মথৈ লৈতবা থুবম তমথীবা অহুনে। য়াইফা কোল্লোয় মমিংংলেনস্তু কোরৌ নোংমতোন মাল্লেম লৈথারোন তাইবঙ নোংসাপান মরোন অহুম্মকতা লৈরোরগৈনে। তাংজা লিন লৈপাকপু থৌরাঙ থূৎথুমচন্না ঙমলুবা অসিবু ওস্থোকএ হায়না পাওমেল্লবদা পাতালপুর লৈমাবস্তু হে প্রভু কোরৌ ইনিংথৌও য়াথং অমরুক করি হায়হৌসিবনো কৃষ্ণ সনা নখোঙ খাদত্থম পূকনীং শোংকি চঙবনে। খোইমোম লাই তাইবঙ মী কনানা তাংজা ইরৈপাক্তা চঙঙমদববু বভ্রুবাহন পাংগনবদি তিল থোয়দিং মথায় মরমদবু পূকনীং অকি লৈতনা লিল্লা ইরৈপাকপু শমু থূৎথুম চন্না মঙমলয়ে হায়না অসুম পাঙমেনববু নাতারবদা ধনঞ্জয় পাংগনবদি তাংজা মরু লুবনা খিজিক্তংবু পূকনীং ইকাই চঙলুএ। থৌরম অসি মতুংদা বভ্রুবাহন লৌশিংবনা পন্থৌ শমু মখোঙখাদা য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জখিয়ে। হে পন্থৌ ইপা ইবুংঙো-ও কৃষ্ণ থৌজান মরনকুনদি

---

নিংথৌ লেংনত্তিনবা—নিংথৌ ময়াম তিনবা। অকা মথোই তোংহল্লে—য়ারা হেন্না কংলে। নোংমল্লবা অসিদো—শিরিবসি। গঙ্গা মীচৈখোনগীনে—গঙ্গা দেবীগী শাপননি। লোয়না ইপাতাউ—ঐগী চায়রবা মরূপ। মীচা-পোক—অঙোপ্পা লমলানবা মী। অয়োনববু—দোষ, ময়াম। লৈঙমলে—লৈরমলে। [ লৈরোরগৈনে—লৈহৌরগনি। পূকনীং শোংকি চঙবা—পূকনীংদা কিবা শোকপা। খোইমোম—লাই। তাংজা ইরৈপাক্তা—লিম ঐগী লৈবাক্তা।

য়াইফা মথোইতোংনা লানবিরবসুঙ পঙ্খৌ তাংজা লুরেল ককপগী পাপ কম্বী ওইবা কোল্লোয় মিংলেন থীবদি মরৈরিএ। পাপ থৌরম অন্নাম্বনা লৈতেংকিশেং ওইনরবা অসিবু তাইবঙ নোংশাপান অসিদা কন্নি য়াইবী থরায় ছিংনা লৈরশিবনো। খাম্বী মৈরিঙুংদা চঙনা নোংমল্লগে। পঙ্খৌ কোল্লোয় নয়াথংবু পীনরো। হে ঈশ্বর ভগবন্ত থোইখোইবা নঙসুঙ নদাইরেম ঐনা য়াথং লম্নিজবা অসিদা পূকনীং অপন্ লৈহল্লগুনো হায়না শমু মখুৎ লোন চেংলৌ মিৎপান ওন য়াথং সুংশি চৈরোয়ননা পাওমেঞ্জরবদা শ্রীকৃষ্ণ শিদবনা হে বভ্রুবাহন পাংগনবা-ও নতোম য়াইবী থরায় মাঙহনগে হায়না পাওমেল্লিবা অসিবু মহাপাপ অচৌবা মথক্কী তামাসি, পাপ থোইনা চাউরবা অহুনে। নতোম শংলৌ নথৌরাঙনা য়াইবী থরায় মাঙনবা তৌরুগুনো হায়রবদা হোয় হে প্রভু জগন্নাথ মপুরেন-ও য়ারম লঙজববু লৈতনা পঙনা নোংমনখিবতুম মতোম য়াইবী থরায় হাৎপা কৌএ। পঙ্খৌ তাংজা লুরেন ককপগী থৌরম লঙজা লৈবা নিগিনা ইতোম য়াইবী থরায় হাৎচবগী তামাসি পাপ অন্নাম্বদি ওইররোইএ হায়না নীংথজরে। অসুম পাওমঞ্জরবগা শ্রীকৃষ্ণ সনা খূয়ারেনবু থুরুমজরমলবগা অমন খমলৈ কুমগে হায়না য়াঙনা হোগৎপবু শমু পাংগল থেকবা কনা থোখাম ঙমদরবদা শ্রীবাসুদেব থোখোইবনা হে ভীমসেন পাংগনবা-ও

---

তিল—(সং) থোয়দিং। লিল্লা—লিন। ধনঞ্জয়—অর্জ্জুন। ময়নকু—থোজান। পঙ্খৌ তাংজা লুয়েন ককপগী—ইপাগী মঙক ককপগী। কোল্লোয় মিংলেন থীবদি—মিংচৎ কজদবদি। খাম্বী মৈরীঙুংদা চঙনা—মৈঙুংদা চোংশিনহুনা। নোংমল্লগে—থরায় থাবগে। নতোম—নথন্দা। তৌরুগুনো—তৌরুনু। জগন্নাথ—জগৎকী মপু, শ্রীকৃষ্ণ। লঙজববু লৈতনা—দোয় য়াওদনা, মরাল লৈতনা। নোংমনখিবতুম—থরায় থাখিবতুম। লঙজা লৈবনিগিনা—দোষ লৈবনিনা। অমন খমলৈ কুমগে হায়না—শিরগে হায়রুনা। কনা থোখাম ঙমদ্রবদা—কনাঙম্বা মী অমত্তনা থামবা ঙমদ্রবদা। বাসুদেব—বসুদেবগী মচা কৃষ্ণ। অচেন থংজৈ য়াঙনা—য়ামনা থুনা চেন্না

করি পূকনীং অণ্ডক চণ্ডলিবনো বভ্রুবাহন পাংগনবা অসিবু য়াণ্ডনা থোথামজিল্লুও থাম্বী মৈদা চণ্ডনা মতোম নোমনগে তৌববু লজ্জা মতীক ওইদে হায়না পাণ্ডমেল্লবগা ভীম পাংগনবনা অচেন থংলৈ য়াণ্ডনা বভ্রুবাহন শামু মখুৎচেং লাকনা থামলুরে। হে ইপারি হুং-চানপা-ও মরম করিগী থাম্বী মৈদা চণ্ডনা নোংমল্লুগবনো পায়মা নংগী উনগোয়য়ুংদা ইতৌ অয়োনবনে হায়না নীংখল্লুগনো শ্রীকৃষ্ণ থোই-থোইবনা নতৌ-অয়োনববু পূমনা লৈতে, থোইমোম লাইগী নোংদমনা থোকলবনে হায়না কৃষ্ণ সনা ময়াথংনা পাণ্ডমেনবিরবা নত্তবরা ? রারম অসি থণ্ডনা থৌরম মতৌ করম্ববু নহাননোং লব কুশ অনীমকনা পন্থৌ য়াইবী থন্নায় হাংলুবনো হায়রবদি পল্লেম মমা সীতা লাইরৈমাবু মতৌ অয়োন খণ্ডদনা মুনি খোয়মা নাপীরক্তা রাম পূকনীং থেংকোই নীকনা ইস্তোকখিরবগী বাল্মীক মুনি মরান লোনয়িময়ায়দা রাম মপারিবু নাউনৌরুরে। পন্থৌ মপা মচা চেংলৌ শক খণ্ডনদনা চীংঙু রামচন্দ্র থোইথোইবদি শানৌ মচীনমনাউ ডাইরোয়ননা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌগে হায়বগী লাংগোই শগোল থানা লৈপাক লৈপাক খুঙ্গং কোয়রকপদা বাল্মাক মুনি ইংথোল লেন্দা চণ্ডখিরবগী রাম মশানৌ শত্রুঘ্ন অতোনবনা হান্না লানমী লানপূম অমগা হুয়েন লান শোক্ক-রুবদা লব কুশ অনীমকনা পাংগন শীংথানদনা শত্রুঘ্ন য়াইবী থন্নায় হাংলবগী অমরক মশাবি লক্ষ্মন লানপূম্মগা লানফম শোক্করুবসুঙ লবকুশ অনীমকনা রায়রা তেন্না মককলবগী ভরত চীংথোং য়ায়মবনা মরূপ লানপূম্মগা হুয়েন লান শোক্করুবসুঙ পূকনীং চিংনা লৈতনা মহাংলবগী চীংঙু রামচন্দ্র থোইথোইবা মহাকনা রায়রা মখুৎশূবু

---

চেন্না চত্তুনা। থোইমোম লাইগী নোংদমনা—লাইনা তমহুনা, চীংঙু নোংদম-থোম্না। মহান নোং—থায়না। পন্থৌ য়াইবী থন্নায় হাংলুবা—মপা হাংলুবা। অয়োন খণ্ডদনা—মরান খণ্ডদনা। খোয়মা নাপীরক্তা—নাপী মরক্তা। মরান লোনয়িম য়ায়দা—ময়ুমদা। মপারিবু নাউনৌরুরে—মচা পোকলুরে। ডাইরোয়ননা—লোয়নননা। মশানৌ—মনাউ নিপা। রায়রা মখুৎশূবু—লীচিং

লীচিং নাকোং ফংনা সন্ধান মিংয়েংচুম তেনবী নোংচুননা লানফম মায়য়োক মাবসুঙ মপারি লবকুশ অনীমকনা লানশোক হেলা থৌওইদনা রাম হুয়েন লান লোয়নরকপা শওম য়োংনাউ নমু মীহিংচা নিংথৌ লৈকোয় ফগ্না পূমনমকসুঙ চীংঙু রাম নামুংবা মহাকনচিংনা লানশোক মমাঙ থাঙদনা ঙমনা য়াইবী থবায় হাংলবদা বাল্মীক মুনিরেন্না রারম পাউরেন তারবগী চেংলৌ মিংকুপ মরুমদা য়াঙনা মুনি মন্ত্র চৈরোয়ননা রাম শানৌ মচীন মনাউ মরিমকসুঙ লানফম লৈদা তানা নোংমল্লবশিংবু ঙমনা য়াইবী থবায় হিংহল্লে। মাঙওই থৌরম অহানবদা রাম নামুংবা মহাকনা মতৌ অসুম তৌখিয়ে। হে অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবা-ও উনবী পূকনীং তপনা না-তা-ও। নতৌ নরমচং পূমনমকপু নমু মী ওইবা থৈবিকনা পাংগন নতীক থাগংনরিবা অছনে। হুয়েন লানশোক অরুবদা হেমালয় উনগী চীংবু ঙমজবা লানফম শোকনা খুদিংগী খুংশূহৈব পুন্নমক্তা গুরু লাই ওইনরিবা অছনে। অতৈ ক্ষেত্রি পাংগন মথৌ লৈবা থৈবিক্তি খুংশূ নঙনা শিন্দম্বিবা সেবোক মতম মানগুম্বা অছনে। নঙথোয় চন্দ্রবংশ শাগৈ নরমচংপু থৌরম মতৌ অসুম লৈরিয়ে। শাগৈ নরানা ···রেন থৈবিক্সুঙ পাংকন্ মথৌ থৈবিকপু পূমনা চাওখংলকপা অদূনে। রারম পানতন্নবা অমদি লোইদাম থাশি নোংদগী হৌনা কোরৌ নোংজা খুদিং থাজা মপুং ফানা চাউখংলকপা অছগুম্ববু চন্দ্রবংশ শাগৈ নরমচংনে হায়না খঙও। রারম মতৌ অমসুঙ তাইবঙ নমু পোং ওইবা অসিদো য়াইবী কনহৌনীকপনা থৌরম মতৌ

---

নাকোং ফংনা—মাগী খুংশূ তেন অছ লীরী মনাকোং য়ৌনা চিংলগা। তেনবী—তেন। হুয়েন লান লোয়নরকপা—সান লাকপদা লাকমিন্নবা। লৈকোয় ফম্বা—নিংথৌ। লানশোক মমাঙ থাঙদনা—লান শোকবদা মমাঙদা লেপ্পা ঙমদনা, মাগা লাম্বা পাবা ঙমদনা। মন্ত্র চৈরোয়ননা—মন্ত্র খোম্লনা। নোংমল্লবশিংবু শিরবা মমাম অছবু। ঙমনা—লোইনবক। নমু মীওইবা থৈবিকনা—মী মযামনা। শিন্দম্বিবা—হৈবনবা ছাকপিবা। সেবোক—পঙ্করা।

নাঙনয়ে। য়োয়ময়াই তাউদনবা মহাকনা হুমিং মঙান লেমদবা অহুনে। পৌষ পোয়ন্থু থাদদি চীংঙু লাইরৈপাকলমদা হুমিং তরানীথোই খোকপগী মঙান মতীকময়স্থু শারুএ। মাঘ য়াকচীং থাবু—য়োহিক-লবদি হুমিং মঙান হনখৎলকএ। ফাল্গুণ লোইদাম ফাইরেন থাদদি তাইবঙ নোংসাপান্দা হুমিং মঙান চঙখোল্লে। চৈত্র লমদা কাওনা মঙান মৈশা কয়া শাখৎলকলে। বৈশাখ লোইদাম শচীফোয় থাদদি মৈশা মঙান য়ামনা মথোইল্লিচকএ। জ্যেষ্ঠ কালেন থাবু য়োয়বদি থাজা তরানীথোইমক্কী মশা মতীক চঙখোল্লে। আষাঢ লোইদাম ইঙা থাবু য়োরবদদি খোইমোম লাইবৈপাকলমদা হুমিং মঙান অময়ক হুক্তিনখিবে। তাইবঙ নমু পোংওন্‌ববমদি মৈশা মঙান য়াংশিল্লকলে। শ্রাবণ ইঙেন থাদদি হুমিং মঙান হুক্তিনখিয়ে। ভাদ্র লোইদাম থয়ান থাদদি মৈশা মযেং তাশিনখিয়ে। আশ্বিন লাংবন থাবু য়োয়বদি য়োয়মযাই তাউদনবগী নোংশা মঙান চোনচিন হোরকলে। লোইদাম কার্ত্তিক মেরা থাদি তাইবঙ নোংশাপান্দা মৈশা মঙান হোরকলে। লোইদাম হিযাঙ্গৈ থাদি হুমিং মমায় ওনচিল্লে। তাউদনবা হুমিং মহোশাদি অহিং ইনুংমগুম চেংলৌ মিংথোঙমম্বদি পূমনা লৈতবা অহুনে। হে পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবা ও যোয়ামযাই তাউদনবা মহাক্তনস্থু মৈশা মঙান মথং মনাউ নাইএ। নঙদি লানশোক থুবম থীবা অমত্তংদস্থু নপাবিগী শমু মথূৎপাত্তা শিয়রবগী নতীক পাংগন নয়েং তাববু কয়ি লৈরিবনো হায়না পাওমেল্লবদা শ্রীকৃষ্ণ সনা মথোঙখাদা অর্জ্জুন শামু মথূৎ লোয়া য়াহমজখিয়ে। খঙলে খঙলে হে ইবুংঙু ত্রিভুবন মরোন অহুম্মকপু ঙাম্না নোংশা পীরিবা অহুগী ঈশ্বর নোংদম নপুরেনবু ওইরিবস্থু নঙনে কোয়োয়

---

লোইদাম থাশি নোংদগী— থাশি হুমিত্তগী। কোয়ৌ নোংজা খুদিং— হুমিং খুদিংগী, নিত্তিগী। য়াইবী কনহৌনিকপনা— শাউবনা। য়োয়মযাই তাউদনবা— হুমিং। য়োহিকলবদি—য়োয়বদি। নোংশা মঙাল— হুংশা। তাউদনবা— হুমিং। চেংলৌ মিংথোং মম্বা— মিংনা য়েংবদা উদবা।

মিংলেন চৎপা মিংথী য়াৱৈচেনববু ওইরিবমুং কৃষ্ণসেবক নদাইরেমনে হায়ববু নমু পোং ওইবা থৈবিকনা পূমনা মখণ্ডলিবা অহুনে। ঈশ্বর নঙবু হেন্না ঐগী পাংগন চৈশৌ ওইনববু লৈতরে। শ্রীকৃষ্ণ সনা নখোঙথাদা য়াথংভক্তি তৌজবা অসিনা অন্না মথৈ লৈতবা, খূবম তমথীবা থৈবিক্তা মরানবিরিবা অহুনে। ভীমসেন পাংগনবনসুঙ বভ্রুবাহন মপারিবু কোন্নোয় য়াথং থেমনা পুশিল্লকলে। পনথৌ মপামচানে হায়ববু খঙনা লমচৎ মতৌ থোকনা মিংকোয় লাইজা ঈকমতাউ থৌজান লাইজা মুংশি লীরেৎননা কোম্নববু চেংলৌ মিংখিৎলবগী তাইবঙ নমু পোংওইবা পূমনমকনা কৃষ্ণ সনা মখোঙথাবু নকনা তান-ফংজরবগী থৌরম মহে অচুম্ববু করম ওইহনবনো হায়না য়াইফা মজীক থাগৎনরে। পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমকনা হয়াউ পূকনীং চঙলে। মতৌ অম্সুম তৌনা বভ্রুবাহন পাংগমবদি চীঞাক হাউথোই থুমখোইববু কৃষ্ণ সনা মখোঙথাদা য়াঙনা কচ্চরবগা ঈশ্বর মপুরেম্না অর্জ্জুন মপাতাউগা সনা ফাম্বেংমদা ফমমন্না থামায়রবদা নিংথৌ লৈকোয়কম্বা থৈবিকসুঙ লানমী অথৌলিচা হেম্না পূমনমকসুঙ ঙমনা উনবী পূকনীং পেম্না খঙহল্লবগা লাংগোই শগোল শামু থৈবিকসুঙ শজীক নানৌ চৈরোয়ননা লাইজা ঈথকলে। শ্রীকৃষ্ণশিদ বদগী হৌনা কর্পুর মনম মুংশিবগা পানা ক্বা পুংবুরেমনা চৈরৈ কীরোল নীংখিবগা নমু মীপূমমাবু শেম্দনা মাল্লৌ লনহোংহল্লে হায়দবরা?

---

বাহমজখি—বাহাকজখি। ত্রিভুবণ—মরোন অহুম, স্বর্গ, মর্ত্ত্য পাতাল। কোন্নোয় মিংলেন চৎপা—মমিং চৎপা, অফাওবা। মিংথী ঝাৱৈচেনবা—মিংচৎ কঙবা। নদাইরেম—ননাই। পূমনা—লোইনা। তানফংজ-রবগী—ফংজরবগী। হয়াউপূকনীং চঙলে—মপূকনীং মুংঙাইরে। চীঞাক হাউথোই থুমখোইবা—অহাউবা চীঞাক। মপাতাউগা—মন্নপকা। ফাম্বেংমদা —ফাল অমত্তদা। শজীক নানৌ চৈরোয়ননা—শজীক অনৌবগা লোয়ননা। লাইজা ঈথকলে - ঈশিং থকলে। মীপূম্মবু শেম্দনা—মী অমতা চিথদনা। মাল্লৌলনহোং হল্লে—মকী মরোন হোংহল্লে। ইন্দ্রানখিরো—রোনবা চৎগ্রো।

অনন্তশেষ তাংজা লিন নিংথৌবুমুণ্ড লিল্লা মতীক ওকনা লাংচরবদা শ্রীকৃষ্ণ খোইখোইবনা হে তাংজা লিন নিংথৌ ও নঙগী থৌরম নতীক ওক্কবা অর্জ্জুন য়াইফথোইববু থোকলরে। লিল্লা নরৈপাকপু পাতালপুর হুংঙাইববু য়াঙনা ইন্দানখিরো হায়না কৃষ্ণ সনা ময়াথংবু তানকং-জরবগী তাংজা লিন লৈপাক্তা অমৃত য়াই মহীবু পুনা চঙখিরে। জগন্নাথ মপুরেন্না হে অর্জ্জুন তেনহৈবা-ও ঐনা মণিপুর লৈপাক অসিদা ইন্দাল্লকভৈগী মথৈবু নশাবি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্দি পূকনীং অন্না চঙলরিঙৈনে। থৌরম মঙৌ অসিগী ভীমসেন পাংগনববু পল্লেম ইমা শ্রীযশোদা দৈবকী অনীমক্কা নপন কুন্তী অচুম্বীগা ঙাই-রোয়ননা য়ারম পাউরেল তানবা য়াঙনা হনরাইহনখিহনসে হায়না পাওমেল্লবগা ভীম পাংগনববু কৌনা কৃষ্ণ সনা ময়াথংবু বিদাই য়াথং থারবগী চেংলৌ মিংকুপ মরমদা গরুড়চেক নিংথৌনা চেকলা থক্তা পুনা হস্তিনা লৈপাক হুংঙাইবদা য়াঙনা থমলুরে।

---

ইন্দাল্লকভৈগী মথৈ--লাকভৈগী মথৈ। নশাবি—নয়াম্বুং। পূকনীং অন্না চঙলরিঙৈনে—পূকনীং য়ারম্রিগনি। নপন—নমা। য়াঙনা হনরাইহন-খিহনসে—থুনা চৎহনখিসে। চেংলৌ মিংকুপ মরমদা—মিৎনা কুপ্পদা। চেকলা থক্তা পুনা উচেক মখক্তা হাপ্তুনা।

লোইরবা

# বাহৈগী অর্থ

## অ

অঙাং নাউরা অপঙবা — জ্ঞান রাংলিবা অঙাং।

অচেন খংলৈ'য়াঙনা—খুৎলৈ থুনা।

অতাম্বা—অরাপ্পা, অথাপ্পা।

অতিংঙা — অতিয়া, কান্নদবা, অরেম্বা।

অতোন নোংয়ায়—খুমন।

অথৌ লৌচা হেপ্পা—অথৌবা।

অধ্যায়—(সং) তাংকক।

অন্যায়— (সং) চুমদবা।

অপমান—ইকাইবা নংবা।

অভিমন্যু মনোংয়ায়—অভিমন্যুগী মশু নিপা।

অমন খমলৈ কৃম্বা—শিবা।

অমরক—অমুক হন্না।

অর্দ্ধচন্দ্র (সং)—খা মচেৎ।

অলঙ্কার—লৈতেং।

অরাবা মখৈ লৈতনা—হায়নিঙাই লৈতবা মখৈ রান্থনা।

অরা হুয়রাং শোনগুনো—অরাবা থিগনো।

অশৈ—ঈশৈ।

অসিকোরৌ হুমিৎ—ঙসি।

অহেনবী—অথোইবী।

অয়োনবা—অরানবা, লঙজবা।

## আ

আশা কায়না—নীংবা কায়না।

আসন—(সং) ফমফম।

## ই

ইখোয়—ঐখোয়।

ইতেনচা—ঐহাক্কী তেন।

ইতোম্মা— ইখন্দা, ইতোমদা।

ইথোকলকপা — মথোক কাখৎলকলিবা ঐহাক।

ইহুংসিয়োমহুং— গর্ভ পূক।

ইন্দাঙখিবা— ফংননবা চৎচখিবা।

ইহুংখোমলেন মঙলানচান— ইমঙ, মঙ।

ইস্তানখিবা— য়ৌননবা চৎখিবা।

ইহুংশোয়বা— অহিংচুপ্পা, অহিংনোংশোয়বা।

ইপাতোন—পাবুংতোন।

ইপারি—ইচানিপা।

ইফমলেন—ঐগী ফমফম।

ইমোম—ইচা হুপী।

ইরানখাক—লান্দা ঐনা ঙমখ্রবা ইথূৎথাক।

ইয়ু—ইবুধৌ।

## ঈ

ঈথিনতৈ—ঈশিং থিনবা।

ঈথৌলাংলবগা—ঈশিং থৌরাং-লবগা।

ঈঙাঙ—অঙাঙবা ঈ।

ঈঙাঙ ফাফেন্নরবদা—ঈনা ঙাংশং-ঙাঙনা তৈরবদা।

ঈথক্কবা—ঈশিং থক্কবা।

ঈরাৎ পুক্রুমজবা—থুক্রুমজবা।

ঈশ্বর—(সং) লাই।

## উ

উনবী পূকনীং।

উনবী চৈরৎ লৈতনা—পূকনীং হনবা তৌদনা।

উনবী পূকথোক কায়না—পূকনীং-দা নীংবা কায়না।

উনবী পূকনীং ইরৈচল্লা—জ্ঞান মান তাদনা।

উনবী পূকনীং চেৎনা—পূকনীং চঙনা।

উনবী পূকনীং তপ্পা—মপূক ঈংবা।

উনবী পূকনীং লেপ্পী—মপূকচেন চেৎপী।

উনবী পূকমান্নবা—পূকচেন খোয়-জেল তিন্নবা।

উনবী লাঙতক্কনা—পূকনীং ঈরাঙ লাঙনা।

উনবী লিতিন্ননা—পূকচেল খোয়-জেল তিন্ননা।

উনবী লৈখন লনবা—রাখল মপুং ফাদবা।

উপী থারোন—শীং মপৈ মপৈ।

একাদশী—তরামাথোইনি পানবা মাকমৈ।

ওইহিকপা—ওইবা।

ঔরস—(সং) মচানিপা, বীর্য্য।

## ক

কদৌনোং—করিগুম্বা মতম, করি-গুম্বা মমিৎ।

কল্লাও মথিনাই কম্বী মথৈফং—মৈ হৌবমথৈ শাউরদুনা।

কল্লাও মৈরাহৌ—মৈ হৌনা শাউ-দুনা।

কাকচীন—কাক মচীন।

করিহিকনো—করি মরমগীনো।

কাওবী সুমলোইতাউ—তুরেলগী কাওশীং।

কাংখং কাংচাইতমনা—পূমতোই তোইনা।

কাপখিহিকপস্থু—কাপখিবস্থু।

কাপথেকখোন্না—কাপখিবগী খোঞ্জেল্লা।

কামদেব—শ্রীকৃষ্ণগী মচানিপা।

কুন্তী অচুম্বী—পাণ্ডব মঙাগী মমা কুন্তী সতী।

কৃষ্ণ ধর্ম্ম অনীমক্কী—শ্রীকৃষ্ণগা যুধিষ্ঠির মহারাজগা অনীগী।

কৈউন—কৈ মউন।

কোঙয়াং য়ায়িখেৎ—রাচেৎকী কলম।

কোরৌ—স্থমিৎ।

কোরৌ অত্থু নোংচামগী—স্থমিৎ অত্থুগী।

কোরৌ অসি নোংজামদা—ঙসি স্থমিত্তা।

কোরৌ থমনোংখোংবা—নোংখোংবা।

কোরৌ স্থমিৎ য়ুংখাকপা—স্থমিৎ য়ুংবা মতম।

কোরৌ নোংখাকখোন—নোংখাকপগী খোঞ্জেন।

কোরৌ নোংজা খুদিং—স্থমিৎ খুদিং, নিতিগী।

কোরৌ নোংখাঙমত্থুপমদা—অতিংঙা লমখাঙমদা।

কোরৌ নোংবুখোন মালেম লৈবু উপ্পগুম—স্বর্গ মর্ত্ত অনীমক শীনবা থুংনা।

কোরৌ নোংমদোন—অতিয়া।

কোরৌ নোংলাউখোনগুম—নোংখোংবগুম।

কোরৌ নোং লৈপাক—লাইরৈবাক, স্বর্গ।

কোরৌ নোংলোন—অতিয়া।

কোরৌ নোং শগোল— শগোল।

কোরৌ নোং শীংজ্রঙ—বজ্র।

কোরৌ লনশাফম—লাইনীংফম।

কোল্লোয়—মিং, য়াথং।

কোল্লোয় পাউনাইদনা—রা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা।

কোল্লোয় মিংচৎথোইবা— মমিং য়ামনা চৎপা।

কোল্লোয় মিংচৎপা—মমিং চৎপা।

কোল্লোয় মিংথোংদি—মমিংদি।

## খ

খজাই জেংওন চুপ— খজাই চুপ্পা

খমসুং- যম।

খয়োয়রোন—খূমন য়েকওইবা যুম-নাক্কী নিংঙোন।

খ্বা—য়োং।

খ্বা য়োংশক শাবা- য়োং মশক য়েকপা।

খাঙচা ঙমলক্তরে—খাঙচুনা লৈবা ঙম্মক্তবে।

খাঙতপক্লাকনা ময়াদো পাযত্না

খাম্বী—মৈ।

খাম্বী মৈত্রেং—মৈ।

খাবঙ হাইন্নুচেক খুম্ম বন্দ।

খারী—অযাকপা।

খূকলু—খুকউ।

খুমু—নৌ।

খুবানবা—হুবানবা।

খুৎতম—খুদম।

খুৎশূ চৈথাখোন- খুৎলাইনা থাব-পা মখোং।

খূত্তা শূ—খুত্তা পাযহনা।

খুৎপাক তিল্লাইমেন - খুবাক তিল থাকুনা।

খুয়া লৈখোংখা—খুযা খা।

খেনলেন—অফবা মত্ম।

খেল্লাই থোঙ— নাইবক

খোইমোম—লাই।

খোইমোম নোংদমখোন চেনক-দবনা— চেনবা য়াত্রবা লাইগী নোংদমনা।

খোইমোম লেংনতিনবা লাইয়াম সভা।

খোয়ম—লাই।

খোংথৈনবা--খোংবা।

খোঙলোয থৌশীমী—দূত।

খোযমা নাপী।

খোযমা ইমাগ ওন্দনা ইমায লৈদনা।

খোযম নোংদম্বা- বিধি, ব্রহ্মা।

খোমলেন মঙলান চান—মঙ।

## গ

গঙ্গাদাস সেন—ষষ্ঠীবব সেনগী মচানিপা, খৃষ্টগী ভবানীপান শুবা শকাব্দাদ মহাক্না মহাভারত ইখি।

গঙ্গ মাচৈ অরাম্বা — গঙ্গাগা অকনবা শাপ।

গন্ধাবা—দুর্যোধনগী মমা।

গাণ্ডীব—অর্জুনগী তেন।

গোবিন্দ— শ্রীকৃষ্ণগী মিং অম (শ্রীকৃষ্ণনা চহী তরেৎ শুরকপদা কাণ্ডি ক থাদা গোবর্দ্ধন খাবণ গৌর-বদা ইন্দ্রগী শূরা ভগনা শ্রীকৃষ্ণদা গোবিন্দ হাযবা মিং অসি কৎখি)।

ঘীকু—ষী চক্ষু।

## ঙ

ঙমচনাইদৱবগী—ঙমদৱবগী।

ঙমজখৌ—ঙমগদবা মরম।

ঙাইথম ঙম্বা—ঙাইহনা লৈরম্বা।

ঙাইখম্বিও—ঙাইবিখো।

ঙাইনোক্লবা—নোক্লবা।

ঙাইয়োম্ননা—লোয়ননা।

ঙাকলো ঙমদরবা—ঙাকপা ঙম-জবা।

ঙাংঙোই—মোইরাং।

কৌবা মপু নিংথৌশূ—কৌক্রশূ, মোইরাং অনৌবা ম্লেক ওইবা মী।

## চ

চকমোম—মৈ।

চকমোম থাম্বী মৈরাম্লুংদা—মৈরা-লুংদা।

চঙখি ঙমদে—চঙখিবা ঙমদে।

চৎখি হলরাইখৌ—হন্দুনা চৎখি-নবা থৌরাঙ।

চম্লু—নিংঙোল।

চরিত্র (সং)—লমচৎ।

চরৈ—ফি।

চহৈ—চহী।

চাউথোইবা—য়ামনা হেন্না চাউবা।

চাকহেন—ব্রত।

চান্বা থাকন, থকখন।

চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোয়গী—চিত্রাঙ্গদাগী গর্ভদা নাউপুহনা পোকপা।

চিলিমুখ (সং)—উমাইবী মচীন।

চীংঙু—লাই।

চীংঙু নোংথৌ সোরারেন—লাই-নিংথৌ সোরারেন।

চীংঙু নোংদমখোন—লাইনা তম্বা।

চীংঙু নোংদম মথৌথানা—নোংদম-খোন্না, লাইনা তমখিবনা।

চীংঙু লাইবক ফনা—লাইবক ফহনা।

চীংঙু লাইবক ফবী—মরাইবক

চীরোমচাগা—চীরোম মচাগা।

চীংঙু লাইবক ফবা—লাইবক ফবা।

চী'খোঙ থৌগন—সনা থৌগন।

চুকোই—জগোই।

চেকলা—উচেক।

চেংলৌ—শক, মিৎ।

চেংলৌ মাগী শকপানথোঙ—মাগী মশক মতৌ।

চেংলৌ মিকুপমরুম—মিকুপ অমরোম।

চেংলৌ মিৎথিৎলবা উরবা।

চেংলৌ মিৎপু লংনা—মিৎ ইরংলংনা।

চেংলৌ শক্তোয় হেনবা—মশক ফজবা।

চেংলৌ শক্তোয় হেনবী—মশক মতৌ ফজবী।

চেংলৌ শকপানথোং—মশক মতৌ।

চৈরৎ মাইনদে—লেপ্পা নাইদে।

চৈরৎ লৈতনা—অরেপ্পা লৈতনা।

চৈরৈ—কি।

চৈরৈ ঙক্কা য়েৎ—ঙক্কা মফি য়েত্তুনা

চৈরৈ ফীরান—ফিনা শেম্ব ফীরান।

চৈরোয়ননা—লোয়ননা।

চৈহৎপা—চৈ-থাংবা।

ছায়া—মমি।

জন্মেজয়—পরীক্ষিত নিংথৌগী মচা-নিপা।

জনালৈমা—নীলধ্বজ নিংথৌগী মহারাণী, লান্দা অর্জুন্না মচানিপা প্রবীর হাৎখিবগী মৈচাকনা তুংঙাইতহনা ভাগীরথি গঙ্গাদা চোংথহনা মথরায় থাখি।

তন্না—খীন্দনা।

তমলেনখোম্বা—মৈতৈ নিংথৌ মধুচন্দ্র মহারাজ (খৃঃ ১৮০১-১৮০৩)

তরা—চেঙ, চাক।

তরা চাকহেন—ব্রত।

তল্লা—উ।

তাইবং নমু পোং ওইবা—মীওইবা।

তাইবং নোংশাপাল—সংসার।

তাউজিং—হৈ।

তাংজা—কোক, লিন, ইকাইবা।

তাংজা মীরুতোন লাংগোই মকোক তোনবাঙা. মী মকোক শগোল মকোক।

তাংজা লুদা থোংনা—মকোক্তা হাপ্তুনা।

তাংজা লিল্লা—লিন।

তাংজা লিল্লা চহু—লিন নিংঙোন।

তাংজা লুরেন তোন—কোক মথক

তাদরাগী—তাদবদগী।

তানচপ—পাম্বোম ফাবী, পাম্বোমদা শিনবা লৈতেং।

তানফংলবা—ফংলবা।

তামলকপা—রাৎলকপা।

তাল্লোয় মরুম—মতু।

তিমেন—তা।

তুকুমলে—মতৌ অহুঙমলে

তেংগোল মনিল নাইবা—তেং-
গোলগী মীয়াম মরাঙ হোবা।
তেংনৌ—য়োং।
তেনওঙ—তেনগী মশক মওঙ।
তেনচীন মৈ—মৈরি থোকপা তেন।
তেনবী—তেনজৈ।
তেনরাই—তেনকাপ।
তেনরাইরকপা—তেন কাপলকপা।
তোংচেংকাইনৌ—থরানমিচাক।
তোংজেং—হি।
তোমথিন—নায়তোম।
তৌইগুম—তৌইগুমসুং।
তৌশিকলা—তৌরবরা।
তৌহিকএ—তৌএ।
ত্রিজগৎ—মরোল অহুম।
ত্রিভুবণ—মরোল অহুম।
ত্রিলোক—মরোল অহুম।

থরায় অপকমাগী—থরায় পুম্নমক্কী।
থরায় ইমিরেন—ঐগী ইথরায়।
থরায় নোংমনখিবা—শিখিবা।
থরায় মমিরেন মুৎখিরে—মথরায়
থাখরে।
থরায় লাইথংননা — মিপাই
থবাইনা।
থরায় শিনফম্ন থোক্নবস্নু—থরায়
মাঙবা তারবস্নু।
থাঙলেন—থাঙশাং।
থাঙয়ি—চেংলৈ শলাই।
থা মচেৎ শাবা তেন—অর্দ্ধ চন্দ্র
শাবা তেন।
থায়না লহান মাঙদা — থায়না
মমাঙডৈদা।
থিকলেন থাবু কুনা—মথবাক্তা
খুহুমনা শুহনা।
থেঙ্গু—গদা।
থেঙ্গু মথুৎশূ—মাগী খুৎশূ গদা।
থোইথোইবা—অথোইবা।
থোওই মাথা লৈভনা—মী থানদনা।
থোকাউরবা—নীংশিংত্রব, কাউ-
রবা।
থোজা লনকু হৈবা—থৌজান
হৈবা।
থৌজান লানগোন হৈবা—থৌজান
হৈবা।
থৌহু নুঙ্গল অকনবা—নুং অকনবা।
থৌহু লেঙদা—লেঙদবা নুংগুম।
থৌরম—মতৌ।
থৌরম সে মতুংদা—থৌদোক
অসিগী মতুংদা।
দয়া (সং)—থৌজান।
দুরাচার (সং)—লমচৎ কত্তবা।
দুলাই শাথৌচিনখিরবগা—দোলাই
থৌজিনখ্রগা।
দ্রুপদ—পঞ্চাল লৈবাকী নিংথৌ।

ধন ( সং )—লল।

ধনঞ্জয়—অর্জ্জুন।

ধ্বজ ( সং )—ফীরান।

ধর্ম্ম নিংথৌরেন—যুধিষ্ঠির মহারাজ।

ধ্যান ( সং )—লাইনীং।

## ন

নথোকললকপা—মথোক কাখৎলকলিবা।

নপাওমেন—নরাহৈ, নহাক্কী রাহৈ।

নপাতাউ—নহাক্কী মরূপ।

নপাতাম্বা—পাবিনবা নপা লৈতবা।

নপারি—নচা নিপা।

নপুর—খোঙদা শিবা লৈতেং।

নবিঙঙা—নখোয় অনী।

নমদা হুন্না—তু'লোমদা পনমলগা।

নমু মী।

নমু কনা অমত্তনা—কনাগুম্বা মী অমত্তনা।

নমু পোং ওইবা—মীওইবা।

নমু মীপুম খুদিং—মী খুদিং।

নমু মীমচম—ইচম চম্বা মী।

নরানলোনয়িময়ায়—নয়ুম।

নরায়েন—নহাক্কী রায়েন।

নহৌশারা—নঙগী হৌনবরা।

নাউনৌবা—পোকপা।

নাউরা—অঙাং।

নাউরা মকারকৈঙৈদা—অঙাং মথোক কারকৈঙদা।

নাউয়োকপা—অঙাং য়োকপা।

নাতারবদা—নাকোংনা তারবদা।

নায়ান—নাদা য়ান্নবা লৈতেং।

নিংথৌ সনা চোঙলেন খানবা—নিংথৌ অচৌবা।

নিম্মাঙ—পানখৎলকপা থা।

নীংথনঙম্বা—খল্লম্ব।

নীংথনবা—রাখল তৌবা।

নু'চানপী—লুনা তৌবী।

নুংচানবা—অচানবা।

## প

পদ্ম ( সং )—থম্বাল।

পনজীং থংবা—মমাঙ থংবা।

পন্থৌ—মপা।

পন্থৌ ঈহুনবিবা—মরূ হুনবিবা ইপা।

পন্থৌ শাৎমাবা—মপা অপোকপা।

পরেং থিনা—মথং মনাউ-নাইনা।

পলেম পীথাঙশিনবী—মমা শক্লবী।

পলেম নমা পোকমাবী—নঙবু পোকপা নমা।
প্রদীপ (সং) - থাউমৈ।
প্রুমজবগা—খুরুমজগা।
পাউহংখিবা—রা হংখিবা।
পাওমেনবা—হায়বা।
পাংগন মথোকলকপা—নাহা ঈনখৎলকপা।
পাংগন মপা তাম্বা কনবদ লাম্বা লৈতবা।
পাংগন মরুম খাদ মরুম থুপনা।
পাণ্ডু পাংগনবা মগারি - মপাংগন কল্লবা পাণ্ডু নিংথৌগী মচানিপা।
পাদ (সং)—খোঙ।
পাদ পদ্ম—(সং) খূয়া খম্বাল।
পানফরিবৈ - হুংঙাইনা পাল্লিবৈ।
পানমন্নবা—লৈমিন্নবা।
পায়মা- লৌশিং:
পায়মা উনগে ইন্নুদগী— গর্ভদগী, মপূক্তগী।
পার্থ—অর্জ্জুন।
পিরেম ঈচেম্মনা—মপি ঈরা চেম্না।
পিরেম ঈচেন চেরোয়ননা— মমিত্তা মপি তান।
পিরেম ঈফম তাঙামৎকোম

লাইজা মরাঙ হৌনা—মিত্তা মপি ঈরা চেন্না।
পীবূকহুংদা—পূকহুংদা।
পুংবুরেম থেনমায় লাংনা—মপৈ মপৈ পৈহ্লনা।
পুনশি চেঙজেন কুইরবগী—চহী য়ামনা পুনশিরবগী।
পুনশি মতম রাৎনা নোংমনবা— মতম চাদনা শিবা।
পুনেম্বা—থুরুম্বা।
পুরুম্বা—থুরুম্বা।
পূকমান্নবা—পূকচেন খোয়জেন তিন্নবা।
পোনবী—উচেক।

## ফ

ফমফম ওম্বা—ফমজনা লৈরম্বা।
ফখাৈরেন—অখোইবা মফম।
ফাঙমলবা -ফাবমলবা।
ফেন্থরকপা—তারকপা।
ফেন্দিন—থুৎলাঈ মখল অমা।
ফৈরা মতান পাক্তগী—মহাক্কী মতম্বাক্তগী।

## ব

বংশ (সং)—শাগৈ।

বাণ (সং)—তেন।

বাল্মীক বন উমংলেন—বাল্মীক মুনিগী বন।

বালী—কিষ্কিন্ধ্যা লৈবাক্কী নিংথৌ।

বায়ু (সং)—নুংশীৎ।

বিধি—নোংদম্বা লাই।

বিধি নরায়েন—বিধি নঙগী নোংদম্ব।

বিভীষণ—লঙ্কাগী নিংথৌ।

বৃষকেতু—কর্ণগী মচানিপা।

বৃষসেন—বৃষকেতু।

বেশ্যা শীংলেন তাইজবী—গুক্তবী নুপী।

ব্রজচান্দ—ব্রজগী থা, কৃষ্ণ।

ব্রহ্মা লাইয়িংথৌ—নোংদম্বা লাই।

ভক্তি পূকনীং চৈরোয়নন—ভক্তি তৌনা।

ভগবন্ত (সং)—ভগবান, ঈশ্বর।

ভগবান (সং)—ঈশ্বর।

ভবাণী—দুর্গা।

ভীমসেন—অর্জ্জুনগী ময়াম্বুং য়ায়মা ভীম।

## ম

মকাইফম—লৈফম, মফম।

মকিং নাইহন্দে—মপূক শেংদবা তৌহন্দে।

মকোই পূকথোঙ হাঙবা—জ্ঞান

মতিক চানা লৈত্রিবা, রাখল লনবা।

মথূনেৎ—মাগী শাদোং।

মণ্ডম শা—যজ্ঞগী শগোল।

মণ্ডান চাউনা—মগুণ চাউনা।

মচেঙ—ধারা।

মণিপুর লৈমাবা—মণিপুর নিংথৌ।

মতোম—মথন্দা।

মতোম মতোম—মথন মথন্দা।

মথন্নগী—মতোমতগী।

মথোকলকপা—ঈনখৎলকপা।

মথোঙ খঙদনা—মফম মরাং খঙদনা।

মদাইরেম—মনাই।

মধুসূদন—শ্রীকৃষ্ণ।

মনাউয়োক—পুরোহিত।

মনাশি—মাগী নাদা চিন্নবা লৈতেং।

মনোংয়ায়—মশূ।

মপারি মমোম—মচা নিপা নুপী।

মমোম—মচানূপী।

মন্ননকু—থৌজান।

মরান লুহোং খোংদোংবা—
লুহোংবা।

মশানৌ—মতু।

ময়ু—মবুধৌ।

মাকলৌরেম- মঙ্গাক নিপা।

মাল্লং—হুংশীৎ, নোংশীৎ।

মালেম তাইবংপানবা—সংসার।

মালেম লৈদা—লৈপাক্তা।

মাইল্লে চৌংওল্লবা—অহল ওইরবা।

মিংথোংবা—মমিং কৌবা।

মিংনাইবা—মমিং চৎপা।

মিৎখোঙ মঙ্গা- য়েংবদা উদবা।

মিৎয়েং শানখৈরবা—উরবা।

মীচৈ—শাপ।

মুখ (সং)—চীন।

মুরলী—বাশী।

মুকমৈ নারিন শোনবা—লাইরিক
ইবা।

মেঘ বর্ণ—ভীমগী মচানিপা
ঘটোৎকচগী মচা।

মেঙবা—থোৎপা।

মৈত্রেং—মৈ।

মৈদিংঙু জয়সিংহ—ভাগ্যচন্দ্র
মহারাজ।

## য

যজ্ঞ মণ্ডম শা—যজ্ঞগী শগোল।

যাত্রা থোঙশাল্লকপা—যাত্রা
তৌরকপা।

## র

রক্ত (সং)—ঈ।

রাজ্য (সং)—লৈবাক।

রাক্ষস (সং)—হিংচাবা।

## ল

লকা—থম্মোয়, থজীন।

লঙজা—অয়োন অরান।

লনউনপোৎ—অউনপোৎ।

লমকেৎপা—লমহেনবা।

লমখাঙদা—লম্বীদা।

লমলেন—লমদম।

লহাননোং—মমাঙৈঙদা।

লহান নোং হয়িঙৈদা—থায়না
মমাঙৈঙদা।

লাইজা ঈরিক লাই—ঈশিং
মরিক।

লাইজা ঈরেন পূং—সমুদ্র।

লাইজা ঈহুনবিবা—মন্ত্র
হুনবিবা।

লাংগোই তাংজা লুরেনতোন—
শাম্মু মকোক্।

লাংগোই—শগোল, শামু।

লাংগোই মোইশাম্বা—শামু।

লাঙতক্লবা—পুকনীং ইরাঙ লাঙবা।

লাঙদ্যা—লাঙজা।

লাংহৈ—চহী, কুম।

লাংহৈ কুমশীং—চহী।

লানফম তমথীবা—অকনবা লান শোরুফম।

লানফম তেংগোনয়ায়দা—লান শোরুফম ময়ায়দা।

লানফম হুকচেন্নখিরে—লানফমদা তৌফম খঙত্রে।

লারকপা—লাকপা।

লিকলাই মপারি মজা ইবুংঙো

লিনকোয়—পূক, গর্ভ।

লীশূহৈবা—তেনহৈবা।

লুরেন—কোক।

লুরেনতোন—কোক।

ল্যুয়োংজমচ—লোংজম মচা।

লেংনতিনবা ময়াম তিনবা।

লেংলমলৈ—লেংলম্বা ঈশৈ।

লেমলৈ—ঙা।

লৈ—লৈপাক।

লৈকোয় ফম্বা—ময়ায় লেপ্পা, নিংথৌ।

লৈঙম্বা—লৈরম্বা।

লৈবাক কোইবা—লৈবাক্কী অঙম্বা।

লৈময়োন—লৈপাক।

লৈমাবা নিংথৌ, লৈবাক্কী মপু।

লৈমা মশানৌ—মহাক্কী মহারানী।

লৈমায় থক্তা—লৈপাক মথক্তা।

লৈরাং অতিংঙা—অরেম্বা, ফাম্নদবা।

লোইদাম থাজা—থা।

লোইদাম—থা।

লোইদাম থাজা পাখংবা—থা।

লোইদাম থানিংথৌ—থাজা, থা।

লোইহা পুরুমপোৎ—মায়োক্ক থা-ফম য়ানবা অথেন পোৎ।

লোয়না মপাতাউ--চান্নবা মক্লপ।

লৌরাই কোয়রেন থক—মকোক মথক, লৌরাই লুত্তোম।

লৌশিং নাত লকপ—মহৈ মশিং তমথংলকপ।

লৌশিং মিৎথোঙ মম্নব—জ্ঞান মপুং ফাম্নবা।

## ৰ

ৱাই থুংবা—য়ৌবা, থুংবা।

ৱাকচবা—ছায়জবা।

ৱাকয়ৈ—হি।

ৱাকাউদনা—ফাউবা লৈতনা।

ৱাংলেন—পুং।

ৱাংলেন পুংজামরুম—পুং অম-ম্রোম।

রাংহেৎলা পুংয়াল—পুং ময়াম ।

রারম কঙ্গিগী দমকন্নো—কঙ্গি মরম গীনো ।

রারম খঙকাংমাঙ্গনা—রা মরোন মুম্না খঙদনা ।

রারম পরেং শীন্না—রা মথং মনাউ নাইনা ।

রারম শাংতাননা - রা মথা তান্নলা ।

রাহম্বা—রা হান্নবা ।

রাহোংতুনা রাহোং মতুনা ।

রায়রা তেন ।

রায়র ইতেঙ্কাদ'—ঐগী তেন্দা ।

রায়র চৈথাখোন—তেন্না পা'নবগী চৈনাখোন

রায়রা তেনপূম্মনা—তেনবী অমনা ।

রায়রা তেনরাইব'—তেন কাপ্প' ।

রায়রা তেনরাই লৎপিখিবা—তেন কান্না লেপ্পিখিবা ।

রায়রা মখুৎশূ মাগী খুৎশু তেন ।

রায়রা শিংথেং শাবা শমকোক-থাঙ মঙ্গ মানবা তেন ।

## শ

শকপায়থোং—মায়থোং ।

শকহেনবা—শক ফজবা ।

শঙ্খ—(সং) মোইবুং

শংলৌ থৌরাঙ পনগুনো—থৌরাং তৌবা লেপকন্থু ।

শংশঙ তাঙনা খঙবা—ভশেংনা খঙবা ।

শমলাং—শম ।

শমু থুৎনা ফংনা—থুৎনা হকথেং-ননা ।

শমু হকচাং ।

শরী—রাশক ।

শয়েং—পায়োম ।

শাগৈ লেংন' তিনবরক্তা—শাগৈ ময়ামগী মহুৎদা ।

শাংমাব'—মপ অপোকপা ।

শানখঙদবগী—খঙদবগী ।

শ'নশেমলম্বা—শেমলম্বা ।

শারেন—শা অথোইবা, শাগী নিংথৌ

শিংথেং—শমকোক থাঙ ।

শিব—মহাদেব ।

শীংবী থরোন পৈগুম—শীং মপে মপে পৈবগুম ।

শীংলেন—লৈ ।

শীংলেন তাইজবী নটীগী—ওক্তবী নুপী ।

শুভদ্রা—অভিমন্যুগী মমা ।

শেকপিন—ছত্র।

শেম্ৰেং লমহৌয়াই মরু—মুমিৎ।

শোংকিবা—কিবা।

শোয়নদে—খেন্নদে।

## স

সতী রাচুমশুবা মপারিনিগিনা—সতীগী মচানিপানিনা।

সনা ভেন্দোং—নিংথৌগী তেন্দোং

সন মথোঙখাদা—সনা খুয়াদা।

সনা লৈকোষ ফম্বা—নিংথৌ ওইবা।

সনায়োয় কোমুং—সন কোমুং।

সব্যসাচী—অর্জ্জুন।

স্বর্গ- লাইরৈপাক।

স্বামী—(সং) মপুবোইবা।

স্বামী কোবৌ মনোংথৌগী—মপুরোইবগী।

স্মরণ—(সং) নীংশিংবা।

সিংহ—(সং) নোংশা।

সুগ্রীব—বালা নিংথৌগী মনাউ নিপ

স্ত্রী—(সং) নূপী।

সেনা—লানমী।

সেনাপতি—লাঞ্জিংলেন।

সেবোক মপারি -পরুরান।

ষষ্ঠীবর সেনগী মপারি—ষষ্ঠীবর সেনগী মচা নিপা।

## হ

হংস—(সং) কাংঙ।

হকচাউবা—মশা চাউব।

হকথেং কংনা—হকচাংগা হকচাংগা থেংনত্থন মশা মশা শোরুত্থনা, হকথেংননা

হন্দকনোং—হন্দক্কী মতম।

হনরাইবকপা—হন্নকপ।

হনুমন্ত—হনুমান।

হবাউ চুকোই শাব—মুংঙাইনা জগোই শাব।

হাইহৎ লৈফাই তুবা—লৈপাক্তা বোম বোম তুবা।

হাঙকাপ— লুই অমা।

হাওশি ঙমগচিংনা—লুচিংলুনা।

হাকনা নোংমনহনবা- যামনা শিহনবা।

হাম্বোইবী—ওক্তবী।

হায়রঙৈনে—হায়বগনি।

হায়হিকলবস্থ—হায়রবস্থ।

হায়হৌঙাই—হায়নিঙাই।

হিংখিঙমলরোই—হিংখিবা ঙমলরোই।

হুয়েন—লান।

হুয়েন লানশোকফম—লানফম।
হুয়েন—অকনবা হু।
হেম্বা লেইবী—কাক।
হৈমা মহুংথাং—মহুংদা লৈবা।
হৈয়াঙ—হৈ
হৈয়াঙ মচা য়ানবা—গর্ভ লৈবা, মাউ পুবা, মহক থেংপা।
হৌয়েন—হোয়েন।
ক্ষমা—(সং) ভাকপীবা
যজ্ঞ মঙমশা—যজ্ঞগী শগোল।
যাত্রা খোঙশাল্লকপা—যাত্রা তৌরকপা।

## য়

য়াইথী খুত্তম—ফত্তবা খুদম, অমঙলগী খুদম।
য়াইথী য়াইফা রা—মায়থীবা অমসুং মায় পাকপা
য়াইফ মিংলেন—মিংচৎ অফবা
য়াইবী—থরায়।
য়াইবী কলহৌ নীকপা—মথরায় প্রোক প্রোক চাকনা শাউবা।
য়াইবী থরায় হিংনা লৈরিঙৈদসু—চঙলিঙৈদসু।
য়াইবী থরায় হিংবা অমন খমলৈ কুপ্পা—শিবা চঙবা।
য়াওরৌ—শা।
য়াওরা—খোজেল, লল
য়াওরা খোজেন য়াংনা—খোজেন হৌনা।
য়াওবা থানিন নোং—পুর্ণিমা লুমিৎ।
য়াঙনা—থুনা, খীন্দনা।
য়াংলৌ—লম্বী, লমজাউ।
য়েন্নাং ঙমদম্বীবা—মরম শীজবিবা।
য়োয়ময়াই লাইরেন ভাউদনবা—লুমিৎ।
য়োইহৈ লেংনা তিনবয়ক্তগী—নুপী ময়াম অহুগী মরক্তগী।
য়োন্দলা—তঙাই ফদনা।

# অরানবা চুমথোকপা

| লা | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৫ | ১৩ | কপিয়ত্তিনরাম | কপিস্তরাম ( গোবিন্দরাম ) |
| ৭ | ১৬ | হিচাবা | হিংচাবা |
| ৯ | ১৭ | লাইরেম্মগী | লাইরেম্মগী |
| ১৭ | ৯ | কৃর্ত্তশব্দ | কৃত্তিব্রহ্ম |
| ১৯ | ১৮ | থোকাউরবনো | থৌকাউরবনো |
| ২০ | ২ | পুন্য | পুণ্য |
| ২৫ | ৫ | পুস্পা | পুষ্প |
| ২৫ | ২৪ | ,, | ,, |
| ২৮ | ১৯ | কওপী | কাওপী |
| ২৯ | ১০ | খোইমেম | খোইমোম |
| ৩০ | ১৯ | শা চক | শাচেক |
| ৩৪ | ২২ | কেরৌ | কোরৌ |
| ৪১ | ৬ | ঙমজরবপী | ঙমজরবগী |
| ৪১ | ২৪ | ষষ্ঠিবর | ষষ্ঠীবর |
| ৪৫ | ১ | য়োষনা | য়োয়না |
| ৫৩ | ১৬ | কয়না | কুয়না |
| ৭৮ | ৫ | অচেম | অচেন |
| ৮৯ | ৮ | অমা | আথা |
| ৯২ | ১৪ | পতালপুর | পাতালপুর |
| ৯৩ | ৫ | দাশ | দশ |
| ১০৭ | ৬ | চেকমিংথৌ | চেকনিংথৌ |
| ১২১ | ৩ | খুরুমলমনবগা | খুরুমলমলবগা |
| ১৩২ | ২ | মিংথিংনবগী | মিংথিংলবগী |
| ১৩৪ | ৪ | সোয়ারেম্মচিংনস্থত | সোয়ারেম্মচিংবনস্থত |
| ১৩৭ | ১৩ | খঙনোদনা | খঙ্গনোদনা |
| ১৪০ | ১৪ | ইশ্বর | ঈশ্বর |

